# শেন্দোং লৈনা ওক য়োকপা



অইবা:-
ডা: যেংখোম রাজেন্দ্র সিংহ
ককচিং

থোংজবী : শ্রীমতি য়েংখোম বিনোভাবি দেবী
ডেটস সেণ্টর, কক্‌চিং
পি: ও: কক্‌চিং বজার, মনিপুর
পিন: ৭৯৫১০৩
☎ (৯৫৩৮৪৮) ২৬১৪৬৪






অহানবা [illegible] : নবেম্বর, ২০০৩

কোপী মশিং : ১০০০ (লিশিং অমা)

মমল :- লুপা ১৫০/-(চমা য়াঙ্খে)





নমকম : ওমেস মেমোরিএল প্রেস, কক্‌চিং।

कृषि महाविद्यालय
केन्द्रीय कृषि विश्वविद्यालय
COLLEGE OF AGRICULTURE
**CENTRAL AGRICULTURAL UNIVERSITY**
IROISEMBA, IMPHAL-795 001, MANIPUR (INDIA)
Tel. (0385)-410427 (O) (R) Gram. AGRIVARSITY
Fax: (0385)-410427 EPBX. 311934

No.: 6/Ani. Scs-P/03-04
Dated: the 24TH October 2003

Dr. M. Dhaneshwar Singh
M.V. Sc. (APM), Ph. D (BCKV)
Head, Dept. of Animal Sciences
College of Agriculture, CAU, Imphal

## FOREWARD

I have gone through the book entitled *"Shendong Leina Oak Yokpa"* in local language written by Dr. Yengkhom Rajendra Singh of Kakching. The book illustrated about the breed, breeding, housing, feeding, management and disease control. It will be more convenient for the pig rearer to go through a handy reference of drug list given by the author with appropriate diseases and doses. This book is indeed a valuable contribution made by Dr. Singh, which is an outcome of his many years long work on pig development in the Kakching and surrounding areas which has definitely contributed for the socio economic development of the area. This book will also give immense help for the farmers, students and research workers. I congratulate the authour for his commendable work.

I sincerely hope that Dr. Singh will give such great contribution in future also for the people of the state.

(Dr. M. Dhaneshwar Singh)



GOVENMENT OF MANIPUR

# DIRECTORATE OF VETERINARY & A. H. SERVICES

No. JD (ADMN) VETY/03-04

Imphal, the 3rd Nov. 2003.

Dr. P. Bheirob Singh
Jt. Director (Admn.)
Directrate of Vety. & A. H. Services
Sanjenthong, Imphal -795001
Govt. of Manipur
Tel. No. 2221507 (O)
953848-2611513 (Res.)

## ৱাহৈ খরদং

হৌজিক্কী মতমদা মনিপুরদা মীওইবগী চাবগী হৈনবীদা অহোংবা কয়া অমা লাকপগা লোয়ননা ওকশা (পোর্ক) কী অপাম্বা অসি নোংম-নোংমগী অতৎপা লৈতনা হেনগৎলক্লি। ফিভম অসিদা ওক য়োকপগী শিনফম অসি, খুদক্তা পৈশা ফংবা য়াবা, য়াম্না কান্নবা শিনফম অমা ওইরক্লে।

ওক য়োকপগী হৈনবী অসি লমদম অসিদা মতম কয়াগী মমাঙদগী লৈরক্লবু, অফবা মখলগী পোত্থোক য়াম্না পুথোকপা ঙম্বা ওকশিং য়োকপগী কান্নবা অসি অমুক হন্না মীয়ামদা খঙহনবগী দরকার ওইরক্লি। মাইগৈ অশোমদা য়েংউরগা ডা: য়েংখোম রাজেন্দ্র সিংহনা ইবা "শেন্দোং লৈনা ওক য়োকপা" কৌবা লাইরিক অসিনা মীয়ামদা অচৌবা মঙাল অমা পীরি হায়নীঙই। মরুওইনা লাইরিক অসিদা অফবা মখলগী ওকশিং মশক তাকপগা লোয়ননা বৈগ্যানিক ওইবা মওংদা পীজ-পীথক তৌদুনা য়োকপা অমদি নারক-য়েক্লকপা মতমদা করি হিদাক্লা লায়েংগদগে হায়বদু ইরাই লাইনা খঙবা য়াবা মওংদা ফজনা তাক্তুনা খঙহল্লি।অসিগী মথক্তা বৈগ্যানিক ওইবা মওংদা ওকশা শেম-শাবগী নিয়ম ফজনা তাক্লি।

পুন্নমক অসি য়েংউরগা, লাইরিক অসিনা ওক য়োকপাদা হৈনরবা মীওইশিংদা কান্নবা পীবদ নত্তুনা মসিগী মরমদা খঙনীঙবা সধারন প্রজাশিং অমসুং শিনফম অসিবু নৈননীঙবা স্কুল-কলেজগী ছাত্রশিং অমদি ওজাশিংগী লমজিং লাইরিক অমা ওইগনি হায়না থাজে।

মাইগৈ অশোমদা, তুংদসু অইবসিনা অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক কয়া পুথোরকপা ঙম্বা ওইসনু।

(Dr. P. Bheirob Singh)

# রাহৌদোক

ওক লোইবা হায়বসি মণিপুরদা লিরবা শিনফম অমনি। অদুবু মসি য়াম্না শোৎথনা লৈবা অমদি চিং-মান্দা খুন্দাদুনা লৈবা মীওই কাংলুপখক্তগী শিনফম ওইনা তৌরম্মী। মতমদুদা য়োক্লরম্বা ওকশিংদুদি চাউরে তপ্লা, অপীকপা চীংওক হায়না খঙনবা শা মখল অদুনি । জীব অদু য়োকপী থাকপীবগী মওংসু য়াম্না হম্বুবা মওংদা য়ুম্লক - খুল্লক্তা অমদি চীং-মান্দা পংথা থাদোক্লগা মশানা মশাগী মচিঞ্চাক থিহন্দুনা য়োক্লরম্মী। অসুম্না ওকশিংদুনা কোয়চৎ চত্তুনা অফং-অফংবা ফত্তা-হাওদি অমদি মীওইবগী অমাংবনচিংবা চাদুনা হিংলম্মী।

মতমগী মতুংইন্না নোংমা নোংমগী চাওখৎপা হেল্লকপগা ঈরোয়ননা ভারতকী মপান্দগী অফবা মখলগী ওক পুশিল্লক্কুনা মচি মচিদা খরা খরা য়োকপা হৌনরকপদগী শোক ১৯৮০-৮১ অদুরাইদদি মণিপুরদা য়োর্কশায়র, বার্কশায়রনচিংবগী ঈ য়াওরবা ওক্কী জাৎ ফনা য়াম্না উবা ফংলে। অসুম্না, শোক ১৯৯০-৯১ অদুরাইদা মণিপুরগী অর্বান এবিযাদ ফাওবা অফবা মখলগী ওক লোইবগী ঈহৌ অমা কন্না লাকপা হৌখি। মতমদুদা অর্বান এরিয়াদদি ওক লোইবসি ইকাইরপ তৌবা শিনফম অমদি ওইনরম্মী। অদুবু হিংবগী লানফমদা শেম্থোক লম্বী থিবদা উপায় লৈত্রবা নহাবোল কয়ানা শিনফম অসি অসুম অসুম পাম্বা হেনগৎনরকপদগী ইং শোক ২০০০-২০০১ য়ৌরকপদদি লমদমসিদা অসুক্কী মতিক চুনরবা শিনফম অমা ওইনা লৌনররে।

মীওইবগী চানবা শা (মীট) পুথোক্লবগীদমক ষণ, ইরোই, হামেং, য়াও অমদি য়েন য়োকপদগী ওক য়োকপনা য়াম্না কান্নবা হেল্লি। ষণ, ইরোই, হামেং অমসুং য়াওদি মচা য়াম্না পোক্তে। য়োকপদা মতম শাংনা চংই, লোয়ননা পাক্লবা লমহাং, ষঞ্জাবুং দরকার ওই। য়াম্না থুনা মীট পুথোকপা ঙম্বা য়েন, ব্রোইলরসু মমল য়াম্লবা কন্সেন্ট্রেটেদ ফীদ পীজদ্রবদি মাই পাকপা ঙমদে। ফীদ অদুগী মচল অয়াম্বা মণিপুরগী মপান্দগী লৌরুবা ঙাক্তনি। হায়রিবা খুদোংথিবসিগী মথক্তা য়োন্নিংবা মতমদা য়েন লৈবীনবা মী রাৎলকই। অসুম্না শেন্দোংগী মার্জিন লেংদনা থম্বা ঙমদে। অদুবু ওক্তি চাগোক অমদা মচা ১০ গী মথক্তা করিগুম্বদা ২০ ফাওবা পোকই। থা ৭/৮ য়োকপদা কিলো ৭০/৮০ গী মথক্তা লুমহনবা ঙমই। চানবা শেম-শাবদা চাবা য়াবা ওকশানা অয়াম্বা শরুক ওই। মচিঞ্চাক্তা পৈশা য়াম্না চংহন্দবা য়াই, তঙায় ফদ্রবদি ঐখোয় মীওইবনা হন্দোক্লগদবা চগুম-চনায়, নাপী-শীংবী পীজরগা য়োকপদা মাই পাকপা ঙমই। অদুগীসু মথক্তা, মনিপুর অমসুং য়ুমলোন্নবা চীঙগী লমশিংদা খুন্দারিবা মীওইশিংগী মরক্তা ওকশা চাবগী হৈনবী অসি মৈহৌরোন্দগী লোয়নরকপা চৎনবী অমা ওইবনিনা অচৌবা ওক অমা য়োনগে হায়বগা মুন্নখিবনা হাল্লি। অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী তেক-তেক তুংশিনখিবা ওইনা য়োকপদা চংখিবা

পৈশা অদু শেন্দোয়গা কোন্ননা হুল্লিলহনবা ঙমই। অদুগীসু মথক্তা ওক্কী মখি মযুংনা লৌবুক, ইংখোলগী হার ওইনা শিজিন্নবা য়াবত নত্তনা গোভর গ্যাসকী প্লান্ট পায়খত্তুনা চাক-ঈশিং থোংনবা ১দি মৈ থান্নবা গ্যাস মরাং কায়না লৌবা য়াই।

ঙসি মণিপুরদা ওক্কী শিনফম অসি মশক নাইবা ইন্দষ্ট্রি ওইবা ঙমদ্রি। অদুম ওইনমক, হৌজিক হৌজিক হৌরিবা ঈহৌসিনা হন্দবগী মথক্তা ঈনোৎ অমুক হাপকত্তুনা মাইকৈ চুম্না পুবা ঙম্লবদি ইকুই কুইদনা শিনফম অসি অচৌবা ইন্দষ্ট্রি অমগী থাক্তা পুখৎপা ঙমগনি হায়বগী থাজবা লৈ। মসিগীদমক প্রজা অমদি সরকার অনিমক খুৎশম্ন দুনা চৎমিন্নবা তঙায় ফদে। মরুওইনা মীচম প্রজা খুদিংমক শিনফমসিবু মমুৎ তানা খঙহন্নবা ট্রেনিং পীবা দরকার ওই। অসুম্না ওক্কী ইন্দষ্ট্রি অসি চাওখৎহন্ননবা বিগ্যানিক ওইবা মওংদা য়াম্না লু-নান্না অফবা মচিঞ্জাক পীজ-পীথক তৌদুনা পান্দম অমগী মখাদা ওক য়োকপা অদুগা অবাংবা টেক্নোলোজিগী লৌশিংগী মখাদা মীট প্রোসেসিং প্লান্ট লিংখত্তুনা মখল কয়াগী ওকশা পুথোক্তুনা মীওইবগী ফরবা চিঞ্জাক ওইনা ফংহন্নবা হোংনবা তাই। মসিগীদমক ঐখোয়না তানগদবা পান্দমদি, থা ৬/৭ শুরবা ওক হাতমশিং য়ামদ্রবদা কিলো ৭০/৮০ লুমহল্লগা মপাশা থাজিন্দুনা গর্ভা পুহনবগা লোয়নননা থা ১০ শুরকপদা মচা পোকহনবা, য়ামদ্রবদা চাগোক অমদা মচা ১০/১২ পোকপগা লোয়নননা মশা মউ ফরবা মচা ৯/১০ হিংহনবা ঙম্বী অমোম খনবা, অদুগুম্বা মচা ৯/১০ হাপ্তা অহুমখক্তং মপীগা লৈমিন্নহল্লগা খাইদোকপা, অদুগা মচাগা খাইনবা মতুং হাপ্তা অমগী মনুংদা মপাশা থাজিন্দুনা গর্ভা অমুক লৈহনবা অসিনি। অসুম্না মপী অমদগী চহি ২ দা চাগোক ৫ রক ফংবগা লোয়নননা থা ৮/৯ খুদিংগী কিলো ৯০/১০০ লুম্বা ওক ১০ য়োনবা ঙম্বা অসিনি। মসিবু মপুং ফানা পাঙথোক্লবদি ওক্কী ইন্দষ্ট্রি অসিনা ঐখোয় মীওইবগী চিঞ্জাকী সমশ্যাদা অচৌবা মতেং অমা পীবগা লোয়নননা শেম্ষোক লম্বী লৈত্রবা মীচম প্রজা কয়া অমদি লাইরিক লাইসু হৈরবা, থবক ফংদদুনা লমঙাওনরবা নহারোল কয়াবুসু মশানা মশাবু থবক পীহল্লদুনা শান্তি লৈনা হিংবগা লোয়নননা মজাতিগী সেবা তৌবা ঙমহনগনি।

শিনফম অসিবু মীয়ামদা খঙহন্নবা থিজিল্লবদা ফংবা আর্তিকল অমসুং রিসার্চ রিপোর্টশিং ফোঙদোকপীরিবা জর্নেল অমসুং লাইরিকশিং লোয়নননা পব্লিশরশিংবু, পুন্সিসিমগী শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন পুজরবা অইবা ইশামক্তা ইকাই খুম্নবা উৎচরি। অদুগা, লাইরিক অসিগী হিরম কয়াদা মপুং ফানবা তেংবাংবীরকখিবা অমদি সজেসন কয়া পীবিরকখিবা মরুক-মপাংশিংবুসু অইবগী মাইগৈদগী তৌবীমল খঙবা উৎচরি। লোয়নননা লাইরিক অসিবু মপুং ফানা নম্বীখিবা "দি ওমেস মেমোরিএল প্রেস, কক্চিং" গী ষ্টাফশিংবু হন্না হন্না থাগৎচরি। পুম্নমকশিগী মথক্তা অইবগী ব্রাখল্লোনবু মতম চুপ্পদা তেংবাংবীবগা লোয়নননা থৌনা হাম্নীরিবী ইশামকী লোয়নবীগী মফমদা অপেনবা ফোঙদোকচরি।

অইবা

# য়াওফম তাকপা

১) ওক্কী জাৎ অমসুং ব্রীদ ১-৭

ক) ইন্দিজিনস পিগস ১-২

খ) ইক্সোতিক পিগস ২-৭

i) লার্জ হৱাইঁয়োর্কশায়ার ২-৩

ii) মিদল হৱাইঁয়োর্কশায়ার ৩

iii) লেন্ড্রেশ ৩-৪

iv) বার্কশায়ার ৪-৫

v) হেম্পশায়ার ৫

vi) দ্যুরোক ৫

vii) টেম্বৱোর্থ ৫-৬

viii) চেষ্টর হৱাইৎ ৬

ix) ইসসেক্স সেদ্দলবেক ৬

x) হিয়ারফোর্ড ৭

xi) পোলেণ্ডচিনা ৭

xii) স্পোত্তেৎ পোলেণ্ডচিনা ৭

২) ওক্কী মচা পোকপগা মরী লৈনবা কয়াৎশিং ৮-১৬

ক) মপাশাগী কয়াৎশিং ৮-৯

খ) ওক অমোমগী কয়াৎশিং ৯-১০

গ) ওক অমোমগী হীট লাকপা ১০-১১

ঘ) হীট লাক্লবী ওক অমোম অমদা মপাশা থাজিনবা অমদি মচাগী মরু পীবগী (সার্ভিসকী)চপ চাবা মতম ১১-১৩

ঙ) ফর্টিলাইজেসন ১৩

চ) ওক্কী গর্ভা পুবা (গেষ্টেসন) ১৩-১৬

ছ) ওক মচা পোকপা ১৬

৩) ব্রীদিংগী মতেংনা অফবা ওক পুথোকপা ১৭-২৭
ক) অফবা ওক খনবা ১৭-১৯
খ) মচা পুথোক্লবা ওক অমোম খনবা ১৯-২১
গ) মপাশা খনবা ২১-২২
ঘ) ব্রীদিংগী অপাম্বা নিয়ম খনবা ২২-২৬
ঙ) পায়খৎকদবা ব্রীদিংগী থৌরাং ২৬-২৭
৪) ওক্কোন শাবা ২৮-৩৬
ক) ওক্কোনগী মওং ২৯
খ) ওক্কোনগী মখল ২৯-৩০
গ) ওক্কোন শাফম ৩০
ঘ) ওক্কোনগী লৈমায় ৩০-৩১
ঙ) ওক্কোনগী য়ুমথক ৩১
চ) ওক্কোনগী ফক্লাং ৩২
ছ) থোঙ-থোঙনাও ৩২
জ) চাফম-থকফম বাগোশ ৩২-৩৩
ঝ) অমোৎপা চিংথোক্লবা নালা ৩৩
ঞ) ফার্মদা শিজিন্নগদবা ঈশিং ৩৩
ট) শম্বল (ফেন্সিং) ৩৩-৩৪
ঠ) তোঙান তোঙানবা ওকশিংগী মকোন শাবগী নিয়ম ৩৪-৩৬
i) মপাশাগী মকোন ৩৪
ii) হাতম অমসুং ওকপীশিংগী মকোন ৩৪
iii) মপীগী মচা পোকফম মকোন ৩৪-৩৫
iv) মপীগা খাইনরবা ওক (গ্রোব্বর)শিংগী মকোন ৩৫
v) ওক্কোনগী রন নত্রগা ওপন য়ার্দ (শুমাঙ) ৩৬
vi) ওক অনা-অয়েক্কী মকোন ৩৬
ড) ফার্মগী ওফিস অমসুং মচিঞ্জাক পৈফম ৩৬

৫) ওক্কী মচিঞ্জাক ৩৭-৫৫
ক) ওক্কী মচিঞ্জাক্তা য়াওগদবা মরুওইবা (ন্যুট্রিএন্ট) মচলশিং ৩৬
খ) ন্যুট্রিএন্ট নত্তবা মচিঞ্জাক্তা হাপকদবা মচলশিং ৪৪-৪৬
গ) ওক্কী মচিঞ্জাক শেম্না ৪৬-৫১
ঘ) চগুম-চনায় (গার্বেজ), য়ুবং (রেসিডুএল বিভেরেজ)
নচিংবা হাপ্পগা ওক্কী মচিঞ্জাক শেম্না ৫১-৫৪
ঙ) ওক্তা অশংবা মনা-মশিং (শাজিক) পীজবা ৫৪-৫৫
৬) ওক ফা-পুনবগী নিয়ম ৫৬-৫৭
৭) ওক পুথোক-পুশিন তৌবগী নিয়ম ৫৮-৫৯
৮) ওক য়োকপগী নিয়ম ৬০-৮৬
ক) পোকপদগী নুমিৎ ৫৬ নি শুরবা ওক মচা (ক্রীপর) য়োকপা ৬০-৭০
i) মপী লৈত্রবা ওক্তাও য়োকপা ৬১-৬২
ii) কাষ্ট্রেসকন (মশা শেমদোকপা) ৬৪-৬৮
iii) ওভেরিওহিষ্টেরেক্টোমী ~~৬৮-৬৯~~
খ) নুমিৎ ৫৭ নি শুবদগী মশাগী অরুম্বনা কিলো ৩৫ ফাওবগী
ওক (গ্রোবর) য়োকপা ৭০-৭১
গ) কিলো ৩৫ মুক লুম্বদগী চানবা ওকশাগী ওইনা য়োম্থোকপা
ফাওবগী ওক (ফিনিশর) য়োকপা ৭১-৭২
ঘ) মপাশা য়োকপা ৭২-৭৪
ঙ) মচা পুথোক্লবা হাতম য়োকপা ৭৪-৭৬
চ) গর্ভা পুরবী ওক য়োকপা ৭৭-৮১
ছ) মচা পোক্লিবী ওকপীগী সেবা ৮১-৮৩
জ) মচা চেল্লিবী ওকপীগী সেবা ৮৩-৮৬
ঝ) মচা খাইনরবী ওকপীগী সেবা ৮৬
৯) ওক্কী লায়না ৮৭-১৭৫
ক) হেরিদিটরী (পারি-পুরিগী ধারা, জীন)গী অশোয়বা ৮৭-৮৮

খ) ভাইরসনা থোকহনবা লায়নাশিং ৮৮-৯৬
গ) বেক্তেরিআনা থোকহনবা লায়নাশিং ৯৬-১০৭
ঘ) ফঙ্গস (কোকফাই-শুজা) না থোকহনবা লায়নাশিং ১০৮
ঙ) পেরাসাইট (তিল অমসুং হিক্রুচিংবা) না থোকহনবা লায়নাশিং ১০৯-১২১
i) ওক্কী হকচাং মনুংদা লৈবা তিলশিংনা থোকহনবা লায়নাশিং ১০৯-১১৮
ii) ওক্কী হকচাংগী মপান্দা (উনশাদা) লৈবা তিলশিং(হিক্রুচিংবা)না থোকহনবা লায়নাশিং ১১৮-১২১
চ) প্রোটোজোআনা থোকহনবা লায়নাশিং ১২১-১২২
ছ) মচিঙ্গাক্কী অশোয়বা লৈবদগী থোকহনবা লায়নাশিং ১২২-১৩১
জ) পোইজনিং (হু ওইবা) গী লায়নাশিং ১৩১-১৩৭
ঝ) মচা পোকপী মপীগী লায়নাশিং ১৩৭-১৫০
ঞ) অতৈ লায়নাশিং ১৫০-১৬০
ট) ওক্কী লায়না ঙাগথোক্লবা মরুওইবা উপায় ১৬১-১৬৪
ঠ) লায়নাগী মশক অমসুং য়াওফম তাকপা ১৬৫-১৭৫
১০) লায়না চেন্দবা ওক্কী ফার্ম লিংনবা থৌরাং ১৭৬-১৭৯
১১) ওকশা শেম-শাবা ১৮০-১৮৭
১২) Piggery Drug Index ১৮৮-২০০
১৩) References ২২১-২২২

********

# ওক্কী জাৎ অমসুং ব্রীদ

জুলোজিকেল ক্লাসিফিকেসনগী মতুংইন্না ওক হায়রিবা শা মখল অসি এনিমেল কিংদমদা ফাইলম-কোর্ডাতা, ক্লাস - মম্মেলিয়া, ওর্ডর - অর্তিওডেক্তাইলা, ফেমিলি-সুইদী, জিনস - সুস, স্পেসিস - ১) স্ক্রোফা (ইয়ুরোপকী লমওক), ২) ভিত্তাতস (এসিয়াগী লমওক), ৩) স্ক্রোফা ক্রিস্তাতস (ভাবতকী লমওক), ৪) দোমেস্তিকস (য়ুম্লক্তা য়োক্লবিবা অফবা মখলগী ওক), ৫) স্ক্রোফা দোমেস্তিকস (ভারতকী য়ুম্লক্কী, ইন্দিজিনস ওক) হায়না মফম কন্দুনা লৈ।

ভারত্তা লমদমসিগী লৈহাওদগী হৌবকখিবা মশক নাইবা ওক্কী ব্রীদ অমত্তা লৈতে। লমদমসিদা মৈহৌরোন্দগী লৈরম্লিবা অপীকপা মখলগী ইন্দিজিনস ওকশিং অসি ওক্কী ব্রীদকী মনুং চন্দে। মখোয় অসি লমদমসিগী লমওকশিংবু তেহল্লগা অমগা অমগা তিন্নহল্লগা মতমগী মতুংইন্না ওল্লকপনি। হায়রিবা ইন্দিজিনস ওকশিংসিদগী খবা হেন্না ফবা য়ুম্লক্তা য়োক্লবিবা ওকশিংসিদি ভাবতকী মপান লমগী ব্রীদশিংগা লমদমসিগী ইন্দিজিনস ওকশিংগা তিন্নহল্লগা শন্দোবকপনি। শম্না হাগববদা ভাবত্তা ফংলিবা ওকশিংসি মখল মরি থোক্লা খাযদোকপা য়াই। মদুদি :- ১) সুস স্ক্রোফা ক্রিষ্টাতস (লম ওক). ২) সুস স্ক্রোফা দোমেষ্টিকস (ইন্দিজিনস দোমেষ্টিকেতেদ পিগস (চীংওক), ৩) সুস দোমেষ্টিকস (ইম্প্রোভদ ব্রীদ, ভারতকী মপান লমগী ওক). ৪) সুস দোমেষ্টিকস ক্রোস ব্রীদ নত্রগা অপগ্রেদেদ পিগস। (লমদমসিগী ইন্দিজিনস নত্রগা চীংওকশিংগা ইম্প্রোভদ ব্রীদশিংগা তিন্নবগা শেন্না ওক) অসিনি।

## ইন্দিজিনস পিগস

ভারতকী মহৌশাগী ওইবা য়ুমদা য়োক্লরিবা সুস স্ক্রোফা দোমেষ্টিকস হায়না খঙনবা ওক্কী জাৎ অসি লম লমগী ঈশিং নুংশিং অমসুং লৈবাক্কী লৈহাও খেন্নবগী মতুং ইন্না মচু তোঙাল তোঙাল্লি। লম খবদনা অমুবা, ব্রাওথাংনবা অমসুং লম খরদনা মথক্কী মচু অনিসিগী অরাংবা মচুগী ওক উবা ফংই। ওকশিংসিগী শাওং শাদা অমসুং চাউবগী চাং লম লমগী মতুং-ইন্না খেন্নে। অয়াম্বদা ওকশিংসিগী মমায় অদু যাম্না শাংই লোযননা মনাতোন অদু য়াম্না তুমই। মঙক অমসুং মনমগন মথক্তা অপৌবা, অশাংবা, অকনবা মতু য়াম্না হৌই। শাওরকপা নত্রগা কিবকপা মতমদা মতুশিংদু ফন্নগৎলি। ওকশিংসিগী মনিঙ শুমই, মনম পোল্লি, মনা পীকই, মমৈ শাংই, মমৈ মতোন্দা অশাংবা মতু চবুল ওইনা পাল্লি। মপুং ফানা চাউববা লাবা অমনা চাংচত্তা কিলো ৭০-৯০ লুমই, ইঞ্চি ৩২-৩৪ শাংই, ইঞ্চি ৩৩-৩৫

নাকল অনীগী শরু হুমদাংশিংদু ফল্লপ তৌরগা য়েংবদা ফুন্না উই। মখোঙদি তিংনা ফিভম চুন্না উই। অনোয়বা ওক্তা মফৈগী মতোংনা খুদুঙগী খুনিঙ (হোক জোইন্ত) ফাওবা চোম্থদুনা লৈ। ব্রীদ অসিগী মপুং ফারবা মপাশা অমনা কিলো ২৯৫ দগী ৪০৮ ফাওবা লুমই। ওকপী অমনা কিলো ২২৭ তগী ৩১৭ ফাওবা লুমই। অশেম্বা শাদা থাও য়াওবা অফবা মখলগী ওকশা য়াম্না থোকই। খুমাঙদগী মফৈদনা ওকশা থোকপা হেল্লি।

## ২) মিদল হৱাইৎ য়োর্কশায়ার

ব্রীদ অসি ব্রীটেনগী য়োর্কশায়ার অচৌবা মখলগা অপীকপা মখলগা ক্রোস তৌরগা পুথোকপনি। মখল অসিগী ওকশাদা থাওগী শরুক ফজনা য়াওই অদুবু অশেংবা শাদোংনা হেন্না থোকই। ব্রীদ অসি লার্জ হৱাইৎ য়োর্কশায়ারদগী খবা পীকখে। অদুবু মসিনা খরা হেন্না ফুনগল্লি, মতুম তাগল্লি, হেন্না থুনা চাউগল্লি। মচাগী মশিংদি খরা বাৎলে। ব্রীদ অসিসু অনাবা খাঙবা কনবা, মফম মতম অয়াম্বদা চুনগনবা ওক্কী মখলনি। মসিগী চাউবে কনবা, শাদোংনা ঙম্বা ওকশা য়াম্না থোকপনা মরম ওইদুনা ভারত্তা ব্রীদ অসি ইন্দিজিনস ওর্কশিং অপগ্রেদ তৌনবা য়াম্না শিজিন্নে।

ব্রীদ অসিগী মচু ঙৌই। মকোক অদু তেন্তক তৌই। মমায় পাকই। মনা অনিগী মথেবা অদু ফজনা পাকই। মনা যুংখৎলি লোয়নবা মাঙদা ঙামথবপ তৌই। মনা অদু তেনতক তৌরগা লোয়নবা চাইবং অদু তিংনা উই। মকোক অদু তেনতক তৌই লোয়নবা য়াম্না ফুন্না লেংজুমদগী মকোক্তা শন্নে। মশাগী নাকল্দা লৈবিবা শরু হুমদাংশিংদু হেন্না ফজনা ফল্লি। মনমগী অদু য়াম্না শাংনা পাক্না লেংজন, মগোক্তগী মমৈগী মৈখোঙ ফাওবা বাংবা মান্নবা উই। মখোঙশিংদু চাউই, তেনতক তৌই অমসুং শৎ তিংই। লেপ্পা মতমদা খুদা ফজনা, খুদোংনা শৌবপ তৌরগা লক্নী লোয়নবা চৎপা যাম্না কল্লি। মনিঙখোঙ অনিগু য়াম্না পাকই লোয়নবা খুদুঙগী খুনীঙ (হোক জোইন্ত) তৌনা শাদোংনা য়াম্না ফুন্না চোম্থদুনা লৈ। মৰুক্কী নাকল্গী মফৈগা ওয়নফম (ফ্লেংক) অদু য়াম্না থানা, ফুন্না লৈ। উনশাদা অমুবনা পেবা মতৌ অমা লাংদে লোয়নবা খুপাদে কুৎশনবা অমত্তসু লৈতনা শৎ তিংই। মতৌদি য়াম্না কুপ্তি অমসুং লন্না পাল্লি। উনশাগী মচুসু লার্জ হৱাইৎ য়োর্কশায়রগুম্না লৈহাও মচুগুম ঙাংলেনৈ। মপুং ফাববা মপাশা অমনা কিলো ১৮১ দগী ২৭২ ফাওবা লুমই।

## ৩) লেন্দ্রেশ

ব্রীদ অসি ডেনমার্কতগী তৌবকপনি। ব্রীটেন্দা ইং ১৯৪৯ দা পুশিন্নরকপবাগী মফম অদুদা অনিশুবা অফবা মখলগী ওক ওইনা শিংথানে। আমেরিকাদা ব্রীদ অসি ক্রোস ব্রীদিংগী যাম্না শিজিন্নে। ভারত্তসু মসি অপগ্রেদিংগীদমক য়াম্না শিজিন্নে। ব্রীদ অসিগী শিংথানিঙাই ওইবা মগুন্দি মশা অদু পুমত্রিক পুন্নগা ময়ুঙ (মনাম) অদু য়াম্না নিংথিনা

শাংবগা লোয়ননা খ্বাইদগী হেন্না ফবা বেকোন মখলগী ওকশা য়াম্না থোকপা মখলনি।

ব্রীদঅসিগী মচু ঙৌই। অদুবু উনশাদা অমুবা নত্রগা মুরৈনবা মচুনা মচেৎ মচেৎ ওইনা লাংবা য়াম্না তোয়না থোকই। ওক অদুগী মনা অনিদু পাকই অমসুং লুম লুম লাওনা য়াম্থদুনা লৈ। মনাতোন্দু শাংই, মঙক্কী মখা থংবা চরমগী শরুক(জৌল)দু কয়া ফুনগন্দে।


লেন্দ্রেশ

মখোঙদি নেমই অদুগা খুজেঙ অদুসু নৌনা শোন্না পাল্লি। মনমগন অমদি মশাগী নাকনগী উনশাগী মখাদা লৈবা থাওগী শরুক অদু পানা লৈ। ব্রীদ অসি মচা য়াম্না পোক্কলি অমসুং চাউরে য়াম্না কল্লি। অদুবু মসি অৱাবা (স্ট্রেস) খাঙবা কন্দে। হিট স্ট্রোকুম্বনা য়াম্না নাগল্লি। মপুং ফারবা মপাশা অমগী অরুম্বা কিলো ২৭০ দগী ৩৬০ য়ৌই অদুগা মপী অমগীনা কিলো ২০০ দগী ৩২০ য়ৌই।

### ৪) বার্কশায়ার

ব্রীদ অসি ব্রীটেনগী বার্কশায়ার কৌবা লম অদুদগী হৌখিবা য়াম্না লিরবা ওক্কী মখলনি। অরিবা ওক অসি হৌজিক্তি চাইনিজ, সাইএমিজ অমসুং নিওপোলিতানগী ঈগা তিন্নহন্দুনা হেন্না ফগৎহনপ্রে। ব্রীদ অসি মতম অয়াম্বদা ইনোয়দা নোয়না লৈগনবা, শাদোংনা অয়াম্বা ওইবা,


বার্কশায়ার

মীট তাইপকী ওকশা য়াম্না থোকপা মখলনি। ওকশাদা থাওগী শরুক ৱাংপা শাদোং, মীট য়াম্না থোকপদগী ব্রীদ অসি পৃথিবীদা ফাওই। খা ভারত্তা ব্রীদ অসি অপগ্রেদিংগীদমক য়াম্না তোয়না শিজিন্নে।

ব্রীদ অসিগী মচুদি অমুবনি, অদুবু মশাগী অয়াম্বা শরুক্তা মুরগা, মফম তরুক্তা হায়বদি মখোঙ মরিগী খুদোনদগী খুজেঙ ফাওবদা, মনাতোন্দা, মমৈদা ঙৌনা লাংই। অদুবু অঙৌবা মচুদুনা মশা পুম্বগী ১০% দগী হেনখ্রবদি ব্রীদ অদু শেংদ্রবনি। ওক অদুগী মকোক তেল্লি, মমায় পুখম শানা পাকই, অদুগা মনা অনিদু য়ুংখৎলি। মনাতোন য়াম্না তেল্লি লোয়ননা অহল ওইরকপদা শুগৎনা উই। ময়ুঙ (মনাম) য়াম্না শাংই অদুগা মনমসু পোনতক তৌই। লোয়ননা চগোৎ ময়াদা তেকতক তৌই। ব্রীদ অসিগী মখোঙ, মশাগা য়েংনবদা তেল্লি। মফৈগী শাদোংনা খুদুঙগী খুনিঙ য়ৌনা চোম্থদুনা য়াম্না ফুন্না লৈ। মপুং

ফারবা মপাশা অমনা কিলো ২০৫ দগী ৩৮০ ফাওবা অদুগা মপী অমনা কিলো ২০০ দগী ২৯০ ফাওবা লুমই।

৫) হেম্পশায়ার


হেম্পশায়ার

ব্রীদ অসি ইং ১৮০০ অদুরাইদা ব্রীটেন্দগী পুরক্লগা আমেরিকাদা শেমগৎখিবনি। ব্রীদ অসিসু ওকশাদা থাওগী শরুক রাৎপা, শাদোং(মশল)গী শরুক্তা হেন্না ফংবা, মীট তাইপ ওইবগা লোয়ননা মতম অয়াম্বদা নোয়গনবা ওক্কী মখলনি। মচাগী মশিং য়াম্না পোক্কনবনা মরম ওইদুনা মফম অয়াম্বদা মীট তাইপকী ওক মচা পুথোক্লবা অমদি ইন্দিজিনস ওকশিংবু অপগ্রেদ তৌনবা ব্রীদ অসি য়াম্না শিজিন্নে।

ব্রীদ অসিগী মচুদি মুই অদুবু অঙৌবা মচুনা পেটিদৌনা খুমাঙ, মথবাক অমসুং চগোংকী মখা ওইনা ইকোই কোইশিন্না লাংই। মকোক, মমৈ, মখোঙ খুদুঙ অমসুং মফম অতৈদদি লয়া শেংনা মুই। মমায় পাকই, মনা য়ুংই। মচিন অমসুং মনাতোনদি য়াইমরপ শাংই, শুগৎলি। মখোঙ নেমই। মপুং ফারবা মপাশা অমগী অরুম্বা কিলো ৩০০ অদুগা মপী অমগীনা কিলো ২৮০ য়ৌই।

৬) দ্যুরোক

ব্রীদ অসি আমেরিকাদা লৈবা জর্সি রেদস অমদি দ্যুরোক্স হায়বা ব্রীদ মখল অনিনা তিন্নহল্লগা শেম্বনি। মসিসু মীট তাইপকী ওক্কি। ব্রীদ অসিগী চাউরৈ কনবা, য়াম্না ৱাঙনা মচা লৌবা য়াবা, মচা য়াম্না পোকপা লোয়ননা চাজেন ফবগীদমক শিংথানৈ।

ব্রীদ অসিগী মচুদি, নাপু মচুদগী কাংচেৎ মচু ফাওবগী ঙাংলৈনবা মচু ওইনা তৌই। ওক অদুগী মমায় পাকই। মনাতোন অমসুং মচীন তেনতক তৌই। মনা য়ুংই অদুবু মনা মতোন্দু লেকথৈ। মখোঙ তেনতক তৌই। মথা, লেংজুম, মনিঙখোঙ য়াম্না ফুল্লি। শারেপ ফারবা মপাশা অমনা কিলো ৪০০, অদুগা মপী অমনা কিলো ৩৫০ ফাওবা লুমই।

৭) টেমৱোর্থ

ব্রীদ অসি ময়ায়থংবা ব্রীটেন্দগী হৌরকপনি। ব্রীটেনগী থেমস তুরেলগী তোর্বান্দা তাবা টেমৱোর্থ কৌবা সহরদুগী মমিং লৌদুনা থোনখিবনি। ব্রীট অসিগী ওকশাদি বেকোন তাইপনি। অপীকপা কাদা থাদোক্তুনা, ফাজিল্লগা য়োকপদা য়াম্না চুনৈ। অদুবু

নীংথিনা পীভ-পীথক তৌদুনা সেবা ফজনা তৌদ্রবাদি ওক অদু যাম্না শোনগল্লি। মচাগী মশিংদি য়াম্না পোকল্লি লোয়ননা চাজেন থামনা ফৈ।

ব্রীদ অসিগী মচুদি দ্যুবোককুম্না নাপুদগী কাংচেৎ মচু ফাওবগী মনুংদা ঙাংলৈনৈ। ওক অদুগী মখোঙ ব্রাংই, চগোৎ অমদি লেংবান মপাদু চপ্পুক তৌই। ময়ুঙদি যাম্না শাংই। মমায় অমসুং মচীন যাম্না শাংই। মনা অনীদু পুরা লেকথদনা মমাঙদা ঙমথৈ। শাবেপ ফারবা মপাশা অমনা কিলো ৩৫০ অদুগা মপী অমনা কিলো ২৫০ দগী ৩০০ ফাওবা লুমই।

## ৮) চেস্তর হুব্রাইৎ

ব্রীদ অসি আমেরিকাগী খ নোংপোকথংবা পেনসীলভানিআগী মকওইবা চেস্তর অমসুং দেলা দেশতগী হৌবকপনি। অসি যোর্কশায়ার, লিনকোলনশায়ার অমসুং চেশায়ার ব্রীদশিং পুনশিল্লগা শেম্বনি। ব্রীদ অসিগী মচু ভৌই হদব নিম মচগী মতৎ মতৎ পীক্রা উনশাদা লাংবা য়াওই। ওক অসি চা যাম্না কাল্লি, চাউবে নিম্ন, ঙন্না মনা লৌগ য়াই লোয়ননা মচা য়াম্না পোকই। ওক অসিগী মতু পৌই, শাংই লোয়ননা কুপনা পাল্লি। মকোক চাউই, মনাতোন চাউই, মনা পাকই অমসুং সুংই। মখোঙ চাউই। মনাওগী খুনীঙ মপা মপাশিংদা মতু অশাংবা পাল্লি। শাবেপ ফাবা ওক মপাশা অমনা কিলো ২২৫ দগী ৩০০ অদুগা মপী অমনা কিলো ২০০ দগী ২৫০ ফাওবা লুমই। ব্রীদ অসি রেকোন তাইপকী ওক মখলনি।

## ৯) ইসসেক্স সেদ্দলবেক

ব্রীদ অসি ব্রীটেন্দগী হৌবকপনি। বেকোন তাইপকী ওক মখলনি। ওক অসিগী মনা য়াম্না পাক চাউনা ফল্লি অমসুং লেকথৈ লোয়ননা নেমতক তৌবগা যেংবদা মশা যাম্না চেকশিন্না উই। মসি মচা য়াম্না পোকই। মচুদি-মকোক, মঙক,



ইসসেক্স সেদ্দলবেক

মনিঙখোঙ, খুদুঙ, মমৈ মুই; অদুবু খুমাঙ অনিদগী চগোৎ মপা ফাওবা ভৌই। মকোক অদু শাংই, মমাযদগী মনাতোন ফাওবা শৎ তিংই। য়েংবদা হেম্পশায়ারদগী নেম্না অমসুং ফুনবা হেল্লি। ব্রীদ অসিগী থা অমত্তা শুববা মচা অমনা কিলো ২১৫ য়ৌনা লুম্বা য়াওই।

## ১০) হিয়ারফোর্ড

ব্রীদ অসি আমেরিকাগী মিসৌরী সহরদগী হৌরকপা অনৌবা ওক্কী মখলনি। ওক অসিগী তোপ-তোপ্পা মচুদি - মমায, মখোঙ অনিগী খুজিলগী মথক ইঞ্চি অমা কাখৎপা ফাওবা ঙৌই। অদুগা অতৈ জগাদি, শরুক অহুম থোকপগী মনুংদা অনিদি ঙৌবগা শরুক অমদুনা মুই। ব্রীদ অসি বেকোন তাইপনি অমসুং অতৈ ব্রীদশিংদগী খরা পীকথৈ।

## ১১) পোলেন্ডচিনা

ব্রীদ অসি আমেরিকাদগী হৌরকপনি। মসি পৃথিবীদা লৈবা ওক্কী ব্রীদশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না লুম্বা অমসুং চাউবগী রিকোর্ড লৈবা ওকনি। মসি বেকোন তাইপনি।

মসিগী মচুদি - অমুবগা অঙৌবগা চাউবাং লাংই লোয়ননা অঙৌবগী শরুক্কা অমুবগী শরুক্কা এরিযাদা চপ মান্নে। নহা ওইরিবৈদা ইচপ চপ্পা, শাংনা, রাংনা উই। মমাযদগী মনাতোন ফাওবা তেন্থক্লা, তিংনা পাল্লি। অহল ওইরকপদদি মনাতোন শুগৎলি, মমাযদা মথুপ-মথুপ যাম্না থানা লৈ লোয়ননা মমিং অনীদু মথুপাশিংদুনা কৃপাশিনবদগী যাম্না খুনা পাল্লি। মনা অনীদু যাম্না পাক্লগা লেকথদুনা মায অদু পুবা কৃপাশিল্লি। মপুং ফাববা মপাশা অমগী অকন্বা কিলো ৫৬০ যৌবগী রেকোর্ড লৈ। অদুবু মোর্দন তাইপকী পোলেন্ডাচনাদি থাযনগী রেকোর্ড অদু য়ৌবা ঙমদ্রে।

## ১২) স্পোত্তেৎ পোলেন্ডচিনা

ব্রীদ অসিসু আমেরিকাদগী হৌরকপনি। মসিসু পোলেন্ডচিনাগা শাবান. মাযথোং মান্নে। অদুবু চাউবা লুম্বগী চাংদি হন্থে। মসিগী মচুদি অঙৌবগা অমুবগা খবা রু গুক্লা লাংই। অদুবু অঙৌবগী এরিযাগা অমুবগী এরিযাগা চপ মান্নে।



লার্জ ব্লেক

**********

# ওক্কী মচা পোকপগা মরী লৈনবা কয়াংশিং

## মপাশাগী কয়াংশিং

মপাশাগী, মচাগী মক পীনবগা মরী লৈনবা কয়াংশিংদি টেষ্টিকলস, ডক্টস ডেফেরেন্স, সেমিনেল ভেসিকলস, প্রোষ্টেট গ্লাণ্ড, বলবো য়ুরেথ্রেলগ্লাণ্ড, য়ুরেথ্রা অমসুং পেনিস অসিনি।

টেষ্টিকলস ... মচা নাংবা, অমমমনা গ্রাম ৫০০ দগী ৮০০ ... পুথা, স্ক্রোটম হায়না ... এখাদা পুদুঙগী কবাং মথক্তা য়াম্থদুনা ... কয়াং অদুগী মনুংদা অনি থোক্লা য়াওবা ... টেষ্টিকলশিংসি সেমিনিফেরস ... হায়না খঙনবা নরৈ মরৈ তাশিন্দুনা লৈবা উতোং মচা লিশিং লীশিংনা শেম্লি। ... উতোং মচাশিংসিগী মনুংদা, স্পার্ম হায়বা মচা শেম্বগী মক অদুগী স্পার্মাটোজোআ হায়বদু শেম্লনি। অসিদা নত্তনা টেষ্টোষ্টেরোন হায়বা লাবগী মচুগী ... হোর্মোন অদু উতোংশিংসিদগী থোরকপনি। স্পার্মাটোজোআশিংনা মরৈ-মরৈ তাশিন্না উতোংশিংদা ফাওদুনা লাক্লগা ইপিডিডাইমিস হায়বা মতুম তাবা টেষ্টিকলসগী মানিঙদা নপ্লগা লৈবা কায়াং অদুদা য়ৌরকই। ইপিডিডাইমিসতা মতম খরা লৈরিঙৈদা স্পার্মাটোজোআশিংদু চাউখৎলক্লুনা মপুং মরৈ ফাবরকই। মপুং ফানা চাউববা স্পার্মশিংদু ডক্টস ডেফেরেন্স কৌবা ইপিডিডাইমিসতগী মনুক মনুংলোমদা চংলকপা উতোং অদুনা লাক্লগা য়ুরেথ্রাদা য়ৌরক্লুনা পেনিসতা থুংলৈ।




মপাশাগী মচা পুথোক্লবা কয়াংশিং

বলবোয়ুরেথ্রেল (কাওপর্স গ্লাণ্ড) হায়বা কয়াং অসিদি য়াম্না চাউবা, শীলিন্দর মওং মানবা পেলভিক য়ুরেথ্রাদা মচেৎ খরনা নল্লগা লৈবা কয়াং অমনি। প্রোষ্টেট গ্লাণ্ড হায়বদুনা ব্লেদর (য়ুংখাও) গা য়ুরেথ্রাগা তায়নফমদা কুপশিন্দুনা লৈ। সেমিনেল

ভেসিকলসতি পাউবামাদকী মওং মানবা, কাখল লাইনা তোংখৎপা, য়াম্না চাউবা কয়াং অমনি। মসি পেলভিক য়ুরেথ্রাগী নাক অনিদা এবদোমেন য়ৌনা শন্দোক্লুনা লৈ। কয়াংশিংসি পেল্ভিক য়ুরেথ্রাদা লোয়নমক শল্লরে। পেনিস হায়বসিদি সেন্টিমিটর ৪৫ দগী ৭৫ ফাওবা শাংই, সেন্টিমিটর ১ দগী অমগা তংখায়গী ডাইমেটরদা চাউই। মসি রিট্রেক্তর মশল ২ না চিংথোক চিংশিন তৌবা য়াহল্লি। মসি ঙাংলৈনবা, চোৎ-চোং লাওবা, মতোন্দা লেপ্পেগী মচিন্দৌনা লৈথংলপ তৌবা কয়াং অমনি। মাস অমোমদা সার্ভিস পিরমদাই মতমদা নত্রগা মথন্ত। লিবিদো লাকপা মতমদা তিংখৎলক্লুনা, হক্কী ঈশিং থোকফমগী মপুলদা কোইশিল্লীনা প্রেপ্যুশতগী লৈর-লৈরগা থিন্দোবকই।

মপাশংগী কয়াংশিংসি মশাগী চেরিনা পা ৮ দগী ১০ ফাওবদা এপৃং ফাবা হায়রাদ মেচুব ওইবকই। মেচুব ওইববা. শাবেপ ফাববা, মপাশা অমনা অমুক্তং কাপথোবকপদা সিমেন্ট মিলিলিটর ১০০ দগী ৫০০ ফাওবা থোবকই। অসিদা স্পার্ম ৮০,০০০ দগী ৮০,০০০ ফাওবা যাওই।

## ওক অমোমগী কয়াংশিং

অমোমগী চাবোকপগা মরী লৈনবা কয়াংশিংদি ওভোর অনি, ওভিডক্ট অনি, য়ুটেরস, শেভিক্স. ভেজাইনা (চাবোকথোঙ) হায়না খঙনবা, মথং মথং শম্নদুনা লৈবা কয়াংশিং গাওই।




অমোমগী মচা পুথোক্লবা কয়াংশিং

ভেজাইনা অসি ইঞ্চ ৪/৫ শাংই। মসি অথাবা মথুপ-মথুপ লৈবা ইঞ্চি ৩ লোম শাংবা ভলভা হায়না খঙনবা মপান্না কোয়শিল্লি। ভেজাইনাগী মনুংদা ভলভাগী মখাথংবা শরুক্তা ক্লাইতোরিস হায়না খঙনবা কয়াং অমা তোঙখৎলগা লৈ। ক্লাইতোরিসকী মমাঙদা হক্কী ঈশিং থোকফম মখুন (য়ুরেথ্রেল ওপনিং) লৈ। ভেজাইনাগা হেক থংননা হায়বদি ইঞ্চি ৪/৫ শাংনা মনুংদা চংশিল্লগা শেভিক্স লৈ। শেভিক্স অসি অথাবা শাদোংনা শাবা, ময়ায়দা মখুন হৎপা, লোয়ননা মখুনগী পারিং অদু শাংনা মরে-মরে তানা মথুপ মথুপ থুপচল্লগা শাবা কয়াং অমনি। হীট লাকপা মতমদুদা নত্তনা অতৈ

মতমদদি শের্ভিক্সকী মখুন অদু ফুন্দুনা লৈ। মপাশানা মচাগী মরু পীবা হায়বদি সার্ভিসকী মতমদা মরৈ-মরৈ তাবা পেনিসকী মতোন অদুনা শের্ভিক্স মনুংদা ফাওজিন্দুনা চংই। শের্ভিক্সকা হেক থংননা অথোংপা উতোংগুম্বা, য়ুটেরস হায়না খঙনবা কয়াৎ অদু লৈ। শেভিক্সকা শম্ননা লৈবা, ইঞ্চি ২ রোম শাংবা শরুক অদুবু য়ুটেরাইন বোদি হায়না খঙনৈ। য়ুটেরাইন বোদি অসিগী মতোন্দা মশা (মচি) অনি লোংলগা, চনিঙগী য়েৎ ওইদা শংে দাক্কুনা মরৈ মরৈ তাদুনা লৈ। মশা (মচি) অনি অসিবু য়ুটেরাইন হোর্ন হায়না খঙনৈ। গর্ভ লৈতবা ওক্কী য়ুটেরাইন হোর্ন অমনা ফুট ৪/৫ ফাওবা শাংই। য়ুটেরাইন হোর্ন অনি অসিগী মতোন্দা অপিক া মবিলনা মরৈ মরৈ তাশিন্দুনা অমুক শাংথখি। মরিল মচা অসিবু ওভিডক্ত নত্রগা ফেল্লোপিয়ান টিউপ হায়না খঙনৈ। ওভিডক্তকী লোয়শিল্লকপা মতোন্দা ওভেরিয়ান বর্সা বোনা খাওগুম্বা অমা লৈ। মসিগী মনুংদা য়েরুম মওং মানবা, ওভেরী হায়বা কায়াৎ অদু লৈ। ওভেরী অসি মেচুর ওইরকপদা কব্রংচাক মহৈদৌনা মতোং মতোং তোংখৎতুনা লৈ। তোংখৎলিবা শরুক অদু ফোল্লিকল নত্রগা কোর্পরাল্যুটিআ হায়না খঙনৈ।

ওক অমোমগী মবুক্কী মখাথংবা পরিংদা পরেং অনি থোক্লা মখোম (মম্মেরী গ্লাণ্ড) ১০ দগী ১৬ ফাওবা পাল্লি। মখোম খুদিংগী খোমজিন অমমম পাল্লি। খোমজিন খুদিংদা মখোমদগী খোমগী উতোং ২/২ লাক্কুনা শম্নরৈ।

## ওক অমোমগী হীট লাকপা

ওক অমোমনা থা ৬ তগী ৮ য়ৌরকপদা কয়াৎশিং অসি মেচুর ওইরকই, লোয়ননা অহানবা ইষ্ট্রস (হীট) লাকপা হৌই। ইষ্ট্রস অমা হৌবদগী মথংগী অমা হৌবা ফাওবগী মতম অসি নুমিৎ ২১ নি। অদুবু নুমিৎ ১৮ দগী ২৪ নি ফাওবদা ব্রীদ খেন্নবগী মতুংইন্না খেন্ননা লাকপা য়াওই। হীট অমুক্তং লাকপা হৌপ্রবদি, মপাশাগবু তিন্নদ্রবা নত্রগা খুৎশেম্না মচাগী মরু পীদ্রবদি চহি চুপ্পা নুমিৎ ১৮ দগী ২৪ নি ফাওবগী মনুংদা হীট অসি শোয়দনা লাকই। ইষ্ট্রস (হীট) অমগী মতম অসি পুং ৪০ দগী ৬০ ফাওবনি। হীট হৌবদগী পুং ৩৮ দগী ৪৮ ফাওবা লৈরগা ওভুলেসন (ওভেরীদগী ওভা হায়না খঙনবা, অমোমগী মচা ওইগদবা জার্ম, মরু) থোরকপা হৌই। অয়াম্বা ওকশিংদা ওভুলেসন অমুক্তং তৌবদা ওভা ১০ দগী ২০ ফাওবা থোরকই, অদুবু ২০ দগী হেন্না থোরকপসু য়াওদবা নত্তে। হাতমদদি ওভাগী মশিং য়ামগন্দে অদুবু হীট মশিং য়াম্লবদি ওভাগী মশিং হেনগৎলকই। ওভা অমনা হেক থোকপা হৌখিবদগী পুং ১ দগী ৭ ফাওবগী মনুংদা থোক্কদবা ওভা পুম্নমক থোরকই।

## হীট লাকপগী খুদম

১) চাবোকথোঙগী মপান (ভলভা) অদু হীট লাকদবা নুমিৎ ৩ দগী ৮ ফাওবগী মমাংদগী পোমখৎলকপা অমসুং ঙাংশিল্লকপা হৌরকই। করিগুম্বদা, চাবোকথোঙদগী অঙৌবা মচুম (ম্যুকস) থোরকই। মচুম থোরক্রবসু, ভলভা অদু হাংদোক্লগা য়েংবদা খরা হেন্না ঙাংশিল্লি লোয়ননা অনপ্পা মচুম্না চোৎতুনা লৈ।

২) ওক অদুগী মশাগী লিচৎ ১ দি হৈনবী মতৌ হোংলকই। অতোপ্পা লৈমিন্নরিবা ওকশিংদা চোংখৎপা নত্রগা মনাদা চিকপনচিংবা তৌরকই। অতোপ্পা ওক অমনা চোংখৎলবসু লেংদনা লৈ।

৩) ষ্টেন্দিং রিফ্লেক্স হায়বদি ওক অদুগী মনমগন্দা খুৎনা নমদুনা য়েংবদা, লেংদনা মখ্বাঙ, মনমগন পোনখৎতুনা লৈবগী খুদম অদু উৎলকই। ষ্টেন্দিং রিফ্লেক্স অসি হীটকী অহৌবা অমসুং অরোয়বদদি মনাক্তা লাবা লৈত্রবদি কয়া শেংনা উদে। হীটকী ময়ায় চবুক্তদি, লাবা য়াওদ্রবসু লয়া শেংনা উবা ফংই।

৪) করিগুম্বদা ওক অমোম অদুনা ঙংবা-খোংবগী মখোল থোরকই।

৫) করিগুম্বদা, মচিঞ্জাক ফাওবা থওইরক্তে লোয়ননা মকোন্দু উনা-ঝানানা শাবা ওইরবদি থুদেক্তুনা লাবা থীবা চৎলি।

৬) করিগুম্বদা অহল ওইরবী মপীশিংদদি, অনাবদৌনা কুন্দুনা লৈবগা লোয়ননা মথক্কী খুদমশিংসি লয়া শেংনা উবা ফংদবা য়াওই। মসি ওক মপীশিংদা ১০% রোমদি থোকই। মখোয় অদুনা মপাশাগী মনম (সবমেক্সিল্লরি নত্রগা প্রেপুশিএল গ্লাণ্ডদগী থোরকপা ফেরোমোনগী মনম) অদু ফংনবা এন্দ্রোষ্টেনোল (এরোসোল) অদু ওকপী অদুগী মশাদা নত্রগা মকোন্দা চাইশিল্লবদি হীটকী খুদম অসি লয়া শেংনা উবা ফংই। এন্দ্রোষ্টেনোল নত্রবসু মপাশা লৈরবদি মনাক্তা পুশিন্দুনা য়েংবদা হীট লৈবগী খুদম অদু উৎলকই। মসিগী মথক্তা তৌবা য়াবা অমনা, মপাশা অমনা করিগুম্বা হীট ফজনা লাকপা ওক অমোম অমদা সার্ভিস পীনবা হোৎনবা মতমদা খোংবা, ঙংবগী মখোল অদু টেপ অমদা রিকোর্দ তৌশিল্লগা, খোঞ্জেল অদু হীটকী খুদম লয়া শেংদ্রবী ওকপী অদুগী মকোন মনুংদা থাদোকলবদি হীট অদু লয়া শেংনা উৎলকপা য়াওই।

## হীট লাক্লবী ওক অমোম অমদা মপাশা থাজিনবা অমদি মচাগী মরু পীবগী (সার্ভিসকী) চপ চাবা মতম

হীট লাকপা হেক হৌরকপা নত্রগা লোয়শিল্লমদাইদা মপাশাগা তিন্নহল্লবা নত্রগা খুৎশেমগী মচাগী মরু পীরবদি, মচা ওইবা অমদি অপোকপা মচাগী মশিং ঝাৎলি।

খ্বাইদগী হেন্না ফবা মতমদি ওভুলেসন তৌগদবা পুং ১০ দগী ২০ ফাওবগী মনুংদা পাঙথোকপনি। হায়রিবা মতম অসি খঙনবগী মরুওইবা খুদমদি :-



সার্ভিস ... চপ চাবা মতম

A - ভলভা চাউখৎলকপা অমসুং ঙাংশিল্লকপা হেনগৎলকপা লোয়নননা হুম্থরকপা

B - ওভুলেসন তৌবগী পুংফম

C - হীটকী মতম

D - সার্ভিসকী চপ চাবা মতম

চাবোকপে... ...ন ভলভা অদু খরা খরা ঙাংশিনবা লোয়নননা চাউখৎপা হৌরক্লগা, মথং মথং হেঞ্জিল্লক্লুনা মপুং ফানা তিংনা চাউখৎলকপা, মথংদা ঙাংশিল্লম্বা অমদি চাউখৎলম্বা অদু মথং মথং হুম্থরকপা অসিগী মতম অসি চাংচৎতা নুমিৎ ৩/৫ নিরেম চংই। হায়রিবা নুমিৎ ৪/৫ নি অসিগী মনুংদা নুমিৎ নীনি পল্লগা হুমানিশুবা অমসুং মরিনিশুবা নুমিৎ অনি অসিগী মনুংদা মপাশা থাজিনগদবনি। হায়বদি হীট লাকপগী পুং ৪৮/৫০ হেক লাম্থোকখিবগা মচাগী মরু (সার্ভিস) অমুক পীবা অদুগা পুং ৮ দগী ১৫ অমুক খন্নরগা পীবা অসিনা শোয়দবা হেল্লি। হায়রিবা অহানবা মতম অদুদা ভলভা অদু অয়ৌবীদা চাউখৎলম্বদগী অমসুং ঙাংশিল্লম্বদগী খজিক্তং হুম্থরপ তৌবগী তাঞ্জা ওইগদবনি। মথংগী অকোনবা পীগদবা মতম অদুদদি ভলভা অদু হীট লাকপা হৌরকপগী অদুগুম্না পীকশিল্লপ্না উবা ফংগনি। মনমগন্দা নল্লগা ষ্টেন্দিং রিফ্লেক্স য়েংবদা ওক অদু ফজনা লেংদনা লৈগনি অমসুং মনম পোনখৎকনি। ষ্টেন্দিং রিফ্লেক্স অসি তোয়না তোয়না চেক তৌবদা য়ারমদবদগী হেক য়াবকপা খুদক্তুদা সার্ভিস পীরোইদবনি। ষ্টেন্দিং রিফ্লেক্স অসি হেক ফংবগী পুং ১/২ লৈরগা অহানবা মচাগী মরু পীবা (সার্ভিস) অদু পাঙথোক্কদবনি। মতম অসিদা ভলভা অদু শোকপদা, চক্লুনা লৈরম্বা ওক অদু চপ লেপকনি। লোয়নননা মপাশানা চোংখৎপদা লেংদনা লৈবা হেক হৌরকপগী মতুং পুং ১২-২৪ ফাওবগী মনুংদা অহানবা সার্ভিস অসি পীহনগদবনি।

মপাশা খুদিংমক অমোমশিংদগী লাপ্না থমগদবনি। অমোমশিংদুনা হীট লাক্লুনা সার্ভিস পীবগী চপচাবা মতমদু য়ৌরকপগা, মপাশা অদু অমোমদুগী মনাক্তা পুশিল্লকলগা সার্ভিস পীহন্নবা থাজিনগদবনি। কৈদৌঙৈদসু অমোম অদু পুরগা মপাশাগী মনাক্তা থাজিল্লোইদবনি। থাজিনগদবা মপাশা অদু, অমোম অদুনা হাতম ওইরবদি অমোম অদুদগী অহল খবা ওইবা, অদুবু য়াম্না হেঞ্জিন্না চাউবা অমদি লুম্বা হেন্দবা ওইগদবনি। হাতম নত্তবা ওক মপী ওইরগসু হেঞ্জিন্না লুম্বা মপাশা ওইরবদি অমোম অদুগী মখোঙ মখুৎনচিংবা তেকপা য়াবগী খুদোংথীবা লৈ। মতিক-মপা চারবা মপাশা অদুনা অমোম অদুদা চোংখৎপা মতমদা অশোয-অঙাম থোক্তনবা শেন্নগদবনি লোয়নননা থিন্দোরকইবা

পেনিস অদু মফম চানা, ভেজাইনাগী মনুং চংহনবদা মতেং পাংবীগদবনি। অসুম্না মিনিট ১০ দগী ১৫ ফাওবগী মনুংদা মপাশাগী সিমেন অদু মপুং ফানা অমোম অদুগী যুটেবস মনুংদা কাপশিল্লম্লগা অমোমগী মথক্তগী চোংথবকপদগী মপাশা অদু অমোম অদুগী মনাক্তগী লৌথোক্কনি ১সুং হান্না মানা লৈরমফম কা অদুদা পুশিল্লগা পোৎথাহন্নবা অমোমদুদগী খাইদোক্কদবনি। অহানবদা পীখিবা সার্ভিস অদুগী মতুং পুং ৮ দগী ১৫ লৈবগা অমুক মপাশা অদু অমোমদুগী মনাক্তা পুশিল্লগা অনিশুবা সার্ভিস অদু পীহনগদবনি। মসিদসু মপাশা অদু সার্ভিস পীবা লোয়রগা অমোমদুদগী খাইদোক্লগা পোথাহন্দুনা থমগদবনি। অনিশুবা সার্ভিস পীগদবা মপাশা অদু ঙম্লবদি অহানবা সার্ভিস পীখিবা অদু নত্তবা অতোপ্পা অমা খনবনা কান্নবা হেল্লি। অদুবু মপাশা অদু থা ১২ গী মথক্তা অহল ওইববদি সার্ভিস অনিমক মপাশা অদুমনা পাঙথোকহনবদা অশোয়বা লৈতে।

## ফর্টিলাইজেসন

অমোমশিংদা হীট লাকপদগী লাবগা তিন্নম্ববা মতুংদা লাবগী স্পার্মনা ওভাদা হুত্তুনা চংম্লগা, লাব-অমোম অনিগী নিউক্লুস অনি অদু পুনশিন্নদুনা মচা ওইবক্লবগী অহানবা প্রোনিউক্লৈ শেম্ববু ফর্টিলাইজেসন হায়না খঙনৈ। মহৌশানা স্পার্ম ১ খক্না ওভা ১ দা চংদুনা ফর্টিলাইজেসন পাঙথোকই। জোনা বিএকসন ১সুং ভিতেল্লাইন ব্লোক হায়না খঙনবা শক্তি অমা স্পার্মনা ওভাদা হেক চংখিবগা ওভানা পীথোরকই। হায়বিবা শক্তি অনিসিনা মবম ওইদুনা স্পার্ম লিশিং লিশিংনা য়োমশিল্লবা ওভা ১ দা স্পার্ম ১ খক্তনা চংদুনা ফর্টিলাইজেসন অসি পাঙথোকই। কবিগুম্বদা স্পার্ম ১ দগী হেন্না ওভা ১ দা চংখিদুনা ফর্টিলাইজেসন পাঙথোকপা য়াওই। মসি ওভানা ঙনমন্না থোবকপা অদুগা স্পার্মনা থেংমন্না চংলকপদগী আবিবা ওভাশিংদা থোকই। মসিদগী শেম্না মচাশিংদু হিংবা ঙমদে।

ওক্তা ফর্টিলাইজেসন অসি মপাশাগা তিন্নববা মতুং পুং ৬ তগী ১০ ফাওবগী মনুংদা থোকই। ওভানা ওভেবীদগী থোবক্তুনা ওভিডক্তা কুমথবকপদা স্পার্মগা থেংনবদগী থোকই। প্রকৃতীগী ওইনা অমোম-লাব তিন্নবা (সার্ভিস) কী মতুং, যাম্লবদা পুং ১৪ ফাওবগী মনুংদা থোবকপা ওভা খুদিংমক ফর্টিলাইজ তৌই। অদুগা নুমিৎ ৮ নি শুবদগী ১৩ নি শুবা ফাওবা মচাগী মহা (ইম্ব্রাইও) শিংদু যুটেবস মনুংদা কোইচৎ চত্তুনা লৈ। নুমিৎ ১৩ নি শুবদা যুটেবসকী মশা (হোর্ন) মনুংদা মানা মানা লৈখিবা জগা অদুদা ইম্ব্রাইওশিং অদু মফম হোংদনা লৈবগা নোংম-নোংমগী মথং মথং চাউখৎলকই।

## ওক্কী গর্ভা পুবা (গেস্টেসন)

ওক অমোম্না নাওপুবগী মতম অসি চাংচত্তা নুমিৎ ১১৪ (থা ৩ হাপ্তা ৩ নুমিৎ

৩) নি । লমওকশিংগীদি চাওরাক্লা নুমিৎ ১২৪ নি। গর্ভা পুরবা ওকশিংদি মবুক তল্লা অমদি তেবা হেল্লকই। সার্ভিস পীদ্রিঙেদা পীজরম্বা মটিঙ্গাক্কী চাং অদু ব্রাত্তনা চৎথরবদি খঙহৌদনা নোয়খৎলকই লোয়ননা উনশা অমসুং মতুশিং অদু নানবা ১ দি লংখৎলকপা হেল্লকই। ওক অমোমশিংনা গর্ভা পুরে নত্রগা পুদ্রি খঙননবা মখাগী টেক্লিকশিংসি শিজিন্নগদবনি।

**ক) হীট চেক তৌবা :-**

গর্ভা পুবিবী ওক্তা কৈদৌঙেদসু হীট লাক্তে। মপাশা থাজিনখ্রবা নত্রগা এ,আই, পীগ্রবা ওক অমোম্না গর্ভা পুদ্রবদি অহানবা হীটকী মতুং নুমিৎ ১৮ দগী ২৪ ফাওবগী মনুংদা হীট অমুক লাকই। হায়রিবা মতম অসিদা সার্ভিস ফজনা হৈরবা মপাশা অমা চিংনরিবা ওক অমোমদুগী মনাক্তা পুশিল্লগা য়েংগনি। করিগুম্বা, মপাশানা চংলকপদা অমোমদুনা,কোয়চেন চেন্দুনা লৈরবদি হীট লৈতে হায়বদু খঙগনি। খুৎনা য়াংলেন্দা নমদুনা য়েংবদা ষ্টেন্দিং রিপ্লেক্স ফংলবদি হীট অমুক লাক্লে হায়বা খঙগনি। টেক্লিক অসি সাইলেন্ত হীট, শীষ্টিক ওভেরী নত্রগা এনষ্ট্রসনা নারবা ওক্তদি অশেংবা খঙবা ৱানা থোকই।

**খ) লেপারোস্কোপী :-**

লেপারোস্কোপী কৌবা খুৎলাই অমগী মতেংনা নুমিৎ ১৬ নি শুরবা গর্ভা লৈবা ওক্কী মচাখাও (য়ুটেরস) অমসুং ওভেরীগী অহোংবা মচু অমদি সাইজ চেক তৌবদা মিনিট ৩০ মুক্কী মনুংদা খঙবা ঙমই। মসিনা গর্ভা লৈবদা অশোয়বা পীবা শীষ্টিক ওভেরীজ, ওভা-ষ্টেসিস অমসুং এনষ্ট্রস ফাওবা লাইনা খঙবা ঙমই।

**গ) ব্লড প্রোজেষ্টেরোন :-**

কমপেটিটিভ প্রোটিন বাইন্দিং নত্রগা রেডিওইম্মুনো - এসেগী মতেংনা নুমিৎ ১৭ তগী ২৪ শুরবা র্গভা লৈবা ওক্কী ঈদা য়াওবা প্রেজেষ্টেরোনগী চাং নুমিৎ নিনি-হুম্নি গী মনুংদা খঙবা ঙমই। গর্ভা পুবদা দরকার ওইবা ঈগী প্রোজেষ্টেরোনগী চাংদি মিলিগ্রাম ২৮.৬ দি হায়বদি প্লাজমা মিলিলিটর ১ দা প্রোজেষ্টেবোন মাইক্রোগ্রাম ৪ ফাওবা য়াওদ্রবদি ওক অমোম্না গর্ভা পুবা ঙমদে। অদুগা প্লাজমাদা পোজেষ্টেরোন মাইক্রোগ্রাম ৬/মিলিলিটর য়ৌরক্লবদি ওক অমোমদা হীট লাকপা ঙমদে।

**ঘ) ভেজাইনেল বাইওপসী :-**

মপাশা থাজিনখিবা নত্রগা এ, আই, পীগ্রবা মতুং নুমিৎ ১৮ নি শুবদগী ২৮ নি শুবা ফাওবদা ভেজাইনাগী মনুংদা শের্ভিক্সতগী সেন্টিমিটর ৮ মুক চথোক্লগা ভেজাইনাগী নাকল নত্রগা মথক থংবা শরুক্তগী শাদোংগী মপ্রাম খরা ব্লেদ অমনা ককথৎলগা, মদু মাইক্রোস্কোপতা য়েংবা মতমদা ইপিথেলিয়েল শেলশিংদু লেয়র ২/৩ দমক লোম্ননা

লৈবা থংনরবদি ওক অদু গর্ভা লৈরে হায়না খঙনগনি। হীট লৈবা ওক্তগী লৌবা ওইববদি ইপিথেলিয়েল শেলশিংগী লেয়ব ৫ দগী ২০ ফাওবা লোন্নরা লৈবা উগনি।

**ঙ) ব্লড হন্ট্রোজেন :-**

মপাশা থাজিনখিবগী নুমিৎ ১৬ নি শুবদগী ঈদা য়াওবা ইষ্ট্রোজেনগী চাং হেনগৎপা হৌরকই। অসুম্না হেনগৎলকপনা, নুমিৎ ২৩ দগী ৩০ নি ফাওবদা ইহান হানবা ওইনা ইষ্ট্রোজেন গ্রাম ৩ দগী হেন্না য়াওরকই। অদুগা নুমিৎ ৪৬ নিরোম শুরকপদদি ইষ্ট্রোন +ইষ্ট্রোন সলফেটকী চাং ৩৫ পিজি/এম, এল য়ৌনা হন্থরকই। মথংদা অসুম হেনগৎলকপনা মচা পোক্কদবা নোংমা ৱাৎলিঙেদা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংখৎলকই। ইশম শম্না হায়রবদা নুমিৎ ২৩ দগী ৩০ নি শুবদা ঈদা ইষ্ট্রোন সলফেট + ইষ্ট্রোন ফংলবদি ওক গর্ভা পুরে হায়বদু লেপকনি।

**চ) রেক্তেল পালপেসন :-**

খুৎনা শৌজ মনুংদা সেন্টিমিটব ৩০ মুক থিংজিল্লগা শের্ভিক্স অমসুং য়ুটেরস মারগা য়েংগনি। মথংদা ময়ায়থংবা য়ুটেরাইন আর্তেরী লোয়নবা মসিগী মখাদা ফৈনা লৈরিবা মপানথংবা ইলিয়াক আর্তেরী মাদুনা য়েংগনি। হীটকী মতমদা মপানথংবা ইলিয়াক আর্তেরী অসি সেন্টিমিটিব ১ অদুগা ময়ায়থংবা য়ুটেরাইন আর্তেরীনা মিলিমিটর ২ দগী ৪ মুক্তা চাউই। অদুবু গর্ভা লৈবা হৌবদগী মখোয় অসি চাউবা অসুম অসুম হেনগৎলকই। গর্ভা লৈবা নুমিৎ ৬০ নিগী মতুংদদি ময়ায়থংবা য়ুটেরাইন আর্তেরী অদু সেন্টিমিটর ১ দগী হেন্না চাউরকই লোয়নবা মসিদগী লয়া শেংনা মচাগী মীহুন অদু খুত্তা ফাওবা ঙমই। বেক্তেল পালপেসন অসি গর্ভা লৈবা নুমিৎ ২৪ নিগী মতুংদা য়েংবদা ১০০% চুম্না ফংবা ঙমই। অদুবু মসি কিলো ১৫০ গী মখাদা লুপ্পী ওক্তদি পীকপনা মরম ওইদুনা শৌজদা খুৎ থিংজিনবা চন্দবদগী খুৎলোয়বা ঙমদে।

**ছ) ডোপ্লর অলট্রাসাউণ্ড টেক্নিক :-**

ওশিল্লোস্কোপ অমগী মতেংনা মচাগী মীহুন অদু য়াম্না লাইনা তাবা ফংই। ট্রান্সদুশর অমনা ওক্কী চনীঙদা নত্রগা ফ্রেঙ্ক মখাদা থল্লগা য়েংবদা নুমিৎ ২২ দগী ১১৪ নিগী গর্ভা মশক তাকপা ঙমই। মসি নুমিৎ ৪০ নিগী মতুংদদি ১০০% চুম্বা ঙমই।

**জ) এ-মোড (এমপ্লিচুড-ডেপথ) এলট্রাসোনিক টেক্নিক :-**

মসি ডোপ্লব টেক্নিক্কা য়াম্না মান্নে। অদুবু ট্রান্সদুশর অদু মবুকী ফ্রেঙ্ক মথক্তা থল্লগা য়ুটেরস মনুংগী মহি-মচুমগী ঈথিল অদু ফংনবা হোৎনবনি। গর্ভা লৈবা ওক ওইরগা, সেন্টিমিটর ১৫/২০ ফাওবগী ঈথিল ফংবা ঙমই। অদুগা গর্ভা লৈত্রবদি সেমি ৫ ফাওবদং ফংবা ঙমই। মসি নুমিৎ ৩০ দগী ৪০ ফাওবগী গর্ভাদা লয়া শেংনা খঙবা ঙমই। অদুবু মসিদা চেকশিনগদবা অমনা ট্রান্সদুশর মফম চাদবদগী য়ুটেরসকী মহুত্তা

য়ুংখাওগী মহিগী ঈথিল ফংবা য়াওই।

**ঝ) এবডোমিনেল পালপেসন :-**

গর্ভা চাউরবা মত্তুমদা, চাওরাক্লা নুমিৎ ৭৫ নিমুক্কী মতুংদা খুৎনা মফম হোং-হোংদুনা মবুক্কী (মরুওইনা মখোমগী মথক ওইনা) উনশা মথক্তা নমদুনা য়েংবদা মচানা লেংবগী খুদম অদু খুত্তা ফাওরকপা থেংনৈ। চাওরাক্লা নুমিৎ ৮০ দগী ১১৩ নি শুবদদি মচাশিংনা লেংবগী খুদম অদু মিৎনা উবা ফংই। অদুবু মসি য়াম্না নোয়বা, উনশা য়াম্না থাবা ওক মপীশিংদদি উদবা য়াওই।

## ওক মচা পোকপা

মহৌশা ওক্লা নাওপুবগী মতমসি নুমিৎ ১১১ নিদগী ১১৭ নি ফাওবনি। নুমিৎ ৯০ নি শুরকপদগী মখোমশিং অদু খর খর চোম্থবা নোংমা নোংমগী হেল্লকপদুনা, মশক নাইনা উবা হৌরকই। নুমিৎ ৯৫ দগী ১০০ নিমুক শুরকপদদি মখোমগী পরেং অদু অনিথোক্লা ফজনা ময়ায়দা কুথবা উরকই লোয়ননা নুমিৎ ১০৭ নিমুক শুরকপদদি খুদুঙগী মখোঙ কারক্তা চাউনা য়াম্থরকই। মতম অসিদা খোমজিনশিংদু নোংম নোংমগী চাউখৎলকপদুনা তিংখৎপা হেল্লকই লোয়ননা মচিন চাউথোকপা হৌরকই। অসুম্না, নোংম নোংমগী মখোম অমসুং খোমজিনশিংদু শৎ তিংলকপগা লোয়ননা খোয়হিদৌনা থোক্লম্বা মচুম অদু শঙ্গোম মচুদৌনা ঙৌরকই অমসুং লাংথোরকই। পোক্কদবা নুমিৎ অদুদদি খোমজিন অদু চিংবদা ঙৌবোক ঙৌনা মহি লাংনা ফিৎ-ফিৎ কাপথোরকই।

মতমসিদদি মচিঙ্গাক থওইরক্তে, অমদি মচা পোকফম কাগী মচি-মরুমদা, মকোন শেম-শানবা চরু-চনায়নচিংবা থিবগা লোয়ননা লৈমায়দা মখোঙনা খোৎপা অমসুং মচীন্না চরু-চনায় চিক্নুনা খোমজিনবা হৌরকই। মফম অদু ফংবগা, কুম্থখি অমসুং অমুক কুন, অমুক হৌগৎ তৌনা তৌনা মমৈদা কুম্থরগা শংবা হৌরকই।

পোক্কদবা পুং ১ রোমগী মমাংদা চাবোকথোঙদগী নাওথি য়াওবা মচু নাইবা অনপ্পা মচুম থোরকই। অসুম্না পুং ২ দগী ৫ ফাওবগী মনুংদা মিনিট ২ দগী ১৬ লন্ন-লন্ননা মচা মথং মথং পোকলকই। অকোনবা মচা পোকপগী মতুং পুং ৪ ফাওবগী মনুংদা নাওফম অদু অনি-অহুম থোক্লা নত্রগা পুল্লপ ওইনা মিনিট ১০-১৫ চংনা নাম্থরকই।

অহানবা মচা পোক্কদবা পুং ১৩/১৪ ৱাৎলিঙৈদগী মপী অদুগী মশাগী মৈশা ৩৮.৩ C দগী মথং মথং হেনগৎলক্লুনা ৩৮.৯ C দগী ৩৯.৫ C ফাওবা য়ৌরকই। মশা ফরিবী মপী অমদদি হেনগৎলক্লিবা মৈশা অদু পুং ২৪ ফাওবগী মনুংদা ৩৮.৩ ০.৩ দা হম্থরকই। অদুবু মস্তাইতিস (মখোমগী লায়না), মেত্রাইতিস (মচাখাওগী লায়না) নত্রগা এগেলেকসিআ (মখোম থোক্তবগী লায়না) লৈরগদি মৈশা অদু অসুম অসুম হেনগৎলকই।

**********

# ব্রীদিংগী মতেংনা অফবা ওক পুথোকপা

অফবা অমসুং অপাম্বা মখলগী লাবা-অমোম অনি তিন্নহল্লগা হেন্না ফবা অমদি অপাম্বা মখলগী মচা-মশু পুথোকপবু ব্রীদিং হায়না খঙনৈ। শেন্দোং লৈনা, মায় পাক্লা ওক য়োকনবা হোৎনবদা ব্রদিংগী প্রোগ্রাম পায়খৎতবা য়াদে। চাগোক অমদা মচাগী মশিং য়ামহন্নবা অমদি অপোকপা মচাশিং চাউবা অমসুং লুম্বা হেনগৎনবা, মপীগা খাইনবদা লায়না-তিন্না চেন্দবা, মশা-মঊ ফরবা, চাউরৈ কল্লবা ওক মশিং য়াম্না ফংনবা লোয়ননা অথুবা মতমদা চংখিবা পৈশা শেন্দোং লৈনা হনজিনবা য়াননবা ব্রীদিংগী থৌরাং অসি তঙায় ফদনা চংই। মরুওইনা, ব্রীদিংগী পাম্বৈনা মপী-মপাদা য়াওবা হোমোজাইগস বিশেসসিভ জীন্না থোকহনবা পামদবা মগুনশিং মাঙহন্দুনা হেটোরোসিস নত্রগা হায়ব্রীদ ভিগর হায়না খঙনবা মপী-মপাগী মগুন্দগী হেন্না ফবা তোপ-তোপ্পা মগুন অদু মচাশিংদা য়াওহন্দুনা য়াম্না হেন্না কান্নবা ফংহল্লি।

ব্রীদিংগী প্রোগ্রাম মায় পাক্লা পাঙথোকপা ঙম্নবা পায়খৎকদবা মরু ওইবা থৌরাংশিংদি :- ১) অফবা ওক খনবা, ২) ব্রীদিংগী অপাম্বা নিয়ম খনবা অমসুং ৩) পায়খৎকদবা ব্রীদিংগী থৌরাং অসিনি।

## অফবা ওক খনবা

মতম শাংনা চংহন্দনা, থা ৭/৮ খক্তং য়োকপদা শেন্দোং লৈনা ওকশাগীদমক য়োম্থোকপা য়াননবা তঙায় ফদনা অফবা মখলগী ওক খনবা তাই। মসিগীদমক মরুওইনা য়েংশিনগদবা মচাকশিংদি :- ১) ওকশাগী মগুন, ২) শাওং-শাবার্ন অমসুং ৩) হীংলিঙৈগী মগুন অসিনি। হায়রিবা মগুনশিং অসি পারী-পুরীদগী মচা-মশুদা পীথরকপা (ত্রান্সমিৎ তৌরকপা) মচৎ-মতৌ অদুদা য়ুমফম ওইনগা খনবা তাই। মসিগীদমক হৌপ্রবা পারী-পুরীগী মরোল য়ামদ্রবদা ৭/৮ ফাওবা বিগৎকদবনি।

**১) ওকশাগী মগুন :**- মফম, মতম অমদি মী মীগী অপাম্বা খেন্নবগী মতুং ইন্না থাওগী শরুক্লা হেনবা বেকোন টাইপকী ওকশিং খুদম ওইনা য়োর্কশায়ার, লেন্দ্রেশ, টেমবোর্থ, লার্জ ব্লেক অমসুং পোলেগুচিনানচিংবা ওকশিংবু মীওই খল্লা পায়ে। অমরোমদা, শা য়াম্না চাবদগী কোলেষ্টেরোলগা মরি লৈননা মীওইবগী থম্মোয়গী লায়নাগী বাফম লাকপদগী থাওগী শরুক য়ামদবা শাদোং (মসল) না হেনবা মীট টাইপকী ওকশিং, খুদম ওইনা বার্কশায়ার, হেম্পশায়ার অমসুং দ্যুরোকনচিংবা ওকশিংবু মীওই

অয়াম্বনা পাম্নরকপনা মবম ওইদুনা য়োক্লগা ওক খনবা মতমদা মীট টাইপকী ওক খনবা তাই। বেকোন টাইপকী শাগী অফবা মগুর্নদি য়াম্না চাউ-শাংবা অমসুং উনশাগী মখাদা লৈবা থাওগী শরুক অদু যাম্না থাবা অসিনি। মীট টাইপকী অফবা মগুন্দি - শা অদুগী মযুঙ (মনাম) য়াম্না শাংবগী দবকাব ওইদে। য়েংবদা য়াম্না তেন্না উজববসু থিক-থাগা লোয়ননা মফৈ অমসুং নিঙখোঙ পাক-চাউনা ফুনবা, মতুম তারপ তৌবা ওক ওইবা তাই। যাম্না ফজনা নোয়বা শা ওইরবসু উনশাগী মখাদা লৈবা থাওগী শরুক অদু পাতক লৈবা ওইগদবনি। অহিংবা ওক্তা হায়রিবা থা ও অসি বেক ফেৎ প্রোব মেথোদনা লীনমিটর অমসুং অলত্রাসোনিক টৈক্নিক নচিংবা শিজিন্নদুনা শাদুগী থাওগী চাং ওনবা য়াই।

২) শাওং-শাবান :- ওক্কী ব্রীদ খুদিংমক মাগী মাগী তোপ-তোপ্পা শাওং-শাবান লৈবনিনা, অহান মপাম্বা ব্রীদ অদুগী শাওং-শাবান খঙদোকপা দরকার ওই। মসি খঙদোক্লবা মতুংদা ওক্কুগী মপাম্তোংগী শাবান, তুবান, মশক মতৌ, মচু অমসুং ওকশা হেন্না থোক্নদবা শাবান য়েংগদবনি।

মপাম্তোংগী শাবান্দা - খুমাং অনিগী কারক হায়বদি থিক থা লোয়ননা খ্বাঙ অমসুং নিঙখোঙ চাং মান্ননা পাক চাউনা ফনবা হায়বদি য়েংবদা মনীঙ মমাঙ বেলেন্স মান্ননা উবা খনগদবনি। নাকন্দগী য়েংবদা নমগনগী পরিংদা খুমাঙগী চগোৎ মপাগা খুদুঙগী নিঙখোঙ মপাগা ৱাংবা মান্নবা, অদুগা মবুক্কী পরিংদনা গর্ভা লৈত্রিবা হাতম নত্রগা মপাশাদা মবুক কংথোক্তবা, তিংলপ উবা ওক খনগদবনি। মমাঙদগী য়েংবদা মমায পাকপা, মনা অনি অমসুং মমিৎ অনিগী কারক্তু যাম্না পাকপা, ব্রীদতুগী মতুংইন্না চিন্দা অমসুং নাতোন ফজবা, অদুগা চগোৎ লেংজুমগী ফন্দোবকপদুগা মনিঙগী মফৈ অমসুং কোংলৌ ফন্দোকপদুগা লাইন অমত্তদা লৈবা ওক খনগদবনি। মথকলোমদগী য়েংথবদা মঙক্কী শরুক য়াম্না থাবা, লেংজুম অমসুং য়াংলেন শকগী হুমদাং চাং মান্ননা ফনদোকপা ওক ওইগদবনি। মখোঙদি খরা হেন্না পৌ-চাউবা, তিংবা অমদি খুদা ফজবা ওইগদবনি। নহা ওইরিবা ওকশিংদদি মশা(বোডি) গা য়েংনবদা মখোঙনা খরা ৱাংখৎলপ তৌবা খনগদবনি।



মনিপুরদা হৌজিক হৌজিক য়োক্লরিবা ওকশিংসিদি ক্রোস ব্রীদ ঙাক্তা ওইবনিনা অশেংবা ব্রীদগী মপাম্মোংগী শাওং-শাবান লয়া শেংনা ফংদবসু য়াই। অদুবু মথক্তা পীরিবা শাওং-শাবানশিংসিগী মথক্তা মচিন অমদি মনাতোন তেনবা, মনা পাকপা অমদি লেকথরপ তৌবা, মচু মুবা, মতু য়াম্না কৃপ্না অমদি লন্না পানবা লোয়ননা চাউ-শাংলবসু মতুম তানা নোয়গনবা ওক খনগদবনি।

৩) হিংলিঙৈগী মগুন :- ওক অদুগী পোকপদা ওইবা অরুম্বগী চাং, পোল্লকপদগী হৌনা লায়না-তিন্না ঙাকথোকপা ঙম্বগী চাং, মশাগী চহিগা মরী লৈননা চাউরে কনবগী চাং, অমসুং চাখিবা মচিঞ্জাক্কা মরি লৈননা মশা ইনখৎলকপগী চাং অদু কুপ্না য়েংশিনবা য়াম্না দরকার ওই।

পোকপগা কিলো ১দগী ২ ফাওবা লুম্বা, নুমিৎ ৫৬ নি শুবদা কিলো ১২ গী মথক্তা লুম্বা, অদুগা অফবা মচিঞ্জাক কিলো ৪/৫ পীজবদা মশাগী অরুম্বা কিলো অমাগী মথক্তা হেনগৎপা ঙম্বা ওক খনবা তাই। পীক্লিঙৈদগী হৌনা থিবেৎ ফায়বগী লায়নানা শোকলক্তবা লোয়ননা অতৈ লায়না তিন্নানা এতেক তৌবা ঙমগন্দবা অমদি থা ৭/৮ শুবদা কিলো ৭০/৮০ গী মথক্তা লুমদুনা মশা-মউ ফনা মতুম তানা উবা অদুগুম্বা ওকশিংদুগী মখল অদু খনগদবনি।

করিগুম্বদা ওকশাগী মগুন, শাওং-শাবান অমদি মচৎ-মতৌ অয়াম্বদা থোইদোক-হেন্দোক্লা ফনা উরবা মপী-মপানা পোকপা মচাশিংগী মরক্তা এব্রেসিআ এনাই (শৌজ হুৎলক্তবা), হায়ড্রোসেফালস (মকোক চাউথোকপা নত্রগা লোঙবা), পোষ্টরিঅর পেরালাইসিস (মনিঙ অমসুং খুদঙ শিথবা), নত্রগা মখোঙ শোয়নাইবনচিংবা পোকপদা লোয়নরকপা অশোয়বা কয়া য়াওরকপা থেংনৈ। অশোয়বশিংসি মপী অমসুং মপা অনিদুদা য়াওবা বিশেসিভ জীনশিংনা থোকহনবনি। অশোয়বা অসি লোয়নরকপা ওক মচাশিংদু পোকপগা নত্রগা নুমিৎ খরনিগী মনুংদা শিগল্লি। অসিদসু নত্তনা পোকপদা লোয়নরকপা স্ক্রোটেল অমসুং এবদোমিনেল হের্নিআ অমদি খোমজিন পুৎথবা নত্রগা মবুক মনম ওম্থোক্লগা পানবনচিংবা অশোয়বা কয়াসু লৈরি। মখোয় অসিনা পোক্লবা মতুংদা থুনা শিবগী সমশ্য লৈব্রবসু মচা পুথোক্লবা, মপাশা অমদি মপী ওইনা থম্বা তারবদি খুদোংথিগল্লি। মরম অদুনা জীনগী অশোয়বা লৈবা মচাশিংগী মরক্তগী মচা পুথোক্ল বগীদমক য়োক্লবা ওক খল্লোইদবনি। মপী, মপা অদুসু অফবা মখল ওইনা লৌরোইদবনি।

## মচা পুথোক্লবা ওক অমোম খনবা

মথক্তা নৈনখিবা ওকশাগী মগুন, শাওং-শাবান, হিংলিঙৈগী মগুনশিং লোয়ননা পারী-পুরীগী জীনগী অশোয়বা অদু ইহান হান্না নীংশিংবা দরকার ওই।

ওক অদু পোকপা মতমদা যাম্না চাউনা, লুম্না অমদি মশা যাম্না খিংনা অমদি মপীগা খাইনবা মতমদসু মশা মউ ফনা কিলো ১২ মুক্কী মথক্তা লুম্বা অদুগুম্বা মচাশিংগী মরক্তগী খনগদবনি। পোকপদা যাম্না চাউ-শাংলবা অমদি লুম্নবদি চাউবৈ কনগনি হায়বদু তাকই, অদুগা মপীগা খাইনবা মতমদা যাম্না নোয়-পেন্না চাউববদি মশা শেংবা, চাউরে কনবা অমদি মপীগী খোমথোক ফবগীত নত্তনা হাতম মশামক্কী খোমথোক ফবা য়াবগী প্রমান্দু পী। অদুবু পোকপদা চাউ-শাংবা অমদি যেংবদা নোয় পেনবা ওক মচা ওইরবসু, মপীদুনা চাগোক্তুদা পোকপা মচাগী মশিং অদু য়েংদবা যাদে। তঙায় ফদনা চাগোক্তুদা মচা ১০ দগী ১২ ফাওবা পোকপা মচাশিংগী মরক্তগী খনগদবনি। মসিগী মথক্তা পোকপা চাগোক্তগী কৈদৌঙৈদ খল্লোয়দবনি, মবমদি য়াম্মন্না পোকপদগী মচাশিংদু পীশক পীকই অমদি মদু য়োকপদ শান্নবা বাৎলি।

মপুং মবৈ ফাবক্লবী হাতম অদুগী থিক-থা ১ দি লেংজুম মতিক চানা, শিং নান্না ফল্লবসু মখ্বাঙ অমদি নিঙখোঙগী শকক্তুনা পাক-চাউবা অমদি ফুনবা হেনবা ওইনা উগদবনি। ওক্তুগী ময়ঙ (মনাম) য়াযমবপ শাংবগা লোযনননা মনম পোন্তক তৌগদবনি। মখোঙসু যাযমবপ ব্রাংবগা লোযননা খোঙদা-খুদা ফজবা অমদি খুজেঙদু তিংনা লেপকদবনি। খুমাঙ্ড, খুদুঙ্ অনিমক চাং মান্ননা লিংবা অমসুং খোঙশা (খুজিন)



বার্কশায়ার ক্লোস অমোম

খুদিং চাং মান্ননা চাউবা খনগদবনি। খুদুঙগী মনুং থংবা খুজিন অনিদু পীকশিনবা ওক্ কৈদৌঙৈদসু মচা পুথোক্লবা থমলোয়দবনি। উনশাদু শিং নানবগী মথক্তা অকুপ্পা অমদি অবনবা মতুশিংদু ইবং লংবা উগদবনি। খোম্মি অদু মবুক্তগী তোংতক শাংনা, চাং মান্ননা ইম্বোকপা উগনি। খোম্মিদগী ইম্বোবকইবা খোমজিন্দি য়ামদ্রবদা ১২ দগী ১৬ ফাওবা ওইগদবনি। মদু তিক-তিক লাওনা চাং মান্ননা চাউবগা লোয়ননা অমগা অমগগী অরাপ্পা চাং মান্ননা লাপ্তুক লাপ্তুক লৈগদবনি। অসিগুম্বা মগুন ময়ামসি লযা শেংনা ফংবা ঙম্ম নবা, থা ৬ তগী ৮ ফাওবগী হাতমশিংগী মবক্তগী খনবনা খুদোংচাবা হেল্লি।

মথক্তা নৈনখ্রিবা মগুন ময়ামসিদা ফবে হায়না খল্লবা ওক হাতম অদুগী মপী-মবেনশিং অদু পোকপদগী থা ৭/৮ শুবকপদা কিলো ৭০/৮০ গী মথক্তা লুম্বগা লোয়ননা হীট মপুং ফানা লাকপদা মপাশা থাজিনবা নত্রগা এ, আই, পীবদগী নিয়ম চুম্না গর্ভা পুদুনা অহানবা চাগোক্তা মচা ৮ দগী ১০ ফাওবদগী তাদনা পোকপা অদুগা

হাপ্তা ৮ ফাওবদা মশা-মউ ফরবা কিলো ১২ গী মথক্তা লুম্বা মচা ৮/৯ হিংহনবা ঙম্বী লোয়ননা মচাগা খাইনরবা মতুং নুমিৎ ১০ নিগী মনুংদা হীট লাক্কুনা গর্ভা অমুক পুবা ঙম্বী ওক ওইগদবনি। হায়রিবা মগুনশিং অসিগী মথক্তা লায়না তিন্না চেনগন্দবা সেবা তৌবদা খুৎলোয়বা, মচা পোকপা মতমদা মচাগী হাকন লৈজরবসু শাওগন্দবী, মবুক তপকনবী অমদি চাজেন হৈবী ওক্কী মখলসু য়েংদবা য়াদে।

অসুম্না পারী-পুরীগী মরোল ৭/৮ গী মথক্তা থিগত্তুনা অফবা ওইনা খল্লবা ওকশিং অদুদা মপী-মপাশিংগী অফবা মগুনশিংদু কয়া য়াম্না পীবা ঙম্বগে হায়বদু অমুক য়েংবা দরকার ওই। অফবা মপী-মপাগী মগুনশিংদু মচাশিংনা ১০০% লৌবা ঙম্বা ওকশিংদুদি য়োকপদা শোয়দনা মায় পাক্কনি।

## মপাশা খনবা

ওক লোয়বগী শিনফমসি তুং কোইনা, মায় পাক্লা অমদি মশক থোক্লা চাওখৎপা ঙম্নবা হোৎনবদা অফবা মপাশানা খ্বাইদগী মরুওইবা দায়ত্ব লৌই। মরমদি ওক খুদিংমক্ত া মপী-মপাগী ঈ (জীন্স) তংখায় তংখায় ফংই। অদুগা মপাশা অমনা অমোম কয়ামরুমদা সার্ভিস পীবদগী ওক কয়া পুথোকই। হায়বিবা ওকশিংদুগী মপাদি অমত্তা ওইনানিনা মখোয় খুদিংমক্কী ঈ (জীন্স) তংখায় অদু চপ মান্নে। অদুবু, মহৌশানা, অফবা ওক অমগী চংদবা য়াদ্রবা, মরুওইবা মগুন, মচৎ-মতৌশিং,



বার্কশায়ার ক্রোস মপাশা

শম্লা হায়রবদা চাগোক অমদা মচা য়াম্না পোকপা, ওকশাগী অফবা মগুন, মচিঞ্জাক যাম্ন া চাদ্রবসু চাউরে কনবা (নোয়দুনা ঙাক লৈগনবা) অসি মপাদগী অয়াম্বা লৌই। অদুগীসু মথক্তা, পোকপদা শৌজা হুৎলক্তবা, হের্নিআ লৈবনচিংবা জীনগী অশোয়বসিসু মপাশানা শন্দোকই। অদুনা করিগুম্বা মপাশাদুনা ফত্তবা মখলগী ওক ওইরক্লবদি মানা কোল্লিবা ফার্ম নত্রগা লমদম অদুদা ফনা য়াম্না ফবা ওকপীশিং ওইজরবসু চাগোক খুদিংগী, জেনেরেসন খুদিংগী ফত্তবা মখলগী ওকশিংনা অসুম অসুম য়ামখৎলক্তুনা নোংমদি মপাশা খনবদা মরুওইবা বৈগ্যানিক্কী লৌশিংগা লোয়ননা চেকশিন্না থিবা অমা চংলক্কনি।

অফবা মখলগী মপাশা খন্নবা হোৎনবদা মথক্তা নৈনখিবা অফবা ওক অমা খনবগী তঙায় ফদবা মগুনশিং অদু য়েংশিনবগী মথক্তা খ্বাইদগী হান্না নিংশিংগদবদি, মপাশা ওইগদবা ওক খুদিংমক চাগোক অমদা মচা ১২ গী মথক্তা পোকপা অদুগুম্বা

পারী-পুরীগী ধাবা-নারাদগী খনগদবনি। অদুবু ওক অদু পোকপা মতমদা য়ামদ্রবদা কিলো ১ গী মথক্তা লুম্বা অমসুং হাপ্তা ৮ শুবকপা, মপীগা খাইনবা মতমদা কিলো ১৫ মুক লুম্বা, অমদি থা ৭/৮ দা কিলো ৭০/৮০ দগী তাদবা ওক ওইগদবনি। ওক অদুদা মাগী জাৎ (ব্রীদ) কী মতুংইন্না শাওং শাবান ফজবা, মশকুলিন ওইবা, অশেংবা লাবগী শওুম ওইগদবনি। মশাগা য়েংনবদা মকোক অদু য়াংনা উগনি। মওক অদুদি কন-কন লাওববা শাদোংনা ফুন্না লৈবা থেংনগনি। মথা (থিক-থা) অদু পাক চাউনা, লুম্না ফং দাক্তুনা লৈবগা লোয়নননা লেংজুম অনিদুস্ নান্না ইম্বোবপ লৈবা উগনি। ময়ুঙদি য়েংবদা শাংনা উগনি। নমংনগী শক হুমদাংশিং ফন্দোবপ লৈবা উগনি। নীঙখোঙদু ফজনা মতুম তানা, লুম্না উববসু খম অমদি মথাগী শকক্তা লিংনা উগনি। মমৌদ চখৎলপ পানগনি, অদুগা মৈখোঙ পানফম ...গাদু কুৎশিল্লপ লৈগনি অমদি অকোইবদদা থাও (ফেৎ) তুংশিনবগী তোংলৎপা লৈ... ...দবা... ...মবিমক পৌনা - লিংনা য়াংতক লৈগনি। খোঙদা-খুদা ফজবগা লোয়নননা খুদুঙগী ... য়দী লোপথদনা তিংনা লেপকদবনি। মপাশাগী হকচাংগী কযাৎ (সেক্স অর্গান) শিং মওং চুম্না ম..., ...নি। স্ক্রোটমগী শকক অনীদু য়েংবদা চাউবা মান্নমা যান্নবপ নপ্পা উগনি। ...টেস্টিকল অনিদুসু চাউবা মান্নমা স্ক্রোটম মনুংদা লৈবা থেংনগনি।

হায়বিবা মগুনশিংসি খনগদৌববা মপাশ। অদুদা মতীক চানা ফংলবসু পাবী-পুবী মবোল ৭/৮ গী মথক্তা থিগৎতুনা মগুনশিং অদুগা কবি খেন্নবা লৈখিবগে হায়নদু অমুক য়েংগদবনি। অসিদ নত্তনা সার্ভিস পীগ্রগা মচা ওইবা ঙম্বা-ঙমদবা, লায়না-তিন্না চেনগন-চেনগন্দবা, চাজেন হৈবা হৈতবা, খোমথোক ফবা ফত্তবা, শাওগন শাওগন্দবা, হায়বা ইনগন ইনগন্দবা লোযননা জীনগী অশোযবর্নাচংবা কুপ্পা থিগৎপা দরকার ওই।

## ব্রীদিংগী অপাম্বা নিয়ম খনবা

অফবা মচা-মশু পুথোক্লবগীদমক লাবা, অমোম তিন্নহনবগী নিয়ম কয়ামুক লৈ। নিয়মশিং অদু ইনব্রীদিং অমসুং আউৎব্রীদিং হায়না অনিথোক্লা খাইদোক্লগা নৈনবা য়াই।

### ইনব্রীদিং

চপ মান্নবাব্রীদ মখল অমখক্কী লাবা, অমোম তিন্নববু ইনব্রীদিং কৌই। লাবা, অমোমগী ঈ-মবীদু লাপ্পা-নকপগী মতুংইন্না মসি অনিথোক্লা খায়দোকই। খাইদগী তেন্না নক্লবা ঈ-মবীগী লাবা অমোম হায়বদি চাগোক অমওুদা পোকমিন্নবা লাবা, অমোম তিন্নববু ক্লোজ ইনব্রীদিং হায়না কৌই, অদুগা ব্রীদ অমখক্কী ঈশিংবসু ঈ-মবী য়াম্না নাপ্পবা হায়নদি পাবোন-পুবোন

কয়াদগী ঈ-মবী তোঙান তোঙান ওইরকপা অদুগুম্বা লাবা, অমোম তিন্নবদুবুনা চয়া ইনব্রীদিং হায়না খঙনৈ।

ব্রীদ অমগী অশেংবা শক্তম মাঙদনবা ইনব্রীদিংগী প্রোগ্রাম পায়খৎনৈ। মসিগীদমক ব্রীদ অদুমক্কী ঈ- মরী নকু্বা অমসুং লাপ্পবা য়েংদুনা ইনব্রেদ লাইন কয়া তোঙান তোঙান শেমদুনা থমগনি। অদুগুম্বা তোঙান তোঙানবা ইনব্রেদ লাইনদগী লাবা, অমোম তোঙান তোঙান খল্লগা ক্রোস তৌহন্দুনা পিয়োর ব্রেদ কী ওক পুথোকনি। অসুম্না ইনব্রীদিংগী কান্নবা খবা লৈজরবসু মসিনা মাঙ-তাকহনবনা শরুক য়াম্না হেল্লি। মদুদি মখাগী অসুম্না পনবা য়াই।

১) ইনব্রীদিংনা গর্ভানুংগী মচা শিহনবা, অশোনবা মচা পোকহনবা, মচা য়ামদনা পোকহনবা অমদি মপীনা চেল্লিঙৈদা শিবগী চাং হেনগৎহনবদা মতেং পাংই। মসি ইনব্রীদিং ডিগ্রি হায়বদি ঈ- মরী নকশিন্নবগী চাং অদুগী মখা পোল্লি।

২) ইনব্রীদিং ডিগ্রিনা ১০% হেনগৎলিবা খুদিংগী থা ৫ শুববা ওকশিংদা মশাগী অকুম্বা কিলো ১.৫৬ হন্থে। অসুম্না ফার্ম অমদা ইনব্রীদিংখক্তা চৎথরক্লবদি ফার্ম অদুগী ওকশিং চহি খুদিংগী অসুম অসুম পীকশিল্লকই।

৩) ইনব্রেদ ওইববা ওকপীশিংগী খোমথোক, চাজেন তৈবা অমদি মপী ওইবগী লিচৎ-শাজৎ হন্থবকই।

৪) ইনব্রীদিংনা হাতম অমসুং মপাশা অনিমক্তা মচা লৌবা য়াবগী মতম থেংথহল্লি। ইনব্রেদ ওইরবা মপাশাদি সেক্সুএল লিবিদো (সার্ভিস পীবগী শক্তি) যাম্না হন্থে।

৫) ইনব্রেদ ওইববা হাতমগী হীট লাকপদা থোবকপা মচা ওইনবা জার্ম (ওভা) গী মশিং হন্থে, অদুনা মচা য়াম্না পোক্তে।

৬) পোকপদা লোয়নরকপা হের্নিআ, শৌজা হুল্লক্তবা, মকোক, মখোঙ অমদি মমিৎ-মনা শোযবকপনচিংবসি ইনব্রেদ ওইববা মপী-মপাশংগী মচাশিংদা খবা হেন্না থোক্কল্লি।

## আউৎব্রীদিং

মবী লৈনদবা তাঙান তোঙানবা ব্রীদশিংগী লাবা অমোম নত্রগা ব্রীদ অমগী লাবা/ অমোমগা ইন্দিজিনস নত্রগা ক্রোসব্রেদ অমগী লাবা/ অমোমগা তিনহল্লগা মচা পুথোকপপু আউৎব্রীদিং হায়না খঙনৈ। মসিনা মচাশিংগী জীর্নোতিত্তুগা হেটেবোজায়গোসিতি হেনগৎহনবদগী চাউবৈ কনবা, য়াম্না ওন্না মপুং ফাদুনা মচা লৌবা য়াবা, চাগোক ফবা, চাজেন ফবা, খোমথোক ফবা অমদি মশা-মউ ফবা ওক য়াম্না

পুথোকপা ঙমহল্লি। অসিগীসু মথক্তা হায়ব্রীদ ভিগর হায়বদু ফংহন্দুনা মপী-মপাশিংদগী ৫% দগী ১৫% হেন্না মরম খুদিংদা ফবা হেলহল্লি।

অসুম্না অফবা মখলগী ওক পুথোক্লবগীদমক আউৎব্রীদিং অসি মখাগী অসুম্না পাঙথোকপা য়াই।

## অপগ্রেদিং

মশক নাইদবা অপীকপা, চাউরৈ তপ্পা, চাথোক য়াম্না য়াৎপা, মণিপুরদা চীংওক হায়না খঙনবা ইন্দিজিনস ওক অমোমশিংদা মপান লমগী ইক্সোতিক ব্রীদশিং হায়বদি য়োর্কশায়ার, লেন্দ্রেস, বার্কশায়ারনচিংবা মখলগী মপাশাগা তিন্নহল্লগা চীংওক্তগী হেন্না ফবা মখলগী ওক পুথোকপা য়াই। মদুদা অশেংবা ব্রীদশিংনা ক্রোস অমুক তৌহল্লগা খরগা হেন্না ফবা মখলগী ওক পুথোকপা য়াই। অসুম্না চারোন-শুরোন খরগী মতুংদা অফবা মখলগী ওকশিংনা ইন্দিজিনস ওকশিংগী মহুৎ শিল্লক্কনি। মতৌ অসুম্না পুথোকপা ওকশিংনা অশেংবা ব্রীদশিংগী ক্রোসব্রেদ ওক মুক চাউ-শাংবা অমদি চাথোক মরাং কায়না পুথোকপা ঙমদ্রবসু লমদমসিগী হবা-নুংশিৎ, মচিঞ্জাক অমদি য়োক-থাকপগী সেবানচিংবদা চুশিন্নবা হেনবদগী তুংকোইনা যোকপদা কান্নবা হেল্লকই।

## ক্রোসব্রীদিং

অশেংবা ব্রীদ অমগা অতোপ্পা অশেংবা ব্রীদ অমগা তিন্নহন্দুনা হেন্না ফবা মখলগী মচা পুথোকপগী নিয়ম অদুবু ক্রোসব্রীদিং হায়না কৌই। মসি পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা, মরুওইনা চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা ওক্কী অপাম্বা মখলগী পোৎথোক-চাথোক হেন্না ফংবা ঙম্নবা হোৎনবদা শিজিন্নৈ।

ক্রোসব্রীদিংগী নিয়ম কয়ামুক লৈ। অদুবু, মফম মতমগী মতুংইন্না হেন্না শেংদাং লৈবা, অফবা মখলগী ওক পুথোক্লবা সিঙ্গল ক্রোসিং, ক্রিস ক্রোসিং অমদি ত্রিপল নত্রগা রোতেসনেল ক্রোসিং অমসুং টর্মিনেল ক্রোসিং হায়না খঙনবা নিয়মশিং পায়খৎপা য়াই।

### ১) সিঙ্গল ক্রোসিং

ব্রীদ অমগী মপাশা অমগা, অতোপ্পা ব্রীদ অমগী অমোম অমগা তিন্নহন্দুনা পুথোরকপা ক্রোস ব্রেদ মচাশিংদু য়োকখৎলগা লোয়নমক য়োম্থোকখিবা অসিবু সিঙ্গল ক্রোসিং হায়না খঙনৈ। মপী-মপা অদুনা অহল ওইবকলগা হায়বদি চাগোক মরিরক শুখিবগা য়োম্থোকখিগনি, অদুগা অনৌবা মপী-মপা ওইগদবা ওক অমুক নৌনা লৈরগা ক্রোস অসি চৎথগনি। মসিদা অমাঙবা অমা লৈ, মদুদি - অনৌবা ওক ফার্মদুদা তোয়না

পুশিল্লকপনা মরম ওইদুনা লায়নাগী অৱাবা লাকপা য়াওই। অদুনা, সিঙ্গল ক্রোসিং অসি তোয়না পায়খত্তবা ফৈ।

২) ক্রিস ক্রোসিং

নিয়ম অসিদা অশেংবা ব্রীদ অনিগী লাবা-অমোম তিন্নহন্দুনা পুথোকপা ক্রোস ব্রেদ অমোমদা অহানবা ব্রীদকী মপাশাগা তিন্নহনগনি। মদুদগী পোক্লকপা ক্রোস ব্রেদ অমোমদা অনিসুবা ব্রীদকী মপাশাগা তিন্নহল্লগা ক্রোসব্রেদ ওকশিং পুথোক্কনি। হায়রিবা ওকশিং অদুদা অহানবা ব্রীদকী ঈ ৩৪.৩৭% অমদি অনিসুবা ব্রীদকী ঈ ৬৫.৬৩% য়াওবদগী ওক অমা ওইবগী দরকার ওইবা মগুন খুদিং মপী, মপাদগী হেন্না মশক নায়না উৎপা ঙম্লকই।

৩) ত্রিপল নত্রগা রোতেসনেল ক্রোসিং

নিয়ম অসিদা অহানবা ব্রীদকা অনিশুবা ব্রীদকা তিন্নরগা পোকপা অমোমদা অহুমশুবা ব্রীদকী মপাশাগা তিন্নহল্লি। মসিদগী পোক্লকপা অমোমদা অনিশুবা ব্রীদকী মপাশাগা তিন্নহল্লি। মসিদগী পোক্লকপা অমোমদুদা অহুমশুবা ব্রীদকী মপাশাগা তিন্নহন্দুনা ক্রোসব্রেদ মচা পুথোকই। অসুম্না পুথোক্লবা ওকশিংদুদা অহুমশুবা ব্রীদকী ঈ ৫৬.২%, অনিশুবা ব্রীদকী ঈ ২৮.১% অমদি অহানবা ব্রীদকী ঈ ১৫.৬% য়াওই। নিয়ম অসিদগী পোকলকপা মচাশিংগী মচু, মচিন অমসুং মনাশিং খেন্ন-খেন্ননা উবা ফংই। মসি পাঙথোক্লবগীদমক তোঙান-তোঙানবা ব্রীদ ২,৩ অমসুং ৪ গী লাবা-অমোমশিং উরু-উরু লৈদুনা ক্রোস তৌহল্লগা মথংগী মপা-মপী ওইনবা শেমগনি। মসিগীদমক তোঙান তোঙানবা ব্রীদশিংদুগী হিংলিঙৈগী মগুনশিং ব্রেদ খুদিংদা ফবা মান্নবা খনগদবনি। নত্রবদি মখা তাবা জেনেরেসনশিংদা ওকশিংদুগী পার্ফোমেন্স শিংদা অনেম-অৱাং নায়রকই। খুদম ওইনা চাউরৈ য়াম্না কনবা অদুবু অফবা মচাগী মশিং য়াম্না পুথোকপা ঙমদবা ব্রীদশিংগী লাবা-অমোমশিংনা পোকলকপা মচাশিং চাউরৈ য়াম্না কন্দুনা থুনা য়োনথোকখিবা য়াই। অদুবু মচাশিংদুগী মরক্তগী খন্দুনা য়োকহৌবা অমোমশিংনা অফবা মচাগী মশিং য়াম্না পুথোকপা ঙম্বগী মগুন হন্থরকপা য়াই।

৪) টর্মিনেল ক্রোসিং :-

নিয়ম অসিদদি য়াম্না ঙন্না মচাগী মশিং য়াম্না পুথোকপা ঙম্বা ব্রীদ অনিনা পুথোরকপা এফ ৱান গী অমোমশিংদা চাউরৈ য়াম্না কনবা ওকশাগী মগুন য়াম্না লৈবা অহুমশুবা ব্রীদকী মপাশাগা তিন্নহল্লি। নত্রগা অহানবা অমসুং অনীশুবা ব্রীদশিংনা পুথোরকপা এফ ৱান অমোমশিংগা অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা চাউরৈ য়াম্না কনবা, ওকশাগী মগুন য়াম্না লৈবা ব্রীদ অনিনা পুথোরকপা এফ ৱান গী মপাশাগা তিন্নহল্লি। মতৌ অসুম্না পুথোরকপা ওকশিংগী জীন্দা হেটেরোসিস ৱাংনা ফংহনবদগী চাউরৈ য়াম্না কনবা, য়াম্না ঙন্না মচা লৌবা য়াবা, অফবা মচা য়াম্না পোকপা, খোমথোক য়াম্না

লৈবা, চাজেন ফবা অমদি চানবা ওকশাগী মগুন য়াম্না লৈবা ওকশিং পুথোকপা ঙম্মী। হায়রিবা মগুনশিং অসি পুথোরকপা ওক খুদিংদা অনেম-অৱাং লৈতনা চাং মান্নবা উবা ফংই।

৫) রোটা-টর্মিনেল ক্রোসিং :-

রোটেসনেল ব্রীদিংদা অমোমখক্তা য়োক্লগা মপাশাদি খুদক্তা মপান্দগী লৌরু-লৈরুবা য়াই। টর্মিনেল ব্রীদিংগীদি এফ ৱান অমোম অমসুং এফ ৱান মপাশা পুথোক্লবা তোঙান তোঙানবা ব্রীদ মরি য়োকপা তাই। হায়রিবা নিয়ম অনি অসি পুনশিনববু রোটা-টর্মিনেল ক্রোসিং কৌ । নিয়ম অসিদা এফ ৱানগী মপাশা পুথোক্লবা ব্রীদ অনি অদুগা এফ ৱানগী অমোমশিং পুথোক্লবা ব্রীদ অনি নত্রগা অহুম য়োকপা তাই। ওক য়াম্না পুথোক্কদবা অচৌবা ফার্মশিংদা নিয়ম অসিনা অতৈ নিয়মশিংদগী কান্নবা য়াম্না হেল্লি।

## পায়খৎকদবা ব্রীদিংগী থৌরাং

হলসচরেদে ইট আল (১৯৮৭) না পোর্ক ইন্দষ্ট্রি হেন্দবুক ৩৯ দা ফোঙবগী মতুংইন্না, ব্রীদিংগী নিয়ম ৮ পাঙথোক্তুনা চাংদম্নরগা য়েংবদা ওক্কী শাওং-শাবান, ওকশাগী মগুন অমসুং হিংলিঙৈগী মগুন মরুওইনা ঙন্না গর্ভা পুবা ঙম্বগী চাং, পোক্লকপা মচাশিং থুনা য়োনথোকপা য়াবগী চাং, পীজখিবা মচিঞ্জাক্তা মশা-মউ চাউখৎলকপগী চাংগী মরী লৈনবা হেটেরোসিসস ফংবদা খ্বাইদগী হেনবা ব্রীদিংগী নিয়মশিংদি :-

১) ব্রীদ মরিগী টর্মিনেল ক্রোসিং হায়বদি হেম্পশায়ার X দ্যুরোক্কী এফ ৱান মপাশাগা য়োর্কশায়ার X লেন্ড্রেসকী এফ ৱান অমোমশিংগা ক্রোস তৌহনবা।

২) ব্রীদ মঙাগী রোটা-টর্মিনেল ক্রোসিং হায়বদি হেম্পশায়ার X দ্যুরোককী এফ ৱান মপাশাগা চেষ্টর হ্বাইৎ X লেন্ড্রেস X য়োর্কশায়ারগী রোটেসন ক্রোসিংনা পুথোরকপা অমোমশিংগা ক্রোস তৌহনবা।

৩) ব্রীদ মরিগী রোটা-টর্মিনেল ক্রোসিং হায়বদি হেম্পশায়ার X দ্যুরোককী মপাশাগা য়োর্কশায়র X লেন্ড্রেসকী রোটেসন ক্রোসিংনা পুথোরকপা অমোমশিংগা ক্রোস তৌহনবা অসিনি।

অদুবু মণিপুর অমসুং অকোয়বা লমদমশিংদা ওইরিবা ফিভম য়েংলগা অফবা মখলগী ইক্সোতিক ব্রীদ য়োকপদা তঙায় ফদনা ঐখোয় মীওইবগী চাবদা চংলিবা মচাকশিং, মরুওইনা চুগজাক, হৱায়-চেংৱায়নচিংবা মরাং কায়না ফংনবা হোৎনদবা য়াদে। হায়রিবা হৱায়-চেংৱায়শিং অসি, ঙসি ভারত্তা মীওইবা ঐখোয়গীদমক কোন্ননবা ফংবা ঙমদ্রি। মরম অসিদগী ঐখোয়গী হান্না লৈজরম্বা, লমদমসিদা চুনরবা য়ুমলক্তা য়োক্লরিবা অপীকপা

মখলগী চাথোক ব্রাৎপা ওকশিংসিগী মহুত্তা অফবা মখলগী ব্রীদখক্তা শিজিন্নদুনা ওক্কী পোথোক-চাথোক হেনগৎনবা হোৎনবা হায়বসিদা মচিঞ্জাক্কী মতাংদা অপনবা অমা পীরি। অপনবা অসিগী মাইয়োক্তা মসি চাওখৎনবা হোৎনবা তাবনিনা য়োক্কদৌরিবা ওকশিংদু, ঐথোয় মীওইবনা চাবদা শিজিন্নদ্রবা, ইঞ্জাং-নাপী, চেংকুপ-ব্রাইকুপ, থাও-থাওথি অমদি চগুম-চনায়নচিংবা পীজবদা চাথোক লৈনা হিংবা ঙম্বা মখল ওইবা তাই। হায়রিবা মখল অসি ফংননবা হোৎনবদা তঙায় ফদনা লমদমসিগী হান্না লৈজরম্বা, ওকশিংসি হান্না অপগ্রেদ তৌখৎপা তাই। অদুগা মথোয় অসিবু অপগ্রেদ তৌহনগদবা অফবা মখলগী ইক্সোতিক ব্রীদ অদুসু লমদমসিদা চুনবা, লোয়ননা লমদমসিগী ওকশিংদা ব্রাৎলিবা - চাউরৈ কন্দবা, চাগোক ফত্তবনচিংবা কয়া অসি মেনখৎহনবা ঙম্বা ব্রীদকী মখল ওইবা তাই। মসিগী মথক্তা ব্রীদ অদু ষ্ট্রেস অমদি অৱাবা খাঙবা য়াম্না কনবা মখল ওইদবা য়াদে। হায়রিবা মগুন ময়ামসি চেনবা ব্রীদশিংদি - য়োর্কশায়ার, হেম্পশায়ার লার্জ ব্লেক অমসুং বার্কশায়ারনচিংবনি।

য়োর্কশায়ব্ররগা ইন্দিজিনস ওক্তা তিন্নরগা পোক্লকপা ৫০% গী ঈ য়াওরবা ওক মচাশিংদুদগী খরা হেন্না ফবা অমোম খনগৎকনি, লোয়ননা মথংগী মচা পুথোক্লবা শেম শাদুনা য়োক্কনি। অদুগা অতৈ মচাশিংদুনা চাউহল্লগা চানবা ওকশাগী ওইনা য়োম্হোকখিগনি। অসুম্না খনগৎলগা য়োক্লিবা অপগ্রেদ তৌরবা হাতমশিং অদুদা মীট তাইপকী মপাশা - হেম্পশায়র, বার্কশায়ার, স্পোত্তেৎ স্বাইননচিংবনা ক্রোস তৌহল্লগা খরগা হেন্না ফবা মখলগী ক্রোস ব্রীদ পুথোক্কনি। পুথোক্লিবা ক্রোস ব্রীদশিংদুদগী খরা হেন্না ফবা ওক অমোমশিং খনগৎলগা মথংগী ক্রোসব্রীদিংগীদমক য়োক্কনি। অসুম্না খনগৎলবা ক্রোসব্রীদ হাতমশিং অদুদা য়োর্কশায়ার মপাশানা অমুক ক্রোস তৌহল্লগা খরগা অমুক হেন্না ফবা ক্রোসব্রীদ ওকশিং পুথোক্কনি। অসুম্না পুথোক্লবা ওকশিংদা বার্কশায়ার অমদি হেম্পশায়ার অনিগী মপাশাশিংনা ক্রোস তৌহল্লগা পুথোকপা ওকশিং য়োক্কদবনি



**********

# ওক্কোন শাবা

মশা মউ ফনা, চাউবৈ য়াম্না কন্না অমসুং অফবা মচা মরাংকায়না পুথোক্লবা লোয়ননা ওক্কী চাথোক নিংথিনা পুথোক্কুনা শেন্দোং য়াম্না লৈনা ওক য়োক্লবা হোৎনবদা মকোন নিংথিনা শাবসি যাম্না দবকার ওই। মহৌশানা ওক হায়বিবা জীবসি য়াম্না হেঞ্জিন্না ইংবা নত্রগা শাবা মফমদা হৈনবা ঙাংলি। পীক্লিবা ওক মচাশিংদা মৈশাগী চাং পুনবা পান্থে য়াওদবনা মবম ৫৫দনা অইং-অশা অমদি নোং নুংশিৎ হেঞ্জিন্না হোৎলকপা মতমদা য়াম্না শিগল্লি। মক ওক... য়াম্না ইংবা অমদি চোৎপা মতমদা মশাগী ইনর্জি অদুনা হিংবা ঙম্নবা মৈশা ওন্থোকহনবদা অযাম্বা শিজন্নখি। অসুম্না ৩৮.৯° C ওইবা ওকশিংসিনা শাংনা ইংলকপা মতমদা মশাগী ইনর্জি পুন্না মৈশা ওন্থোকহন্নবা তোৎনবিঙেদা চাউজন থীল্লকই, লাযনা চেল্লকই, মমৈদা খাঙবা ঙমদদুনা শি। অমবোমদা, ওক হাযবসিগী মশাদা হুমাং থোক্লবা কয়াৎ লৈতে। অদুনা যাম্না শাবকপা মতমদা মশাগী অহেনবা মৈশা. হুমাং ওইনা থোকখিনবা মফম লৈতবদগী যাম্না ঙানা খাঙই। অমবোমদা, ইক্সোতিক ১সুং ক্রেসবীদাশিংদি, মপানগী মৈশানা ৩০ C - ৩৫ C দগী হেক হেনখিবদা চানা চানা চাউজন থীল্লকই অমসুং মচা পোকপদা বেবা লাবই। হাযবিবা অশোয়বা মযামসি মকোন নিংথিনা শেন শাবীববদি, হেঞ্জিন্না ইংবা নত্রগা শাবদগী ঙাকথোক্কুনা ওকশিংবু মশা মউ ফংহল্লি।

ওব অমনা নুংশাইনা হিংনবা দবকাব ওইবা মৈশাগী চাংদি মখাদা পীরি :

| | | |
|---|---|---|
| চযোল ০ - ১০ থানগী ওক | -২৫ C | ৩০° C |
| চযোল ১ - ৫ থাওবগী ওক | ২২ C | ২৭° C |
| চযোল ৫ - ৮ থাওবগী ওক | ১৯ C | ২৪ C |
| কিলো ৫০ গী মখাগী ওক | -১৮° C | ২৪° C |
| কিলো ৫০ গী মথক্কী ওক | -১৫° C | ২৪° C |

হায়বিবা মৈশাগী চাংশিংসি ফংহন্নবা, ওক্কী মকোন শাবা মতমদা য়োঙ্কদৌবিবা ওকশিংদা অশেংবা নুংশিৎ মবাং কায়না ফংহন্নবা, নুংশাগী মৈশাগা লোয়নরবা মঙাল ফংহন্নবা, নোং নুংশিৎ অমদি অইংবা লিক্লা, উনদগী ঙাকথোক্লবা লোয়ননা মশা হেন্না ফগৎনবা, চখোক-চৎশিন তৌদুনা শাজেন তৌবগী খুদোংচাবা ফংনবা, অহাঙবা জগা ফংহন্নবা হোৎনবা তাই।

## ওক্লোনগী মঙং

ওক য়োকফম অসি মথল অনি থোক্লা শেম্না য়াই :-

১) লমহাংদা থাদোক্লগা য়োকপগী মঙং।

২) শঙ মনুংদা ফাজিন্নগা য়োকপগী মঙং।

লমহাংদা থাদোক্লগা য়োকপগী মঙং অসিদদি পাক চাউরবা নাপী হৌবা লমপাক দরকার ওই। লমপাক অদুগী অকোয়বদা ওক্লা লিংলগা চথোকপা ঙমদনবা শম্লল নিংথিনা খাজিনগনি। নুমিদাংদা থম্নবা শঙ অমা মফম চাবা য়েংলগা শাগনি। অসুম্না ওক য়োকপগী মঙং অসি নোংজুথাদদি খুদোং য়াম্না চাদে লোয়নননা ওক য়োকপগী মঙং অসি মায় পাকপা ঙমদে।




মাংদগী উবা ওক্লোনগী মঙং

শঙ মনুংদা ফাজিন্নগা য়োকপগী মঙং অসি ওকমী অয়াম্বনা পায়খৎনৈ। মসিদা ওক য়োকপগী বৈজ্ঞানিক ওইবা লৌশিং কয়া শিজিন্নদুনা শেম শারবদি য়োক-থাকপা অমদি সেবা তৌবদা চংবা মতম, পাঙ্গল অমসুং খরচ হস্থহল্লি লোয়নননা লায়না-তিন্নাদগীসু লাইনা ঙাকথোকপা ঙমদুনা মশা-মউ ফনা থম্না ঙমই। অদুগীসু মথক্তা অহাংবা লমহাংদা মতম চুপ্পদা কোইচৎ চত্তুনা মশাগী ইনর্জি মাঙহনগদবগী শরুক, মশা চাউখৎহনবা অমদি লুমহনবদা মতেং ওইদুনা পীজরিবা মচিঞ্জাক অদুগী কান্নবা অদু হেন্না ফংহল্লি। অসুম্না ওক্কী চাথোক অমদি পোথোক হেন্না পুথোকহন্দুনা শেন্দোং লৈবা হেলহল্লি।

## ওক্লোনগী মথল

য়েক্কদৌরিবা ওক্কী চাহি, চাউখৎপগী চাং অমদি মশাগী ওইরিবা ফিভমগী মতুংইন্না য়ামদ্রবদা মকোন অহুম থোক্লা শাদবা য়াদে।

১) গ্রোব্বর/ফিনিশরগী মকোন :- মপীগা খাইনরবা ওক মচানা কিলো ১৫/২০ য়ৌবদগী কিলো ৯০ মুক লুম্বা ফাওবগী কা।

২) গর্ভা পুরবী ওক অমোমনা অমমমতা ওইনা লৈফম কা।

৩) মপীনা মচা পোকফম কা।

অদুবু খরা হেন্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা ওক্কী ফার্ম অমা শাবা তারবদি ১) গ্রোব্বর য়োকফম কা ২) গর্ভা পুরবী ওক অমোমগী কা ৩) মচা পোকফম কা ৪) মপী-মচা পুন্না য়োকফম কা ৫) মচাদগী খাইনবা মপীগী কা ৬) মপাশা য়োকফম কা ৭) অনা-অয়েক খাইদোকফম কা ৮) মচিঞ্জাক পৈফম কা ৯) ফার্মগী ওফিস অমসুং ১০) ফার্মগী ওকমীশিংগী লৈফম কাশিংসি শেম শাগদবনি।




ওক্কোনগী লৈনুং অমসুং লৈমায়গী প্লান

A - মচিঞ্জাক থাকপা চৎনবা লম্বী
B - চাজেনবীগী কাদা লৈবা বুদর
C - মচিঞ্জাক হাপনবা বাগোশ
D - ঈশিং হাপনবা বাগোশ
E - চাজেনবীগী কা
F - মচা ননখায়দনবা শেম্বা গার্দরেল
G - রনগা শম্নবা থোঙ
H - ড্রেনেজ (নালা)
I - রন
J - চৎথোক চৎশিন তৌনবা থোঙ
K - মকোনগী অকোয়বদা লৈবা লম্বী

## ওক্কোন শাফম

ওক্কী ফার্ম অমা লিংখৎপা তারবদি ওকশাগী দিমান য়াম্না লৈবা সহরগী মনাক নকপা জগা অমদা য়েংগদবনি। ওক পুথোক-পুশিন তৌবা অমদি মচিঞ্জাক পুশিল্লকপদা খুদোং চানবা, সহর অমসুং বজারগা ফাওনবা লম্বী-শরক্কী ময়া নক্না লৈবা মফম খনগদবনি। মীওইবনা য়ুম শাদুনা লৈরিবা, মী কুংনা তাবা মফমদগী খরা লাপ্না লৈবা, ইলেক্ট্রিক্কী মৈ, থক্ক-চানবা ঈশিং অফবা মরাং কায়না ফংবা মফম খনগদবনি। মতম অয়াম্বদা নুংশা মঙাল ফংবা (উরুম লাংদবা) লোয়ননা ফার্মগী ফত্ত-হাওদি চিংথোকখিবদা খুদোংচানবা অতোংবা জগা খন্দুনা মকোনগী শঙ শাগদবনি।

## ওক্কোনগী লৈমায়

ওক্লা কুনফম চাফম ওইগদৌরিবা লৈমায় অদু য়াম্না ইংলোয়দবা, চোৎ চোৎ লাওরোইদবা অকংবা মফম ওইহনগদবনি। লৈমায় অদু অকনবা, ঈশিং চুপশিনল্লোয়দবা, লাইনা শেংদোকপা য়াবা পোৎচাক্লা শেমগদবনি। উবাক্লা শেন্নবদি য়াম্নসু শাহন্দে, য়াম্নসু ইংহন্দে। অদুবু উবাক্তা পকপা অমোৎপা মথি-ময়ুং অমদি ফত্ত-হৌদি য়াম্না মমুৎ তানা শেংদোকপা ঙমদে। চেক্লা শেন্নবসু, চেক্তি ঈশিং অমসুং অমোৎপা মহি-মচুম চুপশিনবা মরম্না লৈমায় অদু মোৎহল্লি, নিংথম থাদা হেক্তিন্না ইংহল্লি অমসুং ওকশিংনা চিকপা-চাবা শান্নবদগী য়াম্না থুনা কায়হল্লি। মরম অদুনা চেক্লা নত্রগা নুংনা ফাউন্দেসন চেকশিন্না কন্না হৌরগা কাংক্রিৎনা বিলাটিমাতী ফজনা হাপ্লগা শিৎ নানহন্দ্রবসু শেংদোকপা নুংঙাইনবা য়েংলগা, ওক্লা চৎপদা নাম্বুদনবা খরক খরক লাওহল্লগা, ফুট ৬ তা ইঞ্চি ১ গী স্লোপ নালারোমদা ঙমথহল্লগা লৈমায় অসি শেমগদবনি।

ওক অমগী দরকার ওইবা লৈমায়গী পাক-চাউবসি ওক্কুগী চাহি, চাউবগী চাং অমসুং য়োকপদা চংগদবা সেবাগী মতুংইন্না খেন্নরকই। অসুম্না ওক মখলগী মতুংইন্না দরকার ওইবা লৈমায়গী পাক-চাউবদু মখাদা পীরি :-

| | ওক মখল | | লৈমায়গী পাক-চাউবা (স্কার ফুট) |
|---|---|---|---|
| ১) | মচা খাইনরবী মপী অমগী কা | - | ২০ দগী ৪০ |
| ২) | মপী অমগী মচা পোকফম কা | - | ৩৫ দগী ৪০ |
| ৩) | মপী অমসুং মখোম থক্লিবা মচাশিং পুন্না লৈফম কা | - | ৫০ দগী ৮০ |
| ৪) | মপীগা খাইনবদগী কিলো ৫৬ ফাওবা লুম্বা ওক অমগী কা | - | ৪ দগী ১০ |
| ৫) | কিলো ৫৬ তগী কিলো ৯০-১০০ ফাওবা লুম্বা ওক অমগী কা | - | ৮ দগী ১৬ |
| ৬) | মপাশা অমগী কা | - | ৪০ দগী ৫০ |

## ওক্লোনগী য়ুমথক

ওক্লোনগী য়ুমথক কুপকদবা পোৎশক অদু অইং-অশাদগী য়ারিবমখৈ ঙাকথোক্নদবা নোংদি য়ুরোইদবা, পৈশাসু হেক্তিন্না চংলোয়দবা চরু, উনা, রুপরোই নত্রগা টাইলনা ওইহনগদবনি। জি আই শীট (টিন) না কুপ্লবদি অইং-অশাদগী ঙাকথোক্ল বা শিলিং অমুক থাবা দরকার ওই।

## ওক্কোনগী ফক্লাং

ফক্লাং অদু লৈমায়দগী ফুট ৩/৪ ৱাংহনগদবনি। চেক নত্রগা কংক্রিৎনা লৈমায়দগী ফুট ১ রোম ৱাংনা শেন্নগা উনা মথক্তা ফুট ২/৩ ৱাংনা খাগৎপা য়াই। ফক্লাং অদুদি য়ারিবমখৈ নান্না শেমগদবনি।

## থোঙ-থোঙনাও

ওক্কোনগী কা খুদিংদা পানগদবা থোঙশিংদু য়াম্না কনবা উ নত্রগা য়োৎনা শাগদবনি। ফুট ২ মখায়দগী ৩ ফাওবা পাক্লা লৈমায়গা য়াম্না নক্লনা, ওক্কী মনাতোন্না লৈমায়গা তাইনবদা থিঞ্জিনবা চন্দনবা ফিভমদা থাংগৎলগা পানগদবনি। মপালগী নোং নুংশিৎনা ওক্কোন মনুংদা থোঙদগী হুমজিল্লক্তনবা উবাক নত্রগা য়োৎ মপাক্লা অহোবা লৈহন্দনা মেনগদবনি।

য়াম্না ইংবা জগাদা, ওক্কোনগী অকোয়বা ফক্লাং অদু পুরা ফুন্না খাগৎপা য়াওই। অদুগুম্বা ফক্লাং অদুদা নুংথিলগী মতমদা মঙাল অমসুং নুংশাগী মৈশা চংলক্লবা য়েংলগা থোঙনাও ফাংকনি।

## চাফম-থকফম বাগোশ

ওক য়োকপদা চংগদবা পৈশা অয়াম্বা মচিঞ্জাক্কী মমলদা লৈ। অসিগুম্বা মমল য়াম্নবা মচিঞ্জাক অদু হাপ্লবা পাত্র অদু নিয়ম চুম্না শাদ্রবা অমদি মফম চানা থমদ্রবদি, মচিঞ্জাক মাঙহনবদগী পৈশা মাঙবত নত্তনা মথি-ময়ুংনা মচিঞ্জাক অদু মোৎহনবদগী ওকশিংদু মশা-মউ ফনা থম্বা ঙমদবগী ৱাফম লাকই। মরম অদুনা বাগোশ শারমদাই অমদি মকোন মনুংদা পুশিল্লমদাইদা য়াম্না চেকশিনবা দরকার ওই।

বাগোশ শাবা মতমদা, চামথোকপদা খুদোং চানবা লোয়ননা ওকশিংনা থুগায়বা ঙমদনবা মচাক শনগদবনি। য়োৎনা শাবা বাগোশ ফংলবদি য়াম্না ফৈ অদুবু মদু শাবদা চংগদবা পৈশাগী ৱাফম লাকপনিনা কংক্রিৎনা বিলাটিমাতী ফজনা হাপ্লগা চনবনা শ্বাইদগী হেন্না ফৈ।

চাফম-থকফম বাগোশ খুদিংমক মকোনগী মমাঙথংবা ফক্লাংদা নপশিল্লগা য়াম্না কন্নবা মওংদা শেম-শাদুনা থমগদবনি। মসিদা ওক্কী মথি ময়ুংনা মোৎশিলহন্দনবা হোৎনগদবনি।

বাগোশকী পাক-চাউবদি ওক্তুগী অপীক-অচৌগী মতুংইন্না খেন্নগনি।

কিলো ১১ - ১৮ লুম্বা ওক অমগী ইঞ্চি ৬ লাউগনি

কিলো ১৮ - ৪৫ লুম্বা ওক অমগী ইঞ্চি ১০ লাউগনি
কিলো ৪৫ - ৬৮ লুম্বা ওক অমগী ইঞ্চি ১২ লাউগনি
কিলো ৬৮ - ৯৫ লুম্বা ওক অমগী ইঞ্চি ১৩ লাউগনি
ওক মপী অমগী ইঞ্চি ১৪ লাউগনি

অসুম্না অচৌবা ওক অমগী ওইনা ইঞ্চি ১২ শাংবা, ১৫ পাকপা, ৬ ৱাংনা বাগোশ দরকার ওই। কা অমদা ওক য়াম্না থম্বা তারবদি ওক অমমমগী ওইনা কাখল খায়দোক্লগা পরেং শানা থমগনি। হায়রিবা বাগোশসিগী পরেং চানা ঈশিং থকফমসু শেমগনি। ঈশিং থকফমগী পাক-চাউবদি, মচিঞ্জাক হাপফম বাগোশকীগা ৱাংবা চপ মান্নহনগনি। অদুবু শাংবগী চাংদি মচিঞ্জাক হাপফম বাগোশনা শরুক অহুম ওইবা মতমদা ঈশিং হাপফমনা শরুক অমা ওইগদবনি।

বাগোশশিংসি চামথোক-চামশিন অমদি শেংদোকপদা খুদোং চানবা, বাগোশ মনুংদগী মাত-মচুম চিথোক্লবা মখুন অমা মখাথংবা মমায়গী মপা য়েংলগা হুৎকদবনি। মখুন অদু মেস্থোক মেনশিন য়ানবা শেমগদবনি।

## অমোৎপা চিংথোক্লবা নালা

ওক্কী মাপ-মযুং অমসুং নুমিৎ খুদিংগী চামথোক চামশিন তৌবগী ফত্তবা ঈশিং মদি মচুম ময়াম অদু মযম চানা লাপ্লা পথোকখিনবা নালা মতিকচানা শেমগদবনি। তুং কোযনা অমসুং নিয়ম চুন্না পথোকপা য়ানবা কংক্রিৎনা বিলাটিমাত্ত ফজনা হাপ্লগা নালা শেমহৌবনা খুদোংচাবা হেল্লকই।

## ফার্মদা শিজিন্নগদবা ঈশিং

ওক্কী ফার্ম অমদা অশেংবা, অফবা ঈশিং নুমিৎ খুদিংগী য়াম্না মবাং কায়না ফংদবা য়াদে। ওক্কী পীগক্লবা ঈশিংদ নত্তনা নুমিৎ খুদিংগী ওক্কোনগী লৈমায়, বাগোশনচিংবা চামথোক্লবা লোয়নননা ওকশিং ঈরুজনবা অমদি নুংশা য়াম্না শাগৎলকপা মতমদা ওক্কী মশা ইংথহন্নবা ঈশিং দরকার ওই। পুম্ব্রি. খোংবান্দগী অমোৎপা ঈশিং নোংমগী অফংবা খরা শিজিন্নবনদি ফার্ম অদু তুং কোইনা মায় পাক্লা থম্বা ওন্নেই। লৈনুংগী ঈশিং হেন্ড পম্পদগী চিংখৎলগা টেঙকি অমদা প্রেজার্ভ তৌদুনা থম্নগা শিজিন্ননিংবা মতমদা ফংনবা হোৎনবা তঙায় ফদে।

## শম্বল (ফেন্সিং)

ফার্ম অদুগী অকোয়বদুদা ওকশিংনা লিংথোকপা ঙমদনবা, চেকশিন্না শম্বল খাগদবনি। মতম কুইনগী ওইবা হায়বদি পর্মানেন্ত ফার্মগীদমক্তি ৱায়রগী ইঞ্চি ২X৩

লাওবা জালিনা ফুট ৩/৫ ম্রাংনা খাবনা ফৈ। হায়রিবা শম্বল অসিদা চংথোক চংশিন তৌবদা খুদোং চাগদবা লম্বীগী মপা য়েংলগা থোঙ্গাল অমা চেকশিন্না পানগদবনি।

## তোঙান তোঙানবা ওকশিংগী মকোন শাবগী নিয়ম

### মপাশাগী মকোন

মপাশা খুদিংমক অতোপ্পা ওকশিংদগী মরুওইনা হাতম অমদি ওকপীশিংদগী লাপ্পা, উহন্দনা, তোঙান্না থমগদবনি। অমোমশিংগা থংননা, মশক উনহল্লগা থম্না মপাশাশিংনা অমোমশিংদুগী হাকন্দগী ফক্লাং ময়াদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লাংবদগী মশাগী ইনর্জি য়াম্না মাঙহল্লি। মরম অদুনা অমোমশিংগা উনদনবা ফক্লাং ফুট ৪ মখায় ম্রাংনা খাগৎলগা থমগদবনি।

### হাতম অমসুং ওকপীশিংগী মকোন

চাউবা অমসুং লুম্বা মান্নবা হাতম নত্রগা ওকপী ২/৩, মা অনদা ওক মশিংগী মতুংইন্না দরকাব ওইবা কাগী লৈমাযগী পাক চাউবদু ফংহল্লগা পুন্না থম্না যাই। মখোয অসি মপাশাগী কাদগী খরা লাপ্পা লৈবা নত্রগা উহন্দনা লৈবা, ফুট ৪ রোম ম্রাংবা ফক্লাংনা কোয়শিনবা কা অমদা থম্না য়াই।

### মপীগী মচা পোকফম মকোন

ওক মপীনা নৌরিবা মচাশিংদু ননখায়দুনা হাত্তনবা লোযননা মৈশা খরা হেন্না দরকার লৈবা ওক মচাশিংদা মতিক চানা মৈশা পীনবা অমসুং মচল শুরবা মচিঞ্জাক, মচাশিংদা তোঙান্না পীজদুনা মশা-মউ ফববা লোয়ননা মপুং ফানা চাউরবা মচা য়াম্না ফংননবা, মচা পোকফম মকোন অসি অতৈ মকোনশিংদগী খবা তোঙানবা মওংদা শেম-শাবা দরকার ওই। মচাগী মশিং য়াম্না ফংনবা, মচা পোকফম মকোন অসি অতৈ মকোনশিংদগী খরা তোঙানবা মওংদা শেম- শাবা দরকার ওই। লৈমায়দা স্কোয়ার ফুট ৬০ দগী ৮০ ফাওবা চাউবা ঝা অদু অইংবা মতমদা য়াম্না লুম্না (ইংহন্দনা) থম্নবা লোয়ননা মতম খুদিংদা কংনা থম্নবা শেম-শাগদবনিনা মচিঞ্জাক চাফম বাগোশকী কাখল অমগা ঈশিং থকফম কাখল অমগা শেমগদবনি। কা অসিগা শম্নুনা মপী অমসুং মচাশিংগী চৎথোক-চৎশিন অমদি চেন-চোংদুনা শান্নফম ফুট ২০ লোম শাংবা কা (রন নত্রগা ওপন য়ার্দ) অমা থমগদবনি। হায়রিবা কা, রন অসিগী য়ুমথক অদু তম্খায় অমা কুপ্তুনা থম্নগা নুংশা ফংননবা শেমগদবনি।

মচা পোকফম কা অদুগী বাগোশ থমলিবা ফক্লাং পবেং অদুগী কাচিল অমদা ক্লীপ নত্রগা ব্রুদর হায়না খঙনবা স্কোয়ার ফুট ১৫ দগী ২০ গী কা মচা অমা ফুট ৪ ম্রাংবা

ফক্লাংনা খাগৎলগা শেমগদবনি। মপীনা কুনগদবা মাইগৈরোমদা, মচাশিংনা লিখোক-লিৎশিন য়ানবা স্ক্যার ইঞ্চি ১০ গী মখুন ১/২ ব্রুদরগী ফক্লাংদা, লৈমায়গী অৱাংবদুদা হূৎকদবনি। হায়রিবা ক্লীপ নত্রগা ব্রুদর অদুগী মথক্তা ভেন্টিলেসনগীদমক নুংশিৎ থোকফম ইঞ্চি ১ মুক্কী অহোবা কোয়না থাক্লগা, উবাক্লা শেন্নগা মথক কুপশিনগদবনি। উবাক অদুদা কপচ পাল্লগা হাংদোক-হাংজিন য়ানবা শেমগদবনি। কা অসিগী মনুংদা ইলেক্ত্রিক বল্ব রিফ্লেক্তর হাপ্লগা য়াম্হদুনা থমগদবনি। মচাশিংগী মচিঞ্জাক চাফম বাগোশ অমা মফম চাবা য়েংদুনা ব্রুদর মনুংদা থমগদবনি। মপীনা কুনগদবা জগা অদুগী অকোয়বা ফক্লাং অদুদা ইঞ্চি ২ গী ডাইমেটর ওইবা জি, আই, পাইপ নত্রগা ইঞ্চি ২x৩ গী উগী ফ্রেম লৈমায়দগী ইঞ্চি ৮ দগী ১০ ৱাংনা অমসুং ফক্লাংদগী ইঞ্চি ১০ লাপথোক্লা, য়াম্না কন্না, লেংহন্দনা তিংদুনা থমগদবনি। অসুম্না ফক্লাংগী অকোয়বদা পাইপ নত্রগা উগী ফ্রেম তিংদুনা থম্বদগী মপীনা কুম্থরকপদা পীক্লিবা মচাশিং ননখায়গদবদগী কনবা ঙমই।

## মচা পোকফম কা অমসুং ব্রুদর মনুংদা থমগদবা মৈশাগী চাং

নৌরিবা ওক্লাওশিং, মরুওইনা পোকপদগী হাপ্তা অহুম ফাওবগী মচাশিংনা য়াম্না ঈংবা মফমদা হিংবদা অসুক্কী মতিক ৱানা খাঙডি। ঈংমনবদগী মপীগী মৈশাদগী মৈশা ফংবা ওম্নবা মপীগী মবুক অমদি মখোঙ কারক্তা পুল্লপ তাশিন-ননশিন্নদুনা কুল্লিঙৈদা মপীনা ননখায়দুনা শিবা য়াম্না তোয়না থোকই। মসিদ নত্তনা লায়না কয়া চংলক্তুনা শিবা নাবা থোকই। মরম অসিদগী ব্রুদরগী মনুংদা অহিং-নুংথিল অনিমক্তা ২৮°C - ৩০°C অমসুং মপান্দা হায়বদি মচা পোকফম কা মনুংদনা ২৪°C - ২৫°C য়ৌবা মৈশাগী চাং লেংদনা থম্নবা হোৎনগদবনি। ওক্লাওশিংদুনা অসুম-অসুম চাউখৎলকপগী মতুংইন্না হাপ্তা খুদিংগী ২°C - ৩ °C হন্থহনগদবনি। অসুম্না, হাপ্তা ৩ শুবকপদা ব্রুদর মনুংদা ২২°C-২৪°C অদুগা মপান্দনা ১৮°C-২০°C তা থমগদবনি। মরুওইনা, মপীনা লৈফম ওইহরিবা কা অদুগী মৈশাদগী মচাশিংনা লৈগদবা কা (ব্রুদর) অদুগী মৈশানা ৪°C-৫°C হেন্না ফংহন্নবা হোৎনগদবনি। মতৌ অসুম্না শিল্লবদি মপীগী খোম থকপা লোয়বগা মচাশিংনা খরা হেন্না লুম্বা-শাবা ব্রুদর মনুংদা চংখিগনি। মসিনা মচাশিং মপীনা ননখায়গদবদগী কনবা ঙমই। হায়বিবা মৈশাশিং অসি ফংহন্নবগীদমক ইলেক্ট্রিক বল্ব নত্রগা হিটর, ব্রুদরগী মনুং অমসুং মপানদা থম্নবা হোৎনগদবনি। ইলেক্ট্রিক ফংদবা মফমদা ওইরগদি তঙায় ফদনা মফম চাবা য়েংলগা ৱাইমৈনচিংবা থাদুনা মৈশা ফংহন্নবা হোৎনগদবনি।

## মপীগা খাইনরবা ওক (গ্রোৱর) শিংগী মকোন

মসিদি কা অমদা ওক-মশিং য়াম্না থম্না য়ানবা শেমগনি। ওক মশিংগা বাগোশকী কাখলগা মশিং মান্নহনগদবনি। ওককোনগী মরাক মযুঙ মান্নহনগনি। মসিগা শম্না মনিঙলোমদা থোঙ অমা পাল্লগা রন নত্রগা ওপন য়ার্দ অমগা শম্নগনি।

## ওক্কোনগী রন নত্রগা ওপন য়ার্দ(শুমাঙ)

ওক্কোনগী চাফম-থকফম অমদি কুনফম-তুমফম ওইরিবা কা অদুগা থোঙ অমনা শম্নবগা মনিঙলোমদা অহাঙবা কা অমা মথক কুপ্পনা থম্মে। মসিবু রন নত্রগা ওপন য়ার্দ হায়না খঙনৈ। হেন্না খুদোং চানবা কা অসিগী মরাক অদু ওক্কোনগী মরাক্কা মান্নহল্লি। অদুগা ময়ুংদি ফুট ১৫/২০ শাংহল্লি। নুংশা য়াম্না শারকপা মতমদা ওকশিংনা অইংবা ঈশিংদা কুন্দুনা ওন্দুনা শান্নরগা মশা ইংথহন্নবা, ইঞ্চি ৮ মুক লুবা, ঈশিং থম্বা য়াবা কোম অমা কংক্রিংকী লৈমায় অদুদা থমগদবনি। কোম অদু শমদ্রগনা, ঈশিংগী কোঞ্জিল য়াওবা পাইপ কা অদুগী মনুংদা পুশল্লগা, ওকী মথক্তা ঈশিং মচোই মচোই ওইনা কাপহনবা স্প্রে [illegible] শিল্লগা থমগদবনি। কোম অদুগী পাক-চাউবদি থমগদৌরিবা ওকশিংদুগী চাউবগী [illegible] সুং মশিংগী মতুংইন্না শেমগনি। কোম অদুদগী ফত্তবা ঈশিং নালাদা চিংথোকখিনবা, কোম অদুগী [illegible]য়দা মখুল অমা হুংকনি। রন অসিগী মমাঙদা হায়বদি তুম্ফম-চাফম ওইরিবা মকোন অদু [illegible] অদুদা লৈনুংদা ফত্ত-হাওদি চিংথোকখিনবা নালা অমা শেম-শাদুনা থমগদবনি।

রন অদুগী লৈমায় অদু নালাবোমদা স্লোপ ফুট ৬ তা ইঞ্চ ১ গী চাংদা থমগদবনি। রন অদুগী নাকল অমসুং মনিঙথংবা ফক্লাং অদু মকোনগী ফক্লাং অদুগা য়াংবা মান্নহনগদবনি। কা অসিগী মনুংদা ওকশিংগী মথি-ময়ুং ফাইফম-হানফম অমসুং চেন-চোংদুনা শান্নফম লোয়নননা অইংবা মতমদা নুংশা য়াইফম ওইনা শিজিন্নগনি। ওক্কোনগী কা খুদিংমক্কী রন অমমম থমগদবনি।

## ওক অনা-অয়েক্কী মকোন

ময়াম পুন্না লৈমিন্নবদা খুদোং চাদ্রবা, অশোক অপন লৈবা ওকশিং অমদি য়াম্না শন্দোক্কনবা, লৌনগনবা লায়নানা নারবা ওকশিং লাপ্না থাইদোক্তুনা থমখিবা য়ানবা তোঙানবা মকোন অমা শাবা দরকার তাই। অসিগুম্বা অনাবগী কা অসিগী নালা অদুগা, মরুওইবা ওক্কোনগা শম্নদনবা জগা য়েংলগা থমগদবনি। অসিগীসু মথক্তা নুংশিং-নুংশাগী মাইগৈ ফাওবা য়েংগদবনি। মতম খুদিংদা মরুওইবা ওক্কোনদগী য়াম্না লাপ্না নুংশিং নুংশা শম্নদনবা মচী ওইনা থমগদবনি।

## ফার্মগী ওফিস অমসুং মচিঞ্জাক পৈফম

ফার্মদা লৈরিবা ওকশিং য়েংশিনবা অমসুং সেবা তৌবদা খুদোং চানবা ফার্মগী ওফিস অমসুং মচিঞ্জাক মনাক নক্লা থমগদবনি। মচিঞ্জাক পৈফম কা অসিদি ঙমলিবমখৈ কা মনুংদা উচি চংদনবা শেম-শাগদবনি। কাশিংসিগী মনাক নক্লা অরুম্বা ওন্নবা ফলা অমসুং ঈশিংগী কোঞ্জিল অমা থমগদবনি।

**********

# ওক্কী মচিঞ্জাক

ওক হায়রিবা জীবসি শা-ঙা, উহৈ-ৱাহৈ, হৱায়-চেংৱায়, মনা-মশিং ১দি লৈবাকনচিংবা চাবা শা মখল অমনি। চানিঙাই চিঞ্জাক মপুং ফানা ফংদবদগী মতম শাংনা মবুক লান্নবদি শা-উচেক অমদি মীওইবগী অমাংবা (থি) দি লাইরদনা মশামক্কী থি ফাওবা চাদুনা হিংবা ঙমই। মণিপুরদা সধারন প্রজা খুদিংমক্না মাগী মাগী মনাক্তা মরাং কায়না ফংবগী মতুংইন্না, চগুম-চনায়, য়ুথি, চেংকুপ-ৱাইকুপ, পালখোক, লফু, মাইরেন, তোর্বোৎ, তসকুস, পাল, মঙ্গ্রা, কবোনাপী, কবোকংনচিংবা পীজদুনা ওক য়োক্লে। থাদোক্তুনা লোইবা ওকশিংনা য়ুন্নক-খুন্নক, পাৎয়া অমসুং চীঙ-মান্দা কোয়চৎ চত্তুনা মীওইবনা হুন্দোক্লবা থি-য়ুং, ফত্তা-হাওদি, অপুম-অশাদ নত্তনা কৌজেং-হারৌ, তিল-কাং, লিন, তিস্লোক অমদি লৈনুংদা লৈবা তিল অমসুং নাপী মরুনচিংবা থিদুনা চায। তশেংনা হায়রবদা মবুকপু লান্নবদি ওক্লা চাদবা ইরৈ লৈতে। অদুবু, ইক্সোটিক ব্রীদকী ঈ য়াওরবা অফবা মখলগী ওকশিংদি মথক্তা পল্লিবা মচিঞ্জাকসিখক্তং পীজবগা য়োক্লবদি মখোয়গী পোখোক-চাখোক ৱাংপদ নত্তনা লমদমসিগী হৱা-নুংশিৎসিদা হিংবদা অৱাবা ওইরকই। অদুনা, ওক্কী পোখোক-চাখোক মরাং কায়নবা বৈগ্যানিক ওইনা শেন্নগা মচল (ন্যুত্রিএন্ট) শুরবা মচিঞ্জাক পীজবা তাবকই।

চিঞ্জাক্কী মচল (ন্যুত্রিএন্ট) হায়বসি জীব অমগী চংদবা য়াদ্রবা চিঞ্জাক্কী মখল নত্রগা কাংলুপ অমনি। মসিনা জীবদুগী পুক্সি হিংবদা মতেং পাংবত নত্তনা মাগী পোখোক-চাখোক পুথোকপগী পান্দম অদু ফংবদা অচৌবা দায়ত্ব লৌই।

## ওক্কী মচিঞ্জাক্তা য়াওগদবা মরুওইবা মচল (ন্যুট্রিএন্ট)শিং

কার্বোহায়ড্রেৎ, প্রোটিন, ফেৎ, ভিটামিন্স, মিনরেল অমসুং ঈশিং অদুগা, মচলশিংসি য়াওরবা মচিঞ্জাক অদুগী মশীং (ফাইবর) গী চাং ৫% দগী ৬% ফাওবনি। অদুবু গর্ভা পুরবী নত্রগা চাজেনবী ওকশিংদা মচিঞ্জাক য়াম্না চাশিন্দনবা নত্রগা মখোং হান্বা য়ৈখত্তনবা ১০% দগী ১২% ফাওবা পীবা যাই। কর্বোহায়ড্রেৎ অমসুং ফেৎনা ইনর্জি (শক্তি) পী। প্রোটিননা হকচাংগী কয়াৎশিং, শাদোং অমসুং হকচাং মনুংদা যাওবা মহি শেম শাবদা দরকার ওই। ভিটামিন অমসুং মিনরেলশিংনা হকচাংগী কয়াৎশিংনা মথৌ পাঙথোকপদা মতেং পাংই। অদুগী মথক্তা, মিনরেল অয়াম্বনা শরু, শাদোং অমদি হকচাংগী মহি শেম্বদা অচৌবা দায়ত্ব লৌই। ঈশিংনা চিঞ্জাক্কী মচলশিং হকচাং মনুংদা চুপথোক-চুপশিন তৌবদা অমদি থি-য়ুং অমসুং হুমাং হকচাংগী মপান্দা ইংথানকপদা

মতেং পাংই। অসিদা নত্তনা, হকচাংগী কয়াৎ ১ দি শরু-শায়াং শেমগৎ-শাগৎপা অমসুং মথৌ পাঙথোকপদা ঈশিংনা খ্বাইদগী চাউবা রোল লৌই। অসুম্না ওক্লা দরকার ওইবা ন্যুত্রিএন্টশিংগী মরমদা পনবা যাবা খরা মখাদা নৈনরি।

## ১) ইনর্জি

ইনর্জি হায়বসি ওক্কী মচিঞ্জাক্তা খ্বাইদগী হেন্না য়াম্না য়াওগদবা অমসুং মরুওইবা মচলনি। মসি কার্বোহাযদ্রেৎস (চেং-হৱায়, নাপী-শিংবীদা য়াওবা চনাং ১সুং চিনিগী শরুক), ফেৎস (থাওগী শরুক) অমদি প্রোটিনস (মরুওইনা শা-ঙা হৱায়-চেংৱায়নচিংবদগী) ফংবা ঙমই। মরুওইনা ওক্লা কার্বোহায়দ্রেত্তগী ইনর্জি লৌই। ইনর্জি মতিক চানা ফংনবা ওক্কী মচিঞ্জাক চেং-চদোন, চেংকুপ, হৱায়, চুগজাক, থাওথি, চানবা থাও, হিঞ্জমক (অজিনো মোটো), চু-শুম্বা অমদি চিনি শুংবদগী লেমহৌবা খরবান (মোলাস), নাপি-শিংবীনচিংবা হাপ্পা দরকার ওই। কার্বোহায়দ্রেৎ ফংনবা নাপী শিংবীনচিংবা মশীং য়াম্না য়াওবা, ১২% গী মথক্তা ক্রুদ ফাইবর যাওরবদি ওকশিংদা তুমহনবা ঙমদবদগী অশোয়বা লাকই। ফেৎ, থাওনসু ইনর্জি য়াম্না ৱাংনা পীবা ঙমই। অদুবু য়াম্মন্না হাপ্লবসু তুম্বা ঙমদে। য়াল্লবদা মচিঞ্জাক ২% ফাওবা থাওগী শরুক হাপ্লদা ফেত্তগী ইনর্জি মতিক চানা ফংবা ঙমই। প্রোটিন্দগী ইনর্জি খরা ফংবা ঙল্লবসু, মসিনা ওক্কী হকচাং শেমগৎ-শাগৎপা অমসুং নোয়খৎ-চাউখৎপরোমদা শিজিন্নখি। চনাং, চিনিদি ওক্লা ৯৫% তুমহনবা ঙমই অদুগা ফেৎতি ২০-৯০% তুম্বা ঙম্বা ঙমদবগী চাং খেন্ননা লৈবত  নত্তনা পৈশা হেন্না চংই। মরম অসিদগী ওক্কী মচিঞ্জাক শেম্বদা চেংকুপনচিংবা চনাংগী শরুক য়াওদবা য়াদে। চেংকুপ (রাইশ ব্রান) অমসুং গেহু মকুম কিলো অমদা গ্রোস ইনর্জী (GE)মেগাজৌউলস (MJ) ১৭-১৮, ডাইজেসটিবল ইনর্জী (DE) মেগাজৌউলস ১০-১৪, শেরীলস (হৱায়-চেংৱায়)শিং GE ১৬-১৭ MJ/Kg DE না ১২-১৫ MJ/Kg অমসুং ফেৎ অমদি থাও শিংদনা GE ৩৫-৪০MJ/Kg, DE না ৩০-৩৬ MJ/Kg য়াওই।

ইনর্জি অসি মশা হিংনবা, মচা পোক্লবা অমসুং চাউখৎনবা য়াম্না দরকার ওই। ওক্লা কন্না চাউখৎলকপা মতম গর্ভা পুরিঙৈ অমদি মচা চেল্লিঙৈ মতমদা ইনর্জি হেন্না দরকার ওই। গর্ভা পুবী ওক অমনা ইনর্জি অসি অহানবদা মবুক মনুংগী মচাগী ওইনা শিজিন্নে, মথংদা মশা হিংনবা ওইনা শিজিন্নে। মচা চেনবী ওক মপীনা অহানবদা মচাবু মখোম পীথক্লবা, মখোম শুংবরোমদা শিজিন্নে অদুগা মথংদা মশা হিংনবরোমদা শিজিন্নে। পীক্লিবা ওক মচাশিংনা ইনর্জি অসি মশা চাউখৎনবা প্রোটিন ওলহনবদা শিজিন্নে অদুগা মশা চাউখৎলবা মতুংদা মশাগী ফেৎ (থাও) ওলহনবদা শিজিন্নে। করিগুম্বদা ওক অমনা য়াম্না ইংবা জগাদা লৈরবদি, মশাগী মৈশা ৩৮°৯ C অদু  ঙাক্লা থম্বা ঙম্নবা, মচিঞ্জাক্তগী

ফংবা ইনর্জি পুন্না শিজিন্নে। অহল ওইরবা ওকশিংদদি মশাদা হাননা পৈশিন্দুনা থনম্না ফেৎতগী ইনর্জি ফংবা ঙম্বদগী খরা ফৈ, অদুবু পীক্লিবা চাউখৎলিক্লবা ওক মচাশিংদদি, মশাদগী ফংবা য়াবা ইনর্জি ব্রাৎপদগী লোয়ননা মশাগী মৈশাগী চাং পুহন্নবা মেকানিজম লৈতবদগী চাউজন থীল্লকই, মমৈদা হায়পোগ্লাইসেমিআনচিংবা অনাবা লাকই। মচিঞ্জাক্তা ইনর্জি ব্রাৎনা পীরবদি চাউজন থীল্লকই, গর্ভা পুবী ওক্কী অমসুং মচা চেল্লিবী মপীগী অরুম্না য়াম্না হম্বরকই।

**২) প্রোটিন :** প্রোটিন্না মশাগী হকচাং কয়াৎশিং শেমগৎ-শাগত্তুনা চাউখৎহনবা, মচা পোকহনবগী অমসুং মশাবু হিংহন্নবা চংদবা য়াদে। গর্ভা পুবদা অমদি মচা চেনবা মতমদনা খরা হেন্না দরকার ওই। ওক মপী অমদা নোংমদা ক্রুদ প্রোটিন গ্রাম ১৪০ দগী ১৮০ ফাওবা মচিঞ্জাক্তগী ফংবা ঙম্লবদি মশা-মউ ফরবা মচাগী মশীং য়াম্না ফংবা ঙমই। নোয়হল্লগা য়োম্বোক্কদবা ওকশিংদসু প্রোটিন চাং নাইনা পীজবনা মীটকী শরুক হেন্না ফংদুনা ওকশা য়াম্না থোকহল্লি। অমরোমদা নুমিৎ খুদিংগী মচিঞ্জাক্তা প্রোটিন ব্রাৎনা পীরবদি চাউরৈ তপ্পগা লোয়ননা ওকশা থোকপা ব্রাৎপগী মথক্তা ওকশাদা থাউগী শরুক হেন্না ফংই।

অদুগা মচিঞ্জাক্তা প্রোটিন হেঞ্জিন্না হাপ্লবদি প্রোটিন ব্রাৎপদা থোকপা অশোয়বদুগা চপ মান্ননা ফংই। অহানবদা অহেনবা, মশাদা শিজিন্নবা ঙমদ্রবা প্রোটিন মখৈদু মযুংদা এম্মোনিআ নত্রগা য়ুরিআ ওইনা থাদোরক্তুনা কিদনি অদু শোকহল্লি। মথংদা অরেম্বা প্রোটিনশিংদু ইনর্জি ওইনা শিজিন্নরম্বদগী মমৈদা ফেৎ (থাও) ওইনা মশাদা পৈশিল্লকই। অসুম্না ওকশাগী মগুন হম্বহল্লি।

**ওক্তা দরকার ওইবা প্রোটিনগী চাং মথাদা পীরি:**

| ওক্কী মখল | অরুমবা (কিলো) | নোংমদা চাবা মচিঞ্জাক (কিলো) | মচিঞ্জাক্তা য়াওবা ক্রুদ ওইবা প্রোটিন % | নোংমদা দরকার প্রোটিন (কিলো) |
|---|---|---|---|---|
| ১) চাউখৎলক্লিবা | ৫ - ১০ | ০.৬০ | ২২ | ০.১৩২ |
| ১ সুং নোয়হল্লগা | ১০ - ২০ | ১.২২ | ১৮ | ০.২১৯ |
| য়োম্বোক্কদবা | ২০ - ৩৫ | ১.৬৬ | ১৬ | ০.২৬৫ |
| ওকশিং | ৩৫ - ৫৮.৫ | ২.৪৫ | ১৪ | ০.৩৪৩ |
| | ৫৮.৫- ১০০ | ৩.৪২ | ১৩ | ০.৪৪৪ |
| ২) গর্ভা পুরবী হাতম | ১০৫ - ১৫৫ | ২.০০ | ১৪ | ০.২৮০ |
| ৩) গর্ভা পুরবী মপী | ১৫৫ - ২৪৫ | ২.০০ | ১৪ | ০.২৮০ |
| ৪) চাজেনবী হাতম | ১৩০ - ২০০ | ৫.০০ | ১৫ | ০.৭০০ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৫) চাজেনবী মপী | ২০০ - ২৪৫ | ৫.৪০ | ১৫ | ০.৮১০ |
| ৬) নহা ওইরিবা মপাশা | ১০৫ - ১৭৫ | ২.৪৫ | ১৪ | ০.৩৪৩ |
| ৭) অহল ওইরবা মপাশা | ১৭৫ - ২৪৫ | ২.০০ | ১৪ | ০.২৮০ |

**প্রোটিন য়াওবা ওক্কী মচিঙ্গাক্কী ময়ালশিং :-**

| | চিঙ্গাক্কী ময়াল | ক্রুদ প্রোটিন % | ডাইজেষ্টিবল প্রোটিন % | ফেৎ % | ফাইবর % |
|---|---|---|---|---|---|
| ১) | ফিশ মিল (ঙা ;ু , | ৬৩ | ৫৬.২ | ৬.৮ | ০.৬ |
| ২) | মীট ১সুং বোন মিল | ৫১ | ৪১.৮ | ১০.১ | ২.১ |
| ৩) | লৈবাক হৱাই থাওথি | ৪৩.১ | ৩৯.২ | ৭.৬ | ১৩.৯ |
| ৪) | থোর্যদিং থাওথি | ৩০.৫ | ২৩.০ | ৫ ৮ | ৯.৪ |
| ৫) | যুবীগী থাওথি | ২৫ | ২০ | ৫ | ১.৩ |
| ৬) | জিনজিলী থাওথি | ৪৬ | ৩৮ | ৮ | ৪.৯ |
| ৭) | স্কিম মিল্ক মফোল | ৩৪.৭ | ৩১.২ | ১২ | ০.১ |
| ৮) | ব্রেৱর্স য়ীষ্ট | ৪৯.৩ | ৪২.৪ | ১.০ | ০.২ |
| ৯) | চুগজাক, জৱাব, বার্লি | ১০.০ | ৭.৬ | ৩.৯ | ২.০ |
| ১০) | চেংকুপ | ৯.১৩ | ৭-৮.৫ | ২-৩ | ১০-২০ |
| ১১) | গেহু মকুপ | ১৪ | ১০ | | ১১ |

মথক্তা পীবিবা চিঙ্গাক্কী ময়ালশিংসিদগী মখল অমখক্তংনা নোংমগী দবকার ওইবা প্রোটিনগী চাং অদু হাপ্পগা মচিঙ্গাক শেমদুনা পীজবনদি প্রোটিনগী অৱাৎপা অদু মেনখৎপা ঙমদে। মবমদি, প্রোটিন শেম্লিবা এমাইনো এশিড ময়ামদুগী মনুংদা ওক্কা দবকাব ওইরিবা এমাইনো এশিড সি ১০ খকনি। মখোয় অদুদি :-

১) আর্জিনাইন ২) হিষ্টিডাইন ৩) আইসোল্যুশাইন ৪) ল্যুশাইন ৫) লাইসাইন ৬) মেথিওনাইন ৭) ফিনাইলএলানাইন ৮) থ্রিওনাইন

৯) ট্রীপ্টোফেন ১০) ভেলাইন

মেথিওনাইন দি শীষ্টাইন কৌবা ওক্কী মশানা শুংজবা এমাইনো এশিড ওম্না অদুনা ৫০% য়াওবা মহুৎশিননা য়াই অদুগা ফিনাইলএলানাইনদি টায়রোসাইন কৌবা এমাইনো এশিড অদুনা ৩০% য়াওবা মহুৎশিনবা য়াই। হায়রিবা এমাইনো এশিড ১০ অসি, প্রোটিনগীদমক [illegible] দৌবিবা চিঙ্গাক্কী ময়াল অমদা পুন্না য়াওদে। খুদম ওইনা

চুগজাক্তা লায়সাইন, ট্রীপ্টোফেন য়াংলি। অদুগা, ফিশ মিল, ঙাকুপুগী লায়সাইন, ফংবা ঙমদুনা অৱাংপা অদু মেনশিলহল্লি। অসুম্না অমগী অৱাংপা অমনা মেনশিলহন্নবা প্রোটিনগী ময়াল অসি মখল খরা য়েংলগা পুন্না হাপ্পা তাবনি। অদুম ওইনমক, লমদমসিদা শেম্নরিবা ওক্কী মচিঞ্জাক অসিদা লায়সাইন, মেথিওনাইন অমসুং ট্রীপ্টোফেন হায়রিবা এমাইনো এশিড অহুম অসি য়াংনা ফংই। মরম অসিদগী এমাইনো এশিড অহুম অসি তোঙান্না হিদাক ওইনা হাপ্পা দরকার ওই।

হঙ্গাম মরুগী থাওথিদা লায়সাইন, মেথিওনাইন, ট্রীপ্টোফেন মরাং কায়না য়াওই অদুগা ভেলাইনদি খরা য়াংনা ফংই। অদুবু মসিদা গ্লুকোসাইদ মখল অমা য়াওবদগী মনম কনবা অমসুং অখাবগী মহাও ফাওবত নত্তনা ওক্তা হু ওইবগী ফত্তবা লাকই। মরম অদুনা সিনিগ্রবেজ ইঞ্জাইমনা হু ওইবা গ্লুকোসাইদ মখৈ লৌথোক্লগা শিজিন্নরবদি য়াম্না কান্নবা ফাংই। মসিদা ক্রুদ প্রোটিন ৩৫% দগী ৫০% ফাওবা য়াওই। নুং হৱায় ৫০% গা হঙ্গাম মরুগী থাওথি ৫০% গা তিন্নরগা হাপ্লবদি য়াম্না হেন্না কান্নবা ফংই।

### ৩) ভিটামিন

ওক্কী হকচাং কয়াৎশিংগী মথৌ নিয়ম চুম্না পাংথোক্লবা হোৎনবদা ভিটামিনশিং তঙায় ফদনা চংই। মখোয়না হকচাং কয়াৎকী শরুক অমত্তদা শেম্বা য়াওবা নত্তে। লোয়ননা হকচাংদা ইনর্জি পীবসু নত্তে। ওক্তা নুমিৎ খুদিংগী চারিবা চিঞ্জাক্তা দবকার ওইরিবা ভিটামিনশিংদি :- থাওদা তুম্বা ভিটামিনশিং - এ,ডি,ই অমসুং কে; অদুগা ঈশিংদা তুম্বা ভিটামিনশিং বি কমপ্লেক্স অমসুং ভিটামিন শি নি।

ভিটামিন এ না চাকখাও, থিরিন, নুংশিৎ-উতোং, মচা পোকপগা মরী লৈনবা অমদি ঈশিং মরীগী কাযাৎশিংগী ইপিথেলিএল টিসুশিং নিয়ম চুম্না মথৌ পাঙথোকপদা মতেং পাংই। মসি অতেকপা অমদি অশংবা মনা-মশিং অমসুং চুগজাক অঙাংবদা মরাং কাযনা য়াওই। ভিটামিন ডি না শরু শযাং শেম-শাবদা কেলসিঅম অমসুং ফোসফোরস নিয়ম চুম্না চুপশিনবা অমদি শিজিন্নবদা মতেং পাংই। ভিটামিন ডি অসি মখল অনি শুই। ডি ২ কৌবা অমনা নুংশাদা কংলবা শজিক্তুগী হায়বদি পাম্বীদগী ফংই; অদুগা, ডি ৩ হায়না খঙনবা অমনা ঙাগী থাও, ফিরাক্লচিংবা হায়বদি শাদগী ফংই। ডি ৩ দি নুংশানা শাগী উনশাদা য়ৈবদগীসু ফংবা ঙমই। ভিটামিন ই য়াংপদগী ওক্কী শাদোং শিথবা নত্রগা পুমথবা থোকহল্লি। মসি অশংবা শজিক, ময়োল চোংলবা হৱায়-চেংৱায় অমসুং চেংকুপনচিংবদা মরাং কায়না ফংই। ভিটামিন কে না অশোক অপনদগী থোক্লকপা ঈ ফমজিলহল্লি। অদুবু মসি ওক্কী থিরিন্দা মহিকশিংনা শুংবা ঙম্বদগী মচিঞ্জাক্কী হাপ্পগী দরকার য়াম্না ওইদে। ভিটামিন বি কমপ্লেক্সনা হকচাং মনুংদা চাখি-থকখিবা পোৎশকশিং তুমহনবা অমদি চুপথোক-চুপশিন তৌবগী থবক্তা অচৌবা দায়ত্ব অমা পী। মসি য়াংলবদি

থিবেৎ ফাই। হেঞ্জিন্না ম্বাৎলবদি শিংলি (নার্ভ) শোক্লক্তুনা মখোঙ-মখুৎ শিথবা, পেরালাইসিস তৌবনচিংবা ওইরকই। মখোয় অসি অশংবা মনা-মশিং, হম্বায়-চেংম্বায়, ঙাকুপনচিংবদা মরাং কায়না ফংই। ভিটামিন শি দি ওক্লা মশা মনুংদা মতিক চানা শুংবা ঙমই। অদুনা মচিঞ্জাক্তা হাপ্পগী দরকার ওইদে।

## ৪) মিনরেলস

মিনরেল হায়বসি জীবশিংগী হকচাংদা হিংবদা চংদবা য়াদ্রবা ইনওর্গানিক ইলিমেন্টশিংনি। ওক্কী হকচাংনা নিয়ম চুম্না হিংনবা হোৎনবদা ইলিমেন্ট ২০ খক চংদবা য়াদে হায়না লৌনরি। মখোয় অদুদি :- ১) কেলশিঅম, ২) ফোসফোরস, ৩) মেগ্নেসিঅম, ৪) সোডিঅম, ৫) পোত্তাসিঅম, ৬) ক্লোরিন, ৭) সলফর, ৮) মেঙ্গানিজ, ৯) আইরন, ১০) কোপ্পর, ১১) অইওদিন, ১২) জিঙ্ক, ১৩) ফ্লুওরিন, ১৪) ভানাডিঅম, ১৫) মোলীবডেনম, ১৬) সেলেনিঅম, ১৭) ক্রোমিঅম, ১৮) টিন, ১৯) নিকেল অমসুং ২০) সিলিকোন নি।

ইলিমেন্ট ২০ সিগী মনুংদা কেলশিঅম, ফোসফোবস, সোডিঅম অমসুং ক্লোরিননা খ্বাইদগী মরুওইনা চংই। কেলশিঅম, ফোসফোবসতি ১.৫:১ গী চাংদা দরকার ওই। ইলিমেন্ট অয়াম্বা ওক্কী মচিঞ্জাক্কী ময়ালদগী ফংবা খরা অদুনা কোন্ননবা মচিঞ্জাক শেম্বদা হাপ্তবা য়াদে। ইলিমেন্ট ৪ সিগী মথংদা ত্রেশ ইলিমেন্ট ওইনা দরকার ওইরিবা ইলিমেন্ট ৬ খক লৈ। মদুদি, কোপ্পর, আইরন, আইওদিন, মেগ্নেসিঅম, মেঙ্গানিজ, জিঙ্ক অসিনি।

মিনরেলশিংনা পাঙথোকপা মথৌদি মরুওইনা মরিথোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি :- ১) জীব অমগী শরু-শায়াং শাবা ২) হকচাংগী শেম-শাবদা চংলিবা পোৎচাকশিংগী কোম্প্লেইদেল সীষ্টেম, হায়বদি ভিস্কোসিতী, ডিফফুজিঅন, ওস্মোতিক প্রেসর নিয়ম চুম্না থম্বা, ৩) হকচাং মনুংগী এশিডবেজগী অনেম-অম্বাংগী চাং ঙাক্তুনা থম্বা, ৪) হকচাং মনুংগী ইঞ্জাইমশিংগী মচাক ওইবা নত্রগা ইঞ্জাইমশিংবু মথৌ নিংথিনা তৌহনবা অসিনি।

ওক্কী মচিঞ্জাক্তা মিনরেলশিং ম্বাৎলবদি মখাগী খুদমশিংসি উবা ফংই। মদুদি :- ১) অরাম-খৌরাংবা হম্ববা নত্রগা চিলহাও থীবা, ২) চাউজন থীনবা, ৩) রিকেৎস, ৪) শরূ তেক্কন-কায়গনবা অমসুং থোৎতোকপা, ৫) হুমদাংগী শরূদা ফিভম হোংলকপা অমদি অতোং-অকুৎ নাইরকপা, ৬) তাং-তাংদা কনশিনবা নত্রগা ফিভম, মওং কায়রকপা, ৭) মনিঙগী শরুক শিথদুনা চিংলকপা, ৮) মথৌ পোম্বা, চাউথোকপা, ৯)

পোক্লকপা মচাগী মতু পান্দবা, ১০) অমোমগী হীট চাং নাইদবা নত্রগা লয়া শেংদবা, ১১) মপীগী মখোম লীকপা ১২) অশোনবা নত্রগা অশিবা মচা পোকপা অসিনি।

**ওক্কী মচিঞ্জাক্তা হাপদবা মিনরেল মিকচরগী মচলশিং**

| | | |
|---|---|---|
| ১) ষ্টেরিলাইজ তৌরবা বোন মিল মফোন | - কিলো | ৪৫ |
| ২) চোক্ষ মফোন | - কিলো | ১০.০ |
| ৩) ডাইকেলশিয়ুম ফোসফেৎ | - কিলো | ১২.০ |
| ৪) কম্মন সোল্ট (থুম) | - কিলো | ৩০.০ |
| ৫) ফেব্বস সলফেৎ | - কিলো | ০.৫ |
| ৬) পোটাসিঅম ডাইওক্সাইদ | - কিলো | ০.২৫ |
| ৭)ষ্টার্চ (চনাং) | - কিলো | ০.৭৫ |
| ৮) সোডিঅম কার্বোনেৎ | - কিলো | ০.৭৫ |
| ৯) সোডিঅম থাইওসলেফৎ | - কিলো | ০.৭৫ |
| | | ১০০.০০ |

**মথক্কী মিকচর কিলো ১০০ দা মখাগী মচলশিংসি হাপকদবনি।**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১/ কোবল্ট | - | গ্রাম | ৫৫ |
| ২/ কোপ্পব সলফেৎ | - | গ্রমা | ২৬৫ |
| ৩/ মেঙ্গানিজ সলফেৎ | - | গ্রাম | ৩৩০ |
| ৪/ জিঙ্ক সলফেৎ | - | গ্রাম | ৭৫০ |

**৫) ঈশিং :-**

অফবা অমসুং অশেংবা ঈশিং মরাং কায়না পীবনা মচিঞ্জাক্কী চাং ঙাকপদ নত্তনা চাখিবা পোৎশকশিং তুমহনবগা লোয়ননা চুপশিনহনবা অমদি ফৎত্রবা, কান্নদ্রবা পোৎশকশিং হকচাংগী মপান্দা পুথোকখিবদা অচৌবা মতেং পী।

ওক্লা নুংঙাইনা হিংবদা নোংমদা চপ চানা চংগদবা ঈশিংগী চাং লৈ। মসি মফম মতমগী, মৈশাগী চাং অমসুং মচিঞ্জাক্কী কংবা অমদি চোৎপগী মখা পোল্লি। মশাগী অরুম্বগী মতুংইন্না চাংদম্লবদা পীক্লিবা নহা ওইরিবা ওকশিংনা অচৌবা অহল ওইরবা ওকশিংদগী ঈশিং য়াম্না হেন্না দবকার ওই। ওক্লা নোংমদা থক্কদবা অমসুং মচিঞ্জাক্তা য়াওগদবা ঈশিংগী চাং মখাদা পীরি।

| ওক্কী মখল | নোংমদা দরকার ওইবা অপুনবা ঈশিং (লিটর) |
|---|---|
| ১) মপীগী খোম থক্লিবা হাপ্তা ৩ ফাওবগী ওক্লাও | ৩.৫-৫ |
| ২) হাপ্তা ১০ শুরবা ওক মচা | ৫ |
| ৩) হাপ্তা ১৩ দগী ১৮ ফাওবগী ওক | ৬ |
| ৪) হাপ্তা ১৯ দগী ২৪ ফাওবগী ওক | ৭.৫ |
| ৫) হাপ্তা ২৫ দগী থা ১০ ফাওবগী ওক | ৮.০-১০ |
| ৬) মপাশা অমদি ওকপী | ১০ |
| ৭) মচা চেল্লিবী ওকপী | ২৫ |

ওক খুদিংমক্কা মানা পারিবা মপং ওইবা মচিঞ্জাক্কুগী শরুক ২ দগী ৩ ফাওবগী ঈশিং থকপা দরকার ওই। কৈদৌঙৈদসু ওক্কা উনদৌনা ইংবা ঈশিং পীথক্লোইদবনি। নিংথমথাদা লুম্বু লুম্বু শাবা ঈশিং পীথক্লবদি চাখিবা মচিঞ্জাক থুনা তুমহনবগা লোয়ননা মচি ওইবা মচল থুনা চুপশিনবদা মতেং পাংদুনা কান্নবা হেয়া ফংতল্লি।

## ন্যুত্রিএন্ট নত্তবা মচিঞ্জাক্কা হাপকদবা মচলশিং

পীজগদবা মচিঞ্জাকশিং হেন্না মহাও লৈনবা, পংথ-পুমথদনবা, ভিটামিনগী মগুন হেনগৎনবা, লায়না পোকহনবা য়াবা মহিক-মতাং শেংদোক্লবা, চাউবা হেনগৎনবা, ওক্কী মচিঞ্জাক্কা হিদাক খরা হাপ্লবদি য়াম্না কান্নবা ফংই। হিদাকশিং অদুদি ১) এন্টিবাইওটিক্স, ২) প্রোবাইওটিক্স অমসুং য়িষ্ট, ৩) হোর্মোনস, ৪) অর্সোনিকেলস, ৫) ইঞ্জাইমস, অমসুং ৬) ত্রাঙ্কুইলাইজর অসিনি।

**১) এন্টিবাইওটিক্স :-**

এন্টিবাইওটিক্স হায়বসি অপীকপা মহিকশিংনা পোকপা, থোকহনবা কেমিকেলগী পোৎচাক্নি। মসিনা অতোপ্পা মহিকশিংবু হাৎপা ঙমই। এন্টিবাইওটিক্স কয়ামরুমগী মনুংদা খর, ওক্কী মচিঞ্জাক্কা হাপ্লদা কান্নবা ফংই। মখোয়শিং অদুদি, ঔরিওমাইশিন, তিরজিনিআমাইশিন, মোনিওমাইশিন, জিঙ্ক বেশিত্রাশিন, বি: এম: ডি: (বেশিত্রাশিন মিথাইলিন ডাইসেলিসাইলেট), নিত্রোশিন, ক্যিনডোক্সিন, ডাইএমেত্রিডাজোল অমসুং হালক্যুইনোল অসিনি। অনা-অয়েক লাকপা মতমদা শিজিন্নবা এন্টিবাইওটিক্সতি, ওক্সিটেত্রাশাইক্লিন, পেনিশিল্লিন, সলফোনমাইদস, নাইত্রোফুরাজোন, নাজাজোলিডিন, স্ট্রেপ্তোমাইশিন, এম্পিশল্লিন, জেন্টামাইশিন, ক্লোক্সাশিল্লিননচিংবনি। এন্টিবাইওটিক্সশিং অসি মখল খেন্নবগী মতুংইন্না ওক্কী চিঞ্জাক্কা হাপ্লগী চাং খেন্নে। মচিঞ্জাক ক্যুইন্টল অমদা চাংচত্তা গ্রাম ১০ দগী ৫০ ফাওবদং

হাপকদবনি। অদুবু লায়না চেল্লবা ওকশিংদদি গ্রাম ১০০ ফাওবা হাপ্পা য়াই।

**ওক্কী মচিঞ্জাক্তা এন্টিবাইওটিক্স হাপ্পগী কান্নবা :-**

১) মসিনা মচিঞ্জাক্কী কান্নবা ৫% ফাওবা হেনগৎহল্লি।

২) এন্টিবাইওটিক্সনা চানিঙ-থক্লীঙবা হেনগৎহন্দুনা চাংচত্তা ১০% - ২০% চাউবা হেনগৎহল্লি।

৩) মসিনা ওক্কী থিবেৎ ফাইবগী লাইনা অয়াম্বা ঙাকথোকপদা মতেং পাংই।

৪) মসিনা ওক্কী ইন্দ্রি শেংহন্দুনা য়েংবদা ফজহল্লি।

৫) মসিনা মচিঞ্জাক্তা য়াওবা প্রোটিন অমদি ভিটামিন বি কমপ্লেক্সকী অৱাৎপা খরা মখৈ ঙাকপা ঙমই।

৬) মসিনা মচা ময়ামগী মবক্তা অশোনবা (চী-থুংবা) য়াওহন্দে লোয়নননা মচা অয়াম্বা চাং মান্নহল্লি।

৭) এন্টিবাইওটিক্স অসি নহা ওইবিবা, য়াম্না কন্না চাউখৎলক্লিবা ওকশিংদা হেন্না কান্নবা পী। অহল ওইরবা ওকশিংদদি কান্নবা ৱাৎলি। অদুবু নোয়হল্লগা য়োম্থোক্কদবা ওকশিংদদি য়োল্লমদায় হায়বদি কিলো ৮০-৯০ তাবা ফাওবা মচিঞ্জাক্তা হাপ্পগা পীজবা কান্নে।

৮) মপীনা চেল্লিঙৈদা, মচাশিংগী মচিঞ্জাক, ক্রীপ ফীদতা এন্টিবাইওটিক্স হাপ্পবদি মচাগী অরুম্বা য়াম্না হেনগৎলি।

৯) এন্টিবাইওটিক্সনা চানিঙ-থকক্লিঙবা হেনগৎহল্লি।

১০)মসিনা ওকশাগী মগুন মাঙহন্দে।

**২) প্রোবাইওটিক্স অমসুং য়িষ্ট :-**

লেক্টোবেশিল্লস স্পোরোজিন্স কৌবা প্রোবাইওটিক্স অমসুং সেকচেরোমাইশেস শেরেভিসি কৌবা য়িষ্টশিং ওক্কী মচিঞ্জাক্তা হাপ্তুনা পিজবদা অরাম-খৌরাংবা হেনগৎহনবগা লোয়নননা চাবা তুমহল্লি, চাউরৈ কলহল্লি অমসুং মখোম থোকপা হেলহল্লি। বাইওৱুম বোলস (সরাভাই) কৌবা ইঞ্জাইম অমসুং মিনরেলগা পুনবা ফীদ সপ্লিমেন্ট অদু ওক অমদা নোংমদা গুলি তম্থায় অমা পীজবদা কান্নবা য়াম্না ফংই।

**৩) হোর্মোন্স :-**

এন্ড্রোজেন (মিথাইলটেষ্টোষ্টোরোন) অমসুং ইষ্ট্রোজেন (ডাইইথাইলষ্টিলবেষ্ট্রোল) অনিসি পুন্না মচিঞ্জাক্তা হাপ্পগা পীজবদা, নোয়হল্লগা য়োম্থোখিগদবা ওকশিংদা য়াম্না থুনা নোয়হল-চাউহল্লি। অদুবু হোর্মোনশিং অসি ওক অদু হাৎকদবা নুমিৎ ৭২ নিগী মমাঙদা মচিঞ্জাক্তা হাপ্পা লেপকদবনি।

**৪) আর্সেনিকেলস :-**

থ্রি-নাইট্রো, ফোর-হায়ড্রোক্সিফিনাইল আর্সেনিক এসিড, আর্সেনিলিক কমপাউণ্ডশিং অসি মচিঞ্জাক্তা হাপ্পদা চাউবগী চাং হেলহল্লি। হাপ্পগী চাংদি - মচিঞ্জাকী ০.০২% দগী ০.০৯% ফাওবদগী হেল্লবদি হু ওই। ওক অদু হাৎকদবা নুমিৎ ১০ নিগী মমাঙদা আর্সেনিকেল কম্পাউণ্ড মচিঞ্জাক্তা হাপ্পা লেপকদবনি।

**৫) ইঞ্জাইমস :-**

পীক্লিবা নহা ওই বা ওক মচাশিংদা প্রোটিন অমদি কার্বোহায়ড্রেৎ তুম্নবা ইঞ্জাইম যাওদে। মরম অসিদগী ... গুনা চাউনবা ক্রীপফিদতা পেপ্সিননচিংবা প্রোটিওলাইটিক ইঞ্জাইম লোয়নননা সু... , মালটেজ ইঞ্জাইমশিং হাপ্পগা পীজগদবনি। অদুগা, ওক মখল খুদিংদা চানীঙ-থক্নীঙবা হেনগৎনবা, চাউজন ফনবা, খোমথোক হেনগৎহন্নবা এমাইলেস, প্রোটিস, ফাইটেস অমসুং গেলে...ক্তোসাইদেস মচিঞ্জাক্তা হাপকদবনি।

**৬) ট্রাঙ্কুইলাইজরস :-**

করিগুম্বা ফিভম খবদগী ওকশিংনা য়াম্না কিবা-খংবা, পোথাফম খণ্ডবা, অমদি ষ্ট্রেস কন্দিসন্দা, মচিঞ্জাক নিংথিনা চাদদুনা লৈরবদি ট্রাঙ্কুইলাইজর মচিঞ্জাক্তা হাপ্পগা পীজবদা ওকশিংদু পোথাহন্দুনা মচিঞ্জাক নিংথিনা চাহল্লি। ওক্কী মচিঞ্জাক্তা হাপ্পা য়াবা ট্রাঙ্কুইলাইজরদি হায়ড্রোক্সিজাইন হায়ড্রোক্লোরাইড, রিসর্পাইননচিংবনি।

## ওক্কী মচিঞ্জাক শেম্বা

ওক হায়বসি শা-ঙা, নাপী-শিংবী অনিমক চাবা হৈনবা ওমনিভোরস ওইবা জীবা অমনি। নাপী-শিংবী চাবা হৈনরবসু ওক্তি চাকখাও অমত্তা পানবনিনা, ষণ-ইরোইগুম্না নাপী-শিংবীখক্তা চারগা হিংবা য়ানা থোকই। হয়ায়-চেংয়ায়গী শরুক্না খরা হেন্না চারগা হিংবা পাম্বা জীব ওইনা তৌই। পৃথিবীদা ওক অমসুং ওক্কী পোৎথোক পুথোকপদা মাংজিন থারিবা চাওখৎলবা দেশ খুদিংমক্তা ওক্কী মচিঞ্জাক অসি প্রোটিন য়াংনা য়াওবা চুগজাক, জবার, বজ্রা, ওট, সোর্ঘম, নুংহয়ায়নচিংবা হয়ায়-চেংয়ায়না মচিঞ্জাকী মপুং ওইবা মচল ওইহল্লি। অদুগীসু মথক্তা ওক্কীদমক অদুক্কী মতিক ফরবা লুসর্ন (অলফা অলফা), বর্সিম, কাওপীনচিংবা শজিক পাক্লবা লৌবুক লমহাংদা থাদুনা ওকশিংদা মরাং কায়না ফংহল্লি। অদুবু ভারতকুম্বা, লমদমসিগী মীওইবগী পুক থন্না চাবা কোন্নবা হয়ায়-চেংয়ায়গী পোথোক ফাওবা পুথোকপা ওমজদবা মফমসিদা হয়ায়-চেংয়ায়না মপুং ওইনা শেম্বা চিঞ্জাক্না ওক থাকপা তারবদি মীওইবগী চিঞ্জাক্কী অয়াংপা অমুক্তা হেন্না লাকপগী য়াফম লাকই। অদুনা মীওইবগী চিঞ্জাক্কীদমক দরকার ওইরিবা

হৱায়-চেংৱায়গী মহুত্তা মীওইবনা চাবা য়াদ্রবা অমদি চাবদগী লেমহৌরবা পোৎশকশিং, মরুওইনা চেংকুপ গেহু মকুপ, হৱায় মকুপ, থাওথি, ঙারি-ঙতাইগী মকুপ, হৱায়-চেংৱায় অমসুং য়াম, বেসোল, অতানচিংবগী গোদাউনগী অরেম-অতা, য়ুম অমদি হোটেলগী চগুম-চনায় অমসুং য়েঙ্গাং- নাপীগী অরেম্বা - কোবী মনা, হঙ্গাম মনা, গাজর মনা, য়েন্দেম মনা, আলু মানা, চানা মনা, মঙ্গ্রা মনা, হৱায় মনানচিংবা, লোয়ননা লৌবুক লমহাংদগী কবোনাপী, শমপকপী, হুপ অনৌবা,কোলমনি. কবোকঙনচিংবা অথোৎপা মনা-মশিং মচিঙ্গাক ওইনা পীবা তাই। অদুগীসু মথক্তা মফম-মতমগী মতুংইন্না অহোংবা মমলদা ফংলবদি মাইরেল, তোরবোৎ, খোংদ্রুম, থবী, টসকুস, আলু, মঙ্গ্রানচিংবা ওক্কী মচিঙ্গাক ওইনা পীবা য়াই।

অদুবু ওক্কী মচিঙ্গাক শেম্নবা হোৎনবদা মচিঙ্গাক্তা যাওগদবা ন্যুত্রিএন্টগী চাং কয়া যাম্না যাওগদগে হায়বদু খঙবা দরকার ওই। পোকপগী চহি (মতম), লুম্বা চাউবা খেন্নবগী মতুংইন্না লোয়ননা গর্ভা পুবা নত্রগা মচা চেনবা মতমদা নোংমদা দরকার ওইরিবা ন্যুত্রিন্টগী চাং খেন্নে। অদুনা শেমগদৌবিবা মচিঙ্গাক অদুদা য়াওবিবা ন্যুত্রিএন্টগী চাং খেন্নহনবা তাই। সাইন্টিষ্টশিংনা মানা মানা থিজিনবদা ফংবগী মতুংইন্না ওক্কী মচিঙ্গাক অসি মখাগী মখল অসুম্না খায়দোক্নুনা শেমই।

অ) S.K. Ranjhan না *Animal Nutrition & Feeding Practices, 1977* দা পীবগী মতুংইন্না :-

| | ক্রুদ প্রোটেন | পাজগদবা ওক মখল |
|---|---|---|
| ১) প্রি-ষ্টার্টর ফীদ | ২৬-৩০% | মপী লৈত্রবা ওক্লাও, পোকপদগী হাপ্তা অহুম ফাওবা |
| ২)ষ্টার্টর/ক্রীপ ফীদ | ২২-২৪% | হাপ্তা ২ দগী ৮ ফাওবা |
| ৩)গ্রোৱর ফীদ | ১৮-২০% | হাপ্তা ৮ দগী ১২ ফাওবা |
| ৪)ফিনিশর ফীদ | ১৫-১৭% | হাপ্তা ১২ দগী থা ৯-১২ ফাওবা |
| ৫)হাতম ১সুং ওকপীগী রসন | ১৪-১৬% | ব্রীদিংগীদমক থম্বা মচা চেন্দ্রিবা ওক অমোম |
| ৬) গেষ্টেসন রসন | ১৩-১৪% | গর্ভা পুরবী ওক অমোম |

আ) *A.I.C.R.P. on pigs, Tirupati, 1980, I.S.I. Recommendation* গী মতুংইন্না :-

| | ক্রুদ প্রোটিন | পীজগদবা ওক মখল |
|---|---|---|
| ১) ষ্টার্টর/ক্রীপ ফীদ | ২০% | নুমিৎ ১০-৫৬ শুবা, কিলো ১৫ লুম্বা ফাওবা |

| | | |
|---|---|---|
| ২) গ্রোবর ফীদ | ১৮% লুমবা ফাওবা | নুমিৎ ৫৭ শুবদগী কিলো ৩৫ |
| ৩) ফিনিশর/ব্রীদর ফীদ | ১৬% | কিলো ৩৫ লুম্বদগী য়োনবা ফাওবা |

ই) N.S.R. Sastry, C.K. Thomas, R.A. Singh গী *Livestock Production Management* দা পীবগী মতুংইন্না :-

| | | |
|---|---|---|
| ১) প্রি-ষ্টার্টর ফীদ | ২৪% | নুমিৎ ১/২১ শুবা, কিলো ২/৫ লুম্বা |
| ২) ষ্টার্টর ফীদ | ২০-২২% | নুমিৎ ২২-৫৬ শুবা কিলো ৫-১৫ লুম্বা |
| ৩) গ্রোবর ফীদ | ১৮% | নুমিৎ ৫৭-৯০ শুবা, কিলো ১৫-৩৫ লুম্বা |
| ৪) গ্রোরিং অমসুং ফিনিশিং ফীদ | ১৪% | নুমিৎ ৯১-১৮০ শুবা, কিলো ৩৫-৯০ লুম্বা |

মথক্তা পীরিবা মচিঞ্জাক্কী মখলশিং অসি লমদমসিদা ফংবা ময়ালশিংগা চুনবা য়েংদুনা মখাগী অসুম্না শেম্বা য়াই।

১) প্রি-ষ্টার্টর ফীদ (মপী লৈত্রবা ওক্লাওগী মপী মখোমগী মহুৎ শিন্নবা)

S.K. Ranjhan, গী *Animal Nutrition and Feeding Practical 1977* দা পীবগী মতুংইন্না :-

| | |
|---|---|
| ক্রুদ প্রোটিন - ২৬-৩০% | চুগজাক মফোন কিলো ৪৫ |
| ক্রুদ ফাইবর - ১.৫% য়াম্লবদা | বাদাম থাওথি মফোন কিলো ৩০ |
| ফেৎ - ৫% য়ামদ্রবদা | ফিশ মিল মফোন কিলো ১০ |
| কেলসিঅম ০.৮% য়ামদ্রবদা | অলফা অলফা মফোন কিলো ৫ |
| ফোসফোরস - ০.৬% য়ামদ্রবদা | মোলাস (চুহি লোনবগী খরবান) কিলো ১০ |
| | এন্টিবাইওটিক্স গ্রাম ১০০ |
| | ভিটামিন এ+বি২+ডি৩ গ্রাম ২০ |
| | ভিটামিন বি কমপ্লেক্স মিলিলি ২ ওক্লাও ১গী |

মথক্তা পীরিবা ময়ালশিং অসি ফংবা ওমদ্রবদি মখাগী ময়ালশিং অসি মমুৎ তানা থিংলগা পীথকপদা চপ চানা কান্নবা ফংই।

| | |
|---|---|
| ষণবীগী শঙ্গোম (শুম্বদা ঙাইরিবা) | লিটর ১ |
| খোহি অশেংবা | মিলিলি ৫০ |
| বাদাম থাও অহিংবা | মিলিলি ২ |
| ফেরস সলফেৎ সোলুসন | মিলিলি ১ |
| মিনরেল + ভিটামিন (সপ্লিভাইট-এম) | গ্রাম ২.৫ |
| এন্টিবাইওটিক্স প্রোমিক্স | মিলিগ্রাম ৮০ |
| য়েরুম অহিংবা | ২ |

২) ষ্টার্টর/ ক্রীপ ফীদ, গ্রোব্বর ফীদ অমসুং ফিনিশর ফীদ মখাদা পীরি।

S.K. Ranjhan না *Animal Nutrition and Feeding Practice, 1977* দা পীবগী মতুংইন্না :-

| ময়ালশিং | ষ্টার্টর/ক্রীপ (ক) | গ্রোব্বর (খ) | ফিনিশর (গ) |
|---|---|---|---|
| তকখায়রবা চুগজাক | কিলো ৫০ | কিলো ৫৫ | কিলো ৫৮ |
| গেহুগী ব্রান (মকুপ) | কিলো ১৩ | কিলো ২০ | কিলো ২০ |
| বাদাম থাওথি | কিলো ২৫ | কিলো ১৭ | কিলো ১৫ |
| ফিশ মিল (ঙাকুপ) | কিলো ১০ | কিলো ৬ | কিলো ৫ |
| মিনরেল মিকচর | কিলো ২ | কিলো১.৫ | কিলো ১.৫ |
| চানবা থুম | কিলো ০ | কিলো ০.৫ | কিলো ০.৫ |
| ভিটাব্লেণ্ড (গ্লেক্সো) | গ্রাম ২০ | গ্রাম ২০ | গ্রাম ২০ |
| এন্টিবাইওটিক্স প্রেমিক্স | গ্রাম ১০ | গ্রাম ১০ | গ্রমা ১০ |
| ভিটা, বি কমপ্লেক্স (ওক অমগী ঈশিংদা) | মিলিলি ৩ | মিলিলি ৩ | মিলিলি ৩ |

*A.I.C.R.P. on Pigs, Terupati, 1980, I.S.I. Recommendation* গী মতুংইন্না :-

| ময়ালশিং | (ক) | (খ) | (গ) (I) | (গ) (II) |
|---|---|---|---|---|
| তকখায়রবা চুগজাক | কিলো ৬০ | কিলো ৬০ | কিলো ৪০ | কিলো ০ |
| গেহুগী ব্রান | কিলো ৯.৫ | কিলো ১০ | কিলো ৩০ | কিলো ৫০ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| চেংকুপ (রাইস পোলিস) | কিলো ০ | কিলো ০ | কিলো ০ | কিলো ২৫ |
| বাদাম থাওথি | কিলো ২০ | কিলো ২০ | কিলো ২২ | কিলো ১৭ |
| ফিশ মিল | কিলো ৮ | কিলো৭.৫ | কিলো৫.৫ | কিলো৫.৫ |
| মিনরেল মিকচর | কিলো২.৫ | কিলো ২.৫ | কিলো ২.৫ | কিলো ২.৫ |
| ভিটামিন এ+বি২+ডি৩ | গ্রাম ২০ | গ্রাম ২০ | গ্রাম ২০ | গ্রাম২০ |
| এন্টিবাইওটিক্স (এ,পি,এফ-১০০) | গ্রাম ২০ | গ্রাম ২০ | গ্রাম ২০ | গ্রাম ২০ |

মথক্তা পীরিবা কনভেনসনেল ফীদশিংসি চাংচম্ভা কিলো ৩ পীজবদা ইনখৎলক্লিবা ওকশিংগী মশাগী অরুম্বা কিলো ১ গী চাং হেনগৎহনবা ঙমই।

S.K. Ranjhan না *Animal Nutrition and Feeding Practices 1977* দা পীবা চুগজাক য়াওদনা শেম্বা গ্রোরর অমসুং ফিনিশর ফীদ শিং অমত্তা ওইনা মখাগী অসুম্না শেমই। হায়রিবা মচিঞ্জাক অসি কিলো ৫ - ৭ পীজবদা ইনখৎলক্লিবা ওক অদুগী মশাগী অরুম্বা কিলো ১ গী চাং হেনগৎলি।

| ময়ালশিং | (ক) | (খ) | (গ) |
|---|---|---|---|
| গেহুগী ব্রান | কিলো ৬০ | কিলো ০ | কিলো ৩৫ |
| চেংকুপ (রাইশ পোলিস) | কিলো ০ | কিলো ৭০ | কিলো ৩৫ |
| বাদাম থাওথি | কিলো ২৮ | কিলো ২০ | কিলো ১০ |
| থোইদিং থাওথি | কিলো ০ | কিলো ০ | কিলো ১০ |
| ফিশ মিল | কিলো ৮.৫ | কিলো ৬.৫ | কিলো ৬.৫ |
| মিনরেল মিকচর | কিলো ৩ | কিলো ৩ | কিলো ৩ |
| চানবা থুম | কিলো ০.৫ | কিলো ০.৫ | কিলো ০.৫ |
| ভিটামিন এ+বি২+ডি৩ | গ্রাম ১০ | গ্রাম ১০ | গ্রাম ১০ |
| এন্টিবাইওটিক্স প্রেমিক্স | গ্রাম ১০ | গ্রাম ১০ | গ্রাম ১০ |

S.K. Ranjhan, 1977 না পীবা ব্রীদিংগীদমক থম্বা হাতম অমসুং মচিঞ্জাক মখাদা উৎলি।

| ময়ালশিং | হাতমগী | ওকপীগী |
|---|---|---|
| তকখায়রবা চুগজাক | কিলো ৫০ | কিলো ৪০ |
| গেহুগী ব্রান | কিলো ২০ | কিলো ২০ |
| চেংকুপ | কিলো ১০ | কিলো ১০ |
| বাদাম থাওথি | কিলো ১৩ | কিলো ১৩ |

| | | |
|---|---|---|
| ফিশ মিল | কিলো ৫ | কিলো ৫ |
| মোলাস | কিলো ০ | কিলো ১০ |
| মিনরেল মিকচর | কিলো ১.৫ | কিলো ১.৫ |
| চানবা থুম | কিলো ০.৫ | কিলো ০.৫ |
| ভিটামিন, এ+বি২+ডি৩ | গ্রাম ২০ | গ্রাম ২০ |

## চগুম-চনায় (গার্বেজ), য়ুবং (রেসিডুএল বিভেরেজ) নচিংবা হাপ্নগা ওক্কী মচিঞ্জাক শেম্বা

বৈগ্যানিক ওইনা শেম্নবা কনভেন্সনেল ফীদ পীজরগা ওক য়োকপদা, চংলিবা অপুনবা পৈশাগী ৭০-৭৫% মচিঞ্জাক্তা চংই (Agarwala, 1970 and Michael et al, 1973)। অদুবু মনিপুরদদি ৮০% গী মথক্তা চংলকই। মরমদি, দরকার ওইরিবা মরুওইবা ইনগ্রেদিএন্টশিং হায়বদি হৱায়-চেংৱায়, বদাম থাওথি, ফিশ মিল, বোন মিল, মোলাস, ভিটামিন অমদি মিনরেল অমসুং অতৈ হিদাক-লাংথকনচিংবা ময়ালশিং মনিপুরদগী লাপ্পা লৈবা ষ্টেটশিংদগী লৈরুবা তাই। হায়বিবা ময়ালশিং অসি মনিপুর য়ৌরক্লবা হোৎনবদা লম্বীগী খুদোং চাদবা কয়া লৈবদগী মচিঞ্জাক্কী মমল অদু অঙকপা ফংনা ৱাংখৎখি।অদুনা, মচিঞ্জাক শেমবদা চংগদবা খরচ যারিখৈ হন্থনবা, ঐখোয়গী ইনাক নক্লা লৈরবা ওকশিংনা য়াম্না পামনা চাজবা, অদুবু অমরোমদা মাঙহল্লগদবা চগুম-চনায়, শা-ঙাগী শেম- শাবদা লেমহৌবা থিবোং থিরিন অমদি ঈনচিংবা ওফেলশিং, য়ু শুংবদা লেমহৌবা য়ুবং নত্রগা পোলত্রী ফার্মগী ৱাই য়াওদবা অশেংবা য়েনথিনা মরুওইবা ময়াল ওইহল্লগা চেংকুপ, পালখোক, ঙাকুপ হাপ্তুনা মুন্না ফুৎলগা ভিটামিন অমসুং মিনরেল মিকচর হাপ্পগা পীজবা তাই।অসুম্না ওক্কী মচিঞ্জাক শেম্নবা হোৎনবদা তঙায় ফদনা ওক্কোনগী মনাক নক্লা দানা ফুৎফম লৈরং শাদুনা থম্বা তাই। হায়রিবা লৈরং অদুগী ময়াইদা কোর্ফু অচৌবা অমা খিল্লগা ফৌগী ৱাইনা য়োমশিন্দুনা মৈ থাবদা নুমিৎ চুপ্পা মুৎতনবা শেমগদবনি। মতৌ অসুম্না শেম-শারবদি দানা থোংবগী মতম মাঙদবত নত্তনা মৈ থানবা শীংগী খরচ হন্থহল্লি।

মনিপুরদা সধারন প্রজা অয়াম্বনা চেংকুপ -ৱাইকুপ কা লফু, পালখোকনচিংবা মনা-মশিং খরখক্তগা ফুৎলগা দানা ওইনা পীজদুনা ওক য়োকপা নত্রগা য়ু শুংফমগী হোটেলগী চগুম-চনায় খক্তা পীজবা অসি হৌজিক হৌজিক চৎনবী ওইনা তৌরি। অসুম্না, নোংমগী মবুক থন্নবা খক্তা খন্দুনা য়োকপদগী অফবা মখলগী ওক অমোমশিংদা মতম চানা হীট লাক্তবা, চাগোক ফত্তবা, অশোনবা নত্রগা অশিবা মচা পোকপা, মখোম থোক্তবানচিংবগী লায়না লাক্তুনা মতম শাংনা মচা পুথোকপা য়াদবগী অমাঙবা য়াম্না

তোয়না থোকই। ইনখৎলক্লিবা ওকশিংদনা চাউখৎপগী চাং ৱাত্তুনা শোন্দম-নদম্নবা য়াওরকই। অদুগা অমবোমদা, মরাং কায়না ফংই হায়দুনা য়ুবং নত্রগা চগুম-চনায় খক্তা পংহৈদ হৈজিন্দুনা পীজবদগী য়েংবদা নোয়-পেন্না উজরবসু, পেরলাইসিস নচিংবা তৌরক্তুনা মতম শাংনা য়োকপা য়াদবগী অমাঙবসু থোকই। অসুম্না, নোয়হল-চাউহল্লগা য়োম্থোকখিগদবা ওকশিংদা ঐখোয়না পাম্নীবা পান্দম অদু য়ৌনা মতম চানা চাউহনবা ঙমদে। করিগুম্বদা, মচিঞ্জাক প্রেটিন অমসুং মিনবেল-ভিটামিন ৱাৎপনা মরম ওইদুনা ওকশাদা থাওগী শরুক্না মশলগী শরুক্তগী হেনবদগী ওকশাগী মগুন য়াম্না থীনা হুন্থে।

অশোয়বা ময়ামা˙˙ মায়োক্লদনা শেন্দোং লৈনা ওক য়োকপা ঙম্নবা লমদমসিদা ফংলিবা মচিঞ্জাক্কী মচল-মযালশিং অসিনা বৈগ্যানিক ওইবা লৌশিং খরা শিজিন্নরগা মচিঞ্জাক শেম্বা তাই।

মনিপুরদদি হৱায-চেংৱায় অমদি মরু-মবাংগী ওইবা মিল মতিক চানা লৈতবনিনা এগ্রিকলচরেল বায়প্রদক্তশিংগী মনুংদা চেংকুপ (রাইশ ব্রান) না খ্বাইদগী মরুওইবা মচল অমা ওইনা শিজিন্নবা তাই। O.N. Singh, A.S. Singh and M S. Singh, Deptt. of Soil Science and Agricultural Chemistry, College of Agriculture, Imphal (*Indian J. Anim. Res. 36(2):155-156,2002*) না পীবা রিপোর্ট কী মতুংইন্না মনিপুরদা ফংলিবা চেংকুপ (রাইশ ব্রান) দা ওর্গানিক মেটর ৮৪.৯ ±০.৪৩, ক্রুদ প্রোটিল ১৬.১৫ ±০.৩৮, ইথর ইক্সট্রেক্ত ১৭.৫৫ ±০.৪৫ কার্বোহায়ড্রেৎ ৫১.২ ±০.৯৮, এশ ১৮.৭১ ±০.৩২, ন্যুট্রেল ডেটর্জেন্ট ফাইবর ৫১.৬৩ ±০.২৯,এশিড ডেটর্জেন্ট ফাইবব ২০.৯৪ ±০.২৪, কেলশিঅম ০.১৯ ±০.০৩ অমসুং ফোসফোরস ১.৯৮ ±০.১ (ড্রাই মেটর বেসিষ্টা) য়াওই। অদুগা, ইসেনশিএল এমাইনো এশিডস আর্জিনাইন ৪.২১%, লাইসাইন ৩.৩৪%,থ্রিওনাইন ২.৪২%,ট্রীপ্টোফেন ০.৮১%, হিষ্টাডাইন ১.৫৫%, মেথিওনাইন ২.২৯%, আইসোল্যুশাইন ২.১৭%,ল্যুশাইন ৪.৭১%, ফিনাইল এলানাইন ২.৩০% অমসুং ভেলাইন ৪.৭৭% য়াওই। C. A. Singh, A.B. Sarkar and T.C. Roy, Deptt. of Animal Production and Management, College of Vety. Science, Khanapara,Guwahati *(Livestock Advisor, Vol. XIX isssue V 1994)* না পীবা রিপোর্ট কী মতুংইন্না হোষ্টেল মেসকী ফুত্তোক্লবা চগুম-চনায় (গার্বেজ) দা ক্রুদ প্রোটিন ১৩.০৭%, ক্রুদ ফাইবার ১৩%, ইথর ইক্সট্রেক্ত ৫.৯৬% অমসুং তোতেল এশ ৬.৯৮% য়াওই ।মনিপুরদা মরাং কায়না ফংলিবা হঙ্গাম থাওথিদা ক্রুদ প্রোটিন, ৩৫%-৫০% ফাওবা য়াওই। মসিদগী ওক্কী চংদবা য়াদ্রবা এমাইনো এশিড লাইসাইন, মেথিওনাইন অমদি ট্রীপ্টোফেন অমসুং ফেৎ মতিক চানা ফংই। মসিদা য়াওরিবা ওকশিংদা শোকহনবা

গ্লুকোসাইদ মখল অদু সিনিগ্রবেজ ইঞ্জাইমনা মাঙহল্লগা শিজিন্নবা ঙম্লবদি লমদমসিদা থাওথিগী অৱাংপা হায়বদু লৈররোইদবনি। অদুবু গ্লুকোসাইদ অদু মাঙহন্দ্রবসু নোয়হল চাউহল্লগা য়োম্মোকথিগদবা ওকশিংগী মচিঞ্জাক্তা চাং খরা হম্বনা হাপ্লবদি কান্নবা ফংই। অখাবা মহাও খরা মখৈ মাঙহন্নবা চুহিংদগী চুহি লোনবদা লেমহৌবা খরবান হাপ্লবদি ওকশিংনা পাম্না চাবা হেল্লি।

ডা: চিঙাখম অঙৌ সিংহগী *Garbage's Economic Swine Feeding, M.V. Sc. Thesis, 1986* তা পীবগী মতুংইন্না কনভেনসনেল গ্রোৱর ফীদতা ফুক্তোক্লবা গার্বেজ (হোটেলগী চাগুম)না ৫০% ফাওবা মহৎ শিন্দুনা পীজবদা অশোয়বা অমত্তা লৈতে।

অইবা মশামক্না চহি ২০ গী মথক্তা লেপ্তুনা ওক লোইরকপদা থেংনবকপা ইক্সপেরিএন্সগী মতুংইন্না চগুম-চনায়, শা-ঙাগী মরিন ১দি ঈ নত্রগা য়ুবংনা মকওইবা ময়াল ওইহল্লগা মচিঞ্জাক শেম্না তারবদি চোংকুপ, ঙাকুপ, চুগজাক মফোন অমসুং থুম পুন্না য়ানশিন্নরগা মৈদা মুন্না ফুৎলগা পীজবা তাই। দানা অদুদা ভিটামিন-মিনরেল মিকচর চাং নাইনা হাপকদবনি। মসিগী মথক্তা অশংবা মনা-মশিং মতিক চানা পীজগদবনি। অদুবু চেকশিনগদবা অমদি মচা পোকহন্নবা য়োকপা ওক হাতম অমসুং গর্ভ পুরবী ওকশিংদা চগুম-চনায় অমদি য়ুবংগী চাং খরা হস্থদবা য়াদে। গ্রোৱরশিংদা পীবা চগুম-চনায নত্রগা য়ুবংগী চাং অদু মচা পুথোক্কদবা হাতমশিংদা পীরবদি নোয়থোকমনখিদ্রগা মচা পুথোকপদা বেরা তৌবা যাওই। ফিনিশরশিংদা পীবা চগুম-চনায় নত্রগা য়ুবংগী চাং অদু গর্ভা পুরবী ওকশিংদা পীরবদি অশোয়বা মচা পোকপা, মখোম থোক্তবনচিংবা থোক্কল্লি। মরম অসিদগী মচা পুথোক্কদবা হাতমশিং অমসুং গর্ভা পুরবী ওকশিংগী মচিঞ্জাক তোঙান্না শেম্না তাই।

১) চগুম-চনায় হাপ্লগা শেম্না ওক্কী মচিঞ্জাক

| ময়াল (কিলো) | ষ্টার্টর | গ্রোৱর | ফিনিশর | ব্রীদিং হাতম | গর্ভা পুরবী |
|---|---|---|---|---|---|
| চগুম-চনায | ৪০-৫০ | ৫০-৬০ | ৫৫-৬৫ | ৪০-৫০ | ৩০-৫০ |
| চুগজাক মফোন | ১৫-২৫ | ১০-২০ | ৮ ১০ | ১০-১৫ | ১০-২০ |
| চেংকুপ (ছেল্লবগী) | ১৫-২০ | ২০-২৫ | ২৫-৩০ | ২০-২৫ | ২০-৩০ |
| ফিশ মিল (ঙাকুপ) | ৫-৮ | ৫-৮ | ৫-৮ | ৮-১০ | ৫-৮ |
| হঙ্গাম থাওথি | ২ | ৩ | ৩ | | |
| চু-খরবান | ৫ | ৫ | ৫ | ৫ | ৫ |
| মনা-মশিং | ৬ | ১০ | ১৫ | ১৫ | ১৫ |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| থুম | ০.৫ | ০.৫ | ০.৫ | ০.৫ | ০.৫ |
| মিনরেল+ভিটামিন | ৩ | ২.৫ | ২.৫ | ২.৫ | ২.৫ |

**২) য়ুবং (রেসিডুএল বিভেরেজ) হাপ্পগা শেম্বা ওক্কী মচিঞ্জাক**

| ময়াল (কিলো) | ষ্টার্টর | গ্রোৱর | ফিনিশর | ব্রীদিং হাতম | গর্ভা পুবী |
|---|---|---|---|---|---|
| য়ুবং | ৩৫ | ৪০ | ৪৫ | ৩০ | ৩৫ |
| চুগজাক মফোন | ২৫ | ১৫ | ১০ | ২০ | ১৫ |
| চেংকুপ | ১০ | ১৫ | ১০ | ২০ | ১৫ |
| ঙাকুপ | ৮ | ৫ | ৫ | ১০ | ৮ |
| হঙ্গাম থাওথি | ২ | ৩ | ৩ | | |
| চু-খরবান | ৫ | ৫ | ৫ | ৫ | ৫ |
| মনা-মশিং | ১২ | ১৪.৫ | ১৪.৫ | ১৪.৫ | ১৪.৫ |
| থুম | ১ | ১ | ১ | ১ | ১ |
| মিনরেল +ভিটামিন | ৩ | ২.৫ | ২.৫ | ২.৫ | ২.৫ |

ফুৎলগা ঈশিংনা শরুক অনি য়ানশিল্লগা পীজগদবনি। মচা পুথোক্কদবা হাতম অমসুং গর্ভা পুবী ওকশিংগীদমক্তদি মিনরেল -ভিটামিনশিংগী মথক্তা লাইসাইন, মেথিওনাইন, ট্রীপ্তোফেননচিংবা এমাইনো এশিড য়াওবা ফীদ সপ্লিমেন্ট হাপকদবনি।

**৩) য়েন্থি হাপ্পগা শেম্বা ওক্কী মচিঞ্জাক**

গ্রোৱর অমসুং ফিনিশর ফীদ শেম্বদা ব্রোইলরগী অনৌবা মথি হাপ্পগা, চেংকুপ, চুগজাক, হঙ্গাম থাওথি, ঙাকুপ, পালখোক ১দি থুম পুন্না মৈদা মুন্না ফুৎলগা ঈশিং অমসুং মিনরেল+ভিটামিন য়াল্লগা পীজবদা য়াম্না কান্নবা ফংই।

নিয়ম চুম্না মচিঞ্জাকশিংসি পীজদুনা য়োকপা ক্রোস ব্রেদ ফিনিশর অয়াম্বা থা ৯/১০ দা মশাগী অরুম্বা কিলো ৯০ গী মথক্তা য়ৌহনবা ঙমই। মচা পুথোক্নবা ব্রীদিংগীদমক থম্বা ওক হাতম অয়াম্বা থা ৭/৮ দা কিলো ৭০/৮০ য়ৌরকপগা লোয়নননা হীট লাক্তুনা গর্ভা পুবা ঙমই। পোক্লকপা মচাশিংগী ফিভম অমদি মপীগী খোমথোকতা অশোয়বা কয়া লৈতে। মপাশাগী মচা পুথোকপগী মগুন্দা অৱাৎপা লৈতে।

## ওক্তা অশংবা মনা-মশিং (শজিক) পীজবা

মথক্তা নৈনখিবা অশেম্বা মচিঞ্জাক, কনসেন্ট্রেটেৎ ফীদ নত্রগা দানা শিংদু পীজ পীজনা নুমিৎ খুদিংগী অশংবা মনা-মশিং (শজিক) পীজগদবনি। ওক্তাওশিংদা পোকপদগী

নুমিৎ ১৫/২০ নি শুবদগী অশংবা মনা-মশিং পীজবা তশ্নীগদবনি। অহানবা হৌরকপা মতম খরদি থিবেৎ ফাইবগী অনাবা লাকপা য়াওই। অদুবু, থিবেৎ ফাইনা ফাইনা, মনা-মশিংদু লেপ্তুনা পীজরগা এন্টিবাইওটিক্স -ওক্সিটেট্রাসাইক্লিন, সলফাদিমিদিন নত্রগা ট্রাইমেথোপ্রিম সলফামেথোক্সাজোল ইঞ্জেক্সন থংন-থংননা নুমিৎ হুমনিদং পীবদা থিবেৎ ফাইবা লেপখিগনি। মচিঞ্জাক ফজনা চাদুনা হিংবা ওক অমদা মানা চারিবা চিঞ্জাক অদুগী ১০-৩৫% অশংবা শজিক্লা শিনবা য়াই। ৱাশিংটন বুল্লেটিন ২৯৬ কী মতুংইন্না নহাওইরিবা চাউখৎলক্লিবা ওকশিংদা শজিকনা ১০% অদুগা অহল ওইরবা ওকশিংদা ২০-৩৫% ফাওবা শিনবা য়াই। শজিক্তগী ওকশিংনা মখোয়গী দরকার ওইবা ন্যুত্রিএন্টশিং লোয়না ফংবা ঙমদ্রবসু শজিক পীজবনা মখাগী কান্নবশিং অসি পী।

১) শজিক পীজবনা মচিঞ্জাক্কী খরচ য়াম্না হন্থহনবনা মরম ওইদুনা শেন্দোং হেন্না ফংহল্লি।

২) ভিটামিন খুদিংমক শজিক্তগী ফংবা ঙমই।

৩) কেলসিঅম অমসুং আইরননচিংবা মিনবেল খরদি শজিক্তগী মরাং কাযনা ফংই।

৪) অফবা মখলগী শজিক্লা ওকশিংদা প্রোটিন মতিক চানা পী।

৫) মসিনা ওকশিংদা মশা-মঊ ফবা অমদি নাগন-য়েক্কন্দবা হেনহল্লি, লোয়ননা চাউবা য়াম্না থুহল্লি।

৬) শজিক মরাং কায়না পীজরগা য়োক্লকপা ওকশিংনা পীজদনা য়োক্লকপা ওকশিংদগী অফবা মচা পুথোকপগী মগুন য়াম্না হেল্লি, লোয়ননা চাগোক মশিং হেন্না থম্বা য়াই।

৭) মসিনা মীওইবনা চাগদবা হৱায়-চেংৱায় ফনা য়াম্না কনবা ঙমই।

ওক্কীদমক খ্বাইদগী হেন্না ফবা শজিক্তি লুশর্ন (অলফা অলফা) নি। বর্সীম (ইজীপসিআন ক্লোভর), বেদ ক্লোভর, সুদান গ্রাস, লাদিনো ক্লোভর ওক্কীদমক মশক নাইবা শজিকনি। অদুগা ঐখোয়গী লমদমসিদা মবাং কায়না ফংবা য়াবা ওক্কী অফবা শজিকশিংগী মনুংদা কাওপী (চাকহৱায়), চুগজাক মনা, গাজর মনা, চানা মনা অমদি কোবী মনা পনবা য়াই। হায়রিবা মনা-মশিংসিগী মথক্তা ঐখোয়গী য়ুমলক, ইংখোল-লৌবুকনচিংবদা হৌরিবা ওক্লা পাম্না-হাওনা চাবা অথোৎপা নাপীশিং মরুওইনা কবোনাপী, শমপকপী, তেরাপাইবী, মতু চোম্বী (পেরা গ্রাস), য়েমপৎ, চেংক্রুপ, উচি হঙ্গাম, খোমথোকপী, হুপনচিংবা নাপীশিং ওক্কী মচিঞ্জাক ওইনা পীবা য়াই।

**********

# ওক ফা-পুনবগী নিয়ম

মণিপুরগী মকম অয়াম্বদা মকোন্দগী থাদোক্তনা ফাজিন্দুনা য়োক্লরিবা ওকশিংসি মশাগী অরুম্বগা মশাদু পুরিবা মখোঙ-মখুৎকী শরুশিংদুগা চাংদম্নবদা মশাগী অরুম্বনা হেনবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। অদুগীসু মথক্তা মচিঞ্জাকী মচলদা অৱাংপা লৈবদগী জীবসিংগী শরুশিং মপাঙ্গল য়াওদে, তেক্কন-কায়গল্লি। মরম অসিদগী হিদাক কাপ্পবা নত্রগা করিগুম্বা মরম অমগীদমক ফা -পুনবা তৌরুবদা হাথু-হাথু ফিভম চুমদনা হোৎনরুরবদি মখোঙ-মখুৎ তেকপা অমদি লৈখায়বনচিংবা য়াম্না থোক্কল্লি। মসি থোক্তনবা মতৌ করম্না ফা-পুনগদগে হায়বদু খঙবা দরকার ওই।

## ১) পোকপদগী কিলো ১০ মুক লুম্বা ফাওবা

পীক্লিবা ওক খুদিংমক মশাদা খুৎ অনিনা পায়রগা ফারোইদবনি। মসিনা শরুনচিংবদা অশোয়বা থোকহন্দ্রগসু মখোল হৌনা খোঙহন্দুনা অতৈ ওকশিংদা অকিবা-থুক্কৎপা পোকহল্লি। অসুম্না অতোপ্পা ওকশিংদুনা পাখত্তুনা চেনবদগী মখোঙ-মখুৎ তেকপনচিংবা থোকপা য়াই। নত্রগা চাজেনবী মপীনা মচাগী মখোন তাবদগী থুক্কৎ-পাখত্তুনা উরু-উরু লৈদুনা চেন-চোংবদগী মচা নেৎখায়বা নত্রগা তুশিন্দুনা মশামক্তী মখোঙ তেকপা, লৈখায়বনচিংবা য়াওই। মরম অসিদগী পোকপদগী কিলো ১০ মুক লুম্বা ওক খুদিংমক ফাবা তারবদি খুদুঙগী মখোঙ অনিদু ফৈরু ময়াদা খুৎ অনিনা মতম অমত্তদা পায়রগা মথক্তা য়াম্না থুনা থাংগত্তুনা ফাগদবনি। মপীনা চেল্লিবা অপীকপা ওকশিংবুদি খুৎ নাম্মনা খুদুঙ নাম্মদা পায়রগা খঙথাং থাংগৎলগা ফাবদা মখোন-থোকপা খরা ফৈ লোয়ননা অতৈ মচাশিং অমদি মপীদা ডিষ্টর্ব কয়া তৌদে।

## ২) কিলো ১০ মুক্তগী কিলো ৫০ মুক লুম্বা ফাওবা

কিলো ১০/১৫ গী মথক্তা লৈবা ইনখৎলক্লিবা ওক অয়াম্বা খুদুঙদা ফাবা মতমদা কাওবা-থিনবনচিংবা তৌদুনা খোং-লাওরগা চোংবদগী মখোঙ খুদুঙদু য়াম্না তেক্কল্লি। অদুগীসু মথক্তা, লৈমিন্নবা ওকশিংদা নার্ভস হেন্না চৎহন্দুনা চেন চোংবদগী মখোঙগী অশোয়বা য়াম্না থোক্কল্লি। মসি থোক্তনবা ওকতুগী মমৈ মৈখোঙদা খুৎ অনিনা পায়রগা খংথাং থাংগৎপগা লোয়ননা ওক্তুনা খুমাঙ অনিনা চৎপদু তপ্পা মতুং ইন্নরগা হিদাক কাপ্পনচিংবা পাঙথোকহৌগদবনি।

### ৩) কিলো ৫০ দগী হেন্না লুম্বা ওকশিং

মৈখোঙদা পায়রগা থাঙ্গৎপদা অবাবা ওইগদবা ওকশিংগীদমক্তি মৈখোঙদা পায়রগা থাঙ্গত্তনা ওক্কুনা চৎপদা য়াল্লপ য়াল্লপ অরুম্বা খরা খরা পীরগা মতুংইন্না চৎকদবনি। মসি তৌরুবদা য়াম্না তমথিবা মওংদা মতুং ইল্লিবা মীদুবু চিক্কদৌগী ঙং-লাওদুনা ওনশিনগদৌগী হোৎনবা য়াওই। মদুদা থোইদোক্লা মীপাইরুবা তৌদনা ওক্কুগী মতুংদা মানা লৈ-লৈদুনা চৎলিঙৈ অদুম ইন্নদুনা চৎপদা ওক্কু মানা ঙল্লরোই খঙঙকপদগী খরা ইংথরক্কনি। মতম অদুদা হিদাক কাপ্পনচিংবা পাঙথোকহৌগদবনি।

করিগুম্বদা অচৌবা ওক অমা ইম্বুদবা য়াদদুনা ইম্বুবা তারবদি ওক্কুগী য়েৎথংবা নত্রগা ওইথংবা খুমাঙ অমসুং খুদুঙ হায়বদি নাকল অমগী মখোঙ অনিমক তোঙান-তোঙান থৌরি অনিনা খুজেঙদা পুল্লগা মবুক মখাদা থৌরি মচিল অনিদু পুরক্কগা অতোপ্পা নাকল অমরোমদুদা মী অনিনা থৌরিদু তিংনা পায়রগা চপ মান্ননা ওক্কুগী নমগন ময়াদা খোঙপাক্লা খংকাও কাওরগা থৌরি খংচিং চিংবদা ওক্কু ফৈনা লৈমায়দা তাখিগনি। মতমদুদা থৌরি অনিদু মথক্তা চিংখৎতুনা থম্লগা ওক্কুনা হৌগৎনবা হোৎনদুনা ফরং ফরং চোংলগা লৈরিঙৈদা মী অনি অহুম্না ওক্কুগী নমগনলোমদা চংশিন্দুদা মনা, মকোক, নিঙজোন অমদি মফৈদা নম্বদা ওক্কু হৌগৎপা ঙল্লরোই। তাঞ্জাদুনা খুদুঙগী থৌরিদুনা খুদুঙ অনি পুনশিনগনি, অদুগা খুমাঙগী থৌরিদুনা খুমাঙ অনি পুনশিনগনি; লোয়ননা থৌরি মচিন অনিদুনা কারন লোল্লগা মখোঙ মরিদু শুপ্পুন পুনশিনগনি। ফিভমসিদদি ওক্কু হিদাক কাপ্পবা নত্রগা কাষ্ট্রেসন তৌনবা (মশা শেমদোক্লবা) হোৎনবদা মী ময়াম চংদুনা নম্মুদ্রবসু ইকোম কোম্না পাঙথোকপা য়াই। মসিগী নিয়মসিনা ফৈনা লৈমায়দা খংতা তাবদগী হকচাংগী কয়াৎশিং মরুওইনা মখোঙ, ব্রেন, থম্মোয় অমদি থবোম্বীনচিংবা করিগুম্বদা শোকহনবা য়াওই।

য়াম্না হেন্না চাউ-শাংবা নত্রগা লুম্বা ওক ইম্বুবা তারবদি, খুমাঙ অমদা থুক্কি পুল্লগা থৌরিগী মচিন্দুনা খুমাঙ অনিগী কারক্তা কারন লোনশিল্লগা খুমাঙ অনিমক খুরৌ ওইনা পুনবা য়ানবা, খুমাঙ অনিগী কারক্তা থৌরি মচিন্দু শাংনা পুরগা খুদুঙ অনিগী কারক্তা লোনশিল্লগা তুংলোমদা চিংবা য়ানবা থমগনি। অসুম্না খুদুঙ অনিদুসু কারন লেংদুনা খুরৌ থাংনা পুল্লগা থৌরি মচিন্দুনা খুদুঙ অনিদুগী কারক্তা শাংনা পুরগা খুমাঙ অনিদুগী কারক্তা ফাওদোকহল্লগা মমাংদা চিংবা য়ানবা থমগনি। অসুম্না থৌরি অনিদু মনিং মমাং চিংবদা মখোঙ মরিমক শুপচিন্দুনা পুনশিনখিবদগী ওক্কু তপ্না তপ্না লৈমায়দা কুম্থরকই, মমৈদা ফৈনা লৈমায়দা তারকই। মসিগী নিয়মসিনা ওক্কুগী কয়াৎশিংদা অশোক-অপন নংহন্দে।

**********

# ওক পুথোক-পুশিন তৌবগী নিয়ম

ওক হায়রিবা জিবসি মফম অমদগী অমদা থাংদোক-থাংজিন তৌবদা য়াম্না তেক্কন-শোক্কনবা অমদি গাড়ীনা অরাপ্পা মফম অমদা পুথোক-পুশিন তৌবদা য়াম্না শিগনবা লোয়ননা মশাগী অরুম্বা হুম্থগনবা শা মখল অমনি। চানবগীদমক হাৎপা য়ারবা ওক অমা পুং ২৪ লেপ্তুনা গাড়ীনা পুবদা মশাগী অরুম্বা কিলো ২.২ দগী ৫.৪ ফাওবা হুম্থে, অদুগা অশিবা ওক্তুনা কিলো ০.৯ ফাওবা হুম্থে। মসি ওক্কুগী হান্নগী মশাগী ফিভম, গাড়ীদা চিনমন্না পুবা, নুংশিৎ-নুংশাগী ফিভম, পুবগী মতম, ফাবা পুনবগী মওংনচিংবা কয়াগী মখা পোল্লি। অসুম্না, থাংদোক-থাংজিন ১দি পুথোক-পুশিন তৌবা মতমদা অশোয়-অঙাম থোক্তনবা মখাগী নিয়মশিং অসি ঙাক্লা চৎনবা হোৎনগদবনি।

১) থাংদোক-থাংজিন অমসুং পুথোক-পুশিন তৌরমদাইদা ওক খুদিংমক মবুক থন্না পীজরোইদবনি।

২) অনকপা মফম অমদা নত্রগা লৈমায়দগী গাড়ী মথক্তা হাপকৎপা মতমদা ওক্ক ।ওদগী কিলো৪০-৫০ লুম্বা ওকশিংগীদি মনা অনি, মমৈগী মৈখোঙ অমদি মফৈগা মবুক্কা তায়নফমদা পায়রগা থাংবদা অশোক-অপন থোক্কন্দে। অদুবু অচৌবা য়াম্না লুম্বা ওকশিংদদি মী অনিনা ওক্কুগী য়েৎ-ওইগী চগোৎ মপাদা লেপ্লগা খুৎ নাম্মা নাম্মনা ওক্কুগী মবুক্কা খুমাঙগা তায়নফমদা লোনশিল্লগা খুৎশাশিং কারন চননা পায়শিন্নগনি অমদি খুৎ নাম্মা নাম্মনা মনা অনিদু পায়গনি, লোয়ননা অতোপ্পা মী অনিনা খুদুঙগা মবুক্কা তায়নফমদা খুৎ লোনশিন্দুনা খুৎশাশিং কারন চন্দুনা পায়শিন্নগনি। অসুম্না মী ৪/৫ চংদুনা মতম অমত্তদা হৌদুনা ওক অদু থাংনবা হোৎনগনি। হায়রিবা নিয়মসিগী মহুত্তা মখোঙ মরিমক শুপ্পুন পুনশিল্লগা, মখোঙ অমসুং মবুক্কী কারক্তুদা উ নত্রগা ব্বানচিংবা লোনশিল্লগা ওক্কু লোংনা থাংগৎলগা পুবীরোইদবনি। মসিদগী মখোঙদা অতেক-অকায় থোক্তুনা খুদোংথিবা য়াম্না নংগল্লি।

অদুগা, করিগুম্বদা মপান থোকহন্দনা চহিচুপ্পা মকোন মনুংদা ফাজিন্দুনা থম্বা ওকশিং মফম অমদগী অমদা হোইদুনা পুবা মতমদা চৎলু য়াদবদগী ফু-চৈদুনা, কাও-থিশ দুনা অমদি নম্ফুদা ইন্দুনা পুবীরোইদবনি। মসিদগীসু মখোঙ-মখুৎ অমদি মম্বাঙদা

অতেক-অকায় থোকহনবা য়াওই। অদুগা অমনা, ওক্তা ফুবা মতমদা কৈদৌঙেদসু মখ্বাঙদা চৈনা-করিনা হাইদুনা অকনবা শাফু পীরোইদবনি। মসিদগী খুদুঙ অনিমক পেরালাইসিস তৌহন্দুনা হৌগৎপা ঙমদবা য়াম্না তোয়না থোকই।

৩) পুথোক-পুশিন তৌরিঙৈদা স্বর ফুনগত্তনবা হোৎনবগা লোয়ননা অশেংবা নুংশিৎ মরাং কায়না ফংহনগদবনি।

৪) নুংশা য়াম্না শারিঙৈ মতমদা ওক পুথোক-পুশিন তৌরোইদবনি। তঙায় ফদনা পুবা তারবদি লম্বীদা য়াম্না তোয়না ঈশিং অইংবা চাইশিন্দুনা ওন্নিবমথৈ মৈশাদগী ঙাকথোক্ল বা হোৎনগদবনি। লাপ্পা পুবা তারবদি নুংমিদাংগী মতমদতা পুনবা হোৎনগদবনি।

৫) গাড়ী মনুংদা লাংদনবা অমদি চিক্লা-খোৎনদনবা লোয়ননা পুথোক-পুশিনগী চৈনাখোন (ট্রানসিৎ স্ট্রেস) দগী খঙহৌদনা শিবা থোক্তনবা ভিটামিন ই লোয়ননা এজেরপেরোন ট্রাংকুইলাইজর কাপথোক্কদবনি।

**********

# ওক য়োকপগী নিয়ম

## পোকপদগী নুমিৎ ৫৬ নি শুরবা ওক মচা (ট্রীপর) য়োকপা

মপীনা পোকপদগী মপীদগী খাইদোকপা ফাওবগী ওক্লাও য়োকপদা চংবা থৌরমশিং মখাগী অসুম্না পাঙথোক্কদবনি।

১) ওক মচানা মপীগী মবুক মনুংদগী মপান হেক থোরকপগা অকংবা, অরূবা ফদি অমনা মচাদুগী মনাতোন অমদি মচিন্দা পল্লকপা অনপ্লা মচুম অমসুং কুরাংবানশিং অদুনা স্বর হোঞ্জিনবা মতমদা ফুনগত্তনবা খুদক্তা নাম্থোক-তৈথোক্কদবনি। মথংদা মশা পুম্বদা পল্লকপা মচুম অমসুং কুরাংবানশিং তৈথোক্লুনা লৌথোক্কদবনি। করিগুম্বদা, ফুনগৎপদগী স্বর হোনবা ঙমদবগী ফিভম থেংনরবদি, খুদক্তা পম্প অমগী মতেংনা নাতোন মখুন্দগী মহি-মনায় অদু চিংথোক্কদবনি অদুগা অশেংবা নুংশিৎ, মনাতোন মখুন্দা কাপশিনবগা লোয়ননা ওক্লাও অদুগী হুমদাং মথক্তা খুৎশানা হঙ্গৎ-হন্দা নমদুনা প্রেসর পীরগা স্বর হোলহন্নবা হোৎনগদবনি। অসুম্না, মপুং ফানা স্বর হোন্দ্রিবা ফাওবা হঙ্গৎ-হন্দা শান্নবীগনি।

২) স্বর নিংথিনা হোন্দুনা লেংবা-চোংবা ঙম্লবা ওক্লাও অদুগী খোয়রী ককথৎকদবনি। মসিগীদমক টিনচর আইওদিন লুপ্পবা লং অমনা মচাগী মবুক্তুগী ইঞ্চি ১ মখায়রোম চৎথরগা কন্না কিশনগদবনি, লোয়ননা মপীরোমদা ইঞ্চি অমরোম চৎথোক্লগা অনিশুবা কিসি অমা অমুক কিশিনগনি। কিসি অনি অদুগী ময়ায়দা কাটি অমনা খোয়রী অদু ককথৎকদবনি। অদুগা, ককফম মতোন অদুদা টিনচর আইওদিন তৈগদবনি।

৩) খোয়রী ককপা লোয়বগা য়া কক্লবা কাটি (টৌথ ক্লিপর/প্লৈঅর) অমগী মতেংনা অতুম্বা ময়া নিপাল (য়াথক্তা মরি, য়াখাদা মরি) অদু য়াখোঙদা চপ্লগা ককথৎকদবনি। ময়া ককপা মতমদা য়াখোঙ নোমদনবা, অথৌবা মচিন লৈহৌদনবা অমদি য়ারি শোক্তনবা চেকশিনগদবনি। করিগুম্বদা, ময়া ককফমদা ঈ থোরল্লবদি টিনচর আইওদিন লুপ্পবা লশিংনা নমশিন্দুনা ঙাইহাক্তং থমগদবনি। ওক্লাওশিংগী ময়া ককথৎপনা মখোম থকপা মতমদা মপীগী খোম্মিদা অথৌবা ময়াশিংনা চিকথৎপদগী শোকপা অমসুং মখোয় মশেল লাক্লবদগী মমিৎ-মমায়দা অশোকপা কয়া থোক্কদবদগী কনবা ঙমই।

৪) ময়া ককপা লোয়বগা ওক্লাওশিংগী রিকোর্ড থম্নবা ইয়ার নোৎচিং (মশক তাক্লবা, মনা নাতোন্দা দাগ লৈনবা কাটিনা ককপা) অমসুং দরকারগী মতুংইন্না মমৈ ককপগী থৌরাং পাঙথোক্কদবনি।

৫) ময়ামসি লোয়বগা ওক্লাও অদু মপীগী খোমজিন্দা পুশিন্নগা খোম পীথকপা তম্বীগদবনি।

৬) মপীগী খোম থক্লুনা মবুক থল্লবা ওক্লাওশিংদু ব্রুদর (মৈশা পীদুনা লুম্না থম্নবা উপু) দা থাংজিন্দুনা থম্বীগদবনি। মবুক লামদুনা খোংঙকপগা ব্রুদরদগী থাদোক্লগা খোম অমুক পীথক্কদবনি। লোয়বগা ব্রুদবদা অমুক হোয়জিনগদবনি। অসুম্না, নুমিৎ হুমনি/মরিনি শেন্নদুনা নোংমদা ৬/৭ মপীগী খোম পীথক্লবা হোৎনগদবনি। নুমিৎ মরি/মঙানিগী মতুংদদি ব্রুদরগী থোঙশিংদু হাঙদোক্লুনা থল্লগা ওক্লাওশিংদুনা থক্লিঙবা মতমদা মপীগী খোম থকপা অমদি ব্রুদর মনুংদা চংবগী মওং-মতৌ অদু য়েংশিনগদবনি। ওক্লাও খুদিংমক পোকপগা মপীগী খোম য়াবিবমখৈ থুনা ফংহন্নবা হোৎনগদবনি। মচা পোকপদগী নুমিৎ হুমনি ফাওবগী মখোমদা য়াওবা কোলোষ্ট্রম্না নৌরিবা ওক মচাশিংদা লায়না তিন্না ঙাকথোক্লবা এন্টিবোদিস, মশা-মউ ফহন্নবা অফবা মখলগী প্রোটিন, চিনি, থাও, মিনরেল অমসুং ভিটামিনশিং মতিক চানা ফংহল্লি। মসিদ নত্তনা কোলোষ্ট্রম্না পোকপদা ঙাইহিরিবা ওক্লাওশিংগী ম্যিকোনিউম (মমাগী পুক্লুংদা লৈরিঙৈ মতমদগী য়াওরকপা ওক্লাওশিংগী মথি) ফায়দোকহনবদা মতেং পাংই। মরুওইনা, পোকপদগী পুং ২৪ ফাওবদা মপীগী মখোম ফংহন্নবা হোৎনগদবনি।

## মপী লৈত্রবা ওক্লাও (ওরফান পিগলেৎ) য়োকপা

করিগুম্বদা, পোক্লকপা মচাগী মশিংনা খোমজিন্দগী হেল্লবা নত্রগা মপী শিদোকপ্রবা নত্রগা মরম খরদগী মপীগী মখোম থোকখিদ্রবদি, অহেনবা মচা নত্রগা মপী লৈত্রবা ওক্লাও (ওরফান পিগলেৎ) শিং অদু মচাগী সাইজ হায়ফেৎ মান্নবা অতোপ্পা মপী অমদা থাজিন্দুনা (ফোষ্টর ফীদিং তৌদুনা) য়োকহনগদবনি। মসিগী খুদোংচাবা ফংদ্রবদি মপীগী খোমগী মহুৎ শিনবা মচিঞ্জাক (সো মিল্ক রিপ্লেশর) পীথক্লুনা য়োক্কদবনি। অদুবু খ্বাইদগী মরুওইবদি পোকপদ ঙাইহিরিবা ওক্লাওনা কোলোষ্ট্রম য়াওবা মপীগী খোম মাগী ইহান হানবা মচিঞ্জাক ওইনা ফংহন্নবা হোৎনবা অসিনি। কোলোষ্ট্রম য়াওদবা মচিঞ্জাক্লা ইহান হান্না মাগী চাকখাওদা চংখিবা থোক্লবদি লায়না তিন্না ঙাকথোকপা ঙম্বা শক্তি পীবা গম্মা গ্লোবুলিননচিংবা অচৌবা মোলোক্যুলশিং চুপশিনবদা ব্বানা থোকই। মরম অসিনা কোলোষ্ট্রম্না অহানবা মচিঞ্জাক ওইনা পীথক্লুনা ঈদা ইম্মুন গ্লোবুলিন ট্রান্সফব তৌবদু মপুং ফানা পাঙথোকহন্নবা হোৎনগদবনি। ওক মপীগী কোলোষ্ট্রমনা পীবা শক্তি অদুমক য়ৌবা ঙমদ্রবসু মনবীগী কোলোষ্ট্রমনসু খরা মখৈদি ঙাকথোকহনবা ঙমই। উপায়

লৈত্রবদি পোকপদ ঙাইহিরিবা ওক্লাওদা গম্মা গ্লোবুলিন ইঞ্জেক্সন পীরবদি মপীগী খোমগী মহুৎ শিনবা মচিঞ্জাক থাক্তুনা য়োকপদা কান্নবা হেন্না ফংবা ঙম্মই।

মচা য়াম্না চেন্দবা মপী অমগী মনাক্তা থাজিনবা তারবদি, মপী অদুগী অহেনবা খোমজিনশিং অদু কংশিন্দ্রিঙেদা থাজিনগদবনি। থাজিনবা মতমদা অনৌবা মচাশিং অদু মনম মান্নদবদগী চিক্তুনা তাম্থোকপা য়াওই। মসি থোক্তনবা মপীদুনা চেল্লল্লিবা মচাশিং অদু মপীদুদগী খাইদোক্লগা মচি অমদা পুল্লপ থম্লগা, মরক্তুদা অনৌবা মচাশিং অদু থাজিনগদবনি। য়ানশিন্নদুনা লৈরবা ওক্লাওশিং অদুদা ডিক্তোল নত্রগা মনম লৈবা পোৎশক অমা চাইশিনগদবনি। অসুম্না, পুং অমরোম থাম্মিন্নরবা মতুংদা মপী অদুগী মনাক্তা পুল্লপ থাজিন্দুনা মখোম পীথক্কদবনি।

মপীগী খোমগী মহুৎ শিনবা মচিঞ্জাক (প্রি-ষ্টার্টর ফীদ) পীজদুনা য়োকপা তারবদি লাইনা ফংবা ঙম্বা ষনবীগী শঙ্গোম অনৌবা লিটর অমদা, য়েরুম অহিংবা ২, বাদাম থাও মিলিলি ২, খোয়হি মিলিলি ৫০, ফেরস সলফেৎ সোলুসন মিলিলি ১, ভিটামিন + মিনরেল মিলিলি ২ মখায় অমসুং এন্টিবাইওটিক্স প্রেমিক্স মিলিগ্রাম ৪০ ফজনা থিৎলগা পুখমগুম্বা অপাকপা, মপান নেম্বা পাত্র অমদা হৈদোক্লগা পীথক্কদবনি। *"Pig Production In Austrelia"* by :- Gardner, Dunken and Lloyd,1990, Page 83-84 দা পীবগী মতুংইন্না নুমীৎ ৫ ফাওবগী ওক্লাওদা স্কিম মিল্ক পাওদর নত্রগা ষনগী শঙ্গোম মফোল (হোল মিল্ক পাওদর) গ্রাম ১৭তা ডেক্সট্রোজ গ্রাম ৪ অমসুং ঈশিং গ্রাম ৭৯ য়ান্নরগা (ড্রাই মেটর ১৬-২০% ওইহল্লগা) পীথকপা য়াই। অদুগা হাপ্তা অমগী মখাগী ওকনাওশিংদা মপং ওইনা পীজনবা গেহু মফোল ৩০%, স্কিম মিল্ক পাওদর ৬০%, লেক্তোজ ৬%, টেল্লো ৩%, ট্রাই কেলশিঅম ফোসফেৎ ০.৫%, ভিটামিন + মিনরেল প্রেমিক্স ০.৫% পীগদবনি। মসি নোংমদা ৫/৬ লক থোক্লা হাপ্তা ২ পীথক্কদবনি। অসুম্না ওক্লাও অমনা নোংমদা মিলিলিটর ১০০ দগী ২০০ ফাওবা থক্কনি। পোকপদ ঙাইহিরিবা ওক্লাওশিংনা পুং ২৪ রোম লুম্বু-লুম্বু শাবা মফমদা থম্বীরবদি মচিঞ্জাক য়াওদ্রবসু হিংবা ঙম্মই। অদুবু পোকপদগী পুং ১২ ফাওবগী মনুংদা মচিঞ্জাক ফংহন্নবা হোৎনগদবনি। মতৌ অসুম্না য়োকপা ওক্লাওশিং অমমমতা ওইনা তোঙান তোঙান হাপ্তা ২ ফাওবা থম্বীগদবনি। মরমদি, খুৎশেমগী খোম পীথক্তুনা য়োকপা ওক্লাওশিংনা মতম অয়াম্বদা অমনা অমগী মনা, মখোই, মবুকুচিংবদা কন্না চুপ্লগী হৈনবী লৈবদগী পোৎথাদনা লাংবনা মরম ওইদুনা হকচাং ময়েং তাহল্লি। করিগুম্বা মহি লাংনা খোমথি ফায়রবদি খুৎথাক অমা/অনিগী মচিঞ্জাক্কী চাং অদু তংখায়/তংখায়দা হম্থদুনা থাক্কদবনি।

৭) পোকপগী মতুং নুমিৎ ৪ নি শুবদা ওক্লাও খুদিংমক এনেম্নিআদগী কন্নবা আইরন ইঞ্জেক্সন পীগদবনি। কংক্রিৎ অমসুং উপাক্লা লৈমায় ওইবা অমদি মপানগী

লৈবাক অমসুং নাপী মরক্তা থোকহন্দনবা কোয়না খাজিন্দু শেম্বা মকোন মনুংদা পোকপা ওক্লাওশিংনা নোংমদা মখোয়না দরকার ওইহরিবা আইরন মপীগী মখোমদগী মতিক চানা ফংবা ঙমদবদগী এনেমিআ হায়রিবা ঈ ৱাংপগী লায়না অদুনা নারকই। মরুওইনা ওক্ৰাও অমনা চাবা হৈত্রিঙৈ হায়বদি পোকপদগী হাপ্তা ৩ ফাওবসিদা আইরন মিলিগ্রাম ১৫০ দগী ২০০ ফাওবা দরকার ওই। মসি ফংহন্নবগীদমক মিলিলিটর অমদা ইলেমেন্টল আইরন মিলিগ্রাম ৫০ য়াওবা আইরন ডেক্সত্রান (ইমফেরোন) মিলিলিটর ২ ঙকশম নত্রগা নিঙজোনগী শাদোংদা কাপকদবনি। মসি নুমিৎ ১৪ নি শুবদা অমুক পাঙথোক্কদবনি। আইরন ডেক্সত্রান ইঞ্জেক্সন অসি ফংদ্রগদি ঈশিং লিটর ১ দা ফেরস সলফেৎ মিলিগ্রাম ৫০ য়াওবা সোলুসন্না মপীগী খোম্মি অমসুং খোমজিন্দা মচানা খোম থক্লমদায় খুদিংগী চোংহনগদবনি। মসি হাপ্তা ২ ফাওবা চংথগদবনি।

৮) নুমিৎ ১০ নিমুক শুবদা ওক্লাওশিংদা ষ্টার্টর/ক্রীপ ফীদ পীজবা তম্বীগদবনি। পীক্লিবা ওক্লাওশিংগী মবুক্তা অহানবদা লেক্তেজ, কেজিন অমসুং লাইনা তুমগদবা ফেৎখক্তং তুম্নবা ইঞ্জাইম য়াওরকই। মথংদা নোংমা-নোংমগী চাউখৎলকপগী মতুংইন্না খোমগী নত্তবা চিনি অমদি কেজিন নত্রগা অতোপ্পা প্রোটিন পীজবা তম্বীরগদি হায়রিবা মচলশিংসি তুম্বা ঙম্বা ইঞ্জাইমশিং মরুওইনা সুক্রেজ, মালটেজ অমসুং ত্রিপসিন য়াম্না থুনা শেম্লকই। মরম অদুনা পোকপদগী নুমিৎ ১০ নিমুক শুবদগী অমসুং মশাগী অরুম্বনা কিলো ২ মুক য়ৌরকপদগী হৌনা মখোয়না চাবদা পামগদবা, লাইনা তুম্বা ঙমগদবা ক্রীপ ফীদ নং-নং লাওনা থিংলগা অপাকপা প্লেৎ অমদা হৈদোক্লগা, মফম চানা ব্রুদরগী মনুংদা মপীনা ফংলোয়দবা জগাদা থম্লগা পীজবা তম্বীগদবনি। চাবা হৈরকপগী মতুংইন্না মথং-মথং মফোন তানা কুপ্না তকখায়রবা মচলশিংদু কংনা, মপান ৱাংদবা পাত্র অমদা হাপ্লগা নোংমদা খরা খরদ ওইনা ৪/৫ রক থোক্লা পীজগদবনি। অসুম্না, মপীগী খোম থক্লা থক্লা ষ্টার্টর/ক্রীপ ফীদ অসি হাপ্তা ৮ ফাওবা পীজগদনি।

মপীগী খোম থক্লিবা ওকনাওশিংদা ক্রীপ ফীদ পীজবগী কান্নবা য়াম্না লৈ। মহৌশানা চয়োল অহুম শুরকপদগী মপীগী খোম থোকপগী চাং হন্থরকই। অদুনা মচাশিংনা দরকার ওইবদু মতিক চানা ফংবা ঙমদবদগী মপীগা খাইনরবা মতমদা মতিক চানা চাউহনবা ঙমদে। অদুবু, ওক্লাও অমদা ক্রীপ ফীদ কিলো ১০ দগী ১৩ ফাওবা পীজরবদি হাপ্তা ৮ শুরকপদা অমসুং মপীগা খাইনবা মতমদা কিলো ১৫ য়ৌনা লুমহনবদা অৱাবা ওইদে। অমরোমদা, ক্রীপ ফীদ পীজদ্রবদি মচাশিংনা দরকার ওইবা মচিঞ্জাক অদু মখোমখক্তদা তাইনদুনা চিংথোকখিবনা মরম ওইদুনা মপী অদু য়াম্না শোত্থহল্লি। মপীগী খোম থক্লিঙৈদা মপং পীজবা তম্বীহৌবনা মপীদগী হেক খাইদোরকপগা খোম ফংদবা মতমদা মচিঞ্জাক ওন্নবদগী থোকপা শোন্দম নাদম্বা, মবুক চাউথোকপা, চাবা তুমদবা অমদি চাউজন থিনবনচিংবগী অশোয়বা মালএবজোর্পসন সীন্দ্রোম এট ঋীনিং অদু লৈহন্দে। অফবা

মখলগী ক্রীপ ফীদ পীজরবদি চয়োল ৪ দগী ৬ ফাওবদা মপী অদু মথংগী চাগোক্কীদমক শেম শাবা ঙমই।

৯) পোকপদগী নুমিৎ ১৪ নি শুবদা আইরন ইঞ্জেক্সন (ইমফেরোন) মিলিলিটর ২ ঙকশম নত্রগা মফৈগী শাদোংদা অনিরক শুবা ওইনা কাপ্পীগদবনি। মসিগী মথক্তা ভিটামিন এ, ই, বি২, ডি৩ অমসুং লিভর ইক্সট্রেক্ত নোংমা নোংমা কান্নরগা ৩/৪ রক কাপ্পীগদবনি।

১০) নুমিৎ ১৫/১৬ নি শুবদগী অফবা মখলগী শজিক, অথোৎপা-অনৌবা মনা-মশিং কুপ্পা ককথৎ নগা পীজবা তম্বীগদবনি। অসুম্না, নুমিৎ খুদিংগী অশংবা মনা-মশিং মরাং কায়না ফংহন্নবা হোৎনগদবনি।

১১) নুমিৎ ১৫ নিদগী ৪০ নি ফাওবগী মনুংদা নুমিত্তুগী অইং-অশা, নোং-নুংশিৎকী ফিভম য়েংলগা (কালেম্থাগী নুংশা য়াম্না শাবা ওইরগা নুংথিল নুমিৎ নেমথরগা, অদুগা নিংথমথাগী য়াম্না ঈংবা নুমিৎ ওইরগনা নুংশা থোরকপা মতমদা) মপাশাগীদমক থম্বদা কান্নরোইদবা ওক্লাও লাবা খুদিংমক মশা শেমদোক্কদবনি হায়বদি কাষ্ট্রেসন তৌথোক্কদবনি।

## কাষ্ট্রেসন (মশা শেমদোকপা)

লাবগী স্পার্ম অমদি লাবা ওইবগী শক্তি পীহল্লিবা টেষ্টোষ্টেরোন হায়বা হোর্মোন অদুগী থোরকফম ওইরিবা টেষ্টিকল অদু ওপরেসনগী মতেংনা লৌথোকখিদুনা নত্রগা হিদাক্কী মতেংনা মাঙহনখিদুনা মপাশা ওইবগী শক্তি মাঙহনববু কাষ্ট্রেসন হায়না কৌই।

মহৌশানা ওক লাবনা, মপা ওইবা য়াবগী কয়াৎশিংদু মথং মথং শেমগৎ শাগত্তুনা থা ৮/৯ দা মপুং ফারকই হায়বদি সেক্সুএল্লি মেচুর ওইরকই। হায়রিবা শেমগৎ শাগৎপসিদা, ওক অদুনা চারিবা মচিঞ্জাক্তগী মরু ওইব্রবা ন্যুত্রিএন্ত অমদি ইনর্জিগী মতেংনা টেষ্টোষ্টেরোন থোকহন্দুনা মপুং ফাহল্লি। অদুনা, মপাশা ওইবগী কয়াৎশিং শেমগৎ শাগৎপদা মরুওইবা দায়ত্ব লৌরিবা টেষ্টোষ্টেরোন হোর্মোনগী হৌরকফম ওইরিবা টেষ্টিকল অদু লৌথোকখিবা নত্রগা শিথহন্দুনা মথৌ পাঙথোকহন্দবদগী, মাইকৈ অশোমদা শিজিন্নহনগদবা ইনর্জি ১ দি ন্যুত্রিএন্তশিংদু, মশাগী অতৈ কয়াৎশিং শেমগৎ শাগৎপদা শিজিন্নরকই। মসিদা টেষ্টোষ্টেরোল হোর্মোনগী শক্তি য়াওদবদগী মশাগী অতৈ কয়াৎশিং শেমগৎ শাগৎপদা দরকার ওইরিবা গ্রোথ হোর্মোনশিংগী শক্তি হেনগৎতুনা মশা চাউখৎপদা অমসুং নোয়খৎপদা হেন্না মতেং পাংই। অদুগীসু মথক্তা, মপাশানা অমোমগী হাকন্দা হায়বদি লিবিডো লৈবদগী অরেম্বদা লাংদুনা ইনর্জি মাঙহনবা য়াওদ্রবনিনা, মশাবু নোয়খৎ-চাউখৎহনবদা হেন্না মতেং পাংই। অসুম্না, মশা

শেমদোকপ্রবা ওকশিংনা থা ৮/৯ শুরকপা মতমদদি শেমদোক্তবা মপাশাশিংদগী লুম্বা য়াম্না হেল্লকই লোয়ননা লুম্বা মান্নরবসু ওকশা থোকপগী চাং য়াম্না হেল্লকই।

ওকশা চাবা মী অয়াম্বা মপাশাগী শাদোংদা য়াওবা মনম (বোর টেস্ট) অদু পাম্ন দে। মনম অসি মপাশাগী টেস্তিকলদগী থোরকপা স্নিটিন- এনড্রোষ্টিন হায়বা ষ্টেরোইদ অদুনা থোকহনবনি। মনম অসি নহা ওইরিবা মপাশাদদি ষ্টেরোইদ অসি য়াংপা নত্রগা য়াওদবদগী থোয়দোক্লা ফাওদে। মরম অদুনা মপাশাগীদমক য়োক্লুরবা ওক য়োম্বোকপা তারবদি য়াম্না লিশিন্দ্রিঙৈদা হায়বদি কিলো ৯০ লুমদ্রিঙৈদা য়োম্বোকদবনি, অদুনা অহল ওইরবা মপাশা ওইরগনা মশা শেমদোক্লগা (কাষ্ট্রেৎ তৌরগা) মতম খরা (থা অমরোম) থল্লবদি ওকশাগী বোর টেস্টগী নমথিবা মনম মাঙহল্লি।

### ওপরেসনগী মতেংনা কাষ্ট্রেসন পাঙথোকপা

মসি পাঙথোক্লবগীদমক ওক অদু পুং ১০/১২ মবুক থন্না পীজরোইদবনি। মসিগীদমক স্ক্রোটমগী থাও অদু খায়রগা মনুংদা য়াওরিবা য়েরুম মওং মানবা টেস্তিকল অদু লৌথোক্কদবনি। খায়দ্রিঙৈগী মমাঙদা স্ক্রোটম অমদি ওক্তুগী মনীঙ অমদি করাংগী শরুক অদু পোটাশ সোলুসন্না শেংনা চামথোক্কনি। খায়গদবা মফম অদুদা চৈনাখোল ফাওদনবা, লিগনোকেন এণ্ড এড্রেনেলিন ইঞ্জেক্সন (লিগনোটোক্স ২%) মিলিলিটর ২ দগী ৫ ফাওবা কাপশিনগনি। মিনিট ১৫ রোম লৈরগা খায়গদবা জগাদুগা কোন্নরা স্ক্রোটম অদু শিনবা থুংনা টিনচর আইওডিন তৈশিন্দুনা অমোৎপা শেংদোক্কদবনি। মথংদা খুদুং অনি অদু ফাকদোকহল্লগা ওইথংবা খুৎপীনা টেষ্টিকল অনিদুগী মনুংদা অমা, মবুকলোমদগী নমখৎলগা খায়গদবা উনশা মপাদুদা শিৎ তিংনা মতুম তানা ইনখৎতুনা লেংহন্দনা থমগনি।অসুম্না, তোংখৎলগা লৈরিবা টেষ্টিকল অদুগী মনীঙ-মমাঙ ওইনা ইঞ্চি ১ রোম শাংনা অথৌবা ব্লেড অমনা খায়গনি। উনশা অমসুং মসিগী মখাদা লৈবা অপাবা লেয়ার, স্পার্মেটিক ফেশিআ অমসুং ভেজাইনেল ট্যুনিক্স মখে ককথৎপদা টেষ্টিকল অদু শোকহললোয়দবনি। অসুম্না ককথৎলবা মতুংদা, টেষ্টিকল অদু স্ক্রোটমগী খাও অদুদগী মপান্দা ইম্বোক্কনি। টেষ্টিকল অদু মপান থোরকপগা খুৎনা পায়দুনা চিংখৎলগা স্পার্মেটিক কোর্ড অমসুং স্ক্রোটেল লিগামেন্ট অনিদু মরক্তা লৈবা মেসোর্চিউম কৌবা অপাবা লয়র অদু শেগায়রগা তোঙান তোঙান তাহল্লবা মতুংদা স্ক্রোটেল লিগামেন্ট অদু ইপীডিডাইমিসকা তায়নফম পীকশিনবা জগাদুদা ককথৎকনি। অদুবু, অহল ওইরবা ওকশিংদা ঈ থোরকপা য়াবগী চিংনবা লৈরগদি লিগামেন্ট অদু ঈ থোক্তনবা কেৎগৎনা পুল্লগা কক্কদবনি। লিগামেন্ট ককপ্লবা মতুংদা নৌরিবা ওকশিংদদি, টেষ্টিস অদু পায়রগা স্পার্মেটিক কোর্ড অদু তপ্না তপ্না উরু-উরু লৈথৎলগা চিংথক্তুনা থদৎপা য়াই। অদুবু খরা লিরবা নত্রগা অহল ওইরবা ওকশিংদদি স্পার্মেটিক কোর্ড অদু চিংবা য়াবা চিংথোক্লগা

কেৎগৎনা ডক্তস ডেকেরেন্স ফাওনা হান্না লেংদুনা পুন্নগা কোর্ড অদু পুন্না ঈ থোরক্তনবা কন্না পুশিন্নবা মতুংদা ককথৎলগা টেষ্টিস অদু লৌথোক্কনি। অসুন্না, অনিশুবা টেষ্টিকল অদুবু খায়রিবা মখুন অদুমক্তদা খুৎপীনা ইনৎখলগা স্ক্রোটেল সেপ্তমগী লেয়র অদু খায়রগা হান্নদৌনা লৌথোক্কনি। টেষ্টিকল লৌথোক্লবা মতুংদা, স্ক্রোটমগী খাও মনুংদা লৈবা অমোৎপা মহি-মচুম অদু অশেংবা লশিংগী স্বাপ অমনা লুপথোক্তুনা লৌথোকদবনি। অদুগা এন্টিবাইওটিক্স পাওদর চাইশিনবীগনি। অপীকপা ওক মচাশিংদদি, খায়ফম অদু ফোত্তনা থম্বনা হেন্না ফৈ। অদুবু অহল ওইরবা ওক্তা, ইঞ্চি ১ দগী হেন্না শাংনা খায়বা তারবদি, শৌজরোম থংবা মচিন অদোমদা মখুন অনিশুম্বা ফোৎলগা, মখাথংবা শরুক্তা ইঞ্চি ১/২ রোম শাংনা ফোত্তনা মচুম চৎনবা থমগদবনি।

ওপরেসন অসি লোয়বা মতুংদা ওক্সিটেট্রাশাইক্লিন নত্রগা ষ্টেপ্তোপেনিশিল্লিন অমসুং এনালজিন মকৈগী শদোংদা কাপ্পীগদবনি। ইঞ্জেক্সন অনি অসি নুমিৎ মরিনি ফাওবা চথগদবনি।

ওপরেসন অসি পাঙথোকপা মতমদা চেকশিনগদবা অমদি স্ক্রোটেল হের্নিআ (স্ক্রোটমগী খাওদা থিরিল থোরক্তুনা চাউথোকপা) লৈবা ওকশিংদদি, মসি পাঙথোক্ল বা ওক্তু ফাবা মতমদা মচিন্না মখাদা লুপথহল্লগা খুদুঙ অমদি মনীঙ অদু মথক্তা থাংগৎলগা, স্ক্রোটমগী খাওদা থোরক্লিবা থিরিল অদু হান্না মবুক মনুংদা ইন্থখিগদবনি। লোয়ননা ব্লেডনা থিরিল অদু শোক্তনবা হোৎনগদবনি।

কাষ্ট্রেৎ তৌরবা ওক মচাশিংদু মপীগী মনাক্তা হান্নদৌনা থম্বীরগা ক্রীপ ফীদ পীজনবা লোয়ননা মপীগী মখোম ফংহন্নবা চেকশিন্না য়েংশিনগদবনি।

**হিদাক্কী মতেংনা কাষ্ট্রেসন পাঙথোকপা**

*ICAR Research Complex for NEH Region*, Umiam, Meghalaya গী S.C. Giri, BPS Yadav and SK Panda না *Indian J. of Anim Science 72(6) :453, June 2003* দা পীবা রিপোর্টকী মতুংইন্না Lipatnikov (1980) গী টেক্নিক শিজিন্নদুনা পোটাসসিউম পর্মেঙ্গানেৎ গ্রাম ০.২৫+ গ্লেশিএল এশেটিক এশিড মিলিলিটর ১৭+ ডিষ্টিলদ ৱাটর মিলিলিটর ৮৩না শেম্বা হিদাক মিলিলিটর ২ টেষ্টিস অমমমদা কাপশিন্নগা ওক্কী কাষ্ট্রেসন য়াম্না লাইনা পাঙথোকপা য়াই। হিদাক অসি য়াম্না থৌবা য়োৎতুম (Sharp needle) অমগী মতেংনা ইপীডিডাইমিস ফাওনা থিল্লগা টেষ্টিস অদুগী মচিন অমদগী মচিন অমা য়ৌনবা কাপশিনগদবনি।

হিদাক অসি কাপশিনখিবা মতুং পুং ১২ লৈরগা টেষ্টিস অদু ইনক্রেম্মেসন থোক্তুনা চাউখৎলকই। মসি নুমিৎ হুমনি ফাওবা উবা ফংই। মতমসিদা, ওক্তুগী মওং মতৌ লমচৎ-শাজৎ, চাবা-থকপা অমসুং মশাগী মৈশাদা অহোংবা অমত্তা লাক্তে। হাপ্তা অমগী মতুংদগী

টেষ্টিস চাউখৎলম্বদু অসুম অসুম হম্বরকতুনা থা ৬ মুক শুরকপদা টেষ্টিস অদু পীশক পিশিল্লগা মতৎ মচা অমা ওইনা লেমহৌই।

হিদাকী মতেংনা কাষ্ট্রেসন পাওথোকপগী কান্নবা য়াম্লা লৈ। মসি ওপরেসনগী লৌশিং লৈজদবা সধারন ওকমী অমনা পৈশা ইচং চংদনা য়াম্লা লাইনা পওথোকপা ওমই। খাইদগী মরুওইনা, হিদাকী মতেংনা কাষ্ট্রেসন পাওথোকখিবা ওকশিংনা ওপরেসনগী মতেংনা কাষ্ট্রেসন পাওথোকখিবা হায়বদি টেষ্টিস পুরা লৌথোকখিবা ওকশিংদগী চাউজন ফবগীচাং য়াম্লা হেল্লি। মরমদি হিদাক অদুনা স্পার্ম পুথোক্কদবা জর্মিনেল শেলখক্তা মাওহল্লগা টেষ্টোষ্টেরোন হোর্মোন পুথোক্কদবা ইন্টষ্টিশিএল শেলশিংদি পুরা মাওহন্দে। টেষ্টোষ্টেরোন হায়রিবা এনাবোলিক হোর্মোন অদুনা ওক্কু গী হকচাং থুনা চাউখৎহনবা অমসুং লুমহনবদা মতেং য়াম্লা পাংই (Manu T and Lutwak-Mann C. 1981: *Male Reproductive Function and Science, Springerverlag, New York).*

**স্ক্রোটেল হের্নিআ**

টেষ্টিস কা শম্নরিবা স্পার্মেটিক কোর্ড কা লোয়ননা ইন্টর্নেল পুডেন্দেল ভেসেলশিং হায়বদি জেনাইটোফেমোবেল নার্ভ, আর্টেরী অমসুং ভেনশিং ফাওদুনা চৎলিবা ইঙ্গুইনেল রিং নত্রগা ভেজাইনেল ওরিফাইশ হায়না খঙনবা মবুক্কী অহোবা অদু মপী-মপাগী জীনগী অশোয়বা লৈবদগী লাওথোকমন্দুনা মবুক মনুংগী থিবোং-থিরিন থোরক্কুনা ইঙ্গুইনেল কেনেল ফাওরগা টেষ্টিসকী লৈফম স্ক্রোটিমদা য়াম্বদুনা চাউথোরকপবু স্ক্রোটেল হের্নিআ হায়না খঙনৈ। লায়না অসি লৈববা ওক্লাওশিংদি কুইর-কুইরগা খুদোংথিবা হেল্লক্কুনা চাউজন থিনবত নত্তনা শিবা য়াওরকই।

অশোয়বা অসি চুমথোক্লবা ওপরেসন তৌরগা ইঙ্গুইনেল রিং অদু ফোৎচিনবা তাই। মসি পাংথোক্লবা, অনাবা ওক অদু মখোঙ খুদুঙ থাংগৎলগা মকোক্লা য়ুংথরগা য়াম্বদুনা থমগনি। স্ক্রোটমদা চাউথোক্লম্বা থিবোং-থিরিনগী শরুক মবুক মনুংদা চংপ্রবা মতুংদা ইঙ্গুইনেল রিং মপাগী অকোয়বদা জাইলোকেইন ২% (লিগ্নোকেইন এনেস্থেসিআ) মিলিলি ২-৫ ফাওবা কাপশিল্লবা মতুংদা ফ্রেঙ্কা পেরেল্লেল ওইনা ইঞ্চি অনিরোম শাংনা খায়গনি। অসুম্না উনশাগী মথংদা লৈবা টিসুশিং অদু মথং মথং ককথৎতুনা ইঙ্গুইনেল কেনেল ফংলবা মতুংদা ইঙ্গুইনেল রিংগী ময়া নক্লা খাইরগা টেষ্টিস লৌথোক্কনি। টেষ্টিস লৌথোকপ্রবা মতুংদা ইঙ্গুইনেল কেনেল মনুংদা চৎলিবা শিংলি উতোংশিং অদু শোক্তনা থম্লগা ইঙ্গুইনেল রিং অদু ফোৎচিনগদবনি। অসুম্না থিবোং-থিরিন অদু থোরক্কে খঙলবা মতুংদা এন্টিবাইওটিক্স পাওদর নচিংবা চাইশিল্লগা সবক্যুটেনস টিসু অমদি উনশা মথং মথং ফোৎকদবনি। মসি লোয়রগা এন্টিবাইওটিক্স,

এনালজেশিক অমসুং এন্টিহিষ্টামিন নুমিৎ হুমনি/মরিনি ফাওবা কাপকদবনি।

**ওভেরিওহীষ্টেরেক্তোমী**

ওক লাবশিং কাষ্ট্রেসন তৌরগা য়োকপগুম অমোমশিংসু হীট লাক্তনবা (অখুংবী ওইনবা) ওভেরিওহীষ্টেরেক্তোমী (ওভেরীগা লোয়ননা মচাখাও লৌথোকপা) পাঙথোকই। মসি নুমিৎ ২০নিদগী থা ৩ ফাওবগী ওক্লাওদা পাঙথোকপনা খুদোংচাবা য়াম্না হেল্লি।




ওক অমোমগী মবুক্কী এনাটোমিক



ওভেরী অমসুং য়ুটেরস লৌথোকপগী মওং

মসি পাঙথোক্লবগীদমক ওক্লাও অদু জেনেরেল এনেস্থেসিআ থাগদবনি। অদুবু নৌরিবা ওক্লাওশিং দদি লোকেল এনেস্থেসিআ থারগা মকোক্লা য়ুংথরগা য়াম্দুনা থম্লগা

পাঙথোক্লবসু য়াই। মসিগীদমক অমবিলিকস (খোয়) দগী চনিঙ অমসুং খুদুঙগা কময়া ফাওবগী মবুক্কী উনশাদা লোকেল এনেস্থেসিআ থাগনি। অদুগা খোয়দগী হৌরগা চনিঙরোমদা ময়ায় চপ চানা মবুক্কী উনশাদা ইঞ্চি ২/৩ রোম শাংনা খাইবা হৌগনি। অসুম্না, এপোন্যুরোসিস অমসুং পেরিটোনিউম খাইরগা মবুক অদু হাংদোক্কনি। মথংদা ওভেরিএক্তোমী হুক অমনা ময়ানা ওক্কী মকোকলোমদা ওল্লগা এবডোমিনেল বাল তপ পক্লা স্পাইন য়ৌবা ফাওবা থিংজিল্লবা মতুংদা হুক্কী ময়া হুৎ লৈথরগা কোৎলগা চিংথোক্কনি। মতমদুদা, ব্রোড লিগামেন্ট নত্রগা য়ুটেরাইন হোর্ন য়াওরক্কনি। হুক অদু লৌথোকপ্রগা য়ুটেরাইন হোর্ন অদু খুৎনা চিংথোক্লবা মতুংদা ওভেরী অদুগী মখাদা খুদোম্বী লোনশিল্লগা চিংখৎপদা ওভেরীগী সসপেন্সরী লিগামেন্টনা কন-কন লাওনা ফাদুনা লৈবা থেংনগনি। মদু থদৎকদবনি। মদু থদৎপদা ওভেরিআন আর্টেরী অমসুং ভেন য়োমশিল্লিবা মেসোভেরিউম অদু তত্তনবা চেকশিনগদবনি। মথংদা ওভেরীগী মপাগী মেসোভেরিউমদা মখুন মচা অমা হুৎলগা ওভেরীগা য়ুটেরাইন হোর্নগা তাইনফমদা ২-০ ক্রোমিউম কেৎগৎনা কন্না পুল্লবা মতুংদা ওভেরী অদু লৌথোকখিগনি। মথংদা য়ুটেরাইন হোর্নদগী ব্রোড লিগামেন্ট তপ্না-তপ্না খাইদোক্কনি। মতমদুদা য়ুটেরাইন আর্তেরী অমসুং ভেন শোক্তনবা চেকশিনগদবনি। ব্রোড লিগামেন্টগী ময়ায়ৱায়দা কন-কন লাওনা তিংদুনা লৈবা থেংনগনি। মদু য়ুটেরসকী রাউণ্ড লিগামেন্টনি। মদুসু তপ্না চিংলগা থদৎকদবনি। মদু থদৎলবা মতুংদা য়ুটেরসকী মশা অনি লোংফম অদু ফংনবা চিংথোক্কনি। মদু ফংবদগী অতোপ্পা ওভেরী অদু হান্নদৌনা লৌথোক্লগা য়ুটেরাইন হোর্ন অনিমক খুৎনা পায়রগা চিংখৎকনি। মথংদা শের্ভিকস মচিনমক্তা য়ুটেরস অদু ঈ থোক্তনবা ময়ায় ফাওনা অমুক্তং লেংলগা কন্না কেৎগৎনা পুনশিল্লবা মতুংদা য়ুটেরস অদু পুরা লৌথোক্কনি। অসুম্না অশোকপা মফমশিংদা এন্টিবাইওটিক্স পাওদর নত্রগা মহি চাইশিল্লবা মতুংদা ২-০ ক্রোমিডম কেৎগৎনা মথং মথং ফোৎচিনগনি।

১২) মরকসিদা করিগুম্বা, খোমথি, থিবেৎ ফায়বা অমদি ওবনচিংবা (পিগলেৎ ইসকর) না নারক্লবদি ওক্সিটেট্রাশাইক্লিন, জেন্টামাইশিন নত্রগা সলফা ড্রগসকী ইঞ্জেক্সন নোংমদা অনিরক পীদুনা নুমিৎ ৩/৪ চৎথগদবনি। য়াম্না চোকথখিবা ওইরগদি গ্লুকোজ নত্রগা ইলেক্ট্রোলাইট পীথক্কদবনি। এন্টিবাইওটিক্স ইঞ্জেক্সনগা লোয়ননা ভিটামিন এ,ই,বি,ডি য়াওবা হিভিট, ভিটেদ, ব্রিভিৎ নত্রগা ইস্টাভিটা অমদি লিভর ইক্সট্রেক্ত ইঞ্জেক্সন পীরবদি য়াম্না ফবা হেল্লি। অসুম্না, নুমিৎ ৫৬ নি শুবদা মচা অমগী অরুম্বনা কিলো ১০-১৫ মুক য়ৌরকপদা, ওক মপী অদু মচাশিংনা লৈরিবা কা অদুদগী অতোপ্পা অমদা পুথোক্লগা মচাশিংদগী খাইদোকপীগনি।

১৩) ওক মচা, ক্রীপর য়োকপদা চেকশিনগদবদি মখোয়না লৈরিবা কা অদুগী মৈশাগী চাং অদুনি। মতম খুদিংদা মখোয়না লৈরিবা কা (ব্রুদর) অদুগী ওপতিমম

টেম্পরেচর অসি ২৮° C তগী ৩০° C ফাওবা অদুগা, মপীগা লৈমীন্নগদবা কা অদুগীনা ২৪°C- ২৫°C ফাওবা ফংহন্নবা হোৎনগদবনি। য়াম্না ইংবা নিংথমথাগী অহিংগী মতমদা মকোন অদুগী অকোয়বা, অহাঙ্বা ফক্লাংগী শরুক অদু য়ুবীথৌরিগী খাও, চরু নত্রগা ফক্তুম্বনা খাজিনগদবনি। মদু নুংশা শারকপদা লৌথোক্কদবনি। ওক মচাগী লৈফম, ব্রুদর মনুং অদুদনা হায়রিবা মৈশা অদু য়ৌননবা ইলেক্ট্রিক বল্ব, হিটর নত্রগা বাইমৈ থাদুনা থমগদবনি। কা অদুগী লৈমায়গী শরুক অদু লুম্নবা চরু নত্রগা হোরাই মকুপনচিংবা চাইশিন্দুনা থম্বীগদবনি। মসিগা লোয়ননা লৈমায় অদু চোত্তনবা মথি-ময়ুং অমদি ঈশিং য়াম্না তোয়না শিত্তোক চামথোক্তুনা থমগদবনি। মচিঞ্চাক অমদি থক্লবা ঈশিংদা মথি-ময়ুং তাশিলহল্লোইদবনি। নুমিৎ খুদিংগী চাফম-থকফম বাগোস অদু অশেংবা ঈশিংনা চামথোক্কদবনি।

## নুমিৎ ৫৭ নি শুবদগী মশাগী অরুম্বনা

## কিলো ৩৫ ফাওবগী ওক (গ্রোব্বর) য়োকপা

মপীগা খাইনবগা ওক মচাশিংদু চাউবা মান্নবা য়েংদুনা মকোন অমদা ওক ২০ গী মখাদা গ্রুপ গ্রুপ ওইনা থমগদবনি। মখোয়না লৈগদবা কা অদুদা মপীগা লৈমিন্নরিঙৈদা ফংলম্বা মৈশাগী চাং হায়বদি ২৪°C -২৫°C ফাওবা ফংহনগদবনি। হাপ্তা ৮ য়ৌদ্রিঙৈদা খাইদোকপা ওক্লাওশিংনা মপীগী মখোম থকপদু খংলেপ লেপ্পগী অশোয়বা অদু খরা ঙাকথোকপা ঙম্নবা মপীগা লৈমিন্নরিঙৈদা পীজবা মচিঞ্চাক ক্রীপ ফীদ অদু হাপ্তা অনি পীজবগা লোয়ন্না হাপ্তামুক ঈশিংদা ইলেক্ট্রোলাইটস নত্রগা চিনি, চুহিনচিংবা হাপকদবনি। অফবা মখলগী অশংবা মনা-মশিংগা লেয়ননা নোংমদা ৪/৫ রক থোক্লা থাক্তুনা ঙম্লিবমখৈ চাহনগদবনি। হাপ্তা ৮দা খাইদোকপা ওক্লাওশিংগীদি নুমিৎ ৪/৫ নি ক্রীপ ফীদ খক্তা পীজরন্নগা গ্রোবর ফীদ খরা খরা য়ানশিল্লগা পীজদুনা নুমিৎ ১০নিমুক শুবদগী গ্রোবর ফীদ খক্তা পীজবা হৌগদবনি।

নুমিৎ ৬০ নি শুবদা স্বাইন ফিভর টিকা, লোয়ননা নুমিৎ ১৫-২০ নি, ১৫-২০নি খন্নরগা এফ, এম,ডি অমসুং ব্রুশেল্লোসিস কী টিকা থাদোকপীগদবনি। নুমিৎ ৯০ নি শুবদা মবুক মনুংগী তিল লৌথোক্লবা নুমিদাং অমা চরা হেলহল্লগা অয়ুক্তা পাইপর্জিন, মেবেন্দাজোন, অলবেন্দাজোন, ফেনবেন্দাজোন, টেট্রামাইসোল নত্রগা লিভামাইসোল দোজ চপ চানা পীজগদবনি। অসুম্না তিল হিদাক অসি নুমিৎ ৩০ নি খুদিংগী থাদোক্কদবনি। মশা শোনবা ওকশিংদা তিল হিদাক থাদোকখিবগা লিভর ইক্সট্রেক্ত, ভিটামিন এ,ই,বি২,ডি৩ নোংমা নোংমা কাল্লগা ৩/৪ রক্তং পীরবদি য়াম্না কান্নবা ফংই।

গ্রোবর ষ্টেজগী ওকশিংসি য়াম্না কন্না ইনখৎলকপা অমসুং অরাম-খৌরাংবা য়াম্না পোকনবা মতমনি। মতমসিদা মখোয়না চানিংবা মখৈ চাবা ফংননবা গ্রোথ প্রোমোটর হাপ্পবা গ্রোবর ফীদ চাং কক্তুনা পীগদবনি। অদুবু, নোংমদা ৪/৫ গ্রক থোক্লা মখোয়না চাবা ওন্নগী চাং য়েংদুনা থাকদবনি। মসিগী মথক্তা, অফবা মখলগী অশংবা মনা-মশিং মরক থৎনা পীগদবনি। মসিগা লোয়ননা থক্নবা অফবা ঈশিং মরাং কায়না, নুমিৎ চুপ্পা রাত্তনবা হোৎনগদবনি। অসুম্না, ওক অমনা গ্রোবর ফীদ নোংমদা কিলো ১ গী চাং চাবদুনা মশাগী অরুম্বা কিলো ৩৫ য়ৌরকপদা গ্রোবর ফীদ কিলো ৫০ দগী ৬০ ফাওবা চাই।

গোবরগী মচিঞ্জাক শেম্বদা ইনর্জী, প্রোটিন অমসুং এমাইনো এশিড মরাং কায়না ফংহন্নবা হোৎনগদবনি। মরমদি, কন্না ইনখৎলক্লিবা ওকশিংগী অনৌবা টিসু মরুওইনা মশল শেমগৎ-শাগৎপদা মখোয়সি চংদবা য়াদে। মখোয় অসি রাৎলবা চিঞ্জাকখক্তা পীজরগদি চাউজন থিনগী মথক্তা ওকশাদা থাওগী শরুক্লা হেল্লক্তুনা ওকশাগী মগুন হন্থহল্লি। অদুগা ইনর্জী য়াম্না ফংগদবা ময়ালশিংগী মথক্তা লাইসাইন, থ্রিওনাইন মেথিওনাইপ, শীষ্টাইন, ট্রীপ্তোফেন অমসুং আইসোল্যুসাইন হায়রিবা এমাইনো এশিড শিংসি নুমিৎ খুদিংগী মচিঞ্জাক্তা হাপকদবনি।

মহৌশানা থা ৪ দগী ১১ ফাওবগী মনুংদা অমোমশিংগী হীৎ লাকপা হৌই। অদুনা, হীৎ লাকপগী ঈরাং উিদ্রিঙৈ থা ৪/৫ শুরকপগা মপাশাগীদমক য়োকদবা লাবশিং তোঙান্না খায়দোক্লগা য়োকদবনি।

মথক্তা পীরিবা নিয়মশিংসি পাঙথোকপগা লোয়ননা নুমিৎ খুদিংগী ওক্নোনগী মনুং মপান অমদি ওকশিং লু-নান্না থম্নবা মতম চানা হোৎনগদবনি। নিংথমথাগী মতমদা ওন্নিবমখৈ লুম্না থম্নবা অমদি কালেনগী য়াম্না শাবা মতমদা অইংবা ফংহন্নবা হোৎনগদবনি। য়াম্না ইংবা মতমদা লুম্বু-লুম্বু শাবা দানা অমসুং ঈশিং পীগদবনি।

## কিলো ৩৫মুক লুম্বদগী চানবা ওকশাগী ওইনা য়োম্মোকপা ফাওবগী ওক (ফিনিশর) য়োকপা

কিলো ৩৫ মুক লুম্না হৌরকপদগী ফিনিশর ফীদ পীজবা হৌগনি। নোংমদা ওক অমদা কিলো ২ গী চাংচত্তা অনিরক থোক্লা, অয়ুক অমসুং নুমিদাংবাইদা পীজগনি। নুংথিল ফারক্তা অশংবা মনা-মশিং মরাং কায়না পীজগদবনি। থক্নবা ঈশিং অহিং-নুংথিল অনিমক্তা রাৎতনবা হোৎনগদবনি। মচিঞ্জাক্তা এন্টিবাইওটিক্স অমদি ভিটামিন বি নুমিৎ খুদিংগী হাপকদবনি। মখোয়সিনা য়াম্না থুনা চাউখৎহনবদা মতেং পাংই। এন্

টবাইওটিক্সতি হাপ্পা হৌপ্রবদি য়োল্লমদাই ফাওবা হাপকদবনি। মরক্তা লেপথোকউরগদি, হান্নগী চাউখৎলকইবা চাংদু য়ৌবা ঙমদে। অদুবু, য়োনগদবা নুমিৎ ১৫ নি থাৎলিঙেদা এন্টিবাইওটিক্স ১সুং তিল হিদাক পীবা লেপকদবনি।

ফিনিশরগী মচিঞ্জাক্তা ইনর্জী য়াম্না পীগদবা ময়ালশিং খরা হন্থহন্নবা হোৎনগদবনি। মরমদি, ফিনিশরশিংনা ইনর্জী থাংমন্না ফংলবদি ওকশাদা মশলগী মহুত্তা থাও ঙাক্তা পৈশিল্লকই। অদুবু, ষ্টেজ অসিদদি ওকশাদা মস্কুলিন ওইনবা মচিঞ্জাক খনবা তঙায় ফদে।অদুনা, ইনর্জীগী চাং খরা হন্থহল্লগা লাইসাইন, থ্রিওনাইন, ট্রীপ্টোফেন অমসুং আইসোল্যুসাইন মতিক চনা ফংহন্নবা হোৎনগদবনি।

ওকশাগী ওইনা য়োম্থোকখিগদবা ওকশিং য়াম্না থুনা লুম্বা হেনগৎহন্নবা এনাবোলিক ষ্টেরোইডশিং শিজিন্নবা য়াই। মরুওইনা, নন্দ্রোলোন লাওরেৎ, ওক অমদা মিলিগ্রাম ১০০ ফাওবা নুমিৎ ৭ নি খুদিংগী শাদোং নত্রগা উনশাগী মখাদা কাপ্লবদি অরাম-বৌরাংবা হেনগৎহল্লি অমসুং য়াম্না থুনা লুম্বা হেনগৎহন্দুনা অথুবা মতমদা য়োম্থোকখিবা য়াই। মসিদ নত্তনা বোলডেনোন অনডেশেনাইলেৎ মাইক্রোগ্রাম ২.৫, কিলো ১ লুম্বগী চাংদা হাপ্তা ২ দগী ৪ ফাওবদা অমুক-অমুক্তং শাদোং নত্রগা উনশাগী মখাদা কাপ্লগসু কান্নবা ফংই। এনাবোলিক ষ্টেরোইড পীবগী কান্নবা অমনা, অমোমশিংদা মতম শাংনা পীরবদি লাবগুম্না মস্কুলিন ওইরকই অমদি নুমিৎ ১৮-২১ খুদিংগী লাকপা হীট মাঙখি। অদুগা, নৌরিবী হাতমশিংদা পীরগদি হীট লাকপগী মতম য়াম্না থিন্থহল্লি। ময়ানমারনচিংবা লম খরদা ওক অমগী ডেক্সামেথাজোন মিলিগ্রাম ০.৫-৮ অমসুং শাইপ্রোহেপ্টাডাইন (এন্টিহিষ্টামিন) মিলিগ্রাম ৪-১৬ মচিঞ্জাক্তা নুমিৎ খুদিংগী হাপ্তুনা পীজবসু য়াওই। অদুবু, হায়রিবা ষ্টেরোইডনচিংবশিংসি, ওকশিংদু য়োনগদবা য়ামদ্রবদা নুমিৎ ১৫ নিগী মমাংদা পীজবা লেপকদবনি।

ওকশাগীদমক য়োম্থোক্কদবা ওক্তি কিলো ৭০/৮০ লুম্বা, চাওরাক্লা থা ৭/৮ শুরকপা মতমদা য়োনবনা কান্নবা হেল্লি। মরমদি, কনডেনসনেল ফীদ পীজদুনা য়োকপা, কিলো ৫০ ফাওবগী ওক্তা ফীদ কিলো ২ দগী ২.৫ পীজবদা অরুম্বা কিলো ১ গী চাং হেনগৎলি। অদুবু কিলো ১০০ ফাওবগী ওক্তা মশাগী অরুম্বা কিলো ১ হেনগৎপদা মচিঞ্জাক কিলো ২.৮ দগী ৩.৫ ফাওবা চংই। অদুনা লির-লিরগা মচিঞ্জাকী মমলনা হেঞ্জিল্লকপদগী কান্নবা থাৎলকই।

## মপাশা য়োকপা

পোকপদগী থা ৪/৫ শুরক্লবা অমদি অমোমশিংদগী খাইদোক্লবা মপাশা খুদিংমক কা অমমমদা নাইতোম থমগদবনি। লিবিদো য়াম্না কনবা হায়বদি য়াম্না লাংগনবা মপাশাশিং অতে

ওকশিংগা উনরোয়দবা কাদা থমগদবনি। লিবিদোগী ঈরাং কয়া উদবা ওকশিংদি অমোমশিংগা থংননা য়েংবদা উনগদবা কা অমদা নাইতোম থমদুনা য়োকদবনি।

অফবা মপাশা অমা ওইবদা চংদবা য়াদ্রবা মগুনদি - ওক অদু য়েংবদা কয়া নোয়খোক্তনা, মশকুলিন ওইনা, মশা-মউ ফনা, খিং-খিং লাওবা ওইগদবনি। অদুনা, মপাশা অমদা পীজগদবা মচিঞ্জাক অদু, মশাদি য়াম্না ফগদবা অদুবু নোয়খোক্তনবা খন্দুনা পীজবা তাই। মসিগীদমক ব্রীদিং রসন মপাশাদা নোংমদা কিলো ২ দগী ৩ ফাওবা অনিরক থোক্না পীজগদবনি। মরক থংনা অশংবা শজিক মরাং কায়না পীজবগা লোয়ননা, অফবা মপাশাশিংনা মথন্তা চথোক চংশিন তৌদুনা শাজেন ওইননবা অহাংবা কা, রন মতিক চানা থমগদবনি। খ্বাইদগী হেন্না ফবদি শজিক ফজনা ফংবা শম্নল খাদুনা শেম্বা অহাংবা লমহাংদা থাদোক্নুনা শাজেন তৌহনবা অসিনি। ব্রীদিং সিজন হায়বদি অমোমশিংদা সার্ভিস কন্না পীবা মতমদা চুগজাকনচিংবা হৱায়-চেংৱায় য়াম্না পীরোইদবনি। মসিগী মহুত্তা প্রোটিন য়াম্না বাংবা ফিশ মিল (ঙাকুপ), শা-ঙানচিংবা লোয়ননা চেংকুপ অমদি অশংবা মনা-মশিং মতিক চানা পীগদবনি। মসিগী মথক্তা, অফবা মপাশা ওইবগী শক্তি মতিক চানা ফংননবা ভিটামিন এ, বি, ডি, ই অমদি কেলশিঅম, ফোসফোরস, মেঙ্গানিস, আইওডিন, আইরন, জিঙ্ক, কোপর অমসুং কোবল্টনচিংবা মিনরেলশিং য়াওবা ফীদ সপ্লিমেন্ট, খুদম ওইনা, মিনামিল (ব্রিহান) চাগী চমস ১-২ নোংমগী মচিঞ্জাক্তা নুমিৎ খুদিংগী হাপ্তুনা পীজগদবনি।

পোকপদগী থা ৪/৫ শুরকপদগী ওক লাবশিং সেক্সুএল মেচুর ওইরকই। অদুবু, সেমেনগী মগুন মপুং ফাননবা থা ৮ দগী ১২ য়ৌরকপা মতমদতা অমোমশিংদা সার্ভিস পীবা হৌহনগদবনি। নৌরিবা মপাশা অমনা অহানবা সার্ভিস হৌগৎলকপদা হাপ্তা অমদা ২ রক্নুম্বদং লোয়ননা সিজন অমদা ১৫-২০ খক্তং পীহনগদবনি। অহল ওইরবশিংনা হাপ্তা ১ দা ৪ রক অমসুং য়াম্লবদা ১০ রক ফাওবা পীহনবগা লোয়ননা সিজন অমদা ২৫-৪৫ দগী হেনহল্লোয়দবনি। অদুগা, নোংমদা সার্ভিস অমদগী হেন্না পীহল্লোয়দবনি। অনৌবা মপাশানা ইহান হানবা ওইনা হাতমদা সার্ভিস পীহল্লোয়দবনি। হীট মপুং ফারবা, মবুক মপাও তপ্না গ্যান তারবা ওকপী অমদা ইহান হান্না পীহনগদবনি। অদুগা সার্ভিস পীহন্নবা হোৎনবদা, মপাশাদু নুমিৎ খুদিংগী সেবা তৌরিবা মপু অদুনা মনাক্তা শেন্নবীগদবনি। সার্ভিস হেক লোয়বগা অমোমদুগী মনাক্তগী লৌথোক্লগা মকোন্দা পোথাহনগদবনি। মতম খুদিংদা মচিঞ্জাক চাদ্রিঙৈদা সার্ভিস পীহনগদবনি। চহি ৪ গী মথক্তা অহল ওইরবা মপাশা সার্ভিসকীদমক থমলোয়দবনি।

করিগুম্বদা, মপাশা ওইবগী শাওং-শাবানদি মতিক চানা লৈরগা মচা পীবগী (সার্ভিসকী) শক্তি (লিবিদো) দি থা ৮/৯ য়ৌরবা ফাওবদা উত্তবা নত্রগা লাবগী মচা পুথোক্লবগা মরী লৈনবা কয়াৎশিং মপুং ফানা মেচুর ওইবা শুমদবা ওকশিংদা কোরিওনিক গোনাডোট্রোফিন (ল্যুটিনাইজিং হোর্মোন) আই য়ু ৫০০ হাপ্তা ১ দা অনিরক, হাপ্তা ৪-৬ শাদোংদা কাপ্নবদি

মপাশাগী শক্তি অদু মতিক চানা ফংবা ঙম্মই। প্রেগনেন্ট মেয়র্স সেরম আই য়ু ৫০০-৭৫০, হাপ্তা ১ দা অনিয়ক, হাপ্তা ৪-৬ শাদোংদা কাপ্পবসু চপ মান্নবা কান্নবা ফংই। অদুগা অমনা সার্ভিস পীবগী শক্তিদি ফজনা লৈরগা, মচা ওইহনবা ঙমদবা মপাশাশিংদা টেষ্টোষ্টেরোন ফিনাইল প্রোপিওনেৎ মিলিগ্রাম ১০-২০ নুমিৎ ১০-১৪ নি খুদিংগী শাদোং নত্রগা উনশাগী মখাদা কাপ্পবদি কান্নবা ফংই। হায়রিবা হের্মোনশিং অসি শিজিন্নদ্রগসু, মনা-মশীংদগী শেম্বা সেক্স টোনিকশিং মচিঞ্জাক্তা হাপ্তুনা পীজরগসু মতিক-চানা কান্নবা ফংবা ঙম্মই। মখোয় অদুদি - রত্রাজ পাউদর (বি বি বি) গ্রাম ৮-১২ নোংমদা অমুক্তং থা অমা লেপ্তুনা পীজবা নত্রগা সাঙ্গোম পাউদর (আই ঐচ আর এস সি) গ্রাম ১০-১৬ নোংমদা অমুক্তং নুমিৎ ৮০ লেপ্তুনা পীজবা অদুগা দরকার লৈরগসু নুমিৎ ৩০ নিগী মতুংদা অমুক হন্দুনা পীজবদা চপ চানা কান্নবা ফংবা ঙম্মই।

মপাশাশিং, শকখঙদবা ফার্ম অমদা অমসুং খুঙ্গং ১ দগী ১ দা সার্ভিসকীদমক পুরোইদবনি। মসিদা চেকশিনহৌদ্রবদি, মপাশানা অমোম অমদগী অমদা, তমথিরবা মচা শিনা পোকহনবা অমদি মতম চাদনা লাইয়ে চৎহনবা (এবোর্সন তৌহনবা) গী লায়না কয়া শন্দোকপা য়াবগী খুদোংথিবা লৈ।

থা খুদিংগী তিল লৌথোক্লবা টেত্রামাইসোল, মেবেন্দাজোন নত্রগা ফেনবেন্দাজোন পীজবগা লোয়ননা থা ৬ খুদিংগী স্বাই ফিভর টিকা থাদোক্কদবনি।

মপাশাশিং খ্রীওইবনা চানবা ওকশা ওইনা য়োঙ্খোকপা তারবদি বোর টেস্ট (মপাশাগী মনম) ফাওদনবা, য়োনগদবা থা ১ রোমগী মমাংদা কাস্ট্রেৎ তৌথোক্কদবনি। নত্রগা এলফা-এন্দোষ্টেনোন হায়বা হিদাক অদু কাপ্তুনা মনম অদু য়োঙ্খোক্ত্রিঙৈদা মাঙহন্নবা হোৎনগদবনি।

## মচা পোকহন্নবা হাতম য়োকপা

মপাশা য়োকপগুম্না মচা পুথোক্লবা হাতমসু মশা-মউ ফনা খিং-খিং লাওনা লৈহন্নবা হোৎনবগা লোয়ননা থাওগী শরুক্তা হেন্দুনা নোয়থোকখিদনবা য়েংদুনা পীজগদবনি। অদুনা, থুনা নোয়হল-চাউহল্লগা য়োঙ্খোকখিগদবা ফিনিশরশিংগী মরক্তগী, মশাগী অরুম্বনা কিলো ৪৫-৫৭ য়ৌরকপদা তোঙান্না খাইদোক্লগা খ্রীদিং রসন পীজদুনা য়োক্কদবনি। নোয়হল-চাউহল্লগা য়োঙ্খোকখিগদবা ফিনিশরশিংদা পীরম্বা মচিঞ্জাক্কী চাংদুগী শরুক অহুম থোকপগী মনুংদা অনিখক্তং খ্রীদিং হাতমশিংদা পীজগনি। অবাৎপা অদু মেনশিন্নবা অফবা মখলগী অশংবা মনা-মশিং মরাং কায়না পীগদবনি। অদুবু, মশাগী অরুম্বা কিলো ১০০মুক য়ৌরকপদা মচা থাগদবা (সার্ভিস পীগদবা) নুমিৎ ১০-১৪নি খাৎলিঙৈদগী অথিংবা লৈতনা পীজগদবনি। মসিনা ওভুলেসনগী চাং হেনগৎহন্দুনা মচাগী মশিং য়ামহল্লি।

মহৌশানা ইন্দিজিনস ওক হাতমশিংনা থা ১০/১১ দা হীট লাকই। অদুবু, ইক্সোটিক ব্রীদশিংনা শেন্না ক্রোস ব্রেদ হাতমশিংদি পোকপদগী থা ৪/৫ দা লাকই। হাতমশিংদা হীট হেক লাকপা উবগা মপাশা থাজিন্দুনা সার্ভিস পীহললোইদবনি। য়ামদ্রবদা মশাগী অরুম্বদু কিলো ৭০ য়ৌদ্রিবা ফাওবা মচা লৌরোইদবনি। কিলো ৭০ হেল্লবসু অহানবা লাকপা হীট কাম্বোক্লগা অনিরক নত্রগা অহুম্রকশুবা হীটতা সার্ভিস পীহল্লগা মচা লৌগদবনি।

করিগুম্বদা, ক্রোস ব্রেদ হাতমশিংনা থা ১০/১১ য়ৌরকাওবদা হীট লাক্তবা য়াওই। মসি অয়াম্বনা, থাওগী শরুক্কা হেন্দুনা নোয়মনখিবা, মচিঞ্জাক্তা মরুওইবা ন্যুত্রিএন্টগী চাং যাৎপা নত্রগা মচিঞ্জাকী অবাৎপা লৈবা অমদি অনা-অয়েক লৈরুবদগী শোনমনখিবা অসিননি। অদুনা, হীট লাকহন্নবা মরুওইবা উপায়দি মচিঞ্জাক্তা য়াওকম থোকপা ন্যুত্রিএন্টশিং হাপকদবনি। মরুওইনা প্রোটিন্দা লাইসাইন অমসুং মেথিওনিন, ভিটামিন এ অমসুং বি ১২; অদুগা, মিনরেলদা মেঙ্গানিজ মচিঞ্জাক্তা য়াওহনবা তাই। মখোয়সি ফংহনবা ফিশ মিল, মীট মিল, চুগজাক্লচিংবা য়াওবা মচিওইবা মচল ফংহনগদবনি। মসিগী মথক্তা অফবা মখলগী অশংবা শজিক মরাং কায়না ফংহনগদবনি। নোয়মনখিদুনা হীট লাক্তবা হাতমশিংদা হান্না মখোয়না চারম্বা চাংদুগী শরুক ৩ থোকপগী ২ খক্তং পীজগনি। মচিঞ্জাক্তুদা মথক্তা পীরিবা ময়ালশিংসিগা লোয়ননা ক্রেশ মিনরেল অমদি প্রোটিন অমসুং ইসেনসিএল এমাইনো এশিডস অমসুং মিনরেল-ভিটামিন মতিক চানা হাপকদবনি। মসিগী মথক্তা ভিটামিনল এ,ই,বি, ডি য়াওবা ইঞ্জেক্সন পীগদবনি। অশোনবা ওক হাতমদদি অফবা মখলগী মচল শুরবা মচিঞ্জাক অদু চাং কক্তনা চাবা ঙম্বা মখে চাহনগনি।

হীট লাকপগী খুদম লয়া শেংনা উদবা ওকশিংগী হীট মশক তাক্লবগী শিজিন্নবত নত্তনা ওক অমোমগী হীট থুনা লাকহন্নবা উপায় অদুদি :- সার্ভিস পীবদা হৈশিংলবা, অহল খর ওইরবা মপাশা অমা অমোমশিংদুগী মনাক্তা পুশিন্দুনা নোংমদা য়ামদ্রবদা মিনিট ১৫ মুক নৈহনবা অসিনি। মপাশানা লাংবা লোয়ননা অমোমশিংনা চেন-খোৎপদা অশোয়-অঙাম লৈতনবা শেন্নবীবা অমা চংই। মসিদা করিগুম্বা অশোক-অপন থোক্লোইদবা লৈরগদি মপাশা অদু নোংমদা পুং ২৪ চুপ্পা নুমিৎ ৪/৫ নি থমদুনা লাংহল্লবদি লয়া শেংলমদবা হীট লয়া শেংলকই অদুগা হীট লাকতনা লৈরম্বী অমোমশিংদা হীট থুনা লাকহল্লি। মসিগী কান্নবা অমনা-পুন্না থম্মীন্নবা হাতমশিংদা মতম ইখেন খেন্নদনা হীট লাকহনবা ঙমই।

মপাশা লোয়নহনবগী খুদোংচাবা ফংদ্রবদি নত্রগা মসিদগী কান্নবা ফংদ্রবদি হোর্মোন পীদুনা য়েংগদবনি। মসিগীদমক কোরিওনিক গোনাডোট্রোফিন (ল্যুটিনাইজিং হোর্মোন) ব্রোলান, বি অই এল আই য়ু ৫০০-৭৫০ ফাওবা শাদোংদা, ভেন্দা নত্রগা উনশাগী মখাদা অমুক্তং কাপ্তুনা য়েংগনি। নত্রগা, গোনাডো ট্রোফিক এফ এই ঐচ এন্দ এল ঐচ (এপোক্রাইন দ্রায়, বি আই এল) আই য়ু ৪০০-৬০০ ফাওবা শাদোংদা কাপকদবনি। নত্রগা, শিস-ক্লোমিফিন শাইট্রেৎ + ট্রান্স - ক্লোমিফিন শাইট্রেৎ (এফ ভি টি - ৩০০), (ফার্টিভেৎ টেব্লেৎ

এ আর ই এক্স) নোংমদা গুলি ১ নুমিৎ ৫ নি পীজগদবনি। মসিদা হীট লাক্রবদি, অহানবা কোসকী মতুং নুমিৎ ২১ নি লৈরগা নোংমদা গুলি ১ নুমিৎ ৫ নি অমুক পীজগদবনি। মখোয়সিদ নত্তনা ডিনোপ্রোষ্ট (প্রোষ্টগ্লান্দিন এফ ২ অলকা) অমদি টেকোফেরাইল এশেটেং পীবসু য়াই। মনা-মশীংদগী শেন্না হিদাকশিং মরুওইনা ইস্ট্রোল পাউদর (এসেৎ) গ্রাম ২৫ নোংমদা অমুক্তং পীজবা, নত্রগা হীটোন পাউদর (এমাইনো) নোংমদা গ্রাম ০.৫-১ নুমিৎ ২০ নি পীজরগদি নুমিৎ ১০ নি ফাওবগী মতুংদা হীট লাকই।

## অমোমশিংদা মতম মান্নবা হীট লাকহন্নবা উপায়

ফার্ম অমদা লৈবা ওক অমোমশিংনা মতম মান্নবা হীট লাক্লগা, চপ মান্ননা গর্ভ পুমিন্নরবদি পীজ পীথক অমসুং সেবা তৌবদা য়াম্না খুদোং চারকই। মরম অসিদগী অমোমশিংদা মতম মান্ননা হীট লাকহন্নবা গোনেডোট্রোফিন সপপ্রেসসিং কম্পাণ্ড, মেথালিবুর মিলিগ্রাম ১০০ নুমিৎ খুদিংগী মচিঞ্জাক্তা হাপ্তুনা নুমিৎ ২০ নি পীজগনি। নুমিৎ ২১ নি শুবদা প্রেগ্নান্ত মেঅরস সেরম গোনেডোট্রোফিন (PMSG) আই, য়ু ৭৫০-১০০০ ইঞ্জেক্সন পীগনি। অদুগা নুমিৎ ২৬ নি শুবদা হ্যমেন কোরিও গোনেডোট্রোফিন (HCG) আই, য়ু, ৫০০ ইঞ্জেক্সন ওইনা পীগনি। নুমিৎ ২৬ নি শুবগা ওক অমোম অদু ওভুলেট তৌরকনি। হীট লাকপগী খুদম উদ্রবসু নুমিৎ অসিদা সার্ভিস পীবদা মচা ওইহনবা ঙমই।

অসুম্না, হীট ফজনা লাক্লবী হাতম অদুদা মপাশা থাজিন্নগা নত্রগা, এ, আই, পীরগা (সার্ভিস পীরগা) গর্ভ লৈহন্দুনা মশা মউ ফরবা ওক মচা মশিং য়াম্না ফংনবা হোৎনবা তাবনি। মসিগীদমক মথক্তা নৈনখিবা সার্ভিস পীবগী চপ চাবা মতম লোয়ননা সার্ভিস পীবগী নিয়ম কয়া অদু পাঙথোক্লবা হোৎনগদবনি। মরুওইনা হাতমদা, অহানবা হীট হেক উবগা ন্যত্রিএন্ত শুনা য়াওরবা মচিঞ্জাক অদু চাং কত্তনা (এড-লিবিটমদা) , মথংগী হীট লাকদবা নুমীৎ ১০ নি ৱাংলিঙৈ মতম ফাওবা পীজগনি । অমসুং পীজদুনা ফ্লস তৌহনবদগী মথংগী হীট অদুদা পাঙথোরকপা ওভুলেসন্দা ওভা য়াম্না থোরকহল্লি লোয়ননা ওভাশিংদুনা থোরককদবা পুং ১০ দগী ২০ ফাওবগী মমাঙদা সার্ভিস পীরবদি মচা ওইবগী চাং য়াম্না হেলহল্লি।সার্ভিস নিংথিনা পাঙথোকখিবগা, মচিঞ্জাক কিলো ২ মুক্তা হঙ্কহন্দুনা চাং কক্না পীজবা হৌগদবনি। মতৌ অসুম্না পীজরবদি ইন্নাইও শিদুনা মাঙগদবদগী কনবা ঙমই।

সার্ভিস পীপ্রবা ওক অদু, সার্ভিস পীখিবা নুমিৎ অদুগী মতুং নুমিৎ ২১ নি শুবদা হীট অমুক হন্না লাক্রবদি ওক গর্ভ পুরে হায়বদু খঙগনি। করিগুম্বদা গর্ভদি পুরগা নুমিৎ ২১ নি শুবা অদুবাইদা হীট লাকপগী খুদমগুম্না ভেজাইনাগী ভলভা চাউখৎপা ১দি ঙাংশিনবনচিংবা উবা ফংই। অদুগুম্বা ওকশিংদুদা ষ্টেন্দিং রিফ্লেক্স চেক তৌবদা কোইচেন চেনগনি, অদুগা অমোমদুগী মনাক্তা মপাশা পুশিন্দুনা য়েংবদা, অমোম অদু য়ানীঙদদুনা চেনগনি নত্রগা হৈনদবা উংকনি ।

## গর্ভা পুরবী ওক য়োকপা

সার্ভিস পীখিবগা ওক অমোম খুদিং তোঙান তোঙান নাইতোম য়োকনি, অমদি ফিনিশর ফীদকী মহুত্তা গেষ্টেসন ফীদ পীজবা হৌগনি। গর্ভ পুরবী ওকশিংনা মশাগী মেন্টেনেন্সকী মথক্তা মবুক মনুংগী মচাশিং শেমগৎ-শাগৎপগী ন্যুত্রিএন্টশিং দরকার ওই। অদুগীসু মথক্তা নিয়ম চুন্না মচা পোক্লবা, মখোম মপুং ফানা থোক্লবা অমসুং মচাশিংগা খাইনবা মতুংদা মতম চানা হীট লাক্লনবা গর্ভা পুরিঙেদা মচী ওইবা ন্যুত্রিএন্ট, প্রোটিন, এমাইনো এশিডস অমসুং ইনর্জী মতিক চানা ফংহনগদবনি।

ওকশিংনা দরকার ওইবা ন্যুত্রিএন্টশিংগী চাং অসি ওক্তুগী পীকপা -চাউবা, মতমদুগী অইং-অশাগী চাংগী মতুংইন্না খেন্নে। ওক অমোমশিংনা গর্ভা পুনা-পুনা চাগোক মরিরক ফাওবা চাউবা হেনগৎলি।কিলো ৩০ হেনগৎপা খুদিংগী নোংমদা মচিঞ্জাক কিলো ০.২৫ হেনগৎনা পীবা দরকার ওই। মতমদুগী অইং-অশাগী চাংনা ওক্কী ক্রিটিকেল টেমপরেচর ১৮°C-২০°C গী মখাদা ৫°C হস্থবা খুদিংগী মচিঞ্জাক কিলো ০.২৫ হেনগৎনা পীবা তাই। মসিগীসু মথক্তা লায়না নত্রগা মচা চেল্লুবনা মরম ওইদুনা য়াম্না শোল্লবা ওকশিংদদি নোংমদা মচিঞ্জাক কিলো ০.৫০ ফাওবা হেনগৎনা পীবা দরকার ওই।

*Agricultural Research Council, Uk 1981* না পীবগী মতুংইন্না নোংমদা কিলো ২ চাবা গর্ভা পুরিবা ওক অমদা য়ামদ্রবদা মচিঞ্জাক কিলো ১দা DE না ১২ MJ,CP না ১২% অমসুং লাইসাইন্না ০.৩৫% ফংহনবা তাই। কিলো ১৪০ লুপ্পী অদুগা গর্ভা পুরিঙেদা কিলো ৩০ মুক চাউবা হেনগৎলকপা ওকপী অমদা নোংমদা ক্রুদ প্রোটিন গ্রাম ১৮০ অমসুং লাইসাইন গ্রাম ৭ ফংহনগদবনি। অতে এমাইনো এশিডশিংদি লাইসাইনগী শরুক মেথিওনাইন ২৫%, মেথিওনাইন+শিষ্টাইন ৫০%, থিওনাইন ৬০% ,ট্রীপ্তোফেন ১৪%, আইসোল্যুশাইন ৫৪%, ল্যুশাইন ১০০%,হিষ্টিডাইন ৩৩%, ফিনাইল এলানাইন ৪৮%, ফিনাইলএলানাইন + টাইরোসাইন ৭৬% অমসুং ভেলাইন ৭০% য়াওহনগদবনি। গর্ভা পুরবী ওক অমদা এমাইনো এশিডশিংগী মনুংদা লাইসাইননা খ্বাইদগী মরুওই অমসুং চংদবা য়াদবা মচল অমা ওই।

### গর্ভা পুরিঙেদা ইনর্জী পীবগী চাং

হাতমশিংনা গর্ভা পুবা হৌবদগী থা ১ ফাওবদা ইনর্জী হেন্না ফংহল্লবদি মবুক মনুংগী ইন্দ্রাইও শিবগী খুদোংথিবা লৈ। মরম অসিনা মতমসিদা মচিঞ্জাক হস্থনা (কিলো ২ চারম্বদু কিলো ১.৫ দা হস্থনা) পীজগদবনি। অদুবু, অহল ওইরবী ওকশিংদদি মচিঞ্জাক হস্থহনবগী দরকার ওইদে। ইক্সপেরিমেন্ট অয়াম্বদা নোংমদা ইনর্জী মেগাজাউল ২০-৩০ ফাওবা পীবদা ইন্দ্রাইও শিবা য়াবগী খুদোংথিবা কয়া লৈতে।

মচা পোক্লমদাই গর্ভাগী নুমিৎ ১০০-১১০ হায়বদি নুমিৎ ১০নিমুক ইনর্জী অমসুং প্রোটিন খরা য়াংনা পীরবদি পোক্লকপা মচাশিংগী অরুপ্পা অমসুং মশা-মউ ফবা হেনগৎলি। গর্ভা মপুং ফারকপা (লেৎ প্রেগ্নেন্সি) ওকশিংগী মচিঞ্জাক্তা ফেৎ, থাও হাপ্পবদি পোক্লকপা ওক্ল াওশিং মশা-মউ ফবা অমসুং মপীগা খাইনবা ফাওবদা ওক্লাও য়াম্না হিংবা ঙমই (Moser BD and Lewis AJ *"Fat addition to sow diets" Pig News and Information Vol 2.1981 pp 265-69)*

চগুম-চনায় য়াম্লগা পীজবা ওকশিংদদি গর্ভা পুবা হৌরকপা থা অমরোম চগুম-চনায়গী চাং হস্থহল্লগা চেংকুপ অমদি মনা-মশিংনা নম্না মবুক থলহন্নবা হোৎনগদবনি। মিনরেল+ভিটামিন অমসুং এমাইনো এশিডস মতিক চানা হাপকদবনি। অনিশুবা থাদগীদি মতিক চানা পীজবা য়ারে।

গর্ভা পুবা নুমিৎ ৮০ নিমুক শুবদা ভিটামিন এ ইঞ্জেক্সন আই য়ু ৩,০০,০০০, অদুগা নুমিৎ ৯৩,১০০ অমসুং ১০৭ নি শুবদা আইরন ইঞ্জেক্সন মিলিগ্রাম ২০০ (ইমফেরোন মিলিলিটর ৪) মথংশিংনা অহুম্লক শাদোংদা কাপকদবনি।

## গর্ভনুংদা মচাগী মহা (ইম্ব্রাইও) মাঙদনবা উপায়

ফর্টিলাইজেসন তৌপ্রবা মতুংদা ওক অমোমগী গর্ভা মনুংদা শেমগৎলক্লিবা অপীকপা মচা (ইম্ব্রাইও) অদু শিদুনা মাঙখিদনবা মখাগী থৌরাংশিংসি লৌখৎপা তাই।

১) ওক্বী লায়না খুদিং চংলক্তনবা হোৎনগদবনি।

২) মতম চানা অফবা মপাশা থাজিনগদবনি নত্রগা অফবা সিমেন খল্লগা এ, আই, পাঙথোক্কদবনি।

৩) মচাগী মরু পীপ্রবা মতুং থা ১ হাতম চাগোক নত্রগা ফজনা নোয়বা ওক মপীদুদা মচিঞ্জাক হেনজিন্না পীরোইদবনি।

৪) হেজিন্না ঈংবা নত্রগা শাবগী খুদোংথীবা ওক অদুনা থেংনহল্লোয়দবনি।

৫) করিগুম্বা মখল অমগী অৱাবা (ষ্টস) ওক্তুদা পীরোইদবনি।

৬) অশেংবা ব্রীদতনা অশোয়বা ইমব্রাইওগী মশীং য়াম্বগী চাং হেল্লি। অদুনা, ক্রোশ ব্রীদিংগী প্রোগ্রাম য়ারিবমখৈ পায়খৎকদবনি।

৭) মচা ঙন্না, নুমিৎ ১৮ দগী ২৪ ফাওবগী মমাঙদা মপীদগী খাইদোক্লবদি, মপী অদুগী মথংগী গর্ভা ইমব্রাইও শিগল্লি। অদুনা মচা ঙনমন্না খাইদোক্লোইদবনি।

ওক অমোমশিংনা চাংচত্তা নুমিৎ ১১৪ নি নাওপুরগা মচা পোকই। মতমসিদা পীজবদা চেকশিনবদ নত্তনা মকোন মনুংগী অঙ্গং-অশাগী চাংসু য়াম্না চেকশিনবা দরকার ওই। য়াম্না হেজিন্না শাবা নত্রগা ঈংবা কাদা মতম শাংনা থমবদগী মচা শিনা পোকপা নত্রগা মখোম থোক্তবনচিংবগী বেরা লাক্লল্লি। মরম অদুনা য়াম্না শারকপা মতমদা ওক্তুগী মশাদা ঈশিং

চাইবীবা নত্রগা লৈওনফম কোমদা লৈওনহনবা অদুগা য়াম্না ঈংবা মতম্দনা ওক্কী মশাদু শাগৎনবা হোৎনবা দয়কার ওই। শাগৎনবা নত্রগা লুম্না থম্নবা হোৎনবদা লৈমায়দা চরুনচিংবা চাইথোকপীরবদি, নুংশা শাগৎলকপগা চরু অদু লৌথোকপীদুনা মকোন মনুং অদু য়াম্না লু-নাম্না থম্নবা হোৎনগদবনি। গর্ভা পুরবা ওক খুদিংমক মকোন মনুংদা লেংদনা লৈহনবগী মহুত্তা অহাংবা লমহাংদা থাদোক্তুনা শজিক চাহনবা ওইনা শাজেল পীরবদি কান্নবা হেন্না ফংই। অদুবু মসিগীদমক নোং চুদবা অমদি নুংশা য়াম্না শাদবা মতম য়েংগদবনি।

মচা পোক্কদবা নুমিৎ ১২/১৩ নি য়াৎলিঙৈদা হায়বদি মপাশা থাজিনখিবা মতুং নুমিৎ ১০১/১০২ নি শুবা নুমিত্তা মবুক মনুংগী তিল লৌথোক্লবা মতুংদা সুখা হাপ্লবা ঈশিংনা নুমিৎ খুদিংগী শেংনা শেংনা অনিরক ঈরুজথোকপা কাওরোইদবনি। অসুম তৌরবদি মপীদুদগী মচাদা তিলগী অনাবা শন্দোকহল্লোয়।

মচা পোক্কদবা নুমিৎ ১০ নি য়াৎলিঙৈদা গর্ভা মপুং ফাজিনরুবী ওক অদু তোঙাম্না লু-নাম্না থম্নবা মচা পোকফম মকোন্দা পুশিনবীগনি। মফমদুদা মচাগী লৈফম ব্রুদর, ইলেক্ট্রিক বল্বনচিংবা ফিট তৌদুনা থমগনি। মপীনা মচা ননখায়দনবা ফক্লাংদগী ইঞ্চি ১০ চৎথোক্লগা বার তিংগনি। অসুম্না মচা পোক্লিঙৈ নুমিৎ ১০ নিমুকসিদা ওক অমোম অদু অনৌবা মকোন্দুদা হৈনহনগদবনি।

নুমিৎ ১১১/১১২ শুরকপদদি মচিঙ্গাক হেঞ্জিন্না পীজরোইদবনি। হান্না পীরম্বা গেষ্টেসন ফীদ অদুগী মহুত্তা চেংকুপ, চিনি অঙাংবা, মিনরেল + ভিটামিন অমদি থুম খজিক্তং ঈশিংদা মহি লাংনা থিংলগা পীজগদবনি।মচা পোক্কদবা নুমিৎ অদুদি ঈশিং নত্তনা অতে পীজরোইদবনি।

মচা পোক্লিংবগী খুদম ওইনা অহানবদা ওক্কে নগী লৈমায়দা মখোঙনা খোৎপা, ফক্লাং নত্রগা ফ্রেমনচিংবদা চিকপা হৌরকপা মতমদুদা চরু অকংবা খরা মকোন মনুংদা চাইশিনবীগদবনি। চরু অকংবা ফংবগা মখোঙনা খোত্তুনা অমসুং ময়ানা চিক্তুনা মহুম শাবগী মওংদা মথৌ য়াম্না চিন্না উই। মচা পোক্কদবা নকশিল্লকপগী মতুংইন্না মথৌ য়াম্না চিল্লম্বা ওক্তু চরু মথক্তা কুষ্ণুরগা স্বর থবেৎ থবেৎ হোনবা হৌরক্লবা অদুগা অমুক হৌগৎ অমুক কুন লোয়ননা মথি ময়ুং মতৎ মতৎ চিংপা হৌরক্লবা মতমদুদা ওক্তুদা কিহনবা, থুক্কৎহনবা নত্রগা শাওহনবা তৌদনা মানা তৌনীংবতা তৌহন্দুনা ফ্রি য়াম্না ওইবা এটমোসফিয়ার অমা ফংহন্নবা হোৎনগদবনি।

### গর্ভা পুরবী ওক য়োকপদা চেকশিনগদবা

গর্ভা পুরবী ওক অমোমশিংদা তাথি-তাওইনা তৌবীবা, ফুবা অমদি তানবনচিংবা তৌবীরোইদবনি। গর্ভা মপুং ফারকপদা চোং-ফনবা অমদি নষ্ণুবনচিংবা তৌদনবা হোৎনগদবনি।

য়ুপংনা মচিঞ্জাকী মরুওইবা মচল ওইবা ওকশিংনা গর্ভা লৈখিবগা হান্না পীজরম্বা য়ুপংগী চাং তংখায় হন্থহল্লগা চেংকুপ চুগজাক মকুপ, ঙাকুপনচিংবনা খরা নম্না পীজগদবনি। লোয়ননা ভিটামিন-মিনরেল অমসুং লাইসাইন নচিংবা এমাইনো এশিড য়াওবা ফীদ সপ্লিমেন্ট হাপকদবনি।য়ুপংখক্তা পীজরবদি মচা শিনা পোকপা, নত্রগা মখোম থোক্তবগী লায়না লোয়নগল্লি।

মচিঞ্জাক্তা শোইবুম, ঝাইখু, ঙাইরোং, শগোলহন্নায়, হঙ্গাম থাওথি, তরংখোংচাক তান্দন মনা ১সুং য়াম্না শিনবা ১ দি অখাবা হৈ-রা, মনা-মশিং হাপ্লোইদবনি। মসিনা হেঞ্জিল্লবদি লাইয়ে (এবোর্সন) চংহল্লি, ১দি মখোম থোক্তবগী লায়না লাকল্লি। হঙ্গাম থাওথি য়াওবা দানা নুমিৎ খুদিংগী চাবা ওকশিংনা মচা হেক পোকপগা মখোম থোক্তবগী লায়নানা নায়। লায়েংলবসু মখোম নিংথিনা পোক্তবা নত্রগা ফত্তবা মখোম থোকপদগী মচাশিং শিগল্লি নত্রগা চাউজন থিল্লি অমদি খোমথি অমসুং থিবেৎ ফায়বগী লায়নানা নাবদগী জুগো চাগন্দে।

গর্ভা পুরিঙৈদা লাইহৌ কন্না শাবগী অনাবনা নারবদি মচা য়াম্না শিগল্লি। ফুগ্রি চাউনা চাউনা থুংলগা পোকখায়বা (স্বাইন প্রোক্স) গী অনাবনা নারবসু অপীকপা নত্রগা অশিবা মচা পোকল্লি। অদুনা ডাক্তরশিং তান্নরগা এমপিশল্লিন, এমোক্সিশিল্লিন, ক্লোক্সাশিল্লিন, জে- টামাইশিননচিংবা এন্টিবাইওটিক্স লোয়ননা এনালজিন কাপ্পীগদবনি।

লমপাঙখোকনচিংবা অরেংবা পাম্বীশিং দানা ফুৎপদা হাপ্তুনা অহানবা নত্রগা অনৌবা ওইনা গর্ভা পুরবী ওকশিংদা পীজরোইদবনি। পীক্লিঙৈদগী নুমিৎ খুদিংগী পীজরক্লবদি অশোয়বা কয়া য়াওগন্দে। নত্রগদি করিগুম্বদা হু ওইদুনা লাইয়ে চংপা ফাওবা য়াওই। করিগুম্বদনা, মখোম থোক্তবগী অনাবা লাকই।

দানা ফুৎপদা নত্রগা চম্না মচিঞ্জাক শেম্বদা ঙা থুময়াকপী মকুপ য়াম্মন্না হাপ্পা নত্রগা থুম হেঞ্জিন্না হাপ্লদগী হু (সল্ট পোইজনিং) ওইদুনা মচিঞ্জাক চাবগা ওবা অমদি মরম চাদনা মশা অমদি মঙৈ নিকপা থোকই। মতম শাংনা সোল্ট পোইজনিং ওইরবদি অশিবা, পোপখোকপা মচা পোকপা অমদি মখোম থোক্তবগী অনাবা লাকল্লি। মসি থোক্তনবা দানা তিন ১ (লিটর ২০) দা থুম গ্রাম ১০০ নত্রগা ঙা থুময়াকপী মকুপ (পুং ২/৩ ঈশিংদা তিংথোক্তুনা থুমহি লৌথোকপ্রগা) পন্না তংখায়মুকতগী হেন্না হাপলোয়দবনি।

উসব-মেলাগী, চাকচা-হৈজানবগী নত্রগা হোটেলগী থাওরেক্তা কোম্মনা হন্নায়-চেংন্নায়, ১ দি শা-ঙা কয়াগী অরেম-অপা অমসুং চগুম-চনায়শিং মরাং কায়না ফংই হায়দুনা বাগোস থন্না হৈজিন্দুনা পীজরোইদবনি। মসিদগী চাবা তুমদবতা নত্তনা হু ওইরকপদগী লাইহৌগা লোয়নবা লায়না লাকপা য়াওই।

গর্ভা পুরবী ওক অমোমশিংদা স্বাইন ফিভরনচিংবগী টিকা কৈদৌঙৈদসু থারোইদবনি। ষ্টেরোইডশিং মরুওইনা প্রেদিনোসোলোন, ত্রাইএমশিনোলোন, ডেক্সামেথাজোন,

বেটামেথাজোন, নদ্রোলোন লাওরেংনচিংবা হিদাকশিং পীরোইদবনি। ভিল হিদাকসু পোকদবা নুমিৎ ১০ নি ম্বাংলিঙৈদা পাইপর্জিন থাবা নত্তনা অতে মতমদা থারোইদবনি। মসিদগী লায়য়ে চৎপা (এবোর্সন) নত্রগা মচা শিনা পোকপা য়াম্না থোকল্লি।

গর্ভা মপুং ফারক্রবী ওক অমোমশিং মফম অমদগী অরান্না মফম অমদা পুথোক পুশিন তৌরোইদবনি। মসিদগী মচা শিনা পোকপা অমদি মচা পোকপদা খুদোংথিবা (ডিষ্টোকিয়া) থোকল্লি।

করিগুম্বদা গর্ভাগী মতমদু নুমিৎ ১১৫ দগী ১২০ নি য়ৌরবা ফাওবদা মচা পোকপগী ঈরাং ইউং উত্তবা য়াওই। মহৌশানা নুমিৎ ১২০ নি হেন্দোকখ্রবদি মচা হিংনা পোকন্দে। অদুনা নুমিৎ ১১৪ নি শুরকপদা খোম্মিশিংদু মপুং ফানা থাদম্রবা লোয়ননা খোমজিনশিংদু খুৎশানা পায়রগা চিংদুনা য়েংবদা মখোম থোরক্রবদি, মবুক মনুংগী মচাশিং হিংলিব্রা নত্রগা শিরব্রা হায়বদু য়েংগদবনি। মচাশিংদুনা ফজনা হিংবগী খুদম ফংলবদি মচা পোকথোকহনবদা মতেং পাংনবা কেলসিঅম অমদি এন্টিবাইওতিক্স ইঞ্জেক্সন নোংমদা অনিরক পীদুনা নুমিৎ হুম্নি ফাওবা চৎথবা য়াই। নত্রগা গর্ভা পুবগী মতম লোয়শিন্নবা ডেক্সামেথাজোন নোংমদা মিলিগ্রাম ২-৪ নত্রগা ত্রাইএপ্রোষ্ট ত্রোমেটান মিলিগ্রাম০.১৯৬ য়াওবা (ইলিরেন) মিলিগ্রাম ২-৪ শাদোংদা কাপ্পবদি পুং ২১-৩০ ফাওবগী মনুংদা মচা পোক্লকই।

## মচা পোক্লিবী ওকপীগী সেবা

মচা পোকদবগী স্বর হাবেৎ হাবেৎ হোন্দুনা য়াম্না বানা লৈমায়দা তাদুনা লৈরবা, খোমজিংদু চিংদুনা য়েংবদা মখোমদু ফিৎ-ফিৎ কাপ্লক্রবা লোয়ননা চাবোকথোঙদগী নাওথি য়াওরবা অনংবা মুচুম তারক্লবা, পুং১গী মনুংদা মচা পোকপা হৌরক্লগদবনি। মতমদুদা মচা শংদোকপদা মতেং ওইনবা অমোনবা ফিগং অমনা খোম্মি পরেং অদুদা শাংনা শাংনা নানবীগনি। পুং ১ গী মতুংদা ফাওবা মচা পোক্লক্রবদি কেলসিঅম (মচিঞ্জাকী মচলদা ম্বাংলবদি) ওক্সিটোশিন ইঞ্জেক্সনগা লোয়ননা মফৈগী শাদোংদা কাপ্লীগদবনি। করিগুম্বদা ওকপীদুনা পংশংদা শংলগা মচানা শুকথোক থোরক্রবদি ভালেথামাইন ব্রোমাইড (ইপিদোসিন, টি টি কে) মিলিগ্রাম ১০-২০ শাদোংদা কাপকদবনি। ঙাইহাক লৈরগা, হেন্দ গ্লোব নত্রগা খুৎ-খুদাংদা এন্টিবাইওটিক মলম তৈরগা চাবোকথোঙদা থিংজিন্দুনা থোরক্লিবা মচাগী ফিভম য়েংগদবনি। মচাদুনা কোংলৌ মপাদা ফৈদুনা নত্রগা য়ৈশন্দুনা লৈরম্লবদি পায়ফম চাবা য়েংলগা পায়দুনা তপ্না চিংথোকপীগদবনি। অদুবু য়ারিখৈ মশা মথন্তা পোকহন্নবা হোৎনগদবনি।

অসুম্না, পোক্লিবম মচাশিংগী সেবা তৌরিঙৈদা পায়থোক- পায়শিন তৌবদা মচাশিংনা য়ারিখৈ খোংহন্দনবা হোৎনগদবনি। মচাগী মখোন তাবদগী মপীদু শাওগে তৌরক্লবদি অমোনবা ফিগংনা খোম্মি পরেংদা শাংনা শাংনা নানবীদুনা থেমগদবনি।

মহৌশানা ওক্তি মচা পোকপা হৌখিবগা মিনিট ২ দগী ১৬ ফাওবগী মনুংদা মথংগী মচা পোকই। অদুবু পোকপা হৌড্রবা মতুংদা পুংখায় অমগী মতুংদা ফাওবা মথংগী মচা পোক্রব্রবা লোয়ননা শংদোকপগী ইরাং উংলক্ত্রবদি মনাগী ঈ উত্তোংদা ওক্সিটোশিন কাপ্পীগনি। করিগুম্বা মচা পোক্লিঙৈদা ওয়ক্রবদি ওক্সিটোশিন ইঞ্জেক্সন পীরগোইদবনি।

অসুম্না পোকপা য়াবা মচাশিং পোক্রবা অমদি মবুক্তা মচা লৈবগী খুদম ফংদ্রবা লোয়ননা নাওফম অনিথোক্লা ৭পুং ফানা তাদ্রবা মতুংদা মপী অদু হৌগৎলক্রবা অমদি মচিঞ্জাক চানিঙবগী খুদম উংলক্রবদি মচা পোকপা লোইহন্নে হায়বদু তাকপনি। মতমদুদা হবায়-চেংবায়, ওারি-গুাতায়, চেংকুপ অমদি মনা-মশিংগী দানাদা মিনরেল + ভিটামিন হাপ্লবা লুম্বু-লম্বু শাবা মহি পীথক্কনি। মচা পোকপা লোইবগী মতুং পুং ২৪গী মনুংদা পোভিডাইন আইওডিন সোলুসন মিলিলিটর ১০০ চাবোকথোঙ ফাওরগা য়ুটেরস মনুংদা কাপশিল্লবদি মচা পোক্রবা মতুংদা মশা খিংবা হেলহন্দুনা চানীঙ-থক্লীঙবা পোকহনবগা লোয়ননা মখোম থোকহনবদা মতেং পাংদুনা মচাশিং মশা-মঁউ ফহল্লি। অদুগীসু মথক্তা মচা খাইদোক্রবা মতুংদা ঙন্না হীট লকহনবদা মতেং পাংই (*The Indian Journal of Animal Reproduction, 23(2):157-160 Dec. 2002*)।

অদুবু করিগুম্বদা মচা অমমম পোকপদা মতম কুইনা কুইনা চংলবা, নাওফমসু মতং মতং ওইনা ৩/৪ থোক্লা তারবা নত্রগা মচা খরা পোক্রবা মতুংদা কেলশিঅম অমদি ওক্সিটোশিন কাপ্পা কাপ্পা তুমিন্না পোংথাদুনা লৈথোকপ্রবদি ষ্ট্রেপতোপেনিশিল্লিন, এমপিশিল্লিন, এমোক্সিশিল্লিন ক্লোক্সাশিল্লিন নত্রগা ইনরোক্লোক্সাশিল্লিন লোয়ননা ফেনিরামিন ইঞ্জেক্সন পীগদবনি। অদুগা ফ্যুরিআ, ফ্যুরেক্স, ওরিপ্রিম, ডুআপ্রিম নত্রগা শেফালেক্সিন গুলি চাবোকথোংদা থিংজিন্নগা মচা খাও মনুংদা হাপকদবনি।

মচা পোক্লিঙৈ অমসুং পোকপা লোয়রবা মতুংদা থোরকপা নাওফম অমদি মচুম-মনায় কৈদৌঙৈদসু মপীদুদা পীজরোইদবনি।

করিগুম্বদা মচা পোক্রমদাইদগী নত্রগা পোক্লিঙৈদা মচা খাও ইষ্টোরকপগী খুদম ফংলবদি খুদক্তা ইর্গোমেত্রাইন মিলিএৎ মিলিগ্রাম ০.৫-১, কেলশিঅম, (মচিঞ্জাকী মচলদা য়াৎলবদি) মিলিগ্রাম ৩-৫ শাদোংদা ইঞ্জেক্সন পীগদবনি। ওক্সিটোশিন কাপ্পা তারবসু চেকশিন্না শেন্নবীবা তাই। মচাখাও ইষ্টোরকপনা মরম ওইবদগী মচা পোকপা ঙমদবা তারবদি গ্লোব নত্রগা খুৎ-খুদাংদা এনেস্থেটিক + এন্টিবাইওটিক্স মলম তৈরগা মচাশিংদু মথং মথং চিংথোকপীগদবনি। পোকপা লোয়ত্রবা মতুংদা ইষ্টোরকপগী খুদম ফংলবদি ইষ্টোরকইবা শরুক অদু শেংনা চামথোকপীরবা লোয়ননা এন্টিবাইওটিক মলম তৈশিনবীরবা ১দি গুলি হাপচিনবীরবা মতুংদা ইনশিনবীরগা চাবোকথোং অদু ফোংচিন্দুনা থমগদবনি। অদুগা এনটিবাইওটিক, কেলশিঅম, ভিটামিন এ,বি,ই,ডি,গী মথক্তা মবুক য়েকপা ফনবা পেথিডাইন হায়ড্রোক্লোরাইড মিলিগ্রাম

৩-৫ মশাগী অরুম্বনা কিলো ১ গী চাং য়েংলগা শাদোংদা কাপ্নীগদবনি। মরক্তুদা মচা খাও ইম্থোরকপগী খুদম ফংদ্রবদি ফোংচিল্লিবদু লৌথোকপীগনি।

করিগুম্বা মতমদা মপীদুনা পোক্লকপা মচাশিংবু মনাক্তা চংলকপদা চিক্তুনা হাৎকদৌগুম তৌবা অমদি মপু ফাওবা মনাক্তা উবা য়াদবমখৈ শাওবা য়াওই। তমথিরবা মওং-মতৌ অসি মচা পোক্লমদাইদগী হৌরকপা য়াওই। মসি থেংনরবদি মচা পোকপা মতমদা মনাক্তা মী চংদনা মথন্তা পোকহনবগা লোয়ননা মচা লৌথোকলোইদবনি। অদুবু য়াম্না লোন্না পোক্লকপা মচাশিং অশোয় অঙাম য়াওদনবা শেন্নগদবনি। মনাক্তা মী চংউদ্রবা অমদি লাংবা-খোংপা তৌদুনা মঙোন্দা দিষ্টর্ব তৌরুদ্রবদি মচা অমা অনি চিক্কদৌগুম-হাৎকদৌগুম তৌরম্লগা ইংথখিগনি। মসি অতৈগী নত্তে, মচাগী হাকল হেনমনবগীনি। মতমদুদা মচা হাৎখিবা তারে হায়দুনা মপুদুনা পাখৎলবা নত্রগা মপীদুসু লাও-খোংবা নত্রগা ফু-চৈবনচিংবা তৌরুরবদি মচা পুম্বা হাৎখিগনি নত্রগা থুক্কৎখিদুনা মখোম চিংখৎখিগনি। মসি পারী-পুরী ইনবা হেরিদিতিগী ওইবা লিচৎ-শাজৎ ওইগল্লি। হায়রিবা খুদোংথিবসিদগী কনবদা মতেং ওইনবা মচা পোক্ত্রিঙৈদা নিয়ম চুম্না শেম শারবা মকোন মনুংদা কনা অমত্তনা দিষ্টর্ব তৌহন্দনা মথন্তা মচা পোকহনবা তাই। করিগুম্বদা, মপীগী মওং খঙদবদগী মচা খুদিংমক মপীগী মনাক্তগী লৌথোকউরগা থাজিনবা য়াদ্রবদি, তমথিরবা মওং-মতৌ অদু মাঙহনখিনবা ত্রাংকুইলাইজরশিং মরুওইনা ত্রাইফ্লুপ্রোমাজাইন হায়ড্রোক্লোইরাইড (সিকুইল/ইক্সাজাইন) মিলিগ্রাম ১২০ ওক কিলো ১০০ লুম্বগী চাং য়েংলগা শাদোংদা কাপ্লগা ইংথরক্লবা মতুংদা মচাশিং থাজিনগদবনি।

মচা পোকপা লোইগ্রবা মতুংদা হিদাক কাপ্পবা হোৎনবদা য়েৎতুম্না থিনবদা য়াম্না শাওবা অমদি শুকয়া য়াদবদগী মীয়াম চংদুনা ফা-পুন্দুনা অমদি লৈমায়দা নমথুদুনা হিদাক কাপ্পবা হোৎনরোইদবনি। মসিদগী থুক্কৎখিদুনা মখোম চিংখৎখিবা য়াই। অদুনা হিদাক থাদবা য়াদ্রবদি মচিঙ্গাক্তা এন্টিবাইওটিক্স মফোন নত্রগা গুলি, মিনরেল + ভিটামিন মফোন, কেলসিঅম + ভিটামিন মহি হাপ্তুনা পীজগদবনি । নীংশিংগদবা অমনা মচা খোম পীথক্লিবা ওকপীদা টেট্রাসাইক্লিন হায়ড্রোক্লোরাইড থারোইদবনি।

## মচা চেল্লিবী ওকপীগী সেবা

মচা চেল্লিবী মপী অমগী মকোন মনুংগী মৈশা অদু হেঞ্জিন্নসু শাদবা অমদি ইংদবা ওইগদবনি। মদু ২০°C তগী ২৫°C ফাওবা থম্নবা হোৎনগদবনি। মচাশিংবু নিয়ম চুম্না মখোম পীথক্লবা, মশাদা অনা-অয়েক্কী চৈথেং লৈত্রবা অমদি চানীঙ থক্লীঙবা ফজনা ফাওরবা ওকপী অমদা পীজবগী চাংদি মচা মশিংগী মতুংইন্না হেনগৎকনি। হান্না মচা পোক্ত্রিঙৈদা চারম্বা মচিঙ্গাক্কী চাংদুগী মথক্তা মচাশিংনা চাউখৎলপা অমসুং লুম্বা হেল্লকপগী মতুংইন্না মচা

অমগী ওইনা গ্রাম ১৫০ দগী ৫০০ ফাওবগী চাং মপীগী মচিঞ্জাক্তা হাপকদবনি। ঈশিংগী চাংদি থক্লিংবা মতমদা থক্লবা ব্রাত্তনা পীগনি।

চাজেনবী ওকপীশিংদা মচিঞ্জাক য়াম্না পীজবগী পান্দমদি, মখোম মতিক চানা থোক্তুনা মচাশিং মবুক থন্না-থন্না পীথক্তুনা য়োক্লবা, মচাশিংনা খোমজিংলিঙৈ মতমদা মশাগী অরুম্বা ময়েং য়াম্না তাখিদনবা, লোয়ননা মচাগা খাইনরবা মতুংদা য়াম্না ওন্না হীট লাক্লবনি।

ওকী মখোমদা ঈশিং ৮০.৭৫% অমসুং মপং (ড্রাই মেত্তর) ১৯.২৫% য়াওই। ড্রাই মেত্তরদা ফেৎ ৬.৫%, প্রোটিন ৬.৫%, নাইট্রোজেন ফ্রি ইক্সট্রেক্ত ৪.৭%, মিনরেল মেত্তর ০.৯৬%, কেলশিঅম ০.২৫%, ফোসফোরস ০.১৬%, ভিটামিন এ আই য়ু ১৮.৫% (ফেৎ গ্রাম অমদা), ভিটামিন শি মিলিগ্রাম ১২.২০ (মখোম মিলিলি ১০০দা), থাইএমাইন মাইক্রোগ্রাম ৬৬.৭০ (মখোম মিলিলি ১০০দা) অমসুং রাইবোফ্লেভিন মাইক্রোগ্রাম ৪৫.৭০ (মখোম মিলিলি ১০০দা) য়াওই। নুমিৎ ৫৬ নিদা চাজেনবী অমদগী মখোম কিলো ১৮০-১৮৫ মচাশিংনা চুপথোকখিবদা মপীদগী প্রোটিন কিলো ১২, কেলশিঅম গ্রাম ৪৫০ অমসুং ফোসফোরস গ্রাম ২৮০ লৌথোকখি (*"Livestock Production Management"*,by Shastry, Singh and Thomas 1991,p519)। মরম অসিদগী মচিঞ্জাকী অবাংপা লৈবগা, ইহান হান্না মশাগী অরুম্বা হন্থরকই। মথংদা খোমথোক হন্থরকপা, মচাশিং চাউজন খিল্লকপা অমসুং মথং চাগোক্কী হীট লাকপা অমদি মচা ওইবদা বেরা তৌবনচিংবগী অমাঙবা লাকই। অদুনা কিলো ১দা DE মেগাজাউল ১৩,CP১৬% অমসুং লাইসাইন ০.৫৫% লোয়ননা অতৈ ইসেনসিএল এমাইনো এশিডশিং য়াওবা মচিঞ্জাক কিলো ৫ নুমিৎ খুদিংগী পীজগদবনি (*"Pig production in Austrelia"*, by :Gardner, Dunken and Lloyd, 1990, p. 75-77)।অদুগা নোংমদা ঈশিং লিটর ১৪-২৩ ফাওবা পীথক্কদবনি।

খোমথোক্কী চাং হেনগৎহন্নবা মচিঞ্জাক্তা কেলশিঅম, ফোসফোরস, ভিটামিন বি ১২, ডি ৩ য়াওবা ফীদ সপ্লিমেন্ট (ওষ্টোকেলশিঅম, কেপসোলা, এসকাল, কালফোস ভেট, হি-কাল ডি নত্রগা কেলশিট্রেংথ) হাপকদবনি। হায়রিবা ফীদ সাপ্লিমেন্ট অসি পীজবা মতমদা নীঙশিংগদবদি -ওকপী অদু মথং চাগোক্কীদমক থম্বা তারবদি, মচা খাইনরবা মতুংদা য়াম্না ওন্না হীট লাক্লনবা লাইসাইন, মেথিওনাইন নচিংবা এমাইনো এশিড য়াওবা মিনফা (ইন্টাস) নত্রগা খালা (সরাতাই) পীগদবনি। মসিগী মথক্তা, ভিটামিন এ, ই নচিংবা, মিনরেলশিংগী মনুংদা সেলেনিঅম অমসুং এমাইনো এশিডশিংগী মনুংদা ট্রীপ্তোফেন, লাইসাইন নচিংবা য়াওবা ভাইসেলম (ব্রিহান্স) নত্রগা গ্রোগোল্ড (ভেটসফার্মা) নচিংবা হাপ্পীরবদি খোমথোক হেনবগী মথক্তা মথংগী হীট ওন্না লাকহনবদা মতেং ওই। খোমথোক্কী চাং হেনগৎনবা নত্রগা

হন্দনবা কেলশিঅম গ্লুকোনো-লেক্তোবাইওনেৎ য়াওবা সেনকাল ভেট আই এম (নোভার্টিস) নত্রগা কেলশি ওষ্টালিন বি ১২ (গ্লেক্সো) মিলিলিটর ৫-১০ হাপ্তা অমদা অহুম্লক শাদোংদা হাপ্তা ১-২ নত্রগা থা ১ কাপকদবনি। মসিগী মথক্তা রাসোল পাউদর (বি বি বি), মিলকোজেন (এসেৎ) মিলকোটোন (অনুজা), হি-মিল্ক পাউদর (ভি এফ) নত্রগা গেলোগ পাউদর নোংমদা গ্রাম ১০-২০ নুমিৎ ১৫ নি পীজরবদি খোমথোক হেনগৎহল্লি।

**চাজেনবী য়োকপদা চেকশিনগদবা**

মচা পোকপ্রগা মথংগী নুমিৎকুম্নদগী লায়হৌ শাগৎলক্তুনা মচিঞ্জাক চাদবনচিংবা তৌরক্রবদি এমপিশিল্লিন নত্রগা এমোক্সিশিল্লিন + ক্লোক্সাশিল্লিন, ইনরোফ্লোক্সাশিননচিংবা এন্টিবাইওতিক্স, কেলশিঅম + লিভর ইক্সত্রেক্ত নত্রগা ভিটামিন বি১, বি৬, বি১২ অমসুং ওক্সিটোসিন অমদি এনালজিন ইঞ্জেক্সন কাপ্তুনা লায়েংগনি।

করিগুম্বদা মচা পোক্লবা মতুংদা মপীদু মথি-ময়ুং মপুং ফানা চত্তবা, মচিঞ্জাক চারক্তবা লোয়ননা মখোম চিংখৎপনচিংবগী অনাবা লাকপা য়াওই। অসিগুম্বা অনাবসি পীক্লিঙৈদা মচিঞ্জাকী মচল ব্রাৎনা ফংলকপা, শোন্দম-নাদম্নবা ওকশিংদা খবা হেন্না থোকল্লি। নত্রগা য়াম্না চাউ-শাংবা, মপান লমগী ব্রীদকী ঈ ব্রাংনা য়াওবা লমদমসিগী হব্রা-নুংশিৎ, চিঞ্জাক অমদি সেবাদা চুশিন্নবা ব্রাৎপা ওকশিংদা খরা হেন্না থোকল্লি। মচা পোকদবা নুমিৎ য়ৌরবা ফাওবদা চগুম-চনায় নত্রগা হব্রায়-চেংব্রায়গী ফীদ হেঞ্জিন্না পীজখিবা অমদি মচা পোক্লিঙৈ নত্রগা পোক্লবা মতুংদা নাওফম (প্লাসেন্টা) চাশিনখিবী ওকপীশিংদা খবা নম্না থোকল্লি। মসি থোক্তনবা গর্ভা পুরিঙৈদা অফবা মচিঞ্জাক পীবগা লোয়ননা লমহাংদা চৎহন্দুনা শাজেন তৌহনবা, মচা পোকদবা নুমিৎ হুমনি-মরিনি ব্রাৎলিঙৈদগী চেংকুম, চিনি অঙাংবা, মিনরেল + ভিটামিন অমদি থুম খজিক্তং মহি লাংনা ঈশিংদা থিৎলগা পীজবা লোয়ননা মচা পোকপা লোইরকপদা লুম্বু লুম্বু শাবা দানা মহি পীজবসি কাওবা য়াদে। মচা পোক্লবা মতুং পুং ২৪ ফাওবা মথি-ময়ুং চৎত্রবদি গ্লিসরিন, পেরাফিন নত্রগা সাপোন মচুম শৌজদা কাপশিন্দুনা এনেমা তৌথোক্কদবনি। মতমদুদা ময়ুং চৎলক্ত্রবদি কেথেটর খুৎলায় শিজিন্নদুনা ময়ুং লৌথোক্কদবনি। লোয়ননা এন্টিবাইওটিক্স, ফেনিরামিন (এভিল) ইঞ্জেক্সন অমসুং শিষ্টোননচিংবা ডাইয়ুরেতিক্স পীগদবনি।

করিগুম্বদা মচা চেল্লিবী ওকপীশিংদা পোক্সনা নাবদগী ফুত্রি অচৌ-অচৌবা মবুক, খোন্মি অমসুং খোমজিন্দা উবা ফংই। ফুত্রিশিংদু পোকখায়রকপদা, মচাশিংনা খোমজিন মুন্নবগী চিকথৎপদুনা হেন্না শাথিহন্দুনা মখোমগী অনাবা ওইহল্লকই। অসুম্না মচাশিংনা শোকপদা নামনবদগী মখোম পীথক্তনবা হোৎনরকই। অনাবসি মচাশিংদসু লৌনরক্তুনা য়াম্না শিগনবা

মউন চেং-চেং শেগায়রগা নাবা লায়না অদু লাক্লি। খুদোংথিবসি কোক্রবা ফুগ্রি অমা অনিদং উবগা এন্টিবাইওটিক্স অমদি ক্লোরফেনিরামিন পীবগা লোয়ননা এন্টিবাইওটিক্স মলম ফুগ্রিশিংদা তৈগদবনি।

## মচা খাইনরবী ওকপীগী সেবা

মচাশিংদুনা নুমিৎ ৫৬ নি হেক শুবগা মপীদু খাইদোক্লগা তোঙান্না কা অমদা থমগনি, লোয়ননা স্বাইন ফিভর টিকা থাদোক্কনি। মচাগা খাইনরবা মতুংদদি নোংমদা কিলো ২ দগী ২.৫ ফাওবদা হুন্থহন্দুনা পীজগদবনি।

মচা খাইনখিবগা নুমিৎ ১০ নিগী মনুংদা মপী অয়াম্বদা হীৎ লাকই। মতমদুদা মপাশা থাজিন্দুনা নত্রগা এ. আই পীদুনা সার্ভিস মপুংফানা পাঙথোকহল্লগা গর্ভা পুহনগদবনি।

করিগুম্বদা, মচা খাইনরবা থা ২/৩ গী মতুংদা ফাওবা হীৎ লাক্তবা য়াওই। মদু মচা চেল্লিঙৈদা চিঙাক অমদি চিঙাক্কী মচল ব্রাৎপদগী অয়াম্বা থোকল্লি।মসি থোক্তনবা, মচা খাইনবগা তিল-হিদাক থাদোক্লগা লিভর টৌনিক অমসুং কেলশিঅম ইঞ্জেক্সন ডোজ চপ চানা পীগদবনি। মচিঙাক্তা ঙাকুপ (ফিশ মিল) মরাং কায়না হাপ্লগা লোয়ননা গ্রোগোল্ড (ভেটসফার্মা অমসুং ভাইসেলম (ব্রিহান্স) হাপ্তুনা পীজগদবনি। হীট থরা হেন্না ঙন্না লাক্রবা হিভিট (আর এল), ব্রিভিটা (ব্রিহান্স), ইস্টাভিটা (ইস্টাস) নত্রগা ভিটেৎ (এস শি) নচিংবা ডোজ চপ চানা কাপ্লগা সাজানি কেপশুল (সরাভাই) ওইস্ট্রোল পাউডর (এসেৎ) নত্রগা হীটোন পাউডর (এমাইনো) পীগদবনি। মসি ফাওবদা হীট লাক্ত্রবদি ডিনোফর্টিন (এ পি এল) ল্যূটালাইস (নোভার্টিস), কোরুলোন (শি পি এল) নত্রগা প্রোলান (বি আই এল) হোর্মোন ইঞ্জেক্সন পীগদবনি।

**********

# ওক্সী লায়না

প্রকৃতিনা পীথোরকপদা ওক হায়বসি য়াম্না লু-নানবা জীবা অমা ওইরকই। অদুবু ঐখোয়না ওকশিংসি য়াম্না মোংপা জীবা ওইনা উই। মসিগী মরুওইবা মরমদি ওকশিংবু লোইরিবা নত্রগা শেন্নরিবা মীওইশিংনা কান্বা নত্রগা জীবসি য়োকপগী নিয়ম খণ্ডবদগীনি হায়না পনবা য়াই। খুদম ওইনা হায়রবদা জঙ্গলদা লৈবা লমওকশিং, য়ুম্লক্তা ঐখোয়না উরিবা অমোংপা ওকতৌনা মোত্তে, লোয়ননা মতম অয়াম্বদা মশা-মউ ফনা, খিং-খিং লাওবা উই। অমরোমদা, ঐখোয়গী নাক্তা লৈরিবা ওকশিংসিদি মখোয়গী লৈফম-চাফম মওং চুম্না শেম্বীদবা, অফবা মচিঞ্জাক পীবীদবা অমদি নিয়ম চুম্না য়োকপী-থাকপীদবদগী লায়না চেল্লক্তুনা অশি-অনা থোরকই নত্রগা শোন্দম-নাদম্নরকই লোয়ননা জীবসি লোইবদা অমাঙবা অমা ওইরকই। অসুম্না, লায়নাগী মরুওইবা হৌরকফমদি ১) হেরিদিটরী (পারি-পুরিগী ধরা জীন) গী অশোয়বা, ২) মহিক অমসুং তিলশিংনা শোকহনবা অমসুং ৩) মচিঞ্জাক্কী অশোয়বা অসিনা মরুওইবনি।

## হেরিদিটরী (পারি-পুরিগী ধারা, জীন) গী অশোয়বা

পোকপদা লোয়নরকপা এত্রেসিআ এনাই (শৌজা হুৎলক্তবা) হায়ড্রোসেফালস (মকোক লোঙবা নত্রগা চাউথোকপা), পোষ্টরিঅর পেরালাইসিস (মনিঙ অমসুং খুদুঙ শিথদুনা চিংবা), মশল কন্ট্রেক্সন (শাদোংগী শরুক চিংদুনা নিকপা), মখোঙ শোয়নাইরকপা, অম্বিলিকেল অমদি ইঙ্গুইনেল হের্নিআ (মবুক্কী মখোই অমদি স্ক্রোটমগী খাও নত্রগা মফে কারক্তা থিরিন থোকপদগী চাউথোক-পোমথোকপা) অমসুং হিমোফিলিআনচিংবা লায়নাশিং অসি মপী-মপাদা য়াওবা রিশেসিভ জীনশিংনা থোকহনবনি।

পোকপদা শৌজা হুৎলক্তবা ওক্সাওশিংনা মথি ফায়দোকপা ঙমদবদগী মতম খরা হিংলম্লগা শিথি। করিগুম্বদা, শৌজা মপাদা অপাবা উনশাখক্তনা ফুনবা ওইরগদি থাং থাদুনা হুত্তোকপীরবদি হিংবা ঙমই। অদুগা, অমোমশিংদা থোক্লবদি হাপ্তামুক্কী মনুংদা মথি ফায়নিংমক দুনা শংবগী প্রেসরনা থিরিন অদু শৌজা ময়াদা শেগায়রক্তুনা চাবোকথোঙলোমদা হোরকপদগী মথি ফায়রকই। অসুম্না হিংবা ওক অমোমশিং চাউজন থিনগল্লি। অদুবু, থাং থাদুনা শৌজা মপাদু হুত্তোকপীরবদি অশোয়বা অসিদগী কনবা ঙমই। মবুক্কী মখোই অমসুং স্ক্রোটমগী খাও নত্রগা মফে কারক্তা থিরিন থোরকপদগী চাউথোক-পোমথোকপা ওক অয়াম্বা কিলো ৬০/৭০ য়ৌবা ফাওবা হিংগন্দে। হিংলবসু চাউজন থিনগল্লি। অদুবু, মতম চানা ওপরেসন তৌদুনা হর্নিএল রিং (থিরিন থোরকফম অহোবা) অদু ফোৎচিনবীরবদি অশোয়বা অসি থোকহন্দবা

মাই। লায়না অনিসি নত্তনা হেল্লিমিটরীগী অশোয়বনা থোকহনবা লায়নাশিংনা শোক্লবা ওক ৷ও খুদিংমক কুইনা হিংবা ঙমদে। মখোয় অসি ঙাকথোক্লবা উপায়দি লায়নাশিং অসিগী জীনশিং য়াওরে খঙলবা ওকশিং মখা তানা মচা-মশু পুথোক্তবা লোয়ননা মতম চানা হাত্তোকখিনবা হোংনবা অমদি ওক মচা পুথোক্লবগীদমক মচাগী মরু পীবদা ঙমলিবমখে ইনব্রীডিং থোক্তনবা হোংনবগা লোয়ননা অফবা মখলগী ব্রীডিংগী প্রোগ্রাম পায়খৎনবা হোংনবা অসিনি।

## মহিক অমসুং তিলশিংনা থোকহনবা লায়না

মণিপুর অমসুং মসিগী অকোয়বা লমদমশিংদা লৈবা ওকশিংদা থোক্কনবা মরুওইবা লায়নাশিং অমসুং মখোয়সিদগী কনবা ঙম্নবা উপায়শিং মখাদা পীরি।

### ভাইরসনা থোকহনবা লায়নাশিং

#### স্বাইন ফিভর

হোগ কোলেরা হায়নসু খঙনবা স্বাইন ফিভর কৌবা লায়না অসি ভাইরসনা থোকহনবা ওকী খ্বাইদগী হেন্না তমথিবা লায়চৎ অমনি। মসিনবু নাহল্লবদি ৯৫% দগী ১০০% ফাওবা শিগল্লি। নহা ওইরিবা ওকশিংদনা শিবগী চাং ব্বাংবা হেল্লি।

মহিক অসি ওক্লা চাবা-থকপা অমসুং স্বর হোনবদা য়াওখিবগা হাপ্তা অমগী মনুংদা লায়না অসিগী লায়ওং উংপা হৌরকই। অহানবদা মশা য়াম্না শাগৎলক্তুনা ১০৫°-১০৭°F (৪০.৫°-৪১.৫°C) ফাওবা য়ৌনা লায়হৌ হৌরকই লোয়ননা চাবা-থকপা লেপখি। মতমসিদা নহা ওইরিবা ওকশিংদদি খঙহৌদনা শিরম্বা য়াওই। শিহৌদবা ওকশিংনা চরু-চনায় মরক্তা কুন্নবা হোংনরকই। মতম অসিদা মথি শুংগৎলকই, মমিৎ ঙাংশিল্লকই। মশাগী অপাবা উনশা, মনা, মখৌ, শগা, মবুক্লচিংবদা ঙাংলৈনবা নত্রগা মঙ্গ্রা মচুনা মতৎ-মতৎ ফাওরকপদগী পাক্লা শন্দোরকই। ফিভমসি য়ৌরকপদদি শিগ্রিবা ফাওবা স্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লগা কুন্দুনা লৈ। গর্ভা পুবী ওকশিংনা এর্বোসন তৌরকই নত্রগা অশোনবা থক-থক নিকপা মচা পোক্লকই।

লায়না অসিনা নারবা ওক লায়েংবদা কান্নবা ব্বাৎলি। মসিদগী কন্নবা উপায়দি মতম চানা টিকা থাদোকপনি। ওক খুদিংমক অনাবা ওকশিংগা শম্নহল্লোইদবনি। ওকশা শেম-শাবগী মহি-মচুম, মতৎ-মরাং অমসুং ওকশা থোংবা হোটেলগী চগুম-চনায় অমদি থাদোক্তুনা লোইবা য়েন-ঙানুগী অহিংবা মরিন পীজরোইদবনি। অমোৎপা পুত্রি খোংবানগী ঈশিং পীথক্লোইদবনি। মখোয়সি তঙায় ফদনা পীজ-পীথক তৌবা তারবদি মৈদা মুন্না ফুত্তোক্লগা পীজনদবনি।

## ঔজেসবিজ ভিজিজ (মুইদো রেবিস)

লায়না অসি হার্পেস ভাইরস চংলকপদগী ওকশিংনা অঙাওবগুম্না মচিন্দা কোঙ্গোল কাদুনা অমদি মমিং-মনা ইচোয় চোয়দুনা উরু-উরু লৈবা, ময়ানা ওকোনগী লৈমায় নত্রগা ফরুাংদা খেৎ-খেত্তুনা চিকপগী লায়না মখল অমনি। পোকপদগী থা অমা ফাওবগী ওক্ক ।ওশিংদা লায়না অসিনবু শোক্রবদি ১০০% শি।

মহিক অসি লায়নাসিনা নারুবদগী ফরুকবা ওক অমসুং উচি, খৈরোয়নচিংবা রোডেন্ট শিংনা পুদুনা লৈ। মখোয়গী নাতোন্দগী থোরকপা মনপনচিংবা মহি-মচুমদা মহিকশিংদু য়াওরকই। অদুগুম্বা উচিনচিংবনা ওক্কী বাগোসনচিংবা চাফম থকফমদা চংলকপা নত্রগা মখোয়শিংদুনা লৈবা উরু-ঋারু, অমোং অকায় মরক্তা নাদ্রিবা ওকশিংনা মনাতোন্না নিনখায়দুনা চারু-থকুবা অমদি স্বর হোনবদা মহিকশিং অদু য়াওখিবা নত্রগা উনশাদা খেগায়-খিনগায়বা অমসুং ঈ থোক্লা তৎলবা অশোকপা মফমশিংদা চংখিবদগী লায়না অসি ওইরকই।

লায়না অসিগী মরুওইবা লায়ওংদি নহা ওইরিবা ওকশিংদা অহানবদা ১০৭°F (৪১.৭°C) ফাওবা য়ৌনা শাগত্তুনা লায়হৌ কন্না তৌরকই। মথংদা অঙাওবদৌনা মওক নাকল অমদা পৈরগা মফম খণ্ডদনা মচিন্দা কোঙ্গোল কাদুনা মমিং-মনা ইচোয় চোয়রগা মওক ইন-ইন্দুনা চৎপা, উরু-উরু লৈবা, থেংনবা পোৎ অমা ময়ানা খেৎ খেত্তুনা চিকপা, মমিত্তগী মপি তাবা, শাদোংশিং মরুওইনা, মফেগী শরুক থক-থক নিকপা, ইখং-খংনা চিংবা, স্বর হোনবদা নাখোকপগুম মখোল থোকপা, করিগুম্বদা ওবা অমসুং থিবেৎ ফাইবা অসিনি। পীক্লিবা ওক্লাওশিংনা লায়ওং অসি হৌরকপদগী পুং ১২ ফাওবগী মনুংদা শিগল্লি। অদুবু চহি অমসুং মশা-মউ ফবা খেন্নবগী মতুংইন্না নুমিৎ ৭/৮ নি নারম্লগা শিবসু য়াওই। অহল ওইরবা ওকশিংদদি লায়হৌ য়াওগন্দে। লোকথুংবদৌনা মনপ মতিন তাবা, ইচোক চোকথবা, ইঙাও ঙাওবা, মথি শুংগৎপা, মখোম থোক্তবা, উনশাদু ইমোৎ মোৎনা উবা, মমায় অমদি লেংজুমগী উনশাদা নাপু ওইনা কারকপা অসি নুমিৎ ৪/৫ নি উংলম্লগা ফরকই। অদুবু করিগুম্বদা লায়ওংশিং অসি উংলমদনা খোং-লাওরগা খংচোং চোংলম্লগা শিবসু য়াওই। লায়না অসি মরুওইনা মচা পোক্কদৌবা মসীশিংদা খরা হেন্না থোকল্লি। মখোয়দদি লায়য়ৈ চৎপা (এবোর্সন), অশিবা অপুম্বা মচা পোকপা নত্রগা পুকুংগী মচাশিং শিবনচিংবা থোকল্লি।

লায়না অসি ফহনবা ওম্বা হিদাক লৈত্রি। মসিদগী ঙাকথোকুবা উপায়দি ওকোন্দা উচি চংহন্দবা, অনাবা ওকশিং লাপ্না পুথোকখিবা, মকোন্দগী ওকশিং নাম্বোকহন্দবা অমসুং উচি খৈরোয়নচিংবা লৈগনবা উরু-ঋারু মরক্তা চংহন্দবা অসিনি। ফংলবদি লায়না অসিগী টিকা থাদোক্কদবনি।

## ভাইরেল ইনশেফালোমাইলাইটিস ওফ পিগস
## (টেসচেন/টলফান ডিজিজ)

মসি টেসচেন ভাইরসনা ওক্লাওশিংগী ব্রেন অমসুং স্পাইনেল কোর্ড শোকহনবদগী ইথক থগত্তুনা মশা পুম্বা নিকপা চিংবগা লোয়ননা পেরালাইসিস তৌহনবা অমসুং য়াম্না শিগম্বা লায়না মখল অমনি। ওক্লাওশিংনা ভাইরস অসি য়াওরবা ওকথিনচিংবা চাশিল্লুবদগী লায়না অসি ওইরকই।

মহিক অসিনা চংখিবা নুমিৎ ৬ নিগী মনুংদা ১০৪°F-১০৬°F (৮০°C-৮১°C) য়ৌনা শাগত্তুনা লায়হৌ তৌরকই। মথংদা মখোঙ কারন চল্লকই, য়াম্না নাবগী খুদম উৎলকই, থক - থক নিকপগা লোয়ননা মখোঙ মরিমক শিথরত্তুনা ইকন কনশিল্লকই অমদি তিংথোক্লগা ফৈনা তুরকই। মথং মথং মশা পুম্বা কনশিল্লকপগা লোয়ননা মঙক, মকোক থেগৎলগা মমিৎ ওনখত্তুনা খোঞ্জেল থোক্তনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লগা তাদুনা লৈ। অসুম্না নুমিৎ ৩/৪ নিগী মনুংদা শি। হেঞ্জিন্না শোকহৌদবা খরা লিরবা ওক্লাওশিংদদি মখোঙ খুদুঙ অনিদু শোরো-শোরো চিংলগা চৎলি অমসুং হুইদৌনা ফল্লকই। অদুবু মশাদি ফগৎলকই।

হাপ্তা অনিগী মথাদা লৈবা ওক্লাওশিং শাথিনা শোক্লবদি লায়েংবা ঙমদে। অদুবু হেঞ্জিন্না শোক্তবা খরা লিরবা ওক্লাওশিংদি তোঙান্না খাইদোক্লগা এন্টিবাইওটিক্স অমসুং নার্ভাইন টোনিক কাপ্পীবা অদুগ্গা ফংলবদি ইরিসাইপেলাস লায়নানা নারুবদগী ফগৎলবা ওক্কী স্ট পীথকপদা কান্নবা ফংই।

## মম্মিফিকেসন ইমব্রাইওনিক ডেথ এন্ড ইনফর্টিলিটি

লায়না অসি গর্ভা পুবী ওকশিংদা ভাইরসনা শোকপদগী পুক্লুংদা মচাশিং শিবা অমদি অশিবা মচাশিং অদু মচাখাও মনুংদা লৈনা লৈনা মপীদুগী হুকচাংনা চুমথোকখিবদগী মচা পোকপগী মতম য়ৌরবা ফাওবদা গর্ভা পুবগী ফিভমদা লৈবা লায়না মখল অমনি। ভাইরস অসিনা শোকত্রবা মপাশাগী স্পার্মেটিক ফ্লুইড অমদি অমোমশিংগী ভেজাইনেল ফ্লুইড তা ভাইরসশিং অদুগী লৈফম ওই। অসুম্না মপাশানা অমোমশিংদা মচাগী মরু (সার্ভিস) পীবদা নত্রগা লায়না অসিনা শোক্লবা ওকশিংগী ময়ুংনচিংবা চারু-থক্লুবদগী ভাইরস অসি নাদবা ওকশিংদা শন্দোকরকই।

নুমিৎ ৩৫ নি ফাওবগী গর্ভা পুরবী ওক অমোমশিংদা ভাইরস অদু চংলক্লবদি পুক্লুংগী মচাশিং শি অমসুং অশিবা মচাশিং মচা খাও মনুংদা চুপথোকখি। মচা পোকপগী মতম শুরবা ফাওবদা হায়নগী ফিভমদা মবুক অমসুং খোম্মি অদু চাউথোক্তনা লৈ। অসুম্না নুমিৎ ২১ খুদিংগী

লাক্কদবা হীট অদু লাত্তনা গর্ভা পুবা হৌরকপগী ফিভমদা লেংদনা লৈ। করিগুম্বদা হীট লাক্লবসু মচা ওইহনবা ঙমদে। গর্ভা পুবা নুমিৎ ৩৫ নিগী মতুংদা ভাইরস অদু চংলক্লবদি পুক্নুংগী মচাশিংদু পংথ-পুমথহল্লি, লায়য়ে চংহল্লি(ত্রবোর্সন তৌহল্লি) নত্রগা ফিভম চুমদবা অশিবা মচা পোকহল্লি।

লায়না অসি লায়েংনবা হিদাক লৈত্রি। মসিদগী ঙাকথোক্লবা মরুওইবা উপায়দি : ওক ময়াম থম্বা ফার্ম অমদা লায়না অসি থেংনরবদি অতোপ্পা হাতম অমসুং মপীশিংদুদা মপাশা থাজিনগদবা হাপ্তা অহুমগী মমাঙদা অনাবা ওকপীদুনা এবোর্সন তৌরকপগী মহি-মচুম নত্রগা অশিবা মচা পীজগদবনি। মপাশা থাজিনত্রবা, গর্ভ পুত্রবী ওক খুদিংমক মচা পোক্লবা নত্রগা পোক্কদৌরবা ওকশিংদগী লাপ্না শোক্ল-শম্লহন্দনা থম্লবা হোৎনগদবনি। লায়না অসি চেন্নরে হায়না চিংনবা ওক অমোমশিংদা মপাশা থাজিনলোইদবনি। চিংনরিবা ওক খুদিংমক খুদক্তা হাত্তোকখিগদবনি।

## পার্ভোভাইরস ইনফেক্সন

মসি পিগ পার্ভোভাইরস কৌবা মহিক অদুনা অহানবা মচা পোক্কদবা হাতমশিংদা শোকহনবদগী এবোর্সন তৌরকপা, মতম চানা মচা পোক্লবসু অপুম্বা, অশিবা অমদি অশোনবা পীকশনবা মচা পোক্লকপা অমসুং মথংদা হীট লাক্লবসু মচা ওইহনবা ঙমদবা লায়না মখল অমনি।

ভাইরস অসিনা অহল ওইরবা ওকশিংদা লায়না থোকহন্দে। অদুবু, মখোয়গী অমাঙবা অদু চাশিল্লুবদগী গর্ভা পুরবা হাতমশিংদা ভাইরস অসি চংলকই। ভাইরস অসিনা নুমিৎ ১০নি ফাওবগী মচা (ইমত্রাইও) দা শোক্লবদি শোয়দনা শি। অদুবু মপীদুগী হীট মতম চানা লাকই। নুমিৎ ১৮-২৮ ফাওবদা শোক্লবদি গর্ভানুংদা মচা (ইমত্রাইও) শিখিবদগী মপীদুদা য়াম্না থেংনা হীট লাকপা য়াওই। অদুবু, মপী অয়াম্বনা গর্ভা পুদনা পুবগী মওংদা স্যুদো প্রেগনেন্সি ওইদুনা লৈ। নুমিৎ ৩০ শুরবা মচা (ফিটস) দা শোক্লবদি মম্মিফাইদ ওইরবা, কংশিল্লবা, অমুবা মচুগী অপুম্বা মচাশিং মতম চানা গর্ভা মপুং ফারগা পোক্লকই। নুমিৎ ৩০নিগী মতুং নুমিৎ ৭০ ফাওবদা শোক্লগনা, অশিবা অমুবা মচুগী মচা য়াওরবসু অয়াম্বনা হিংনা পোকই। নুমিৎ ৯০ নিগী মতুংদা শোক্লগদি মচা (ফিটস) শিংদা ভাইরস অদু ঙকথোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈরকপদগী হিংনা পোকই। অদুবু, হিংনা পোক্লবসু অয়াম্বনা শোন্দম-নাদয়্রে।

লায়না অসিগীসু লায়েংনবা চপ চাবা হিদাক লৈত্রি। ঙাকথোক্লবগী উপায় ওইনা হাতমদা সার্ভিস পীগদবা হাপ্তা অহুম মাংলিঙেগী মমাঙদা লায়না অসিনা নাম্নবা ওক হাতম্না এবোর্সন তৌরকপগী নত্রগা মচা পোকপদা য়াওরকপা অশিবা অপুম্বা মচা নত্রগা মহি-মচুম পীজগদবনি। মপাশানসু ভাইরস অসি হাতম অমদগী অমদা শন্দোরকপা য়াবনিনা সার্ভিস তোয়না পীবা মপাশাদগী লায়না অসি শন্দোরক্তনবা হোৎনগদবনি। চিংবু চিংনরবদি লায়না অসি মাঙহনখিনবা চিংনবা ওক খুদিং হাত্তোকখিগদবনি।

## ট্রান্সমিসিবল গ্যাস্ট্রোইন্টেরাইটিস

মসি অহংবা মফমদা য়াম্না হৈনবা ভাইরস মখল অমনা থোকহনবা, য়াম্না লৌনগনবা ওক্কী ডাইরিয়া, করিগুম্বদা ওবা অমসুং পীক্লিবা ওক্নাওশিং য়াম্না শিগনবা লায়না মখল অমনি। নাম্রিবা ওক্না অনাবা ওক্কী মথি-ময়ুং চাশিল্লুবা অমদি স্বর হোনবদা মহিক অদু য়াওখিবদগী লায়না অসি শন্দোরকই। নিংথমথাদা লায়না অসি খরা হেন্না থোকল্লি। অদুবু, কালেনগী মতমদসু উরুম লাংবা, নুংশাগী মৈশা-মঙাল য়াংনা ফংবা, চোং-চোং লাওবা, অমোংপা জগাদা লায়না অসি থোকল্লি।

লায়না অসিগী লায়ওংদি, মরুওইনা পোকপদগী নুমিৎ ২১ নি ফাওবগী ওক্নাওশিংনা শঙ্গোম অফম্বদৌনা ওবা অমদি মহি লাংনা মখোঙ হাম্বা হৌরকই। মথংদা কল্লা মচুগী মনম য়াম্না নমথিবা মথি মহি লাংনা ফায়রকই। মচা চেনবী ওকশিংদদি মখোম খকখিবা য়াওই। অসুম্না মখোম থক্তবা অমদি ডাইরিয়া তৌবদগী ডিহায়ড্রেসন থোকপদগী ওক্নাওশিংদু ইচপ চপশিল্লকই অমসুং মমৈথংদা শি। পোকপদগী হাপ্তা অহমগী মথক্তা লৈবা ওকশিংদদি চাউজন থিনবা নত্তনা শিবগী চাং হম্বে। অহল ওইরবা ওকশিংদনা নুমিৎ ৭-১০ নি ফাওবগী মনুংদা ফগৎলকই। অদুবু মখোয়না মহিক অসি পুদুনা মথি-ময়ুংদা থাদোরকপদগী লায়না অসি শন্দোকপগী মচাক অমা ওইরকই।

লায়না অসি চপ চানা ফহনবা ওম্বা হিদাক লৈতে। অদুবু জেন্টামাইশিন, এমিকাশিন, ইনরোফ্লাক্সাশিননচিংবা এন্টিবাইওটিক্স কাম্নীবগা লোয়ননা এন্টিডাইরিয়েল অমসুং রিহায়ড্রেসন ড্রগস (ইলেক্ট্রোলাইটস) পীবদা কান্নবা খরদি ফংই। মসি ঙাকথোক্নবা উপায়দি : ওক্কী মকোন মরুওইনা মচা পোকফম কা অদু কংনা নুংশা মরাং কায়না ফংহনবগা লোয়ননা মতম খুদিংদা লু-নান্না থমগদবনি। হুই, হৌদোং, য়েন, ঙানু অমদি লমগী উচেক অমসুং মীতোপ মকোন মনুংদা চংহল্লোয়দবনি। গর্ভা পুরবী ওক্তা মচা পোকদবা নুমিৎ ৩০ নিয়োম য়াংলিঙেদা অনাবা ওক্কী মথি অমসুং ময়ুংনচিংবা পীজয়বদি লায়না অসিনা পোক্লকপা মচাশিংদা শোকহনবা ঙমদে। অদুগা অমনা, লায়না অসিদগী নারুম্বা অদুবু ফগৎলক্লবা ওকপী অমগী ঈ অদু শাইট্রিক এশিডকা য়ান্নরগা পোকপা নুমিৎ অমসুং হমনি শুবদা মিলিলিটর ১০/১০ পীথক্লবদি লায়না অসিনা শিহনগদবদগী কনবা ঙমই।

## ইপিডেমিক ডাইরিয়া

মসি ভাইরসনা থোকহনবা, শোক্ল-শম্নবদা য়াম্না লৌনগনবা, পীক্লিবা ওক্নাওশিংদা মহি সাংনা শংবান্নবা চেক মচু অমদি চন্দোল মচুগী মখোঙ হামহনবগা লোয়ননা ওবা অমসুং শিবা য়াওরকপা অদুগা অহল ওইরবা ওকশিংদনা নুমিৎ হমনিমুক ওবা-কায়বা তৌরম্লগা নুমিৎ ৭-৮ নি চানিঙ-থকনিঙবা ফাওদনা ইতুক-তুকথরগা লৈরম্বদগী ফগৎলকপা লায়না অমনি।

লায়না অসিগী চপ চাবা হিদাক লৈতে। অদুবু ভাইরস অসিনা শোক্লিঙৈদা অতোপ্পা অনাবগী মহিক চংলক্তনবা এন্টিবাইওটিক্স থাগদবনি। মখোম থকপা ফংদ্রবা চোকথরবা ওক্ত াওশিংদা প্রি ষ্টার্টর ফীদ অমদি ইলেক্ট্রোলাইটনচিংবা পীগদবনি। গর্ভা পুবী ওকশিংদা মচা পোক্কদবা নুমিৎ ১০ নি ৱাৎলিঙৈদা লায়না অসিগী মহিক পীজরবদি পোক্লকপা মচাশিংদুদা লায়না অসি চংবা ঙমদে।

## রোটাভাইরস ইনফেক্সন

মসি অঙাং অমসুং ষন্নাওদা ডাইরিয়া থোকহনবা ভাইরস অদুগা মান্ননা মহিক অমনা ওক্লাওশিংদা মকোক ইঙাও ঙাওবগী মওংদা লেপথিবা মফমদগী লেংগন্দবা, নাপু নত্রগা লৈখোম মচুগী মথি কোঙ্গোলগা লোয়ননা মহি লাংনা ফায়হনবা লায়না মখল অমনি। মসিনা ওক্লাও ৩০% মুক শিহল্লি।

লায়না অসিগী চপ চাবা হিদাক লৈত্রি। অদুবু অতোপ্পা অনাবা চংলক্তনবা এন্টিবাইওটিক্স অমদি ইলেক্ট্রোলাইটকা লোয়ননা শঙ্গোম্নচিংবগী ফীদ সপ্লিমেন্ট পীগদবনি। লায়না অসিদগী নারুবদগী ফগলিক্লবা ওক্কী ঈ-পীজবদা লায়না অসিদগী শিবগী মশিং হন্থহল্লি।

## ফুদ এণ্ড মাউথ ডিজিজ

মসি ইন্টেরো ভাইরস এ,ও অমসুং শি না থোকহনবা শোক্লা শম্নবদা য়াম্না থুনা লৌনগনবা মচিন-মরৈ, মনাতোন অমসুং খুজিন অমদি উনশাগা তায়নফম খুজেঙগী অকোয়বা অমসুং খুজিনগী কারক্তা ঈশিংগুম্বা মহি-মচুম হানবা ফুগ্রি চোংথোরকপদগী পোকখায়রক্তুনা চাফৎপদগী মতিন তাদুনা চাবা-থকপা ঙমদবা অমসুং মখোঙ নামনবদগী চৎপা ঙমদদুনা কুম দুনা নাহেন্দুনা খাঙবা লায়না অমনি। চাফক্তুনা শোক্লবা মখোঙদা হয়িংনা মরুম কোকশিনবদগী মেগোৎ (হল) চংলক্তুনা অশোকপা মফম অদু হেন্না শাথিহল্লি। পীক্লিবা ওক্লাওশিংদা লায়না অসিনা গ্যাষ্ট্রোইন্টেরাইটিস শাথিনা থোকহন্দুনা ৫০% ফাওবা শিহল্লি। অদুবু অহল ওইরবা ওকশিংদদি ৫% য়ৌনা শিবা ঙমদে। গর্ভা পুরবী ওকশিং শাথিনা শোক্লবদি এবোর্সন তৌরকপা য়াওই। লায়না অসিনা ষন-ইরোই অমসুং হামেং-য়াওদসু চপ মান্ননা নাহল্লি। মখোয়নসু ওকশিংদা লায়না অসি শন্দোকই।

লায়না অসি লায়েংনবা হিদাক লৈতে। অদুবু শোক্লবা মফমশিংদা অতোপ্পা লায়না চংলক্তনবা লায়ওংগী মতুংইন্না এন্টিবাইওটিক্স অমসুং এনালজেসিক কাপ্পীবগা লোয়ননা চাফৎপা মফমশিংদু ড্রেসিং তৌবীগদবনি। মখোঙদা ১% কোপ্পর সলফেৎ নত্রগা ফিনাইল, মচিন্দনা ২% এলম(ফিজিগ্রি) নত্রগা পোটাসসিঅম পর্মেঙ্গানেৎ সোলুসননা চামথোকপীবগা লোয়ননা এন্টিবাইওটিক্স মলম তৈশিনবীগনি। লায়না অসি ঙাকথোক্লবা মরুওইবা উপায়দি টিকা মতম চানা থাদোকপা অমসুং অনাবা ওকশিং লাপ্না খায়দোক্লগা অতে নাদবশিংগা শম্ন

হন্দনবা হোৎনগদবনি। ষন-ইরোই অমদি হামেং-য়াওশিংদা ফুদ এণ্ড মাউথ ডিজিজ শন্দারকপা মতমদা ওকশিংগা হায়রিবা য়ুমশাশিংসিগা শুমলিবমখে শোক্ল-শম্নহন্দনবা হোৎনগদবনি।

## স্বাইন ভিসিকুলর ডিজিজ

লায়না অসি ফুট এণ্ড মাউথ ডিজিজগী লায়ওংগা য়াম্না মান্নে অমসুং ভাইরসনা থোকহল্লি। খেন্নরিবা হায়বদ্র অহানবদা ১০৪°F-১০৬°F (৪০°C-৪১°C) য়ৌনা শাগত্তুনা লায়হৌ তৌরকই। ফুগ্রিশিং অদু মচিন, মবৈ, মনাতোন অমসুং মখোঙগী খুজেঙ অমদি খুজিন কারক্তদা নত্তুনা মবুক অমসুং মখোম খোম্মিদসু ভেসিকল (অপোম্বা মচা মচা) ওইনা উই অমদি পোকখায়রগা মচুম তাদুনা লৈ। কবিগুম্বদা নার্ভ শোকপদগী মকোক্লা ফক্লাংগুম্বদা ঙাদুনা লৈ। চৎপদা মখোঙ নাবগীদ নত্তুনা ঙাওরি-ফৈরি চৎলি। ময়েদা মশাগী মৈশা য়াম্না ব্রাংখৎলকপা মতমদা থক-থক নিক্লগা শিবা য়াওই। লায়না অসি থা ৩ গী মথক্তা লৈবা ওকশিংদা খরা হেন্না থোকল্লি। নাক্লবা ওকশিং চাউজন য়াম্না থিনগল্লি।

লায়না অসিগী হিদাক লৈত্রি। ঙাকথোক্লবা উপায়দি অনাবা ওকশিং খুদক্তা লাপ্ন া থাইদোক্তুনা থমগদবনি। শাথিনা শোক্লবা ফার্ম অমদদি ফার্ম অদুগী ওক খুদিংমক হাত্তোকখিবনা ফবা হেল্লি। অনাবনা লৈরম্বা মকোন অদু সুধা ২% নত্রগা লায়সোন ২% না শেংনা চামথোক্কদবনি নত্রগা মৈনা চাকথেকহন্দুনা শেংদোক্কদবনি।

## ভেসিকুলর ইকজান্থেমা

মসিসু ফুট এণ্ড মাউথ ডিজিজ অমসুং স্বাইন ভেসিকুলর ডিজিজগা য়াম্না মান্নবা ভাইরসনা থোকহনবা লায়নানি। খেন্নবা হায়ববু ভেসিকল (অপোম্বা মচা-মচা) শিংদু ঈরু লুবা মহিনা পিক থল্লি অমদি নুমিৎ নিনিমুক্কী মনুংদা পোকখাইরকই। পোকখাইখিবগী মফমশিংদু শিৎ নান্না ইহিং হিংনা লৈহৌই অমসুং ১০৬°F য়ৌনা শাগত্তুনা লায়হৌ তৌরম্বদু য়াম্না থুনা হন্থখি। গর্ভা পুরবী ওক অমোমনা মচা পোকলমদাইদা নারবদি এবোর্সন তৌগল্লি, অদুগা মচা চেনবীশিংদনা মখোম থক্কল্লি।

মসিগীসু লায়েংনবা হিদাক লৈতে। ঙাকথোক্লবগীদমক মথক্কী লায়না অনিগী অদুগুম্না চেকশিন থৌরাং পায়খৎপা তাই।

## ইনজুটিক ন্যুমোনিআ ওফ পিগস (ভাইরেল ন্যুমেনিআ ওফ পিগস)

লায়না অসি মাইকোপ্লাজমা হায়ওন্যুমোনি কৌবা বেক্তরিআ অদু ওক্লা স্বর হোনবদা নত্রগা শোক্ল-শম্নবদা চৎখিবদগী লোক কংখু য়াইমরপ খুদুনা মশা ইখিং খিংদবা অমসুং চাউজন থিনবা লায়না অমনি। অদুবু করিগুম্বদা এদেনোভাইরস কৌবা ভাইরস মখল অদুনা হেন্না

শাথিবা ন্যুমোনিআ থোকহল্লি। অসুম্না শোকহল্লবা ওকশিংদা অতে বেক্তরিআশিং মরুওইনা পাষ্টুরেল্লা মলটোশিদা, হিমোফিলস স্যুইজ, বোর্ডেটেল্লা ব্রোংকিসেপ্তিকা অমসুং ক্লেবসিএল্লা ন্যুমোনি চংশিল্লভুনা লায়না অসি হেন্না শাথিহল্লি। মেটাষ্ট্রোঙ্গাইলস এগ্রি কৌবা থবোম্নীগী তিল অদুনা শোক্লবা ওক্তদি লায়না অসি অমুক্কা হেন্না শাথিহল্লি। লায়না অসিদগী ফরক্লবা ওকশিংনা মাইকোপ্লাজমা হায়ওন্যুমোনি কৌবা বেক্তরিআ অসি পুদুনা নাদ্রিবা ওকশিংদা শন্দোকই। অসুম্না ওক্লোন অমদা ওক মরোল অমদগী মরোল অমদা মথং মথং শন্দোক্তুনা চাহি কয়া লায়না অসি মুক্তনা লৈ। অদুনা ফার্ম অমদা মশক খঙদবা অনৌবা ওক পুশিল্লকপদগী লায়না অসি শন্দোরকপা য়াম্না তোয়না থোকই।

লায়না অসিগী লায়ওংদি একুট টাইপ্তা অহানবদা ১০৫°F - ১০৭°F (৪০.৬°C - ৪১.৭°C) য়ৌনা শাগভুনা লায়হৌ তৌরকই। মথংদা স্বর হোনবা ৱারকপগা লোয়ননা লোক খুরকই। মতাংসিদা ওক্লাওশিং ৫০% ফাওবা শিগল্লি। ক্রোনিক টাইপ্তুনা হাপ্তা ৩ দগী ১০ ফাওবগী ওক্লাওশিংনা অহানবদা থিবেৎ ফায়রকই। অদুগা লোক কংখু - খুরকই। খোম চিংলিবা ওক্লাওশিংনা হাকথি তোয়না খনবা য়াওরকই। লোকখুবা অমদি হাকথি খন্নবসি অয়ুক অঙনবা, নুমিদাং নত্রগা চেন-চোংবা মতুংদা খরা হেন্না উই। অনাবা ওকশিংদু চাবা- থকপদি কায়দে অদুবু চাউজন থিল্লকই।

ক্লোরটেট্রাশাইক্লিন নত্রগা ওক্সিটেট্রাশাইক্লিন নোংমদা মিলিগ্রাম অমা ওক কিলো অমা লুমবগী চাংদা নুমিৎ ৪ নি দগী ৬ নি শাদোংদা কাপ্পদা লায়না অসিদগী কনবা ঙমই। টেট্রাশাইক্লিন নত্রগা ওক্সিটেট্রাশাইক্লিন নোংমদা মিলিগ্রাম ১১ দগী ২২ ওক কিলো অমা লুম্বগী চাংদা মচিঞ্জাক্তা হাপ্পগা পীজরবদি লায়না অসি চংলকপা ঙমদে। অনাবনা লৈরমফম কা অদু হাপ্তা মরি হাংহন্দুনা থমগদবনি।

## রেবিস

লায়না অসি আর, এন, এ, এডেনো ভাইরসনা থোকহনবনি। মম্মেলিয়ান (মচাবু মখোম পীথকপা জীবা) শিংগী ঈদবু ভাইরস অসিনা চংখ্রবদি অঙাওবগী শক্তম লৌদুনা শি। করিগুম্বদা লায়না অসিনা নারবা হুই (রেবিদ দোগ, হুই অঙাওবা), লম্নক্কী শানচিংবনা ওক্তা চিকপদগী লায়না অসিনা নারকই।

ভায়রস অসিনা চঙখিবগা নুমিৎ ৫০-১২০ গী মতুংদা লায়না অসিগী লায়ওং উৎপা হৌরকই। অহানবদা ওক্তুগী শাজৎ কায়রকই। মনাতোম্দু লৈথৎপগুম্না উরকই, মতিন য়াম্না তারকই, মমিৎ ঙাংশিললকই, মশাগী শাদোঙশিং নিকপা-চোংবা হৌরকই, মমৈদা শঙ্গাং তিংথোক্তুনা শি।লায়ওংসি হেক হৌবদগী পুং ৭২-৯৬ ফাওবগী মনুংদা শোয়দনা শি।

লায়না অসিনা নাগ্রবদি হায়বদি লায়ওং উৎপা হৌগ্রবদি লায়েংবা কান্নদে। ঙাকথোক্ল বা মরুওইবা উপায়দি রেবিদ এনিমেল (অঙাওবা শা) অমনা চিকপ্রে হায়বদু খঙবগা ওক অদু খুদক্তা এন্টিরেবিস ভেক্সিন (পোষ্ট বাইট) অদু কাপথোক্কদবনি।

## স্বাইন পোক্স (লায় থোকপা)

লায়না অসি ভেকশিনিআ ভাইরস অমসুং স্বাইন পোক্স ভাইরস অনিনা থোকহনবা শোক্ক - শম্নবদা য়াম্না লৌনগনবা ওক্কী উনশাগী লায়না অমনি। ভাইরসশিং অসি হায়ালোম্মা এনাটোলিকম কৌবা টিক (ষনহিক্কুম্বা হিক) নসু অনাবা ওক্কগী নাদবা ওক্তা শন্দোকই। থা ২ দগী ৪ ফাওবগী ওকশিংদা লায়না অসি য়াম্না তোয়না নাগল্লি।

ভাইরস অসিনা চংখিবগা নুমিৎ ৩-৬ নিগী মতুংদা উনশাদা অনাবা অসি উরকই। অহানবদা লায়হৌ ১০৪°F (৪০°C) য়ৌন তৌবা হৌরকই, লোয়ননা সেন্টিমিটর ১ রোম পাকপা অঙাংবা ফুগ্রি মথং মথং মনাদা, মমায়দা, মগুক্তা, মখোঙগী মনুংথংবা শরুক্তা অমসুং মবুক্তা চোংথোকপা হৌরকই। য়াম্না থুনা ফুগ্রিশিংদুগী মথক থংবদু ঙাংলৈননা কংশিল্লকই, মমৈদা মুশিল্লকই। করিগুম্বদা, ওক মচাশিংগী মমায়দা থোরকপা ফুগ্রিশিংদু ঈশিংগুম্বা মহি হাল্লকই। মদু কায়রকপদগী মমায় মমিৎ চোংলকই অর্মাদি মহি অদু কংশিল্লকপদগী মমায় মমিৎ অদু ইনপ নপশিল্লি। করিগুম্বদা, মমিৎ শোক্তুনা নাবসু য়াওই।অসুম্না, লায়ওং অসি হাপ্তা ১-৩ ফাওবা উবা ফংই।

শেক্লবা ওকশিংদু পোংথাফম খঙদে। থিরিন্দা নায় চাদুনা চাফংলকই অমসুং ন্যুমোনিআ (লোক্কী অনাবা) সু করিগুম্বদা য়াওরকই। অহল ওইরবা ওকশিংদদি লায়না অসি কয়া তোয়না থোক্তে। লায়না অসিদগী শিবমক্তি থোকন্দে।

লায়না অসিগী লায়ওংগী মতুংইন্না হিদাক থাবা দরকার ওই। ফুগ্রি অমদি পাখোকলবা মফম খুদিং পোটাশ সোলুসন্না চামথোকলগা এন্টিবাসওটিক্স পাউদর চাইশিনগদবনি। অদুগা এমপিশিল্লিন, ত্রাইমেথোপ্রিম ইঞ্জেক্সন নচিংবা কাপকদবনি।

## বেক্তেরিআনা থোকহনবা লায়নাশিং

### ইকজুদেটিভ ইপিদর্মাইটিস

লায়না অসি মপীগী খোম থক্লিবা হাপ্তা ৬ কী মখাদা লৈবা, করিগুম্বদা থা ৩ ফাওবগী ওক্লাওশিংগী উনশাদা মতৎ মতৎ চাফক্তুনা কেনবা নত্রগা থাগক্তুনা চেংখায়বগা লোয়ননা থাওগুম্বা মচুম থোকপদগী মতুদু নপ-নপ লাওবা, য়াম্না শিগনবা লায়না মখল অমনি। অসি ষ্টেফাইলোকোক্কস হায়ওস নত্রগা হায়ইকস কৌবা বেক্তেরিআ অদুনা থোকহনবনি। লায়না অসিগী হৌরকফমদি মপীগী খোমথোক ৰাংপা নত্রগা খোমথোক মরাং কায়রবসু ওক্লাওশিংগী অথৌবা ময়াশিং (কেনাইল টিথ) ককথক্তবদগী খোমজিন মুন্নবদা মখোয় মশেল চিকথংনবদগী মমায় অমসুং মকোক্তা ঈ থোক্লা তৎপা অশোকপা মফমশিংদা মহিক অদু চংলকপদগীনি।

লায়না অসিগী লায়ওংদি অহানবদা ওক্লাও অদু তন্দে-মান্দে তৌরকই, মতুগী অরংবা

শরুক মাঙলক্তুনা ফোলহাওনবগা লোয়নননা উনশাদা ঙাংলৈনবা মচুগী স্পোৎ মতং মতংনা কুপশিল্লকই। মথংদা উনশাদু থাগৎলকই অমসুং থাওগুম্বা মচুম খোয়ক্তুনা নপ-নপ লাওরকই। মতম অসিদা ওক্লাও অদু অয়াম খৌরাংবা লৈরক্তবগা লোয়নননা ময়েং য়াম্না তারকই। করিগুম্বদা নপ-নপ লাওরম্বদু কংশিল্লকপগা লোয়নননা হাম্ফওইনা মতং-মতং কেনখিবদগী উনশাদা ঙাংলৈননা অহিংবা শাদোং মতং মতং উবা ফংই। অসুম্না নুমিৎ খরনিগী মনুংদা শোঞ্জিল্লক্তুনা ওক্লাও অদু শি। খরা শাংথনা নাবা ওক্লাওশিংদি অহানবদা উনশাদা ঈশিংগুম্বা মচুম য়াওবা ফুগ্রি মচা মচা চোংথোরকই অমসুং নায় চারকই। মথংদা উনশাদু নপ-নপ লাওনা থাগৎলকই অমদি শুইহজিল্লকই। মমৈদা অথাবা হাম্ফুশিংগী মরক্তা ময়ি চত্তুনা চেৎ-চেৎ চেৎখায়রকই। অসুম্না নারবা ওক্লাও অয়াম্বা হাপ্তা ১ দগী ৩ ফাওবগী মনুংদা শিগল্লি।

লায়না অসিনা নারবা ওক্লাও অয়াম্বা হৌরকপগা লায়েংলবদি কনবা ঙমই। টাইলোসিন কৌবা এন্টিবাইওটিক অদু লায়না অসি লায়েংবদা খ্বাইদগী ফবা হিদাক্তি। পেনিশিল্লিন ইঞ্জেক্সন পীবগা লোয়নননা উনশাদা ক্লোক্সাশিল্লিন মলম তৈরগসু লায়না অসিদগী কনবা ঙমই। অসুম্না লায়েংলিবা মখোম ফংদবা ওক্লাওশিং শঙ্গোম পীথক্তুনা মফম চানা থম্বীগদবনি। লায়না অসি ঙাকথোক্লবগীদমক পোকপগা ওক্লাও-খুদিংমক অথৌবা ময়া ৮ অদু ফুক্তংকদবনি।উনশাদা অশোক-অপন উবগা এন্টিবাইওটিক্স মফোন, মলম নত্রগা মহি তৈবীগদবনি।

## সালমোনেল্লোসিস

মসি স্বাইন টাইফোইদ, পরাটাইফোইদ, ইনফেক্তিভ স্বাইন ইন্টেরাইটিস নত্রগা ইন্টেরাইটিস হায়নসু খঙনৈ। লায়না অসি সালমোনেল্লা টাইফিমরিঅম নত্রগা সালমোনেল্লা কোলেরিসুইস কৌবা বেক্তেরিআশিং ওক্লা চাবা-থকপদা য়াওখিবদগী ওইরকই। মচিঞ্জাক্তা ভিটামিন এ,বি কমপ্লেক্স ৱাৎপনসু লায়না অসিদা মতেং পাংই।

পোকপদগী থা ৬ ফাওবগী ওক্লাওশিংদা লায়না অসি য়াম্না তোয়না থোক্কল্লি অমসুং শিগল্লি। গর্ভা পুবী ওকশিংদা থোক্লগনা লাইয়ে চৎপা (এবোর্সন) তৌগল্লি।

মসিগী লায়ওংদি অহানবদা ১০৫°F-১০৭°F (৪০.৬°C-৪১.৭°C) য়ৌনা শাগত্তুনা লায়হৌ তৌরকপদগী মঙক, য়াংলেন মরী, মখোঙ অমসুং মনাগী উনশাদা অঙাংবা নত্রগা মঙ্গ্রা মচুগী ঈ কারকই। শাথিনা শোকপা ওকশিংদা মেনিঞ্জাইটিস তৌদুনা থক-থক নিক্লম্লগা পংথদুনা শঙ্গাং তিংথোক্লগা শি। ওক খরদনা লায়হৌ তৌরম্বদগী ইংথরক্লগা তেলহাও অমদি থিরিন্দগী তংলকপা ম্যুকস, করিগুম্বদা ঈ য়াওরবা মনম য়াম্না নমথিবা মথি মহি লাংনা ফায়রকই। মচিঞ্জাক থাকপদা চানিঙবা ফাওরবসু হায়ফেত্তং শোক্লম্লগা লৈথোকখি। নত্রগা মচিঞ্জাক্তা মচিন য়ুংশিল্লগা নাহেন্দুনা লৈ। শিহৌদবা ওকশিংগী উনশাদা কারম্বা ঈ অদু কংশিল্লকই অমসুং অকংবা উনশা অদু কেনখিবগা লোয়নননা ইশোন-শোম্না হিংদুনা লৈ।

লায়না অসিদগী নারবা ওকশিং মতম চানা হিদাক থারবদি কনবা ঙমই। ক্লোবামফেনিকোল, এমপিশিল্লিন, নিওমাইশিন নত্রগা ইনবোফ্লোক্সশিন ইঞ্জেক্সনগা লোয়ননা নাইট্রোফুবাজোন পীজবদা কান্নবা ফংই। মসিগী মথক্তা ভিটামিন এ অমসুং বি কমপ্লেক্স পীবদা কান্নবা হেন্না ফংবা ঙমই। ঙাকথোক্লবগী উপায় ওইনা নাত্রিবা ওক খুদিংমক অনাবগী মথি-ময়ুংগা শম্নহন্দনবগা লোয়ননা মচিঙাক্তা এমপিশিল্লিন, সলফানমাইদস নত্রগা ক্লোবামফেনিকোল হাপ্তুনা পীজগদবনি। ঙস্লবদি পীগদবা মচিঙাক অদু মৈদা মুন্না শৌহনগদবনি।

## স্বাইন ডাইসেন্ট্রি

লায়না অসি ভিব্রিও কোলাই কৌবা বেক্তেরিআ অদু ওকশিংনা চাবা -থকপদা যাওথিবদগী নুংমিৎ ৪ নিদগী ২১ নি ফাওবগী মনুংদা ১০৪° F (৪০°C) য়ৌনা মশা শাগৎলমলগা নম্বা, নাপু মচুদগী মুশিল্লকপা নত্রগা ঈ মতুম মতুমগা লোয়ননা থিরিন মনুংদগী তৎলকপা মপ্রাম মচেৎ মচেৎ য়াওবা অপুম্বা মনম নম্বা মথি মাহ লাংনা থাদ্দুনা নুমিৎ ৪নি ফাওবগী মনুংদা শিগনবা লায়না মখল অমনি। পোকপদগী হাপতা ৬তগী ১২নি ফাওবগী ওক ওশিংদা লায়না অসিনা যাম্না শাথনা শোক্লি। অহল ওইববা ওকশি দদি মপিনা মচা পোকপগী মতম অদুবহিদা থোক্লি। লায়না অসিনা শোকলুবদগী ফগৎলক্লবা ওকশিংগী মথিদা বেক্তেরিআ অসি থা ৫ -৬ ফাওবা য়াওবকই।

লায়না অসিগী লায়ওং উবগা ওর্গানিক আর্সোনিকেলাশিং মরুওইনা নিওঅর্সাফেনামাইন, এসেটামোান এন, এক গ্রাম ০.৫ দগী ১.০ ফাওবা ওক পীকপা-চাউবগী মতুংইন্না ইঞ্জেক্সন দোজ অমুক্ত পীবদা লায়না অসিদগী কনবা ঙমই। নত্রগা মচিঙাক্তা আর্সেনিলিক এসিদ, নাইট্রোফুরাজোন, নাইট্রোইমিদাজোন, কার্বাডোক্স, ষ্ট্রেপ্টোমাইশিন, বেশিত্রাশিন, ক্লোরটেট্রাশাইক্লিন নত্রগা টাইলোশিনচিংবা হাপ্তুনা পীজরবদি লায়না অসি থিংবা ঙমই।

## কোল্লিবেশিল্লোসিস (ইস্কেরিচিআ কোলাই ডাইরিয়া)

লায়না অসি মপীনা চেল্লিবা অমদি মপীগা খায়নরবা ওক্লাওশিংদা মহি লাংনা মখোঙ হামদুনা ০.৫% দগী ৮০% ফাওবা শিহনবা য়াম্না তোয়না থোকনবা লায়না অমনি। মসি ইস্কেরিচিআ কোলাই কৌবা মহিক অদুনা থোকহনবনি।

মহৌশানা মহিক অসি ওকশিংগী চাকখাও অমসুং থিবোং থিরিন্দা অনাবা থোকহন্দনা হিংদুনা লৈ। অদুবু, লৈফম-চাফম নিয়ম চুমদবা, হেঞ্জিন্না ইংবা নত্রগা অতোপ্পা ভাইরস অমসুং বেক্তেরিআশিংনা শেকহল্লবা ওক্লাওশিংদা ই কোলাই বেক্তোরিআ শিংনা মপাঙ্গল কনখৎলক্তুনা খুদুম চনশিনলকপদগী লায়না অসি থোকহল্লি।

লায়না অসি মপীনা চেল্লিবা ওক্লাওশিংদা নারবদি নিওনাটান ডাইরিয়া হায়না খঙনৈ। মসিগী লায়ওংদি পোকপদগী পুং ৪৮ ফাওবগী মনুংদা সোপ্তিশিমিক ওইদুনা ইতুক তুকথরল্লগা খঙহৈদনা শিবা য়াওই। মরুওইনা পোকপদগী নুমিৎ ৪ নি ফাওবদা চন্দোল মচুগুম ঋাওথাংনবা নত্রগা নাপু মচুগী মথি মহি লাংনা ফায়দুনা মমৈদা মখোম থকপা ঙমদবদগী ৯০% ফাওবা শি। পোকপদগী নুমিৎ ১০নিদগী ২৮ ফাওবদা মিলক ফর্স ওইনা উৎ মচু নত্রগা অঙৌবা মচুগী মথি মহি লাংনা ফায়দুনা ইশোন শোম্বনা, মতু ইচোম চোম্না পীকশিন্দুনা ২০% ফাওবা শি।

মপীগা খায়নরবা ওক্লাওশিংদনা হিমোলাইটিক ইস্কেরিচিআ কোলাই না লায়না অসি থোকহন্দুনা ০.৫% দগী ৮০% ফাওবা শিহল্লি। মসিবু ঋীনর্স ফর্স কোলিফোর্ম ইন্টেরাইটিস নত্রগা ইডেমা ডিজিস হায়নসু খঙনৈ। মপীগী মখোম থক্লিঙেদদি মপীগী খোমদা য়াওবা এন্টিবোডি শিংনা মহিকশিং অদু ঙাকথোক্কনা লৈবক্মী। অদুবু মখোম থকপা খংলেপ লেপ্লগা অনৌবা চিঙ্গাক চাবদা তুম্বা ঙমদনদগী শোম্বিঙে মতমদুদা মবুক মনুংদা লৈবিবা মহিকশিং অদুনা খুদুম চনশিল্লকই। মহিকশিং অদুদগী থোরকপ টোক্সিন (স্থ)অদুনা হকচাংগী কয়াৎ শিংদগী মহি-মচুম অয়াম্বা চুমথহন্দুনা থিরিন মনুংদা পৈশন্দুনা লৈহল্লি। হেনমন্না চুমথখিবদগী ডিহাইড্রেসন থোক্কনা থিবেৎ ফায়বগী লায ওং উৎলমদনা শিবা য়া ওই। মপীগা খাইনবা নুমিৎ ৪-৫ নিগী মতুংদা শোক্লবা ওক্লাওশিংনা লায়হৌগা লোয়ননা লৈবাক নত্রগা চেক মচুগী মথি মহি লাংনা ফাযবদগী চাউজন থিন্না ভিংই নত্রগা শি। মহিকশিংদুগী টোক্সিনশিং অদু তেঙ্গিন্না পোকবকপদগী ঈদা চুপশিল্লকই অমসুং আর বি শি নত্তবা ঈগী শকক্ষশিং থুগাইবকপদগী ঈ উতোং ফাওদোক্কনা চুমথবকপদগী মমিৎ, মমায় অমসুং মখৌদা পোমখৎলকই। কবিগুম্বদা ব্রেন মনুংদা মহি-মচুম পৈশল্লকপদগী মকোক্লা নাকন নামদা পৈরগা লৈ অমসুং চৎপা ঙমদন্না নাকন্দুদা তাদুনা লৈ। লায়ওং অসি উৎলবা ওক্লাওশিং হিংগন্দে। লায়না অসিদগী হিংহৌবা ওক্লাও অয়াবা চাউজন য়াম্না থিন্দূনা লৈ।

শোক্লবা ওকশিং লায়েংনবগীদমক ইহান হান্না গ্লুকোজ ইলেক্ট্রোলাইৎ মতিক চানা পীনগা লোয়ননা ট্রাইমেথোপ্রিম-সলফোমাইদ, ক্লোরামফেনিকোল, ইনরোফ্লোক্সাশিন, এমপিশিল্লিন, এমোক্সিশিল্লিন নত্রগা সলফাডিমিডিন ইঞ্জেক্সন গীগদবনি।

লায়না অসি ঙাকথোক্লবগীদমক মচিঞ্জাক্তা ট্রাইমেথোপ্রিম-সলফোনমাইৎ, নিওমাইশিন, টেট্রাশাইক্লিন, ওর্গানিক আসোনিকেল নত্রগা বি এম ডি (বেশিট্রাশিন মিথাইল ডাইসেলিশাইলেৎ) নচিংবা এন্টিবাইটিক্স হাপকদবনি। মপীগা খাইরনদ্রিঙৈদা মবুক থন্না চাবা হৈননবা ক্রীপ ফীদ পীজবা তম্বীগদবনি। মপীদগী খাইদোকপগা অমুক্তদা হেঞ্জিন্না পীজরোইদবনি। নোংমদা ৪-৫ থোক্লা মরন তম্না পীজগদবনি। মচিঞ্জাক্তা অফবা মখলগী মৈতাল হাপ্পবসু কানবা ফংই। মতম খুদিংদা লু-নানবগা লোয়ননা মকোনগী মৈশা, নুংশিং অমসুং পাকচাউবগী চাং নিয়ম চুম্না থমগদবনি।

## ক্লোষ্ট্রীডিঅম পর্ফ্রিঞ্জেল ইনফেক্সন

ক্লোষ্ট্রীডিঅম পর্ফ্রিঞ্জেল টাইপ শি না, নুমিৎ ৭নিগী মখাগী পীক্লিবা ওক মচাদা ঈতোন ফায়হন্দুনা শিহল্লি। পোকপদা ঙাইহরিবা মচানা মপীগী কোলোষ্ট্রম ফংদ্রিঙৈদা হায়বদি মখোম থকপা হৌদ্রিঙৈদা বেক্তেরিআ অসি য়োৎশিনখিবদগী, থিরিন্দা নপতুনা টৌক্সিন থোকহন্দুনা ঈতোন ফায়হল্লি।

লায়না অসিগী লায়ওংদি পোকপদা ইফ-ফনা পোকলগা, অহানবা নত্রগা অনিশুবা নুমিত্তগী মহি লাংনা মথি ফায়বা হৌরকই। মথংদা ঈ য়াওরকই। ঈ য়াওরবা মথিনা, শৌজগী অকোয়বা অমদি মফেদা তৈবা উরকই। অমসুং হৌরকপদগী পুং ১২ দগী ২৪ ফাওবদা ওক মচা অদু শোল্পুরকই, লোয়ননা শি। শিহৌদবা ওক মচাগী মথিদা ঈগা লোয়ননা থিরিন্দা তৎলকপা মরিলগী মপ্রাম মতৎ মতৎ য়াওবা উই। অসুম্না চাউজন থিন্দুনা লৈ । লায়না অসি নবু নারবদি লায়েংবা ঙমদনা হেক্তমক শি।

মসি ঙাথোক্লবগীদমক লেম্ব ডাইসেন্টি এন্টিসেরম মিলিলিটর ২ ওক মচা অমদা কাপ্পদা লায়না অসিদগী পুরা ঙাকথোকপা ঙমই। মচা পোকদবা হাপ্তা ৫ অমসুং ২ হ্বাৎলিঙৈদা লায়না অসিগী টিকা ক্লোষ্ট্রিডিঅম পর্ফ্রিঞ্জেল টাইপ শি টোক্সোইদ থাবীরবদি লায়না অসিনা মচাশিংদা শোকহনবা ঙমদে। অনাবগা লৈমিন্নরিবা, নাদ্রিবা ওক মচাশিংদা পোনিশিল্লিন পীজরবদি লায়না অসিদগী কনবা ঙমই।

## ষ্ট্রেপ্তোকোক্কেল ইনফেক্সন

লায়না অসি ষ্ট্রোপ্তোকোক্কস সুইজ টাইপ ১ কৌবা বেক্তেরিআ অদুনা থোকহনবনি। মহিক অসি ওকপীশিংনা লায়না অসিগী লায়ওংদি উত্তনা পুদুনা লৈবা য়াওই। অসুম্না মচাশিংনা মখোম থকপা নত্রগা স্বর হোনবদা য়াওখিবদগী লায়না অসি লৌনরকই। নত্রগা পোকপা কুইদ্রিঙৈদা খোহরিদা চংখিবদগীসু মসি থোকহল্লি।

লায়না অসিগী লায়ওংদি, পোকপদগী নুমিৎ ১০ নিদগী ২১ নি শুরবা ওক্লাওশিংদা মহিক অসিনা শাথিনা শোকপদগী ১০৫°F-১০৭°F (৪০.৬°C-৪১.৮°C) ফাওবা শাগত্তুনা লায়হৌ তৌরকপদগী উনশা কনশিল্লকই অমসুং মতুশিংদু শৌ-শৌ লাওরকই। মথংদা মখোঙগী তাং তাংদা ফং-ফং শানা পোমথৎলকই অমসুং লেপ্পা, চৎপা মতমদা ইতিং তিংলকই। করিগুম্বদা মমিৎ উরক্তে। অসুম্না নুমিৎ নিনি-হুমনিগী মনুংদা শাদোংদা থক-থক নিকপা, চোংবনচিংবা তৌরম্লগা শিং তিংথোক্লগা শি।

লায়না অসি পেনিশিল্লিন নত্রগা ত্রাইমেথোপ্রিম : সলফোনমাইদ নুমিৎ ৩ নি কাপ্পদা লায়না অসিনা শিগদবদগী কনবা ঙমই। মপীগী মচিঞ্জাক্তা এন্টিবাইওটিক্স হায়নসু মসি ঙাকথোকপদা মতেং ওই। মকোনগী লৈমায় স্রু-নাম্না থম্বগা লোয়ননা ফ্যুমিগেসন তৌবা নত্রগা মৈ থাদোক্তুনা মহিক হাত্তোক্লবা হোৎনবা দরকার ওই।

## এক্তিনো বেশিল্লোসিস

লায়না অসি এক্তিনোবেশিল্লস সুঁইস কৌবা বেক্তেরিআ অদুনা ওক্লাওশিংদা মরুওইনা হাপ্তা ১ দগী ৬ ফাওবগী মচাশিংদা থোকহল্লি।

শাথিনা শোক্লবা ওক্লাওশিংনা সেপ্তিশিমিক ওইদুনা খঙহৌদনা শিবা য়াওই। অয়াম্বনা লায়হৌগা লোয়ননা উনশা মনুংদা ঈ মতৎ-মতৎ থোক্লম্বদগী পাক-শন্না উরকই। মসি মনা অমসুং মবুক্কী উনশাদা খরা হেন্না উগল্লি। উনশা অদু ঙাংশং ঙাংলম্বদগী মুশিল্লকই। মমৈদা অশিবা উনশা অদু কেল্লকপগা লোয়ননা অশোকপা মফম অদু নায় চারকই। মতম অসিদা শরুগী তাং তাংদা পোমখৎলকই। খরা লিরবা ওকশিংদদি মঙক, লেংজুমগী মথক, মবুক্কা মফৈগা তাইনফম (ফ্লেঙ্ক) গী উনশা মখাদা অপোম্বা উবা ফংই।

টেত্রাশাইক্লিন, এমপিশিল্লিননচিংবা এন্টিবাইওটিক্স নুমিৎ নিনিদগী মঙানি ফাওবা কাপ্পা নত্রগা পীজবদা লায়না অসিদগী কনবা ঙমই।

## হিমোফিলস ইনফেক্সন (গ্লেসসরস ডিজিজ)

মসি হিমোফিলস ইনফ্লুএঞ্জা সুঁইস নত্রগা পরাসুঁইস কৌবা বেক্তেরিআশিং অদুনা ওক্ল াওশিংদা লোক্কা লোয়ননা মখোঙগী তাং তাংগী অনাবা থোকহনবা লায়না অমনি।

শোক্লবা ওক্লাওশিংদা ইখঙ খঙহৌদনা লায়হৌ ১০৫°F-১০৭°F (৪১°C-৪১.৭°C) ফাওবা তৌবগা লোয়ননা ইচোক চোকথনা মঙক শাংদোক্লগা স্বয় থবেৎ থবেৎ হোল্লকই। মথংদা লোক খুরকই অমসুং মখোঙগী তাং তাংদা পোকম্মখৎলকপগা লোয়ননা য়াম্না নাবগী ফিভম উত্তুনা মখোঙ শেক্লকই। অসুম্না শোক্লবা ওক্লাওশিং নুমিৎ নিনিদগী মঙানি ফাওবগী মনুংদা শি। শিরমদাইদা উনশাগী মচুদু ঙাংশিনবা নত্রগা হিগোক মচুদা ওল্লকই। হিংহৌবা ওক্লাওনা শরুগী তাং-তাংদা পোমথোক্তুনা মখোঙ শেক্তুনা লৈ নত্রগা ব্রেন্দা শোক্তুনা মেনিঞ্জাইটিস থোকহল্লি নত্রগা থিরিনমখৈ নপশিন্দুনা অমাঙবা চৎহন্দে।

স্ট্রেপ্তোমাইশিন, টেত্রাশাইক্লিন, এমপিশিল্লিন, সলফোনমাইদ : ত্রাইমেথোপ্রিম নত্রগা ইনরোফ্লোক্সাশিন কাপ্পা নত্রগা পীজবদা লায়না অসিদগী কনবা ঙমই।

## পাষ্টুরেল্লোসিস

লায়না অসি পাষ্টুরেল্লা মলটোশিডা হায়বা বেক্তেরিআ অদুনা থোকহনবনি। অদুবু মসি এত্রোফিক রিনাইটিস নত্রগা অতোপ্পা লোক্কী লায়নশিংগা লোয়নগল্লি। অসুম্না হাম্না শোক্তুনা লৈরবা অনাবা অদুদা বেক্তেরিআ অসিনা কোপ্পা চংলকপদগী লায়না অসি থোকহন্দুনা ওকশিংদা চাউজন থিলহল্লি, য়াম্না শোলহল্লি অমসুং শিহল্লি।

ওকশিংনা বেক্তেরিআ অসি স্বয় হোনবদা য়াওরকপদগী লায়না অসি থোকহল্লি।

মকোন ১দা ওক য়াম্না থব্বা, উফুল য়াম্না থাংবা, সেবা ৱাংপা অমসুং ইঞ্চুটিক ন্যুমোনিআ নত্রগা এত্রোফিক রিনাইটিসনা শোকহল্লবা ওকশিংদা মসি থোক্কনি।

লায়না অসিগী লায়ওংদি শোক্লবা ওক অদু ব্রোংকোন্যুমোনিআগী খুদম লৈইনা, মবুকলোমদগী পুখং পুখংলগা স্বর হোল্লকই, লোক খুরকই, নাতোন্দগী মনপ তারকই, লায়হৌ ১০১-১০৬ °F(৮০-৮১.১°C) য়ৌনা শারকই। মথংদা মখা(ময়া)রোমদা স্বর হোল্লকই, মনাগী মতোনশিং, মমৈ, মখোঙগী খুজেঙ য়াওনা মুশিল্লকই। মতমসিদা স্বর হোনবগী মখোল হৌনা তারকই। অয়াম্বনা, লায়ওং অসি নুমিৎ ৫-১০ নি উরম্লগা ফগংলকপা নত্রগা শিবা য়াওই। ফগংলকপা মখেদি হাপ্তা ৩-৫ য়ৌনা শাংথনা লায়ওং অসি খরা উবা ফংই অমসুং মশা অদু চাউজক্ন য়াম্না থিন্না পীকশন্দুনা লৈ।

শাথিনা শোক্লবা ওক্তা সলফাডিমিডিন (সলফামেজাথিন), ত্রাইমেথোপ্রিম, ষ্টেপ্টোমাইশিন,টেত্রাশাইক্লিন, এমপিশিল্লিন ইনরোফ্লোক্সাশিন নচিংবা নুমিৎ ৩-৫ নি ইনত্রামস্কুলরদা কাপ্লগা থক্লবা ঈশিংদা টাইলোসিন (সলফোনমাইড মিকচর) নুমিৎ ৩-৫ নি হাপ্লবদি অনাবা অসিদগী কনবা ঙমই। হিদাক থাবা মতমদা অনাবসু নাদবসু পুন্না থাগদবনি।

মসিগী মথক্তা, লুবা নানবা, উফুল চেলহন্দনবা অমদি নুংশিৎ-নুংশা মরাং কায়না ফংবা ঙম্নবা হোংনগদবনি।

## বোর্ডেটেল্লা ইনফেক্সন (এত্রোফিক রীনাইটিস)

পীক্লিবা ওক মচাশিংদা, হাকথি খল্লকপা, নাতোন মনুংগী টর্বিনেৎ বোন কৌবা শরুক তুমশিল্লকপা, নাতোন মখুন ২গী তাইনফম শরু অদু লৈথংলকপা, অদুগা করিগুম্বদা চাইরুংগী মথক থংবা শরু অদু তেনশিল্লকপা অমদি লৈথংলকপা লায়না অসিবু এত্রোফিক রীনাইটিস হায়না কৌই। লায়না অসি বোর্ডেটেল্লা ব্রোনকিসেপটিকা কৌবা বেক্তেরিআ অদুনা হান্না স্বর হোনবদা য়াওখিদুনা শোকহনবদগী ওইরকই। বেক্তেরিআ অসিগী মথক্তা ইনফ্লুজিঅন বোডী রীনাইটিস ভাইরসনা শোকহন্দুনা লায়না অসি থোকহল্লি। মাইকোপ্লাজমা কৌবা বেক্তেরিআশিংদুনা লায়না অসি অমুক শাথিহল্লি।

হাপ্তা ৩ দগী ৮ ফাওবগী ওক মচাশিংদা লায়না অসিগী লায়ওং লয়া শেংনা উবা ফংই। অহানবদাওক মচাশিংনা হাকথি খনবা হৌরকই। লায়না অদুনা হেঞ্জিল্লকপগা লোয়ননা চাইরুংগী মথক থংবা শরুদু তেনশিল্লকপদ নত্তনা মনাতোন অদু পৈরকই। মসিদা অতৈ বেক্তেরিআশিংনা চংশিল্লকপদগী ন্যুমোনিআগা লোয়ননা মশাদু চাউখংপা লেপথিবগী খুদম উংলকই।

করিগুম্বা ওক খরদা হাকথি তোয়না খল্লবসু মপাম্বোংদা য়েংবদা মনাতোন অমদি চায়রুংগী শরুদা অশোয়বা উদে অদুবু মনাতোন মনুংগী টর্বিনেৎ বোনদি তুমশিনখি। অসিগুম্বা লায়ওংসি মপীগা থাইনরবা, খরা চাউরবা ওকশিংদা থোক্কল্লি।অসুম্না নারবা ওক্তি চাউজক্ন য়াম্না থিল্লকই।

টেট্রাশাইক্লিন, এমপিশিল্লিন, ক্লোক্সাশিল্লিন, স্ট্রেপ্তোমাইশিন, সলফাডিমিডিন, নত্রগা ত্রাইমেথোপ্রিম সলফোনমাইদ ইঞ্জেক্সন ডোজ অমা পীরগা ঈশিংদা নত্রগা মচিঞ্জাক্তা অমুক মথক্কী এন্টিবাইওটিক্সশিংদগী অমা নুমিৎ ১০ নি (য়ামদ্রবদা) পীগদবনি। অপীকপা ওকশিংগীদি মচিঞ্জাক নত্রগা ঈশিংদা হাপ্পগী মহত্তা মখাদা (ময়া মনুংদা) ডোজ চপ চপ চানা ইনবীবনা কান্নবা হেল্লি।

লায়না অসিদগী ঙাকথোক্লনা মচিঞ্জাক কিলো ১দা ত্রাইমেথোপ্রিম সলফোনমাইদ মিলিগ্রাম ৩০ হাপ্পগা নুমিৎ ২৮ নি পীজবদা লায়না অসি চংলকপা ঙমদে।

ওরিপ্রিম, বেক্ট্রিম, বাইওত্রিম নত্রগা সলফাত্রিম ইঞ্জেক্সন ওক মচানা পোকপদগী নুমিৎ ৩,১০ অমদি হাপ্তা ৩ শুবদা কাপ্পবদি বোর্ডেটেল্লা ব্রোনকিসেপটিকা ঙাকথোকপা ঙম্মই।

নিয়ম চুম্না শাবা মকোন লোয়ননা লু-নানবনা লায়না অসি ঙাকথোকপদা লাইনা থোক্কই। কৈদৌঙেদসু লায়না অসি লৈবা ফার্মদগী ওক লৌরোইদবনি।

## লেপ্তোস্পাইরোসিস

মসি লেপ্তোস্পাইরা পোমোনা কৌবা বেক্তেরিআ অদুনা ওকশিংগী ফিরাক অমসুং কিদনি শোকহন্দুনা ওক্লাওশিং শিহনবা, গর্ভা পুবী ওকশিংগী মচাখাও শোকহন্দুনা এবোর্সন তৌহনবা অমদি মচা শিনা পোকহনবা লায়না অমনি। লায়না অসি লৌনরকপগী মরুওইবা মরমদি - ওকশিংনা চাবা - থাকপা, শোক্লা- শাম্নরুবা অমসুং লাবা- অমোম হকতিন্নবদা (মরুওইনা মপাশানা অমোম অমদগী অমদা) বেক্তেরিআ অসি য়াওরকপদগী মসি শন্দোকরকই । লায়না অসিনা শোক্লরবা ওকশিংগী মযুংদা মহিক অসি য়াওদুনা লৈ। অনাবা ওকপীশিংনা এবোর্সন তৌবদা থোরকপা অশিবা মচা, নাওফম অমদি মহি-মচুমশিংদা মহিক অসি য়াওরকই। উচিনচিংবা রোদেন্টশিংনসু মহিক অসি শন্দোকই ।

ওকশিংদা বেক্তেরিআ অসি চংখিবগা নুমিৎ ১০ নি ফাওবগী মনুংদা লায়ওং উৎপা হৌরকই। ওক্লাওশিংনা ১০৬° F য়ৌনা শাগত্তুনা নুমিৎ ৪-৫ নি লায়হৈ তৌরম্লগা থিবেৎ ফায়রকই। মমৈদা জোন্দিস লাক্তুনা মমিত্তা অমদি উনশাদা নাপু কাররকই লোয়ননা হক্কী ঈশিং ঙাংশিল্লম্বদগী লৌকাং মচু শারকই। নার্ভতা শোক্লগনা খুদঙ অনিদু চৎপদা চিংলকই নত্রগা থক-থক নিক্লকই। গর্ভা পুরবী ওক্তদি মচা পোকদবা অরোয়বা থাদা এর্বোসন তৌরকপা, অশিবা মচা পোকপা নত্রগা হিংনা পোক্লকপা মচাশিংগী মরক্তা অশোনবা অমদি মপীগী গর্ভা মনুংদা কুইনা শিরবা মচা য়াওরকপা য়াম্না তোয়না থোক্কই। অসিগুম্বা মচা পোক্লবী ওকশিংদু মথোম থোক্তে, জোন্দিস তৌরকই, অঙাংবা নত্রগা ঙাংলৈননা মুরবা মযুং হাল্লকই।

লায়না অসি হৌরকপগা পেনিশিল্লিন, স্ট্রেপ্তোমাইশিন নত্রগা টিআমুলিন কাপ্পবদি কান্নবা ফংই। গর্ভা পুরবী ওক্তা স্ট্রেপ্তোমাইশিন মিলিগ্রাম ২৫ কিলো অমা লুম্বগী চাংদা নুমিৎ

৩-৫ নি কান্নদা এবোর্সন তৌনদবদগী থিংবা ওমই। মচিঞ্জাক্তা টেট্রাশাইক্লিন হাপ্পগা পীজন্নবসু লায়না অসি ওাকথোকপা ওমই। লায়না অসি মী, হুই, হৌদোং অমসুং উচিদসু চপ মান্ননা নাহল্লি। অনাবা জীবা অদুগী মযুংদা বেক্তেরিআ অসি নুমিৎ ৩০ নি ফাওবা থিংবা ওমই। মরম অসিদগী অফবা ঈশিং অমদি মচিঞ্জাক পীজা-পীথক তৌবত নত্তনা মচিঞ্জাক পৈকম অমদি চাকম-থকফমদা হুই-হৌদোং অমসুং উচি চংবা ওমদনবা থৌরাংশিং পায়খৎকদবনি।

## লিস্টেরিওসিস

লিস্টেরিআ মোনোশাইটোজিন কৌবা বেক্তেরিআ অদু ওকশিংনা চাবা-থকপদা নত্রগা স্বর হোনবদা য়াওখিবদগী সেপ্তিশিমিআ নত্রগা মেনিঞ্জোইনশেফালাইটিসকী লায়ওং উত্তুনা লায়না অসি থোকহল্লি। মহিক অসিনা মী, ষন-ইরোই, হুই, হৌদোং, য়েন-ওানু, খেবা, লমহুইনচিংবদসু লায়না অসি থোকহল্লি। হিক, উচিনসু মহিক অসি পুদুনা মফম অমদগী অমদা শন্দোকই।

লায়না অসিগী লায়ওংদি অহানবদা ওক অদুগী মশাগী মৈশা ১০৪°F-১০৭°F য়ৌনা শাগৎলকপদগী মখোঙ খুদুঙ চিংলকই। পীক্লিবা ওক্লাওশিংদদি সেপ্তিশিমিক ওইদুনা লায়হৌগা লোয়ননা ইপং পংশিল্লকই, মমিত্তা তৌদোং হাইগৎলকই, স্বর থবেৎ-থবেৎ হোশ দুনা মমিৎ কোয়রোক-কোয়রোক ওৎলকই। মমৈদা মগুক থেগৎলগা মখোঙ মরিমক তিংথোক্লগা শি।

লায়না অসি হৌরকপগা ক্লোরটেট্রাশাইক্লিন মিলিগ্রাম ১২ ওক কিলো ১ লুক্বগী চাংদা ঈদা (ইন্ত্রাভেনস) কাপশিনবীরবদি লায়না অসিদগী কনবা ওমই। ক্লোরামফেনিকোল অমদি ষ্টেপ্তোপেনিশিল্লিনসু সেপ্তি শিমিক্কী লায়ওংদা কান্নবা ফংই। মসি ওাকথোক্লবগীদমক অনাবা ওক মফম চানা লাপ্পা পুথোক্লগা লায়েংগদবনি। শা-ষনগী মথি-মযুং, এবোর্সন তৌরকপদগী থোরকপা অশিবা মচা, মহি-মচুম ওকশিংগা শম্নহল্লোয়দবনি। ওক্তোনগী মনুং-মপান অনিমক লু-নান্না থম্বগা লোয়ননা উচি চংহন্দনবা অমসুং ওক্তা হিক লৈতনবা হোৎনগদবনি।

## ইরীসাইপেলাস

লায়না অসি ইরীসাইপোলোথ্রিক্স ইনসিদিওসা কৌবা বেক্তেরিআ অদুনা ওকশিংগী টোনসিল অমসুং চাকখাও নত্রগা অতৎপা উনশাদা চংখিবদগী থোকহল্লি।

বেক্তেরিআ অসিনা চংখিবগা নুমিৎ ১-৭ নিগী মনুংদা নহা ওইরিবা ওকশিংদা ১০৬°F-১০৮°F (৪১.১°C-৪২.২°C) য়ৌনা শাগত্তুনা লায়হৌ তৌরকই। উনশাদা মতং মতং থাম্বগা লোয়ননা মমিৎ ওাংশিল্লকই, মপি তারকই অমসুং স্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লগা

পুং ১২-১৪ ফাওবগী মনুংদা শি। অহল ওইরবা ওকশিংদনা লায়হৌ কন্না হৌরকপদা ঈশিং য়াম্না থকই, মপি য়াম্না তারকই, মশাদু য়াম্না হৈনীঙদদুনা চৎলু হায়বা য়াদে, লায়ওংশিংসি হেক হৌরকপগা পুং ২২-২৮ গী মতুংদা মঙক, মনম্নগনগী উনশাদা ডাইমভগী মওংদা থাগৎলকই। অমৌবা ওক্তদি থাগৎলিবা মকম অদু মমৈদা মক্না মচু ওইনা ঙাংলৈনরপ তৌরকই। মপাশাদনা মচা ওইহনবা গুন্নগী মগুন অদু মাঙখি। করিগুম্বদা অনাবা ওক অদু ফগৎলকুনা উনশাগী অনাবা অদু মুশিল্লকই অমসুং কংশিল্লকুনা কেনখি। মসিদা মনা তৎখিবা য়াওই। অদুনা মখোঙগী তাং তাং অমদি নীঙখোঙগী কোংলৌনচিংবা পোমখৎলকপগা লোয়ননা শোকপদা য়াম্না শাই অমদি অনাবা ফাওবগী খুদম উৎলি। হাপ্তা ২-৩ গী মতুংদা তাং তাংদু ইতিং তিংনা কনশিল্লকই। অসুম্না অনাবা ওকশিংদু মখোঙ শোক্লকই অমসুং শোষ্ণরকই। অহল ওইরবা মচা চেনবী মপীশিংগী থবোম্বীগী ভেলভত্তা চীংকপদগী ভেলভ লেপখিদুনা শিবা য়াওই। লায়না অসি হেক হৌরকপগা পেনিশিল্লিন ইঞ্জেক্সনগা লোয়ননা এরিট্রইরীসাইপেলাস সিরম পীরবদি মপুং ফানা কনবা ঙমই।

## ব্রুশেল্লোসিস

মসি ব্রুশেল্লা সুইস কৌবা বেক্তরিআ অদুনা ওক্তা এবোর্সন তৌহনবা অমদি লাবা-অমোম অনিমক্তা মচা ওইহনবগী শক্তি মাঙহনবনচিংবা থোকহনবা লায়না মখল অমনি। মহিক অসি অনাবা ওক্কী মথি-মযুং, হকচাংখোঙ্দগী থোরকপা মহি-মচুমদা য়াওরকই। মদু শোক্ল-শম্নরুবা নত্রগা চারু-থক্লুবদগী লায়না অসি লৌনরকই। অনাবা ওক অমোমশিং নাদবদৌনা মশা-মউ ফনা উই। অদুগুম্বা ওক অমোমদুদা মচাগী মরু পীবদা (হকতিন্নবদা) মপাশা অদুনা লায়না অসি পক্রিবা অমোমশিংদা মহিক অসি থাজিল্লমদুনা লায়না অসি শন্দোকই। উচি অমসুং হিক্রুসু লায়না অসি শন্দোকপা য়াওই।

লায়না অসিগী লায়ওংদি ওক অমোমনা গর্ভ পুবা হৌরকপা থা ১ গী মনুংদা মরুওইনা নুমিৎ ২২ শুরকপা অদুবাইদা এবোর্সন তৌরকই। করিগুম্বা এবোর্সন তৌপ্রবসু মদুগী খুদম ইফং ফংদনা নুমিৎ ৩০ দগী ৫৬ নিগী মনুংদা হীট অমুক লাকই। মতমদুদা মপাশা থাজিন্দুনা মচাগী মরু পীহনবদা মচা ওইবা ঙমদদুনা মথংগী হীট অমুক লাকই। গর্ভা মপুং ফারবী ওক অমোমদা লায়না অসিনা শোক্লবদি অপুম্বা, অশিবা নত্রগা অশোনবা মচা পোকই লোয়ননা চাবোকখোঙদগী ঈ য়াওরবা মচুম য়াম্না চৎলি। অশোনবা মচাশিংদু থা ১ গী মনুংদা শিগল্লি। লায়না অসিনা মতম শাংনা শোক্লবা ওক লাবা-অমোম অনিমক্কী শরুগী তাং তাং চাউখোকই। করিগুম্বদা মখোঙ শেকপদগী চৎপা ঙমদবা য়াওই। মপাশাগী টেষ্টিকল অমদি ইপিডিডাইমিস শোকপদগী তুংলোমদগী য়েংবদা পোমখোক-চাউখোকই। অসুম্না শোক্লবা ওক লাবা-অমোম অনিমক অমুক হন্না মচা পুথোকপা ঙমদে।

ব্রুশেল্লোসিসনা শোক্লবা অনাবা লায়েংবা ওমদে। মরম অদুনা অনাবা ওক খুদিংমক অতোপ্পদা শন্দোয়রক্তনবা খুদক্তা মফম চানা লোয়শিনখিবা দারকার ওই। কার্ম ১ গা মরম চাদনা থা ১ ফাওবগী মচা এবোর্সন তৌরক্লবা, অদুগা মথংগী মচাসু হাপ্পদৌনা এবোর্সন তৌবগা লোয়ননা অশিবা, অপুন্না মচা পোক্লবদি ব্রুশেল্লোসিস লায়নাসি কনফার্ম তৌনবা ওক খুদিংমক্কী ঈ লৌদুনা লেবোরেটোরীদা থাগদবনি। ব্রুশেল্লোসিস টেষ্টতা পোজিটিভ ওইরবা ওক খুদিংমক লৌথোক্লগা নেগেটিভ ওইবা ওক খক্তা খন্দুনা থমগদবনি।

## ট্যুবর্কুলোসিস (টি,বি,)

মাইক্রোবেক্তেরিঅম্ ট্যুবর্কুলস, বোভিস, এবিঅম অমসুং ইন্ত্রাশেল্লুলেয়র কৌবা মী, ষন-ইরোই অমসুং য়েননচিংবদা টি,বি থোকহনবা বেক্তেরিআশিং অদুনা ওক্তসু টি,বি থোকহল্লি। অনাবা জীবগী মনপ-মতিন, মথি-ময়ুং চাশিন-থকচিল্লুবা নত্রগা স্বর হোনবদা মহিকশিং অসি য়াওখিবদগী লায়না অসি লৌনরকই।

টি, বি না নারবা ওকশিং নোংমা নোংমগী অরুন্থা হন্থরকই। মতম খুদিংদা মনাতোন্দগী মচুম তাবগা লোয়ননা মরক মরক্তা লোক খুবা লেপ্পে। মপানথংবা লিম্ফ নোদ (মিফম)শিং পায়বদা য়াম্না নাবগী খুদম উংলি। য়েন-ওানুদগী লৌনরকপা টি,বি দদি লোক কয়া খুদে, মরুওইনা মিফম অমসুং শরুগী তাং তাংদা শোকহল্লি।

টি, বি না নারবা ওক খুদিংমক লায়েংবগী মহুক্তা নাদ্রিবা অতৈ ওকশিংদা নক্তনা মীওইবদা শন্দোয়রক্তনবা খুদক্তা মফম চানা লোয়শিনখিগদবনি। মসিগীদমক ট্যুবর্কুলিন টেষ্ট তৌদুনা ওক খুদিংমক টি,বি লৈ লৈতে য়েংথোক্কদবনি।

## এন্থ্রাক্স

লায়না অসি বেশিল্লস এনথ্রাশিস কৌবা চহি ৪০ ফাওবা নুংশিৎ-নুংশা মরক্তা হিংদুনা লৈবা ওন্থা বেক্তেরিআ অদুনা মম্মেল (মপীনা মচা মথোম পীথকপা শা) খুদিংদা য়াম্না থুনা উনশাগী মথাদা ঈ থোকহন্দুনা পোমহনবা লায়না মথল অমনি।

লায়না অসিগী লায়ওংদি বেক্তেরিআ অদুনা চাবা-থকপা নত্রগা স্বর হোনবদা য়াওখিবদগী অহানবদা ১০৭°F (৪২°C) য়ৌনা লায়হৌ তৌরকই, ওকরই অমসুং ভুকথরকই। মথংদা ফারিঞ্জাইটিস অমসুং লারিঞ্জাইটিসগা লোয়ননা সেরো হেমোরেজিক থোকপাদগী চরম (মঙ্কী মথাথংবা শরুক) তা পোমথংলকই। মতম অসিদা মচিদা কোল্লেলগা লোয়ননা ঈ তৈবা উই অমসুং স্বর হোনবা অমদি চাবা-থকপগী য়োৎপদা অন্নাবা ওইরকই। অসুয়া নোংমগী মনুংদা শি।

করিগুম্বদা লায়হৌ তৌনা তৌনা চানীঙ-থকনীঙবা পোক্লক্তে লোয়ননা শৌজা,

মিংপান, মচিন-মরৈনচিংবগী অপাবা উনশাদা ঙ্গ অশিবা কাবদৌনা মুশিল্লকই। শৌজদগী ঙ্গ থোরকপসু য়াওই। অসিগুম্না ওকশিংদি শিগদে।

পেনিশিল্লিন, ওক্সিটেত্রাশাইক্লিন, ঔরিওমাইশিন অমসুং ইনরোক্লোক্সাশিননা লায়না অসি থরা ফাওবদি থিংবা ঙমই। ইম্মুন সিরম মিলিলিটর ৪০ দগী ৮০ ফাওবা সবক্যুটেনসতা কাপ্লবদি শোয়দনা ফনবা ঙমই। লায়না অসি শোয়দ্রে খঙলবদি ঙমলিবমখে মহিক অদু অনাবা জীবদুদগী মপান থোকখিদনবা অমদি নুংশিংনা ফাওবা হুমদুনা পুখিদনবা, য়াম্না চেকশিন্না মফম চানা থন্নগা লায়েংগদবনি। অশিবা খুদিংমক থাং থাদুনা নুংশিং-নুংশাদা হাংদোক্লোইদবনি। মফম চানা লৈবাক মনুংদা লুনা তৌরগা ফুমজিনগদবনি। অনাবনা লৈরম্না মফম অমদি অনাবদুগা মরি লৈনবা পোৎশক খুদিং মৈ থাদোক্তুনা মহিক অদু হাৎনবা হোৎনগদবনি।

লায়না অসি নাত্রিবা ওকশিংদা চংলক্তনবা মরুওইবা উপায়দি ওক খুদিংমক এনথ্রাক্স স্পোর ভেক্সিন কাপথোক্কদবনি।

## টিটানস

অতে জীবশিংদা থোকহনবগুম ক্লোস্ট্রিডিঅম টিটানি কৌবা বেক্তেরিআ অদুনা ওক্তসু মশা পুম্না কন-কন লাওনা শিং তিংহনবা, মশাগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা ফন-ফন চোংবগা লোয়ননা চিংবা অমসুং মমৈদা শিবা থোকহল্লি। মরুওইনা পীক্লিবা ওক্লাওশিংদা থোইরী নত্রগা কাস্ট্রেসন তৌফমদা বেক্তেরিআ অসি চংখিবদগী লায়না অসি থোকল্লি। মসি য়াওশিংগী মচা পোকফম মকোন্দা থম্না ওক্লাওশিংদা য়াম্না থোকল্লি।

মসিগী লায়ওংদি অহানবদা ওক্তু চংপদা পরিং চুন্নক্তে। নোংমা নিনিগী মনুংদা শাদোংশিং কন-কন লাওবগা লোয়ননা মনা য়ুংখৎলকই, মমৈ শিং তিংখৎলকই, মথংদা মখোঙ মরিমক শিং তিংথোক্লগা ফৈনা তুরকই অমদি মঙক থেগৎলগা মকোক অদু মনমগনলোমদা হাইগৎলকই। মনাক্তা খঙহৌদনা লাও-খোংবা নত্রগা টিনগুম্না য়ৈবদা থোরকপা খোঞেল তাবদা মশাগী শাদোংশিং ফন-ফন চোংবা অমসুং চিংবা উই। অসুম্না ফিভমসিদা ওক্তু শি।

অনাবসি হৌরকপগা বার্বিচুরেৎনচিংবা রিলেক্সেন্ট অমদি পেনিশিল্লিননচিংবা এন্টিবাইওটিক্স পীবদা কান্নবা ফংই। চিংনরবদি ঙ্গ থোক্লা অশোক অপন লৈবা খুদিংগী টিটানস টোকসোইড কাম্নীরবদি লায়না অসি চংলকপা ঙমদে।

## ফঙ্গস (কোকফাই-শুজা) না থোকহনবা লায়নাশিং

### এফ্লাটোক্সিকোসিস

লায়না অসি এসপরজিলস ফ্লেভস কৌবা ফঙ্গস (কোকফাই-শুজা) অদুনা থোকহনবা এফ্লেটোক্সিন হায়বা খুত্তনবা হু অদুনা লিভর (কিয়াক) শোকহন্দুনা চানীঙ-থকনীঙবা পোকহন্দনা চাউজন থিলহনবা নত্রগা জোন্দিস (নাপু মচু কাবগী লায়ওং) থোকহন্দুনা শিবা লায়না অমনি। এফ্লাটোক্সিন হায়রিবা হু অসি মিলিগ্রাম ০.২ দগী হেন্না কিলো ১ গী চাংদা লুম্বা ওক অমগী মচিঙ্গাক্তা নুমিৎ খরনি য়াওরবদি ওক অদু হিংবা ঙমদে। অদুগা ওক কিলো ১ লুম্বদা মিলিগ্রাম ০.৫ কী চাং য়ৌনা চাশিনগ্রবদি খুদক্তা শি।

লায়না অসিগী লায়ওংদি ওক অদু চানীঙ-থকনীঙবা য়াংলকই, চাউজন থিল্লকই, মনম পোল্লকই, তন্দে-মান্দে তৌরকই। মপীশিংনা মখোম থোকপা লেপখি। মথংদা মমিৎ, মচিন-মরৈ, মনা ১ দি মবুক্কী অপাবা উনশা অমসুং শৌজাদা নাপু মচু কারকই। মমৈথংদা মশা পুম্বা পঙশিল্লক্তুনা শি। অনাবা ওক্তুদগী থোরকপা ঈ ফমজিন্দে।

লায়না অসিনা শাথিনা শোকখ্রবদি লায়েংবা ঙমদে। অহানবা হৌরকপদা খঙবা ঙন্নবদি চুহি, চিনি অমদি গ্লুকোজ অমসুং লিভর টোনিক মতিক চানা পীবগা লোয়ননা খুদক্তা চিংনরবা কোকফাই-শুজা কারবা বাদাম থাওথিনচিংবা য়াওরবা মচিঙ্গাক অদুগী মহুত্তা অনৌবা অফবা মখল অমা শিন্দোক্লগা পীজরবদি লায়না অসিদগী কনবা ঙমই।

### রিংঅর্ম (লায়কোয়)

ট্রাইকোফাইটোন মেন্টাগ্রোফাইটিস নত্রগা মাইক্রোস্পোরম নানম কৌবা ফঙ্গস মখলশিংনা ওক্কী উনশাদা মরুওইনা মঙক, মনা নাখোঙ, মনমগন অমসুং মফৈদা কোয়রূপ কোয়না, ঙাংলৈনবা নত্রগা য়াওথাংনবা কোরি মচুগী হাম্ফুনা কুপশিনবা অমদি অকোয়বা মচিন্দা পুম্রি মচা-মচানা কোয়শিনবা উনশাগী লায়না লায়কোয় হায়বদু থোকহল্লি।

লায়না অসি হৌরকপা উবগা হাম্ফু অদু খেত্তোক্লগা ১% সুধা য়াওবা ঈশিংনা চামথোক্লগা ডেকলিং (সোডিঅম বেঞ্জুলডাজেৎ), ফঙ্গিডেক্স ক্রীম (অন্দেশাইলিনিক এসিড) নত্রগা ১০% এম্মোনিআটেৎ মরকরি মলমনচিংবা তৌবদা লায়না অসিদগী কনবা ঙমই। মসিগী মথক্তা গ্রাইসোফুলভিন মিলিগ্রাম ১০, ওক কিলো ১ লুম্বগী চাংদা নুমিৎ ৭ নি মচিঙ্গাক্তা হাপ্পবদি লায়না অসি মাঙহনবা ঙমই। বেঞ্জোইক এসিড গ্রাম ৪, সেলিশাইলিক এসিড গ্রাম ২ অমসুং এলকোহোল মিলিলিটর ১০০ গা য়াম্নরগা তৌরবসু লায়কোয় ফহনবা ঙমই।৬.৩% আইওডিন সোলুসনন্না চামথোক্লগা কোপর সলফেৎ নত্রগা বোরদ্যুউক্স মিকচর তৌবা নত্রগা থাইএবেন্দাজোলনসু লাকোয় মাঙহনবা ঙমই।

## পেরাসাইটনা থোকহনবা লায়নাশিং

শাশিংদা লায়না থোকহল্লিবা পেরাসাইটশিংসি ইন্দোপেরাসাইট (হকচাং মনুংদা লৈবা ৱার্ম, তিল) অমসুং ইক্তোপেরাসাইট (হকচাংগী মপান্দা হায়রবদি উনশাদা লৈবা হিক হঁইরি, মো-মানচিংবা অপীকপা মখোঙ পানবা তিলশিং) হায়না মখল অনি থোকই। তিলশিং অসিনা ওক্নী হকচাংগী মচী ওইবা ন্যুত্রিএন্টশিং চুপথোক্লুনা চাউজন থিনহল্লি। তিল থরনা হকচাংগী মরুওইবা কয়াথশিংগী মথৌদা অপনবা পীবা অমদি কয়াথশিং শোকহনবদগী অনাবা ওইহল্লি অমসুং অতোপ্পা লায়না চংলকপদা মতেং পাংই। থ

## ওক্নী হকচাং মনুংদা লৈবা তিলশিং অমদি মখোয়না থোকহনবা লায়নাশিং

নেমাটোডস

| | লায়না মমিং | তিল মমিং | |
|---|---|---|---|
| ১) | এসকারিআসিস | - এসকারিস লুম্ব্রিকোইডস ভার সুইজ নত্রগা এসকারিসসুম | - (রাউণ্ড ৱার্ম) |
| ২) | হায়ওষ্ট্রোঙ্গাইলোসিস | - হায়ওষ্ট্রোঙ্গাইলস রুবিদস | - (ষ্টোমাক এণ্ড ইন্টেষ্টিনেল ৱার্ম) |
| ৩) | ইসোফেগো ষ্টোমিআসিস | - ইসোফেগোষ্টোম ডেন্টাটম নত্রগা ই, ব্রেভিস্পেকুলম | - (নোদুলর ৱার্ম) |
| ৪) | মেটাষ্ট্রোঙ্গাইলোসিস | - মেটাষ্ট্রোঙ্গাইলস এপ্রি | - (লংৱার্ম) |
| ৫) | ষ্টেফানুরসিস | - ষ্টেফানুরস ডেন্টাটস | - (কিদনী ৱার্ম) |
| ৬) | ত্রাইক্যুরিসিস | -ত্রাইক্যুরিস ত্রাইকিউরা, ত্রাইক্যুরিস সুইস | - (হুৱিপ ৱার্ম) |
| ৭) | এনকাইলোষ্টো মিআসিস | - এনকাইলোষ্টোমা দুওডিনেল | - (হুক ৱার্ম) |
| ৮) | হুক ৱার্ম ইনফেক্সন | - গ্রোবেশেফালস সায়োএনসিস | - (হুক ৱার্ম) |
| ৯) | হুক ৱার্ম ইনফেক্সন | - গ্রোবোশেফালস য়ুরোসুবুলেটম | - (হুক ৱার্ম) |
| ১০) | হুক ৱার্ম ইনফেক্সস | - নেকেতর সুইল্লস | - (হুক ৱার্ম) |

১১) ট্রাইকিনেল্লোসিস - ট্রাইকিনেল্লা স্পাইরেলিস

১২) ষ্ট্রোঙ্গাইলোইদসিস - ষ্ট্রোঙ্গাইলোইদস ফুইস

১৩) ষ্ট্রোঙ্গাইলোইদসিস - ষ্ট্রোঙ্গাইলোইদস রনসোমি

১৪) ফায়সোপেফালসিস - ফায়সোপেফালস সেক্সালটস

ট্রেমাটোডস

১) ফেশিওলাসিস - ফেশিওলা হেপাটিকা - (লিভর ফ্লুক)

২) ফেশিওলোপসিস - ফেশিওলোপ্স বস্কে - (ইন্টেষ্টিনেল ফ্লুক)

৩) ফ্লুক ইনফেক্সন - ওপিস্থোর্কিস ফিলিনিউস

৪) ফ্লুক ইনফেক্সন - ওপিস্থোর্কিস সাইনেসিস

৫) ফ্লুক ইনফেক্সন - গ্যাষ্ট্রোডিস্কস ইজীপসিআকস

শীষ্টোডস (টেপ ৱার্মস)

১) মীজলী পোর্ক - হায়ডাটিং শীষ্টিশর্কস শেল্লুলোসা

- (মীদা টেনিআ সোলিঅম)

২) শীষ্টিশর্কস টেনুইকোল্লিস

ইনফেক্সন - শীষ্টিশর্কস টেনুইকোল্লিস

- (টেনিআ হায়ডাটিজেনা)

৩) টেপ ৱার্ম ইনফেক্সন - ডিফাইল্লোবোথ্রিঅম লেটম

লায়নাশিং অসিগী মনুংদা ওক্কীদমক য়াম্না মরুওইবা লায়না খরা মখাদা নৈনরি।

## এস্কেরিআসিস

রাউণ্ড ৱার্ম হায়না খঙনবা এসকারিস লুমব্রিকোইদস ভার সুইস নত্রগা এসকারিস সুম কৌবা, ইঞ্চি ১৪ ফাওবা শাংবা, মতুম তাবা, মনীঙ মমাঙ অনিমক পীকশিল্লগা তুম্বা, অঙৌবা তিল অদুনা লায়না অসি থোকহনবনি। মসি হৌকচাং মনুংদা লৈবা তিলশিংনা থোকহনবা লায়নাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মরুওইবা লায়না অমনি। মসিনা মরুওইনা নহা ওইরিবা ওকশিংদা শোকহল্লি।

মপী ফারবা রাউণ্ড ৱার্মশিংনা ওক্কী থিরিন মচাদা লৈদুনা নোংমদা মরুম লাখ ২ য়োম কোকপা ঙমই। মরুমশিংদু ওক্কুগী মথিদা য়াওরকই। অসিগুম্বা তিল মরুম য়াওরবা ওকথিনা

মোংহল্লবা মচিঞ্জাক অমসুং ঈশিং চারু-থক্লবা অমদি ওক্লাওশিংনা মপীগী মশাদা পক্লম্বা তিল মরুমশিং মথোম থকপদা নত্রগা লেকপদা য়াওখিবদগী লায়না অসি লৌনরকই।

য়োংশিনখিবা তিল মরুমশিংদু ওঙ্কী অপীকপা থিরিন মনুংদা মচা ওল্লকই। তিল মচাদুনা থিরিনগী মপান্দু হুংলগা ঈচেন্দা য়াওরকুনা পুং ২৪ গী মনুংদা ফিরাক্তা থুংলে। ফিরাক্তগী থম্মোয় ফাওদুনা লাক্লগা নুমিৎ ৪/৫ নি শুরকপদা থবোম্বী মনুংদা ফাওদুনা চংলিঙেদা তিল মচাদু চাউখৎলকই। চাউখৎলকপনা মরম ওইদুনা ঈ উতোং মচাদা চংবা চল্লবা তিল মচাদুনা থবোম্বীগী ঈ উতোং মচাশিং থুগায়রগা মথং-মথং ফাওদোরক্লগা নুংশিৎ উতোংদা কাখৎলকুনা খনাও য়ৌরকই। খনাওদগী তিল মচাদু ওকুনা অমুক য়োংশিনখিবদগী থরিন মচাদা থুংলে। অসুম্না নুমিৎ ২১ দগী ২৯ নি ফাওবদা তিল মচাদু মপী-মপা ফাগে তৌনা চাউখৎলকপদুনা নুমিৎ ৫০-৫৫ নিদনি মপী-মপা ফারকই। অসুম্না, নুমিৎ ৬০-৬২ শুরকপদগী অনাবা ওক অদুগী মথিদা তিল মরুম য়াওবা উরকই।

লায়না অসিগী লায়ওংদি ওক্লাওশিংদা অপীকপা তিল মচাশিংনা হুকচাং মনুংদা ফাওদুনা চংপদা য়ারি-য়াখোঙ অমসুং মনাক নকপা শাদোং য়ৌরকপদা ওকশিংনা ময়া কদ্রক-কদ্রক শায়রকই, ফিরাক য়ৌরকপদা ফিরাক থুগায়বদগী চাবা তুমহন্দে। থবোম্বী থুগায়বদগী লায়হৌগা লোয়ননা লোক কংখু খুরকই। মপী-মপা ফারবা তিলশিংগী মশিং য়াম্না লৈরবদি মশিঙ্গাগী উতোং ফুনগকুনা থিংবা অমসুং থিরিন শোকপদগী থিবেৎ ফায়রকই অমসুং উনশাদা নাপু মচু কারই। করিগুম্বদা থিরিন অদু চাফংপা অমদি তিলশিংদুনা হুত্তোকপদগী হোদুনা ওকশিং শিবা য়াওই। অসিদ নত্তনা নহা ওইরিবা ওকশিংগী থিরিন্দা তিলশিংনা মরৈ-মরৈ য়েংশিন-তাশিং দুনা ফুনবদগী মবুক কংখৎলগা শিবসু য়াওই। লায়না অসিনা নহা ওইরিবা ওকশিংদা খরা হেন্না শোকহল্লি। অহল ওইরবা ওকশিংদদি মসিগী লায়ওং লয়া শেংনা উবা ঙমদে। অদুম ওইনমক তিল অসিনবু শোক্লবদি ওক খুদিংমক চাউজন থিল্লি অমসুং মশা নোয়-পেশে দ লোয়ননা অতোম্না লায়নাশিং চংলকপদা মতেং পাংই।

লায়না অসি লায়েংনবগীদমক মখাদা পীরিববা হিদাকশিংসিগী মনুংদা অফংবা অমা শিজিন্নবা য়াই।

১) পাইপর্জিন : পুং ১২ চন্না হেলহল্লগা পাইপর্জিন শাইত্রেৎ, এডিপেৎ, হেক্সাহায়ড্রেৎ নত্রগা ডাইহায়ড্রোক্লোরাইড গ্রাম ১ ওক কিলো ১০ লুম্বগী চাংদা অমুক্তদা পীজগদবনি। হিদাক অসি গর্জা পুরবী ওক্তসু পীবা য়াই।

২) টেট্রামাইসোল : অহিং অমা চন্না হেলহল্লগা অয়ুকী থাকদবা মচিঞ্জাক তংখায়মুক্তা টেট্রামাইসোল মিলিগ্রাম ৩৫ দগী ৫০ ওক কিলো ১ লুম্বগী চাংদা হাপ্পগা পীজগনি। মিনিট ১৫ মুক লৈরগা লেমহৌবা মচিঞ্জাকু পীজগদবনি। য়াম্না লুম্না অমসুং চাউবা ওক ওইরবসু টেট্রামাইসোল গ্রাম ৫ দগী হেন্না পীবা য়াদে।

৩) থাইব্রবেন্দাজোল : চরা হেলহল্লবসু মিলিগ্রাম ৫ ওক কিলো ১ লুম্বগী চাংদা নত্রগা ০.১ দগী ৮.৫% মচিগ্লাক্তা য়াম্লগা পীজগদবনি।

৪) অলবেন্দাজোল, মেবেন্দাজোল নত্রগা ফেনবেন্দাজোল : চাকখাও থরা হাগুলিঙৈদা মিলিগ্রাম ৫ কিলো ১ লুম্বগী চাংদা অমুক্তদা পীজগদবনি।

৫) লেভামাইসোল : ওক কিলো ১ লুম্বদা লেভামাইসোল মিলিগ্রাম ৭.৫ কী চাং ওল্লগা অমুক্তদা পীজগনি। পীজবগী মহুত্তা ইঞ্জেক্সন ওইনা ১৮.২% লেভামাইসোল সোলুসন মিলিলিটর ২ ওক কিলো ৫০ লুম্বদা কাপকদবনি।

৬) ইভমেক্তিন : ওক কিলো ১ লুম্বদা ইভমেক্তিন মিলিগ্রাম ০.৩ সবক্যুটেনস (উনশাগী মখাদা) কাপ্পদা হক্চাং মনুংদা লৈবা তিলদ নত্তনা উনশাদা লৈবা হিক, হুইরি, মো-মানচিংবা মাঙহনবা ঙমই। অসুমনা ইভমেক্তিন মিলিগ্রাম ১০ য়াওবা আইভোমেক, মেকটিন নত্রগা নিওমেক মিলিলিটর ১ কিলো ৩০ লুম্না ওক অমদা কাপকদবনি।

## মেটাষ্ট্রোঙ্গাইলোসিস

মসি লং বার্ম হায়না খঙনবা মেটাষ্ট্রোঙ্গাইলস এপ্রি কৌবা, লাবনা মিলিমিটর ২৫, অমোমনা মিলিমিটর ৫৮ শাংবা তৌরোক তৌবা, মচিন্দা মরৈ ৬ পানবা ওক্কী স্বর হোনফম নুংশিং উতোংদা লৈবা তিল অদুনা ওক্লাওশিংদা মরুওইনা লমহাংদা লৈবাক অমদি নাপী মরক্তা থাদোক্তুনা থম্না ওক্লাওশিংদা থোকহনবা লোক্কী লায়না অমনি।

চোং-চোং লাওবা, ঈনিল লৈবা মফমদা তিলসিগী মরুমশিং মচা ওল্লগা থা ৩ ফাওবা হিংদুনা লৈবা ঙমই। অদুগুম্বা তিল মচাশিংদু তিল্লোক্লা চাশিনখিবদগী তিল্লোক্কী মশা মনুংদা হিংদুনা লৈ। করিগুম্বদা তিল মরুমশিংদু তিল্লোক্লা য়োৎশিনখিবদগীসু মচা ওল্লকই। অসুম্না তিল্লোক্কী মশা মনুংদা চহি ২ দগী ৩ ফাওবা হিংদুনা লৈ। অদুগুম্বা তিল্লোক অদু ওক্লা চাবা-থকপদা য়াওখিবদগী তিল অসিনা শোক্লকই। তিল মচাশিংদুনা য়ামদ্রবদা নুমিৎ ১০ নিমুক তিল্লোক্কী মশা মনুংদা হিংদুনা লৈরুদ্রগদি ওক্লা য়োৎশিনদ্রবসু তিল মচাশিংদু ওক্কী চাকখাওদা শিখি। অসুম্না ওক্কী চাকখাও নত্রগা থিরিন্দা হিংহৌবা তিল মচাশিংদুনা ওক্কী মেসেন্টরিক লিম্ফ গ্রাণ্ড ফাওদোক্লগা থবোম্বী য়ৌরকই। থবোম্বীদগী নুংশিৎ উতোংদা লৈদুনা মপী-মপা ফারকই। অসুম্না ওক্লা য়োৎশিনখিবদগী নুমিৎ ২৪ নি শুবদা মরুম কোকপা হৌরকই। মরুমশিং অসি অনাবা ওক্লা লোক খুবদা, মনপ-মতিন মনুংদগী অমুক য়োৎশিনখিবদগী ওক্তুনা মখোঙ হাম্বদা তিল মরুমশিংদু য়াওরকই।

লায়না অসিগী লায়ওংদি তিল অসিনা ব্রোংকাইটিস অমসুং ন্যুমোনিআ থোকহন্দুনা লোক খুহল্লি, লোয়ননা চাউজন থিলহল্লি। অসুম্না তিল অসিনা শোক্লবা ওকশিংদা স্বাইন ইন্‌ফ্লুএঞ্জা ভাইরস, হিমোফিলস ইন্‌ফ্লুএঞ্জা সুইস, পাষ্টুরেল্লা মলটোশিদানচিংবা বেক্তেরিআশিং চংলক্তুনা লোক্কী অনাবদু হেন্না শাথিহল্লি।

লায়না অসি লায়েংনবগীদমক

১) টেট্রামাইসোল, থাইবেন্দাজোল, লেভামাইসোল নত্রগা ইভমেক্টিন তিলহিদাকশিং এসকারিআসিসতা থাবা ডোজগা মান্নানা পীগদবনি।

২) ডাইক্লোর্ভোস (ডি ডি ভি পি, নুভান) : ওক কিলো ১ লুম্বদা মিলিগ্রাম ১১ দগী ২২ ফাওবা অমুক্তদা পীজগদবনি।

৩) মেথাইরিদাইন : মিলিগ্রাম ২০০ ওক কিলো ১ লুম্বগী চাংদা সব-ক্যুটেনতা পাক্লবদি লায়না অসিদগী কনবা ঙমই।

৪) ডায়ইথাইলকার্বামাজাইন : মিলিগ্রাম ৫৫ ওক কিলো ১ লুম্বগী চাংদা নুমিৎ ৫ নি পীবদা কান্নবা ফংই।

৫) শাইএনাশেটাহায়ড্রাজাইদ (ডিক্তাইশাইদ) : মসি লং ব্রামগী য়াম্না ফবা হিদাক্নি। ওক কিলো ১ লুম্বদা নোংমদা মিলিগ্রাম ১৭.৫ নুমিৎ হুমনি থংন-থংননা পীজগদবনি। নত্রগা নোংমদা মিলিগ্রাম ১৫ কিলো ১ লুম্বদা নুমিৎ হুমনি থংন-থংননা সব-ক্যুটেনসতা কাপকদবনি। হিদাক অসিনা টৌক্সিক ওইরবদি ভিটামিন বি ৬ কাপকদবনি।

## স্ট্রোঙ্গাইলোদস

লায়না অসি ওক্কী থিরিন মচাদা য়াওবা স্ট্রোঙ্গাইলোদস রেন্সটরি সুইস অমসুং স্ট্রোঙ্গাইলোইদেস রানসেমি হায়বা সেন্টিমি ১-৯ ফাওবা শংবা তিল মখলশিংদুনা থোকহনবনি।

তিলশিংসিনা থিরিন মনুংদা মরুম কোকই অমসুং মচা ওল্লি। ওক্কী মথিদা য়াওরকপা মরুমসু মপান্দা মচা ওনবা য়াওই। মপান্দা ওনবা মচাশিংদু লৈমায়দা ইচম চম্না অনাবা থোকহনবা ঙমদবা মপী-মপা ওইনা হিংবা য়াওই। অদুবু মচাশিংগী মরোল মথং মথং পোক্লক্তুনা মমৈদা ওক্কী উনশাদা, তুখোঙদা ফাওজিন্দুনা চংলগা ওক্কী হকচাং মনুংগী ঈচেন্দা য়াওরক্তুনা থম্মোয়, থবোম্বী, মমৈদা নুংশিৎ উতোংদা কাখৎলকলগা ইশোফেগস্তা কুমথিদুনা চাকথাওদগী থিবিশদা লৈবগা চাউখৎক্তুনা মপী-মপা ফারকই।

তিল অসিনা পীক্লিবাওক অমদি মপীগা খাইনরবা ওকশিংদা খরা হেন্না শোকহল্লি। অনাবা ওক্রা ফায়রকপা তিল মচাশিং অমদি লৈমায় মথক্তা মরুমদগী ওনবা তিল মচাশিং অসি চোং-চোং লাওবা ফত্তবা ঈশিং লৈবা জগাদা হিংদুনা লৈ। অসিগুম্বা ফত্রবা পাৎথি-কোমথি নত্রগা খোংবাম-লুকপানদা চংলুবদগী ওক মচাশিংগী উনশাদা তিল মচাশিংদু চংলকই। অসুম্না লায়না অসি ওইরকই।

অহানবা শোকপা হৌরকপদা ওক্কী মখোঙ নত্রগা মবুক্কী তুখোঙশিংদা ফুগ্রি মচা মচা ওইনা পোমখৎলি। মদু য়াম্না হক্তজবগী মওংদা অকনবা পোৎশক অমদা তকপা উই। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা ওক অদু মবুক য়াম্না নাবগী লায়ওং উৎলকই। মথংদা ঈ য়াওনা থিবেং ফায়রকই। অসুম্না ওক মচাশিংদু য়াম্না শোঙ্গরকই।

লায়না অসিদগী কয়নবা জেনসিয়ান ভাইওলেট, মিলিগ্রাম ৫০-৭০ কিলো ১ লুপ্না ওন্তা নোংমদা ২য়ক নুমিৎ ৩নি পীজগদবনি। থাইএবেন্দাজোন মিলিগ্রাম ৫০ মচিঙ্খাক কিলো ১দা হাপ্পগা পীজরবসু তিল অসি হাৎপা ঙমই।

## ফেশিওলাসিস

লায়না অসি ফেশিওলা হেপাটিকা কৌবা মিলিমিটির ৩০x১৩ চাউবা, উনা অঙৌবা মানবা, মী,-শম্-শনশিংগী মশিঙ্গাগী উতোংদা লৈদুনা শোকহনবা হুক অদুনা থোকহনবনি।

তিল অসিগী মরুমশিংদু অনাবদুগী মশিঙ্গাগী মহিগা লোয়ননা ডুওডেনমদা চংলক্লগা, চাকখাওদগী থিরিন্দা থোরকতুনা মথিদা য়াওরকই। মপানগী মৈশানা ২৬°C য়ৌরকপদা নুমিৎ ১০-১২ নিগী মনুংদা মরুমদগী মিরাশিডিঅম কৌবা তিল মহা অদু ওল্লকই। মিরাশিডিঅমশিংসিনা ঈীমনিএংকুলা নত্রগা মাল্লবা থরোয়গী মখলশিংদা চংত্রগা মিমি ১ য়োমগী মথক্তা শাংবা স্পোরোশিষ্ট অমনা রেডিআ ৫দগী ৮ ফাওবা ওল্লকই। থরোয়গী মনুংদা হাপ্তা ৪ দগী ৭ ফাওবা লৈরিঙৈদা রেডিআশিংদুনা শর্কেরিআ কৌবা, মিমি ০.২৫-০.৩৫ ফাওবা শাংবা তিল মহা অদু ওল্লতুনা থরোয়দগী মপান থোরকই। শর্কেরিআশিংনা ঈশিংদা ঈরোইদুনা লাক্লগা, ঈশিংদা নত্রগা কংফালদা হৌবা নাপী মনাগী মপ্রামদা চংদুনা কুয়োম অমনা য়োমশিল্লগা হিংদুনা লৈরকই। মখোয় অসিবু মেটাশর্কেরিআ হায়না খঙনৈ। মেটাশর্কেরিআশিং য়াওরবা নাপী অদু শজিক চাবদা য়াওখিবদগী, ওক্কী ডুওডেনম (চাকখাওগী মথক থংবা মরিন)দা কুয়োম মনুংদগী থোরক্লগা মেটাশর্কেরিআশিং অদু চাকখাও অমসুং থিরিন যৌরকই। মখোয়শিংনা চাকখাও নত্রগা থিরিনগী মপান্দা হুৎলগা মবুক্কী অহাঙবা জগাদা পুং ২ ফাওবগী মনুংদা য়ৌরকই। পুং ৪-৬কী মনুংদা তিল মচাশিং অদু ফিরাক য়ৌরকতুনা হুৎ হুৎলগা ফিরাক মনুংদা হাপ্তা ৫-৬ কোয়চৎ চংলগা লৈ। হাপ্তা ৭মুক শুবদা তিল মচাশিংদু ফিরাক্কী মশিঙ্গা উতোং মনুংদা চংলকই। অসুম্না তিল মচাশিংদু চাউরতুনা মপী-মপা ফারকই।

ওক্না মেটাশর্কেরিআ য়োংশিনখিবগী মতুং হাপ্তা ৮ মুক্কী মনুংদা তিলশিংদুনা মশিঙ্গা মনুংদা মরুম কোকপা হৌরকই। মরুমশিংদু মশিঙ্গাগী মহিনা ডুওডেনমদা থোরকপদা য়াওরতুনা চাকখাও অমদি থিরিন্দা চংলকই। অসুম্না ওক্না মথি ফায়বদা তিল মরুমশিংদু য়াওরকই।

লায়না অসিগী লায়ওংদি তিলশিংদুনা ফিরাক্লচিংবা থুগায়দুনা ঈ হাথহনবদগী, ইখঙ খঙহৌদনা শিবা য়াওই। ফিরাক শোকহনবা অমদি মশিঙ্গাগী উতোং ফুনগৎহনবনা মরম ওইদুনা চাবা তুমহন্দবা, মবুক চাউথোকহনবা, মখৌদা মহিগী ঈথিল য়াওনা পোমখৎহনবা, থিবেৎ ফায়হনবা, চাউজ্জন থিলহনবা, মপাঙ্গল শোত্থহনবনচিংবা লায়ওং কয়া উবা ফংই।

অপীকপা নহা ওইরিবা ওক শিংদা খঙহৌদনা শিবা অসি থোকল্লি, অদুগা অহল ওইরবা ওকশিংদনা মতম শাংনা নাদুনা লৈগল্লি ।

লায়না অসিদগী কন্ননবগীদমক কার্বোনটেট্রাক্লোরাইদ মিলিলিটর ৪ অমুত্তং পীথকপদা ওকী মুক যান্না লাইনা হাংপা গুমই। নাম্রিবা ওকশিংদা লায়না অসি গুাকথোক্লবগীদমক থনজাবুংদা, পুম্রি, খোংবান অমদি মতম কুইনা চহি চুপ্পা তুংদুনা লৈবা ঈশিংদা হৌবা নাপী পীজরোইদবনি। থয়োই হিংনা, মৈদা কুথতোক্তনা পীজরোইদবনি।

## শীষ্টিশর্কস শেন্নুলোসা

মসি ওক্তা মীসলী পোর্ক হায়না খঙনবা ওকশাগী লায়ওং অদু থোকহনবা টেপ ৱার্ম মচাশিংনি।

শীষ্টিশর্কস শেন্নুলোসা হায়রিবা টেপ ৱার্ম মচাশিংশি টেনিআ সোলিঅম কৌবা মিটর ২-৩ কাওবা শাংবা মমাঙথংবরোমদা পীকশিনবা কাখল (প্রোগ্লোত্তিডস) চাউরাক্লা ৮০-৯০০ রোম্না শমজিন্নরগা শেন্না, মকোক (স্কোলেক্স) না আর্পিন মকোকমুক্তা চাউবা টেপ ৱার্ম অদুগী লার্ভেল স্টেজনি।

টেনিআ সোলিঅমগী মকোক (স্কোলেক্স) তা মতুম তাবা চুপ্পবা মচিন ৪ পাল্লি। মচিন ৪ দুগী মথক ওইনা কোয়রক কোয়না তিংথংগুম্বা (রোস্টেল্লর হুকস ) ২২দগী ৩২খক অতেন অশাং খন্ন-খন্ননা পরেং অনি থোক্লা পাল্লি। টেপ ৱার্ম অসিগী মথং-মথং শম্নদুনা লৈরিবা কাখল (প্রোগ্লোত্তিডস) খুদিংদা লাবা অমোম অনিমক্কী কয়াৎ শুনা য়াওই। মনীঙথংবা কাখলশিংদা মচা ওনবা গুম্নবা মরুম ময়াম পুদুনা লৈ। অসিগুম্বা মরুম পুরবা কাখল অদুবু গ্রেভিদ সেগমেন্ট হায়না কৌই। টেপ ৱার্ম অসিনা মীওইবগী থিরিন অচৌবদা লৈদুনা মীবু নাহল্লি। অনাবা মীগী মথিদা টেপ ৱার্ম অসিগী মরুমশিং অমদি গ্রেভিদ সেগমেন্টশিং য়াওরকই।

গ্রেভিদ সেগমেন্ট নত্রগা মরুম অদু ওক্লা চাবা-থকপদা য়াওখিবদগী, চাকখাও মনুংদা ওনকোসফোর কৌবা, কোচি ৬ (হেক্সাকান্থ হুকস) পানবা টেপ ৱার্ম মহা অদু থোরকই। ওনকোসফোরশিংনা মথোয়গী হুকশিংগী মতেংনা চাকখাও অমসুং থিরিনগী মপান ফাওদোক্তুনা লাক্লগা ঈ উতোংদা চংলক্তুনা লিভর, থবোম্রীগী য়েৎ ১সুং ওইথংবা শরুক্তা মথং মথং চংলক্তুনা, মমৈদা হুকচাংগী ঈগী ঈচেলদা য়াওরকই। ঈচেলদা য়াওরিঙে ওনকোসফোরশিংনা শাদোং মরক্তা লৈহৌই। মরুওইনা থরা হেন্না লেং-ওনবা মফমশিং হায়বদি মরৈ, মঙক, লেংবান, মকৈ অমসুং গুম্ফোয়গী শাদোংশিংসি ওনকোসফোরশিংনা থরা হেন্না পামই। নুমিৎ ৮ নি মুক্কী মনুংদা শাদোং মনুংদা, ওনকোসফোরশিংগী হুকশিং মাঙখি লোয়নননা য়েরুম মওং শাবা, মনুংদা মহি য়াওবা, মপ্রামদা টেপ ৱার্মগী মকোক (স্কোলেক্স) নপতুনা য়াওবা, শীষ্টিশর্কস কৌবা টেপ ৱার্মগী লার্ভেল স্টেজ অদু শেন্না হৌরকই। অসুম্না ওনকোসফোরদগী মপুং ফারবা শীষ্টিশর্কস শেন্নদা নুমিৎ ৬০-৭০ নি চংই।

শীষ্টিশর্কস হায়বসি শাংতক তৌনা মতুম তাবা, পাকপনা মিমি ৮- ১০, ময়ুংনা মিমি ৫ ফাওবা ওইবা , অদুগা মসিগী মনুংদা মপান নপ্পা তিংথংগুম্না মচিল পাল্লবা মকোক, স্কোলেক্স

য়াওয়বা পোৎশক অমনি। অসিগুম্নবা শীষ্টিসর্কসময়াম অদুবু শীষ্টিশর্কস শেল্লুলোসা হায়না খঙনৈ অদুগা শীষ্টিশর্কস শেল্লুলোসানা শোকহল্লবা ওকশা অদুবুনা মীসলী পোর্ক হায়না খঙনৈ। মখোয় অসি অহিংবা ওকী শাদোংদা থা ৮ ফাওবা হিংদুনা লৈবা ঙমই। মসি হুই, মীওইবদসু ওক্তা লৈরিবা অসুম্না লৈ।

শীষ্টিশর্কস শেল্লুলোসানা নাম্নবা ওক্তা লায়না অসিগী লায়ওং কয়া উদে। অদুবু করিগুম্বদা মরৈ শিথদুনা তিংথোকতুনা মতম অয়াম্বদা লৈবা, অচাপোৎ মরৈনা লৌখৎপা ঙমদবা, মনাওম্না পোৎ অমা শোকপদা ইফিং ফিংবগুম্না ঔবা, লায়হৈ লৈতনা মশা নিকপা য়াওই।

মসি লায়েংনবগীদমক য়োমেসান মিলিগ্রাম ১০০ কিলো ১ লুম্বা ওকী চাংদা পীরবদি টেপ ৱার্ম অসি মাংহনবা ঙমই। ডাক্লোরোফেন মিলিগ্রাম ২০০কিলো ১ লুম্বা চাংদা পীজবদা টৈনিআ সোলিঅম হাৎপা ঙমই। অদুবু অহিংবা শাদোংদা লৈবা শীষ্টিশর্কস হাৎনবা হিদাক তাংনা থোকই।

লায়নাসি ঙাকথোকনবা উপায়দি, কৈদৌঙেদসু ওক্তা মী অমসুং হুইগী মথি পীজরোইদবনি। মীওইবগী অমাঙবা হুনদোকফমদা ওক চংহল্লোইদবনি। ঐখোয় মীওইবনা লায়না অসিদগী নাদনবা লোয়ননা ওক্তা অমুক শন্দ্রেক্তনবা ১৪-১৮° F য়ৌনা ফ্রিজদা নুমিৎ মরিনি চুপ্পা থমল্লুরবা ওকশা নত্রগা ১১৩-১২২°C য়ৌনা পুং ১ রোম ফুৎলবা অমদি মুম্না থোংলবা ওকশা চাগদবনি।

## হায়ডাটিদ শীষ্ট

মসি ইকাইনোকোক্কস গ্রানুলোসস কৌবা, প্রোগ্লোটিদ অহুমখক্তা পানবা, হুই, অমসুং কৈশালনচিংবা লমলক্কী শাহিং চাবা শাশিংগী থিরিন মচাদা লৈবা য়াম্না পীকপা টেপ ৱার্ম অদুগী লার্ভেল ষ্টেজনি।

টেপ ৱার্ম অসিগী মরুম অদু মী অমদি শাশিংনা য়োৎশিনখিবদগী থিরিন মনুংদা মচা ওল্লকই। মচাশিংদুনা চাক্বাও অমদি থিরিন ফাওদোক্তুনা ঈচেলদা য়াওগ্রগা হকচাংগী কয়াৎ অমদা নপাশিন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা তিল মচাশিংদুনা হকচাংগী কয়াৎ মনুংদুদা বোলদৌনা শীষ্ট ওইনা চাউখৎলকই। চাউখৎলকইবা পোৎশক শীষ্ট অসি য়াম্না পায় অমসুং মনুংদা মহিনা পীক থল্লি। মহি অদুদা শীষ্ট মচা মচা ময়াম তাওদুনা লৈ। শীষ্ট অমগী চাউবগী চাংদি, শাশিংদা সেমি: ৫-১০ ডাইমেটর য়ৌনা চাউবনা অয়াম্বা ওই। অদুবু মীওইবদদি সেমি: ৫০ (ইঞ্চি ২০) ফাওবগী ডাইমেটর য়ৌনা চাউবা থেংনৈ। শাশিংদদি মসি ফিরাক অমসুং লংসতা অয়াম্বা থোকল্লি, অদুবু মীওইবদদি মসি কয়াৎ অয়াম্বদা (শরু মনুংদা ফাওবা) থোকল্লি। অসিগুম্বা শীষ্ট অসিবু হায়ডাটিদ শীষ্ট হায়না খঙনৈ।

হাপ্তা ৫-৬ কী মনুংদা শীষ্ট অমগী মনুংদা য়াওরিবা মহি অদুদা টেপ রার্ম অদুগী মোলেক্স মচা মচা পান্নবা অতোপ্পা শীষ্ট মচা ময়াম তাওদুনা লৈ। অসুন্না তাওরম্বা শীষ্ট মচাশিংদু শীষ্ট অচৌবদগী মপান থোরক্তুনা, অনৌবা শীষ্ট ময়াম অমুক শেন্নক্তুনা চাউখৎলকই।

অসিগুম্বা শীষ্ট য়াওরবা শা অহিংবা চারম্বদগী ওকশিংগী থিরিন মচাদা টেপ রার্ম অসি মপী ফারক্তুনা হিংদুনা লৈ।

লায়না অসিগী লায়ওংদি, হায়ডাটিদ শীষ্টনা লংসতা লৈরবদি স্বর থবেৎ থবেৎ হো দুনা অনাবা ওইরকপদগী মমৈদা শি। ফিরাক্তা লৈরবদি অহানবদা চাবা তুপ্লক্তে মমৈদা মবুক চাওথোরকই ১সুং শি।

ওক্তা লৈবা হায়ডাটিদ শীষ্ট হাৎপা গুম্বা হিদাক লৈত্রি। মরম অদুনা মসি চংলক্তনবা ১সুং ঙাকথোক্লবা উপায় থিবা তাই। খ্বাইদগী মরুওইবদি হুই খুদিংদা টেপ রার্ম লৈতনবা চাং নায়না হিদাক থাদোক্কদবনি। ওক হাৎকম-শেমফমদা থেংনবা হায়ডাটিদ শীষ্ট খুদিংমক হাত্তোক্লগা মফম চানা লোয়শিনগদবনি। শা হাৎফমগী অমদি হোটেলগী অরেম-অতা খুদিংমক ওক্তা পীজবা তারবদি মৈদা মুন্না ফুৎলগা পীজগদবনি।

### ওকী মশা মনুংগী তিল ঙাকথোক্লবা মরুওইবা উপায়শিং

১) মকোন শাবা মতমদা চাকম-থকফম অমদি কুনফম তুমফমগা, মথি-ময়ুং ফায়ফম-হানফম কাগা তিন্নহল্লোইদবনি। মথি-ময়ুং ফায়ফম-হানফম কা অদু নুংশা মঙাল অমদি মৈশা ফংহনগদবনি। মচিঞ্জাক চাকম-থকফম বাগোসশিংদু লৈমায়দগী রাংহন্দুনা মথি-ময়ুংগা তোৎন-তিন্নহল্লোইদবনি।

২) মতম চানা নোংমদা মকোনগী মথি-ময়ুং শিত্তোক-নাম্থোক্তুনা য়ারিবমখৈ ঈশিংনা চামথোক্কদবনি। হাপ্তা খুদিংগী ঈশিং অশৌবনা সুধা হাপ্লগা লৈমায় অদু শেংনা চামথোক-তকথোক্কদবনি।

৩) অনাবা ওক খুদিংমক তোঙান্না বাইদোক্লগা থম্বগা লোয়নননা, অনাবগী মথি-ময়ুং তোঙান্না পৈশন্দুনা থমগদবনি। ইথোলনচিংবদা, ওকী মথি-ময়ুংনা হার ওইনা শিজিন্নবা তারবদি, নাদবা ওকী মথি-ময়ুং খক্তা খন্দুনা শিজিন্নগদবনি। হেন্না বিগ্যানিক ওইবা মওংদা, বাইও গ্যাস প্লানদগী মিথেন গ্যাস লৌথোকপ্রবা মতুংদা পুথোরকপা মথি ময়ুংগী বাইপ্রদক্ত অদু হার ওইনা শিজিন্নরবদি লায়না-তিননা শন্দোরক্কদবদগী কনবা ঙমই।

৪) ওক মচাশিংনা থা ৩ হেক শুরকপগা তিল হিদাক পাইপর্জিন, টেত্রামাইসোল, মেবেং দাজোল, ফেনবেন্দাজোল, লিভামাইসোল নত্রগা ইভর্মেক্তিন নচিংবা ডোজ চপ চানা থাবা হৌগদবনি। অসুন্না নুমিৎ ৩০ নি খুদিংগী তিল হিদাক অসি ওক্তুনা থা ৭-৮ শুবা ফাওবা থাগদবনি। হেক্তিন্না ইংবা মতম নত্রবদি নুমিৎ খুদিংগী মকোনগী লৈমায় চামথোকপগা

লোয়ননা, তিল-হিদাক থাদোক্লগা ওক খুদিংমক ঈরুজথোক্কদবনি।

৫) অনৌবা পুশিল্লকপা ওক খুদিংমক তোঙান্না থম্লগা য়োক্কদবনি। ময়ামগী মরক্তা পুশিনগদবা য়ামদ্রবদা নুমিৎ২ নিগী মমাঙদা তিল হিদাক থাদোক্কদবনি। লোয়ননা ঈশিং অশাবনা সুধা হাপ্লগা ঈরুজথোকদবনি।

৬) গর্ভা পূবী ওক্তা, মচা পোক্কদবা নুমিৎ ৩০ নি রাৎলিঙৈদা তিল-হিদাক থাদোক্কদবনি লোয়ননা মথংগী নুমিত্তা ঈশিং অশাবনা সুধা হাপ্লগা শেংনা ঈরুজথোক্লবা মতুংদা, তিল মরুম লৈত্রবা তক্ক-তনান্না থম্লবা, মচা পোকফম মকোন্দা পুশিনগদবনি।

৭) মচাগা খাইনরবা মপীশিংসু মথংগী গর্ভা পুদ্রিঙৈদা ডিব্রার্মিং তৌগদবনি।

৮) মঞ্জাবুংগা শম্নবা পুত্রি, খোংবানগী ঈশিংদা হৌবা নাপী-শিংবী ওক্তা পীজরোইদবনি। শজিক চাকম অমদি ওকশিংগী শান্নবুং অসি থা ৩/৩ গী ওইনা হোংগদবনি।

৯) অহিংবা, অতেকপা ঙা অমসুং ঙাগী মকু, শা শেস্কম য়োনফমগী অরেম-অতা খুদিংমক ওক্তা পীজবা তারবদি মৈদা মুন্না থোংদোক্লগা পীজগদবনি।

## ওক্কী হকচাংগী মপান্দা (উনশাদা) লৈবা

### তিলশিংনা থোকহনবা লায়নাশিং

#### মেঞ্জ

মসি সার্কোপটিস স্কেবি ভার সুইস, ডেমোডেক্স ফাইল্লোইডেস হায়না খঙনবা মাইটশিং অদুনা থোকহনবা, উনশাদা কুইনা, মতম শাংনা শোকহন্দুনা লৈবা উনশাগী লায়না অমনি। অনাবা ওকশিংনা হাক্চবদগী পংতক্তা তুক্কুনা শোকফম জগাদুদগী মচুম থোরকপগা লোয়ননা থাগৎলকপা অমদি মকৃ- মকৃ কৃশিল্লকপা য়াম্না তোয়না থোক্কনবা লায়না মখল অমনি।

সার্কোপটিস স্কেবি ভার সুইজ হায়রিবা হিক অসি কোয়রক কোয়বা মিলিমিটর ০.৫ শাংবা, মতোন্দা মতু অমমম য়াওবা মখোঙ ৬ পানবা হিক মখল অমনি। হিক অসিনা উনশা অমসুং তুখোঙদা হৎলগা, মরুম কোকশিল্লি। মরুমদগী নুমিৎ ১০ নিমুক্তা মচা ওন্দুনা মপী ফারকই। অসুন্না চোৎ-চোৎ লাওবা ওক্কী মথি ময়ুং য়াওবা থুনাম্বা মরক্তা হাপ্তা ২-৩ ফাওবা হিংবা ঙমই।

হিক অসিনা ওক্কী উনাশাদা পকপা হৌরকপদগী হাপ্তা ৩/৪ গী মতুংদা লায়না অসিগী লায়ওং উবা হৌরকই। হিকশিংদুনা উনশাদা হুৎপা অমসুং চাবা হৌরকপদগী ওক অদুনা হাক্চবনা খাওবা ঙমদদুনা ফকলাংনচিংবা থেংন-থেংনবা মফমদা তকপা হৌরকই। অহানবদা

হিক অদুনা হৎফমশিং, মরুওইনা অপাবা উনাশা লৈবা, মীংপান, মনাতোনগী অকোয়বা, মনা অমসুং শগা (মখোঙ অনিগী কারক্তা) অঙাংবা ফুগ্রি মচা মচা চোংখোরকই। ফুগ্রিশিংদু মহি য়াওনা খরা খরা চাউখৎলকই। ফুগ্রিশিংদুদগী মচুম থোকপা হৌরকই। মচুমশিং অদু কংশিল্লক্তুনা হমফু মচেং-মচেং ওইনা শকপা হৌরকই। ফিভম অসি য়ৌরকপদা, ওকশিংনা হাক্কজমনবদগী, অফং-অযংবা অকনবা পোৎশিংদা উনশা অদু তকখায়রকই। তকখায়বদগী উনশা অদু তৎতুনা ঈ থোরকপা য়াওই। কুইশিল্লকগা থোরকপা মচুমশিংদুনা কংশিল্লকপদগী ঙাংলৈনবা, কোলহিং মচুগুম্বা হম্ফু মচেং মচেং কাবা হৌরকই। অসুম্না পাৎথোক্লবা মফমসিদা বেক্তেরিআশিং চংশিল্লক্লবদি অনাবদু হেন্না শাথিহল্লি। অশোকপা ওকশিংদু নোংম-নোংমগী চানা চানা শোম্বরকই। মশা অদু শোল্লকপগা লোয়ননা অনাবা মফমশিংদু ইথা থাগৎলগা খুইজিনবদৌনা মথুপ মথুপ উররকই।

মেঞ্জনা শোক্লবা ওক্শিংগী অশোকপা উনশাগী শরুক অদু পোটাশ সোলুসন্না হান্না চামথোক্কদবনি। মথংদা, সেভলোন সোলুসন্না অমুক মফমদু ব্রশ অমনা নোইরগা শেংদোক্কদবনি অসুম্না হম্ফুনচিংবা লৌথোকতুনা শেংনা চামথোক্লবা, অশোকপা মফম অদুদা বেনজাইন বেঞ্জোইক, বেঞ্জিল হেক্সাক্লোরাইড নত্রগা সলফর মকোল চাইশিনগদবনি নত্রগা মলম ওইনা শেল্লগা তৈশিনগদবনি। বেঞ্জিল হেক্সা ক্লোরাইডতি তোয়না শিজিন্নবা ফত্তে। মরুওইনা গর্ভা পুবী ওক্তা শিজিন্নরোইদবনি। ইভমেক্তিন ইঞ্জেক্সন মিলিগ্রাম ০.৩ ওক কিলো ১ লুম্বগী চাংদা অমুক্তং পীবদা মেঞ্জ ফহনবা গুমই। হেঞ্জিন্না শোক্লবা ওকশিংদদি অতোপ্পা মহিক হাৎনবা এন্টিবাইওটিক্স অমসুং এন্টি হিষ্টামিন ইঞ্জেক্সন পীগদবনি।

## লাইশ (হীক)

হিমাটোপিনস সুইস হায়না খঙনবা কোয়রক কোয়বা অমুবা নত্রগা ঙাংলৈনবা হিক মখল অমনা ওক্কী মতু মরক্তা লৈরগা উনশাদগী ঈ চুপ্তুনা হিংই। হিকশিং অসি ওক্কী নাখোঙ, মখৌ, মখোঙগা মবুক্কা তায়নফমনচিংবদা পুল্লপ নপ্তুনা লৈ নত্রগা মতু মরক্তা ফাও ফাওদুনা চৎপা উই অমসুং মতুদা মরুম ঙৌরোক ঙৌনা ময়াম ময়াম থুবা উই।

হিক অসিগী মরুমদগী মচা ওনবদা নুমিৎ ১২-২০ নি চংই। ওনবদগী নুমিৎ ২৯-৩০ নি ফাওবদা মপুন্সি লোই। হিমাটোপিনস সুইস হায়রিবা হিক অসিনা ওক হায়রিবা জীবসি ফংদবদা নুমিৎ ২-৩ নিদা শি।

হিক অসিনা মশিং য়াম্না লৈশিল্লবদি, হিক ময়ামদুনা চিকপদগী হক্কজদুনা ওক অদু অফংবা পোৎ অমদা তকপা হৌরকই। তকমনবদগী উনশা অদু শোকহল্লি। অসুম্না হক্কজমনবদগী ওক অদু পোৎথাফম খঙলক্তে লোয়ননা চাউজন থিল্লকই। অদুগী মথক্তা হিক ময়ামদুনা লেপ্তুনা ঈ চুপথোকখিবদগী এনেমিআ থোকপা য়াওই।

হিকশিংনা ওকী স্বাইন পোক্স ভাইরস , অনাবা ওক্তগী নাদবা ওকশিংদা শন্দোকহল্লি।

লায়না অসি লয়েংনবা অমসুং ঙাকথোক্লবা উপায়দি, গম্মা বেঞ্জিল হেক্সাক্লোরাইড, পেষ্টোবন, টিকনিল, লাইসোললনচিংবা ইনসেক্তিশাইড, অনাবা ওকী উনশা মরক্তা চাইশিল্লগা পুং ১-২ গী মতুংদা সেভলোন সোলুসন্না ঈরুজথোকপা অসি হাপ্তা ২ খুদিংগী অমুক অমুক্তং পাঙথোকপদা হিক খুদিংমক মাঙখি।

হিক্লা শোকলবা ওকশিংনা কুল্লম্বা, লৈমায়দা থারম্বা চরু চনাইনচিংবা পোৎ খুদিংমক মকোন মনুংদা নত্রগা লাপ্লা পুথোক্লগা মৈ থাদোক্কদবনি। কুনফমগী চরু-চনাই নুমিৎ খুদিংগী অনৌবা, অফবা শিনগদবনি। মকোন মনুং অমসুং মনাক নক্লা মথি মযুং অমদি ফত্তা হাওদি পৈশন্দুনা থল্লোয়দবনি। মতম খুদিংদা লু-নান্না থম্নবা হোৎনগদবনি।

## ওক্তা উনশাগী লায়না থোকহনবা হিকনচিংবা হাৎনবা ইনসেক্তিশাইডস (তিল হিদাকশিং)

১) মালাথিওন:-

ঈশিংদা ০.৫% য়ৌনা য়াল্লগা স্প্রে পম্প অমগী মতেংনা ওকী মতু মরক্তা চাইবদা লাইশ অমসুং টিক (খনহিক) হাৎপা ঙমই।

৫% য়াওবা পাউদর ওকী মশাদা চাইশিনবদা লাইশ, ফ্লিস (হুইরী) হাৎপা ঙমই।

ঈশিংদা ২.৫% য়ৌনা য়াল্লগা স্প্রে ওইনা শিজিন্নবদা যুমগী, মকোনগী অকোয়বদা লৈবা হুয়িং অমসুং ফ্লিস হাৎপা ঙমই।

২) রোটেনোন:-

১% পাউদর ওইনা মকোক, মঙক, মনমগন্দা চাইশিনবদা ফ্লিস হাৎপা ঙমই।

৩) টোক্সোফিন:-

ঈশিংদা ০.৫% য়াল্লগা স্প্রে ওইনা কাপ্পদা লাইশ, মাইট হাৎপা ঙমই। হিদাক চাইরবা ওক অদু নুমিৎ ২৮ নি ফাওবগী মনুংদা মীনা চাবা য়াদে।

৪) ট্রাইক্লোরোফোন (নেগুভোন):-

০.১৩৫% ঈশিংদা য়াল্লগা স্প্রে ওইনা শিজিন্নবদা লাইশ, অমসুং মাইট হাৎপা ঙমই।

৫) লিন্দেন:-

০.০৬% ঈশিংদা য়াল্লগা স্প্রে ওইনা চাইবা নত্রগা ডীপ ওইনা শিজিন্নদুনা ওক অদু,

মমিং শোকহন্দনা, পুরা লুপশিনহনবদা লাইশ অমসুং মাইট হাংপা গুমই। উীপ তৌরগদি নুমিৎ ৬০ নিগী মতুংদা মীনা ওক অদু চাবা য়াই।

১% পাউদর ওইনা মকোক, মগুক, মনমগন্দা চাইশিনবদা ক্লিস হাংপা গুমই। হিদাক অসি চাইরবা ওক অদু নুমিৎ ৩০ নিগী মতুংদা মীনা চাবা য়াই।

৬) কিওডনিন :-

০.২৫% ঈশিংদা হাপ্লগা স্প্রে ওইনা অহল্লক নুমিৎ ১০/১০ নি কান্নরগা কাম্নদা লাইশ, মাইট হাংপা গুমই। হিদাক থাল্লবা ওক অদু নুমিৎ ১৪ নিগী মতুংদা মীনা চাবা য়াই।

## ইসক্রু ৱার্ম (মেশগোৎ, হল)

উনশাদা ঈ থোক্লা তংপা, শেগায়বনচিংবা মফমশিংদা হয়িংনা তোংদুনা মরুম কোকশিনবদগী, মরম্মদগী মচা (হল) ওল্লক্তুনা অশোকপা মফমশিংদুদা হল থুংলকই। হলশিংনা উনশাদগী মথং মথং চা-চাদুনা শাদোং মনুংদা হংলগা মহুম শাদু লৈ। মসিদা চেকশিলহৌদ্রবদি ওক্তু শিবা য়ানা শোক্লকপা য়াওই।

মসি থোক্তনবা উনশাদা অশোকপা হেক উবগা হয়িং তোংদনবা হিমেক্স, নেফথেলিননচিংবা ফ্লাই রিপেলেন মলম তৈশিনবীগদবনি। হল চংবা থেংনরবদি টর্পিটাইন থাও হৈজিন্দুনা হাত্তোক্লবা অমসুং লৌথোক্লবা হোৎনবগা লোয়নননা এন্টিবাইওটিক মলম তৈশিনবীগদবনি। ৱাইদগী ফবা হিদাক ওইনা, নেগাসপ্ট ডস্টিং পাউদর (বেয়র) অশোকপা মফমদা চাইবদা হল্‌শিং শি অমসুং থুনা ফজিল্লি।

## প্রোটোজোআনা থোকহনবা লায়না

## কোকশিডিওসিস

মসি ওইসোস্পোরা সুইজ অমদি আইমেরিআ ডেব্লিএকি কৌবা প্রোটোজোআশিংদুনা নুমিৎ ৫ নিদগী ১০ নি ফাওবগী ওক্লাওদা ডাইরিয়া থোকহনবা লায়না অমনি। লায়না অসি ওক্লাওশিংদা য়াম্না তোয়না নাহল্লি, অদুবু শিবগী চাংদি য়াংলি।

লায়না অসিগী লায়ওংদি, মপীগী মথিদগী নত্রগা অমোংপা ঈশিংনচিংবদগী ওক মচাশিংনা প্রোটোজোআ অসিগী উপীষ্ট অদু য়োংশিনখিবগা নুমিৎ ৪-৫ নিগী মতুংদা লায়ওং উংপা হৌরকই। অহানবদা, নপ-নপ লাওবা মথি ফায়রম্লদগী মহি লাংনা, নাপু মচু শাবা মথি ফায়রকই। অনাবা ওক মচাশিংদু শোঞ্জিল্লকই অমসুং মতু ইচোম চোমলকই। শাথিনা শোক্লবা ওক্লাওশিংদি শিবা য়াওই।

লায়না অসি লায়েংনবগীদমক এমপ্রোলিঅম মিলিগ্রাম ১০-২০ নোংমদা ওক কিলো ১ লম্বগী চাংদা নুমিৎ ৪-৫ পীজগদবনি। সলফাকুইনোক্সেলিন অমসুং সলফাগুইনিডিন গ্রাম ২ নোংমদা ওক কিলো ১৫ লুম্বা অমগী চাংদা নুমিৎ ৫-৬ নি মচিঞ্জাক্তা হাপ্লগা পীজরমসু লায়না অসিদগী কনবা ঙমই।মসি ঙাকথোক্লবা উপায়দি এমপ্রোলিঅম মিলিগ্রাম ১ মচিঞ্জাক কিলো অমাদা য়াম্লগা গর্ভা পুবী ওকশিংদা মচা পোকদবা নুমিৎ ১০নি বাংলিঙেদগী পীজরবদি মচাশিংদা লায়না অসি থোকহন্দে।

## মচিঞ্জাক্কী অশোয়বা লৈবদগী থোকহনবা লায়নাশিং

### ভিটামিন এ বাংপা

ভিটামিন এ না সেক্রিটরী, ইপিথেলিএল টিসু অমসুং মিৎকী উননবা পর্পল শেম-শাবা অমদি মথৌ পাঙথোকপা অমসুং মচাগী মহ্য (ইমব্রাইও) শেমগৎ-শাগৎপদা অচৌবা মতেং পী। কেলসিঅম, ফোসফোরসনচিংবনা শেল্লবা শরুগী ফিভম নিয়ম চুম্না শেম্বদা ভিটামিন এ না মরুওইবা দায়ত্ব লৌই। মসি বাংপদগী স্পাইনেল কোর্ড অমসুং ক্রেনিঅমগী মথক্তা ফিভম চুমদনা চাউথোরকপদগী শরুনা প্রেসর পীবদগী নার্ভকী অশোয়বা লাকই। মচিঞ্জাক্তা য়াওবা অশং-অমান, শজিক অমদি নাপু মচুগী চুগজাকনচিংবা হবায়-চেংবায়দা য়াওবা কেরোটিনদগী ফিরাক্লা ভিটামিন এ শুংই। দানা ওইনা মৈদা ফুৎলগা শেল্লা মচিঞ্জাক, য়ুপং অমসুং অনসেচুরেটেং ফেক্টী এশিদ য়াওবা মচিঞ্জাক্তা অশং-অমান, মনা-মশিং য়াওদনা মতম শাংনা পীজরবদি ভিটামিন এ বাংলকই।

ওক্তা ভিটামিন এ বাংপগী লায়ওংদি চাউজন থিলবা, অরাম-খৌরাংবা মাঙলকপা, নার্ভকী অশোয়বা লাপশিংদা চৎপদা হাইগ্লং-তুরং তৌবা, মকোক নিকপা, খুদুঙ শিথরকপা, অরংবা উনশাগী মচু মাঙখিবা অমদি মনমগনগী অপৌবা মতুশিংদুগী মতোন কায়বা উই। ভিটামিন এ শাথিনা বাংলবা অমোমশিংনা (মরুওইনা হাতম) অশিবা নত্রগা শিরুম-নারুম তৌবা মচা পোকই। অশিবা মচাশিংদু ঈশিং হানবদৌনা পোমথৎ-চাউখৎলি; অহিংবা মচাশিংদুনা য়াম্না শোল্লি, মখোম থকপা ঙমদদুনা মপীগী অকোয়বদা কাফে-তুকে চত্তুনা নত্রগা নাহেদুনা লৈ। খরা কনবা মচাশিংদুনা চরু-চনায়নচিংবা মকোন মনুংদা লৈবা কুনফমদা মচিন্না হত্তুনা লৈ। মসিগী মথক্তা ওক্লাওশিংদুগী মিৎকম ইকং কংশিন্না চপশিন্না উই। করিগুম্বদা মমিৎ তাঙবা মচাশিং য়াওরকই। মচিঞ্জাক্তা নুমিৎ খুদিংগী ভিটামিন এ য়াওবা প্রেমিক্স হাপকদবনি। মচিঞ্জাক শেম্বদা অঙাংবা নত্রগা নাপু মচুগী চুগজাক হাপকদবনি। নুমিৎ খুদিংগী অশংবা মনা-মশিং, শজিক হিংনা পীজগদবনি।

ওক খুদিংমক চাউরে কনবা হেনগৎনবা, মশা-মউ ফবা মচা য়াম্না পুথোকপা ঙম্লবা নুমিৎ ৩০ শুরবা ওক্লাওদা ভিটামিন এ আই, ইয়ু ৩৭,৫০০ অমোমশিংদা থা ৫/৬ শুরকপা

হীট লাক্লমদায়দা আই, ইয়ু ১,৫০,০০০ মচা পোকদবা থা ১ ব্রাংলিঙৈদা আই, ইয়ু ৩,০০,০০০ মপাশাদা থা ৬/৭ শুরকপদা আই, ইয়ু ৩,০০,০০০ অদুগা সার্ভিস তোয়না পীবা মতমদা থা খুদিংগী আই, ইয়ু ৩,০০,০০০ নুমিৎ খুদিংগী কাম্লীগদবনি। চেকশিনগদবা অমনা, নহা ওইরিবা ওকশিং ভিটামিন এ য়াম্না হেল্লিয়া থারবদি হকচাং মনুংদা ঈ হাথবদগী খুদক্তা শিগন্নি। অমোমশিংনা গর্ভা পুবা হৌরকপদা ওইরগনা অশোয়বা মচা পোকন্নি।

## থাইএমিন (ভিটামিন বি ১) ব্রাংপা

ভিটামিন অসি হন্নায়-চেংব্রায়, মনা-মশিং, য়েক্রম মমুৎ, ফিব্রাক, কিদনী অমসুং ওকশাদা মরাং কায়না ফংই। মৈদা মুম্না থোংলগা (ফুৎলবা) দানানচিংবদদি মসি ফংবা ঙমদে। অদুনা থোংদোক্লবা দানা নত্রগা য়ুপং খক্তা মতম শাংনা পীজদুনা য়োকপা ওকশিংদা থাইএমিন ব্রাংপগী লায়ওং উংলকই।

মসিগী লায়ওংদি, খরা খরা ব্রাংপা হৌরকপদা চানীঙ থকনীঙবা ফাওরক্তে অমদি চাউজম থিল্লকই। করিগুম্বদা ওরকই, মশাগী মৈশা অমসুং স্বর হোনবা হন্বরকই। অসুম্না হাপ্তা ৫ লৈরগা থম্মোয় লেপথিবদগী শিবা য়াওই।

অশোয়বা অসি লৈতনবা, মৈদা ফুৎলগা শেম্না দানা অমদি য়ুপং ওক্সী মচিঞ্জাক ওইনা পীজবা তারবদি, পীজরমদায়দা ভিটামিন সপ্লিমেন্ট হাপকদবনি। মসিগী মথক্তা অশংবা শক্তিক নুমিৎ খুদিংগী পীজগদবনি।

## রাইবোফ্লেভিন (ভিটামিন বি ২) ব্রাংপা

রাইবোফ্লেভিন হায়বসি ভিটামিন বি কমপ্লেক্সকী মনুং চনবা মৈশা অমদি মঙালনা মাঙহনবা ঙমদবা, শা-ঙা মনা-মশিংদা মরাং কায়না ফংবা ভিটামিন অমনি। মসি হন্নায়-চেংব্রায়, মরু-মরাংদদি খরা ব্রাংলি।

ভিটামিন অসি ব্রাংপদগী ওকশিংনা চানীঙ-থক্নীঙবা ব্রাংলকই, চাউজন থিল্লকই, উনশাগী অরংবা-অনানবা শরুক মাঙশিল্লকই, মতু কেল্লকই লোয়ননা উনশাদা মতৎ-মতৎ চাফৎপদগী মচুম থোরক্তুনা মতুশিং নপশিল্লি। করিগুম্বদা ওবা থিবেৎ ফায়বা য়াওরকই। মখোঙ খুজিনগী মমায়দা মরী-মরী তোঙখৎলকই। অসুম্না খুজিন্দা থাগৎপদুনা মরম ওইদুনা চৎপদা নাবদগী শিৎল-শিৎলগা চৎপা য়াওরকই। করিগুম্বদা মমিৎ ভাংশিল্লকই, মিৎপান পোমখৎলকই, মমৈদা মমিৎ মনুংদা অঙৌবা কারকই। গর্ভা লৈরবী ওকশিংদা ভিটামিন অসি শাথিনা ব্রাংলবদি অশিবা মচা পোক্লকই।

লায়না অসিদগী কন্ননবা লায়ওং হেক উবগা ভিটামিন বি কমপ্লেক্স ইঞ্জেক্সন হাপ্তা অমরোম পীগদবনি। অব্রাংপা অসি লৈতনবা মচিঞ্জাক্তা রাইবোফ্লেভিন গ্রাম ২ কাওবা কিলো

১ গী চাংদা হাপ্তুনা নুম্বিৎ খুদিংগী পীজবগা লোয়ননা ঙাকুপ (ফিস মিল) অমদি মনা-মশিং মরাং কায়না পীগদবনি।

## পেন্টোথেনিক এশিড রাংপা

পেন্টোথেনিক এশিড হায়বসি ভিটামিন বি কমপ্লেক্স কী মনুংচনবা, শা-ঙাগী ফিরাক, য়েরুম মমুৎ, লৈবাক হৱায়, চুগজাক, বার্লি, মঙ্গলনচিংবা হৱায়-চেংৱায় অমসুং মোলাস (চুহিগী খরবান) নচিংবদা মবাং কায়না ফংবা ভিটামিন অমনি।

ভিটামিন অসি রাংপদগী মপীদগী খাইনরবা ওক্লাওশিংনা চাউজন থিলবগা লোয়ননা থিবেং কায়বা থৌরকই। মথংদা মখোঙ খুদুঙ অনিদু লেপ্পা মতমদা নত্রগা মচিঙাক চারিঙেদা হুক্কং-হুন্দা থাক্কং-থাংথা শান্নবা থৌরকই। মথংদা, চংপদা কপতিং -কপতিং তৌরকই। অসুম্না, নোংম-নোংমগী রাংপা হেন্জিল্লকুনা মনীঙখোঙদগী মখোঙ খুদুঙ য়াওনা পেরালাইসিস (শিথবা) তৌরকুনা থৌগংপা ঙম্লক্তে। অতোপ্পা অমদনা, শোক্লবা ওক অদুগী মখোঙ খুদুঙ অদু মরক মরক্তা ফং-ফং কাওরকই। অসুম্না হেন্জিল্লকপদগী খুদুং অনি অদু চংপদা ঙানু কাঙানা চংপগুম মবুক য়ৌনা থাঙ্গৎলগা খুনিঙ (হোক জোইন্ট) না লৈমায়দা শোক্কে তৌনা থাংথরগা চংলকই। করিগুম্বদা খুনিঙনা লৈমায়দা শিংলগা চংপসু য়াওরকই। অসিগী মথক্তা ভিটামিন অসি রাংপদগী ওক নহা-অহল খুদিংদা চাউজন থিলবগা লোয়ননা উনশাদা মকু হুবা (কুরাংবান মচেৎ-মচেৎ লুপৌগুম্না কেনবা) অমদি মতু য়াম্না কেনবা উই।

লায়ওংশিংসি উবগা ওকশিংগী মচিঙাক্তা কেলশিঅম পেন্টোথেনেৎ গ্রাম ১০ টোন অমগী চাংদা হাপ্লগা পীজবদা লায়না অসিদগী কনবা ওমই। অশোয়বা অসি লাক্তনবা চুগজাক, হৱায়-চেংৱায়, ফিস মিল অমদি বাদাম নত্রগা খোইদিং থাওথিগী মথক্তা ভিটামিন প্রেমিক্স হাপ্লবা ফীদ পীজগদবনি।

## বাইওটিন রাংপা

বাইওটিন হায়বসি ভিটামিন বি কমপ্লেক্সকী মনুং চনবা, শা-ঙাগী ফিরাক, শঙ্গোম, হৱায়-চেংৱায় অমসুং মনা-মশিংদা মরাং কায়না ফংবা ভিটামিন অমনি। গেহু নত্রগা বার্লিনা চুগজাকী মহুৎ শিন্দুনা পীজবা ওকশিংদা বাইওটিন রাংপা খরা হেন্না থোকল্লি।

হাপ্তা ৫ দগী ৭ মুক মচিঙাক্তা বাইওটিন য়াওদ্রবদি খুনীঙ চাকৎলকই। খুয়াদা ময়ি-ময়ি চংনা শেগায়রকই। করিগুম্বদা খুজিন্দসু ময়ি চংনা কায়রকই। অসুম্না শোক্লবা ওকশিং মখোঙ শেক্লকই। মতু কেল্লকপগা লোয়ননা উনশা ইকং কংশিল্লকই অমসুং হান্ফু কারকই। মরৈদা অঙৌবা, অপাবা কুরাংবান পকপগা লোয়ননা অকুৎপা ময়ি-ময়ি চংপা উরকই।

অশোয়বা অসি লাক্তনবা মচিঞ্জাক্তা বাইটিন য়াওবা ফীদ সপ্লিমেন্ট হায়রগা লোয়ননা অশংবা মনা-মশিং নুমিৎ খুদিংগী পীজগদবনি।

## নিকোটিনিক এশিড নত্রগা নিআশিন ৱাংপা

নিকোটিনি এশিড নত্রগা নিআশিন হায়বসি ভিটামিন বি কমপ্লেক্সকী মনুং চনবা, মৈশা, এসিড, অলকালিন নত্রগা ওক্সিজেন্না মাঙহনবা ঙমদবা ভিটামিন অমনি। মসি হকচাং মনুংদা নিকোটিনামাইদ ওইনা মথৌ পাঙথোকই অমসুং ট্রীপ্তোফেন্দগী ভিটামিন অসি শুংবা ঙমই। শা-ঙাগী কিন্নাক, বাদামগী থাওথি, নুমিৎলৈ মরুগী থাওথিদা ভিটামিন অসি মরাং কায়না ফংই। ট্রীপ্তোফেন কৌবা এামইনো এশিড য়াওবনচিংবা হবায়-চেংবায়দগী মসি ফংবা ঙমই।

ভিটামিন অসি ৱাংপদগী নহা ওইরিবা ওকশিংনা থিবেৎ ফায়রকই। চানীঙ থকনীঙবা পোক্লক্তে, ইতে-তেনা উরকই, চপশিল্লকই অমসুং চাউজন থিল্লকই। ঈ ৱাংপদৌনা উনশাগী মচু হোংলকই। মতমসিদা উনশাগী অনাবা, হিকনচিংবা চংলকই লোয়ননা মতু কেল্লকই। করিগুম্বদা য়াম্না শাথিনা শোক্লবা ওকশিংগী নিঙখোঙ অমদি খুদুঙ শিথবা য়াওরকই। থিবেৎ ফায়বা হৌরকপদা ষ্ট্রেপ্টোকোকাস নেক্রোফোরস, বলান্টিডিঅম কোলাই নত্রগা সালমোনেল্লা কোলেরা সুইসনচিংবা বেক্তেরিআশিং চংশিল্লক্তুনা ঈতোন ফায়রকপা য়াওই। লায়না অসি মচিঞ্জাক্তা চুগজাক্লা য়ামহল্লগা থাওথি, ঙাকুপ (ফিস মিল) অমসুং ভিটামিন সপ্লিমেন্ট হাপ্তবা ওকশিংদা থোক্কন্নি।

লায়না অসিদগী কন্নবগীদমক মচিঞ্জাক্তা অলফা-অলফা, ফিস মিল ১সুং মীট মিল মরাং কায়না হাপকদবনি। মসিগী মথক্তা বের্কস য়ীষ্ট (দবলরোতি শাবদা শিজিন্নবা ময়াল) লোংমদা গ্রাম ১০ নুমিৎ ১৫ নি হাপকদবনি। মখোম থকলিবা ওক্লাওশিংদা শোক্লবদি মপীগী মচিঞ্জাক্তা কিলো ৪৫ দা গ্রাম ৯০০ নুমিৎ ১৫ নি হাপকদবনি।

## ভিটামিন ই ৱাংপা

ভিটামিন ই হায়বসি টোকোফেরোল হায়না খঙনবা ওঙ্কী মশাগী শাদোং অমসুং কিন্নাক শেমগৎ-শাগৎপা অমদি মথৌ নিংথিনা পাঙথোকপদা চংদবা য়াম্রবা মচল অমনি। মসি মনা-মশিং (শজিক) অশংবদা মরাং কায়না য়াওই। শজিক অনৌবনা অরিবদগী ভিটামিন অসি য়াওবা হেল্লি। পাম্বীগী মকোক-মউ অমদি মশাদগী মনাদনা অমুক হেন্না য়াওই। অশংবা শজিক্লা কংলকপা মতমদা ভিটামিন অসিগী ৯০% মাঙথি। চুগজাকনচিংবা মরু-মরাং, হবায়-চেংবায়দসু মসি মরাং কায়না ফংই। শা-ঙাদদি মসি থরা ৱাংনা য়াওই।

ওক্তা ভিটামিন ই শাথিনা ৱাংলবদি মরুওইনা মস্কুলর ডীষ্ট্রোফী (শাদোং পৎথ-

পুমথরকুনা মাঙশিল্লকপা) লিভর নেক্রোপসিস (কিরাক পংথ-পুমথরকপা) না মরম ওইদুনা হেপাটোসিস ডাইটেটিকা, ন্যুত্রিসনেল মস্কুলর ডীস্ট্রোফি, মলথেরী হার্ট ডিজিজ, হার্টজতোং, য়েল্লো কেৎ ডিজিজনচিংবা থোকহল্লি। ভিটামিন অসি শাথিনা বাৎলবা ওক্লাওশিংনা হাপ্তা ২মুক শুরকপদগী লায়না অসিগী লায়ওং উংপা হৌরকপদা মশাদু ইনোয়-নোয়না উই, অদুবু মেৎলগা য়েংবদা উনশা মথাদা পেং-পেং লাওনা থাগৎপা থেংনৈ। মশাগী মৈশা হেনগত্তে অমদি থিবেং ফায়বা য়াওদে। অদুবু স্বরদি মতম অয়াম্বদা থবেং-থবেং হোল্লি। করিগুম্বদা লায়ওংশিংসি উত্তনা খঙহৌদনা শিবসু য়াওই। অহল ওইরবা ওকশিংনা মথন্তা চৎপদা নত্রগা চিংথোক চিংশিন তৌরুবদা ইথক-থগৎপা, লেংজুম মপাদা থক-থক নিকপা উংলকই। মতমসিদা খঙহৌদনা শিবসু য়াওই। অশিবা ওক্তুগী খুদুগুগী শাদোং অদু ককথৎলগা য়েংবদা ঙৌরোক ঙৌই নত্রগা বাউথাংনৈ। উনশা মথাগী অমদি মশা মনুংগী অঙৌবা থাওগী শরুক অদু নাপু মচু শাই। হিংহৌবা ওকশিংনা চাউজন য়াম্না থিলদুনা পীকশল্লগা লৈ।

লায়না অসিদগী কন্ননবগীদমক সেলেনিউম মিলিগ্রাম ১.% + এলফা-টোকোফেরোল আই, য়ু, ৬৮ কিলো ২৫ লুম্বা ওক্কী চাং য়েংলগা শাদোংদা কাপকদবনি। গর্ভা পুরবী ওকশিংদা, পোক্লকদৌরিবা মচাশিংদা ভিটামিন ই বাৎপগী লায়না লাক্তনবা, হাপ্তা ৩-৪ শুবদগী, কিলো ৯০ লুম্বা ওক অমগী য়ামদ্রবদা ভিটামিন ই ১.৫ আই, য়ু, মচিঙ্গাক কিলো ১ গী চাংদা হাপ্তুনা পীজগদবনি। অসিগী মথক্তা নুমিৎ খুদিংগী অশংবা শজিক মরাং কায়না ফংহনগদবনি।

লাপ্পা পুথোক পুশিন তৌবদা খঙহৌদনা শিবা থোক্তনবা ভিটামিন ই অমসুং এজের্পেরোন ব্রাংকুইলাইজর মিলিগ্রাম ১ কিলো ১/২ লুম্বগী চাংদা কাপকদবনি।

## আইরন বাৎপা

লমহাংদা থাদোক্তুনা লৈবাক অমদি অনৌবা নাপী মতোম্নচিংবা চাবগী খুদোংচাবা পীদনা, কংক্রিৎ নত্রগা উবাক্লা লৈমায় ওইদুনা শেম্বা মকোন্দা ফাজিন্দুনা থম্লগা য়োকপা মপীনা চেল্লিবা ওক্লাওশিংদা আইরনগা লোয়ননা কোপ্পর বাৎপদগী হায়পোক্রোমিক মাইক্রোশাইতিক এনেমিআ থোকই। মসি মচাগী মশিং য়াম্বা চাগোক্কী ওক্লাওশিংদা থবা হেন্না শাথিবা উই। অদুগা অমুবা ওক্লাওশিংনা অঙৌবা ওক্লাওশিংদগী হেন্না শাথিহল্লি।

লায়না অসি ওইরকপগী মরমদি, পোকপদা ঙাইহিরিবা ওক্লাওগী ঈদা হিমোগ্লোবিন গ্রাম ৯% দগী ১১% ফাওবা য়াওরকই। চাং অসি নোংম-নোংমগী হন্থরকপদগী ওক্লাও অয়াম্বদা ৮% ফাওবা য়ৌরকই। অদুবু, আইরন বাৎপদগী পোকপদগী নুমিৎ ১০ নিমুক শুমকপদা ৪% অদুগা, ৩শুবা হাপ্তাদা ২% ফাওবা হন্থরকপা য়াওই। চাং অসিদদি ওক্লাও অদু এনেমিআগী লায়ওং উংপা হৌরকই। অদুগা অমনা পোকপদা য়াওরকপা ওক্লাওগী কিরাক্তা তুংশিন্দুনা লৈবা আইরনগী চাং য়াম্না নেমই। মপীনা গর্ভা পুরিঙৈদা আইরন মতিক চানা পীরবসু চাং অসি হেনগৎহনবা ঙমদে। হায়রিবা আইরনগী চাং অসি ওক্লাওদুনা হিংবদা

চংগদবা ঈ শুংবদা হাপ্তা ২ নত্রগা ৩ ফাওবদং কোম্লে। অদুগী মথক্তা, আইরনগী অৱাংপা লৈত্রবা মপী অমদগী ওক্লাও অমনা মখোম থকপদা নোংমদা আইরন মিলিগ্রাম ১ থক্তং ফংবা ঙমই। চাজেনবী মপীদুদা আইরন হেঞ্জিন্না পীরবসু ওক্লাও অমনা মিলিগ্রাম ১ দগী হেন্না ফংবা ঙমদে। অদুবু, মশা-মঊ ফনা হিংননবগীদমক ওক্লাও অমগী ঈ মিলিলিটর ১০০ দা হিমোগ্লোবিন গ্রাম ১২-১৪ য়াওফম থোকই। মসিগীদমক নোংমদা আইরন মিলিগ্রাম ১৫ মচিঞ্জাক্তা দরকার ওই। অসুন্না, দরকার ওইরবা আইরনগী শরুক অদু লৈবাক, মনা-মশীং অমদি ক্রীপ ফীদতগী ফংবগী খুদোংচাবা লৈত্রবদি ওক্লাও অদুদা আইরন ৱাংপগী অনাবদু লাকই। অদুগা অমনা ওক্লাওশিংগী মচিঞ্জাক্তা কেলশিঅম কার্বোনেৎ অমদি মেঙ্গানিস হেঞ্জিন্না হাপ্পগসু আইরন, ৱাংপগী লায়ওং উংলকই।

লায়না অসিগী লায়ওংদি, পোকপদগী হাপ্তা ২-৩ শুরবা ওক্লাওশিংদা লয়া শেংনা উবা ফংই। ওক্লাও অদু মশা-মঊ ফনা উরগসু অতৈদগী পীকশিল্লি, চাবা থকপা ৱাংলকই, থিবেৎ ফায়রকই। মথিগী মচুদি হোংদে। উনশাগী মচু তাইফেৎ তাই। মনা, মবুকনচিংবদু নাপু মচু শারকই। করিগুম্বদা মকোক অমদি চগোৎ মপাদা পোমখৎপদগী নোয়না উই। অসুন্না থিবেৎ ফায়না ফায়না শোম্বরকপগা লোয়ননা মতুশিংদু শৌ-শৌ লাওরকই অমসুং য়েংবদা মতু য়াম্না চোম্বা ওক ওইনা উরকই। মতমসিদা খঙহৌদনা শিবা য়াওই। শিহৌদবা ওক্লাওশিংনা থিবেৎ ফাযবা লেপত্রগা ইশোন শোন্না, মতু য়াম্না চোমদুনা পীকশিন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা ওকশিংদু খংহনবা নত্রগা ফু-চৈদুনা তানবদা স্বর মপী হোল্লি অমদি মিহন্দু দং-দং চোংই। গর্ভা পুরবী ওকশিংনা আইরন য়াম্না শাথিনা ৱাংপদগী মচা শিনা-শিনা পোকপসু য়াওই।

লায়না অসিদগী কন্নবগীদমক পোকপদগী নুমিৎ ৪ নিদগী ৭ নি ফাওবগী ওক্লাওদা ইলেমেন্টেল আইরন মিলিগ্রাম ১০০ য়াওবা আইরন ডেক্সত্রান (ইমফেরোননচিংবা) মিলিলিটর ১ অদুগা নুমিৎ ১৪ নি শুবদা মিলিলিটর ২ ফাওবা শাদোংদা কাপকদবনি। নোংমদা ফেরস সলফেৎ ১.৮% সোলুসন মিলিলিটর ৪ ওক্লাও অমদা নুমিৎ খরনি নত্রগা নোংমদা আইরন পায়রোফোসফেৎ মিলিগ্রাম ৩০০ নুমিৎ ৭ নি পীথক্লবসু এনেমিআদগী কনবা ঙমই।

লায়না অসি ঙাকথোক্লবা মরুওইবা উপায়দি, গর্ভা পুরবী ওক্তা গর্ভাগী নুমিৎ ৯৩, ১০০ অমসুং ১০৭ নি শুবদা আইরন ডেক্সত্রান মিলিলিটর ২ (ইলেমেন্টেল আইরন মিলিগ্রাম ২০০) মথংশিংনা অহন্নক শাদোংদা কাপ্পীগদবনি। মপীদুনা পোক্লকপা ওক্লাওশিংদা নুমিৎ ৪ নি অমদি ১৪ নি শুবদা আইরন ডেক্সত্রান মিলিলিটর ১ মম শাদোংদা কাপকদবনি। মসিগী মথক্তা চাজেনবী ওকপীগী মখোমদা ফেরস সলফেৎ গ্রাম ৪৫৩.৫৯, ঈশিং লিটর ২ গা য়ান্নরগা শেম্বা সোলুসন, মচাশিং মখোম থকপদা য়াওথিনবা নোংমদা ২/৩ লক তৈবীগদবনি। নত্রগা লৈবাক অফবা কিলো ২ গ্রাম ৪৫৩.৫৯ দা ফেরস সলফেৎ গ্রাম ৪৫৩.৫৯ গা কোপ্পর সলফেৎ গ্রাম ৭০.৮৮ মমুৎ তানা য়াল্লগা মকোন মনুংদা চাইশিন্দুনা থম্বীবদা ওকশিংনা মদু চাবদগী আইরন মতিক চানা ফংদুনা এনেমিআ লাক্কদবদগী কনবা ঙমই। শজিক মরাং কায়না

হৌবা লমপাক্তা অফবা মফম য়েংলগা থাদোক্লবদি ওক্লাওশিংনা শজিক অমসুং লৈবাক্তগী আইরন মতিক চানা ফংদুনা এনেমিয়া থোকহনবা ঙমদে।

## রিকেৎস

নহা ওইরিবা, মরুওইনা থা ২ দগী ৬ ফাওবগী, চাউরে কন্না ইনখৎলক্লিবা ওকশিংগী মচিঞ্জাক্তা কেলশিঅম, ফোসফোরস অমসুং ভিটামিন ডি ৱাৎপদগী চাউবা লেপ্লকপা, চোকথরকপা, মখোঙ খরা খরা শেক্লস্বদগী হেঞ্জিল্লকপগা লোয়ননা য়াংলেন অমদি মখোঙশিংগী ফিঙম শোয়রকপা অমসুং লেপখৎপা ঙম্লক্তবা, মমৈদা শিবা অসিবু রিকেৎস হায়না খঙনৈ।

মসি ওইরকপগী মরুওইবা মরমদি, ওক্কী মচিঞ্জাক্তা য়াওফম থোকপা কেলশিঅম অমসুং ফোসফোরসকী চাং অসি ১.৫-২:১ নি। করিগুম্বদা ফোসফোরসকী চাং হেনমনগ্রবদি য়াওরিবা কেলশিঅম অদু চুপশিনবদা অপনবা ওই। মরম অসিদগী ফোইফোরস ৱাংনা য়াওবা চেংকুপ-ৱাইকুপ অমদি হৱায়-চেংৱায়না নম্না শেস্বা মচিঞ্জাক মতম শাংনা পীজবদগী ওক্তুগী মশাদা কেলশিঅম ৱাৎপগী চৈথেং ফংলকই। মসিগী মথক্তা নুংশাগী মৈশা-মঙাল ফংদবা উরুম-লাংবা মকোন্দা থম্বগী মথক্তা মচিঞ্জাক্তা ফিস মিলনচিংবা ৱাৎপদগী ভিটামিন ডি মতিক চানা ফংদদুনা মচিঞ্জাক্তা য়াওরকপা কেলশিঅম অদু মফম চানা শিজিন্নবা ঙমদে। অসুম্না, মতম শাংনা কেলশিঅম ৱাৎলকপদগী রিকেৎস ওইরকই। অমরোমদা, ফোসফোরস ৱাৎমল্লগসু লায়না অসি থোকহল্লি। অদুগা, পারী-পুরী, ধারা-নালাগী জীন্নসু লায়না অসি মচা-মশুদা থংথরকপসু য়াওই।

লায়না অসিগী লায়ওথ্নি, অহানবদা ইনখৎলক্লিবা ওকশিংদু চাউজন থিল্লকই, মশা ইচোক-চোকথরকই লোয়ননা মখোঙ শেকপা হৌরকই। খরা কুইরবা মতুংদা তাং তাং চাউথোরকই, মথংদা খুমাঙ অনিদু লিরুং শানা কোল্লকই। মথংদা থবাক মপাগী য়াংলেন শক্ত তোংখৎলকই। অসুম্না শোক্লবা ওক অদু য়াম্না শোল্লকই, ইচম চম্না হৌগৎপা ঙম্লক্তে, নমদুনা হৌগৎহল্লবদি নাহেদুনা শিংল-শিংলগা ৱানা হৌগৎলি। চানীঙ-থক্লীঙবা ফাওবগী মওংদা খয়াক্তা কোঙ্গোল থোক্তুনা চপ-চপ লাওনা লেংলগা লৈ। করিগুম্বদা ১০৩.৫°F-১০৪°F (৩৯.২°C - ৪০°C) য়ৌনা লায়হৌ তৌরকই। শোক্লবা অয়াম্বা ওকশিংনা হইদৌনা ফল্লগা লৈ।

লায়না অসিনা শোক্লবা ওকশিংদা কেলশিঅম, ভিটামিন ডি, অমদি বি ১২ য়াওবা কেলডি - ১২ (দবল্যু, পি, এ,), কেলশি ওস্টেলিন (গ্লেক্সো) নচিংবা হিদাক হাপ্তা অনিমুক শাদোংদা কাপ্লদা কাম্নবা ফংই। মসিগী মথক্তা মচিঞ্জাক্তা মচল শুরবা ফীদ সপ্লিমেন্ট মতিক চানা হাপকদবনি।

## পরাকেরাটোসিস (জিঙ্ক য়াৎপা)

মচিঞ্জাক্তা জিঙ্ক য়াৎমনবদগী চাউজন থিল্লকপগা লোয়ননা মশা পুম্বা চেৎ-চেৎ চিংখায়বা, য়াওথাংনবা, অকংবা হাম্ফুনা উনশা অদু ইথা-থাগত্তুনা কুপশিনবা লায়না অদুবু পরাকেরাটোসিস হায়না খঙনৈ। মচিঞ্জাক্তা জিঙ্ক য়াৎপদ নত্তনা নুংহবায় হেঞ্জিন্না পীজবদগী ফাইটিক এসিড য়াম্না থোকহন্দুনা নত্রগা কেলশিঅম হেঞ্জিন্না হায়দগী জিঙ্ক চুপশিনবা থিংবনসু লায়না অসি থোকহল্লি।

লায়না অসি পোকপদগী থা ২-৪ ফাওবগী নহা ওইরিবা ওকশিংদা নম্না থোকল্লি। অহানবদা মবুক, মকৈ মনুংগী উনশা অপাবদা মতৎ-মতৎ ঙাংশিল্লকই। ঙাংশিনবা মফমশিংদু ফুগ্রি অচৌবা ওল্লকই, মথংদা থাগৎলকই অমসুং হাম্ফু কায়রকই। অসুম্না, মশা পুম্বগী উনশা অদু ইথা থাগত্তুনা চেৎ-চেৎ চিংখায়বা অকংবা হাম্ফুনা কুপশিল্লকই। চেৎখায়রবা হাম্ফু মরক্তগী মচুম তারকই। করিগুম্বদা, মচুম থোক্লবা চেৎখায়বা মফমদুদা অতোপ্পা মহিক্রচিংবা চংশিল্লকপদগী উনশাগী লায়নাদু শাথিহল্লি। পরাকেরাটোসিসনা নারবা ওকশিংনা হকজবা অমদি অনাবা ফাওদে। অদুবু ইক্সুডেটিভ ইপিডর্মাইটিসগী ভাইরস চংলক্লবদি ওক্লাওশিং য়াম্না শিগল্লি।

লায়না অসিদগী ঙাকথোক্লবগীদমক জিঙ্ক পি, পি, এম, ১০১ নুমিৎ ১০ নিদগী ৪০ নি ফাওবা হাপকদবনি। জিঙ্ক কার্বোনেৎ, সলফেৎ নত্রগা ওক্সাইদ হাপ্পা তারবদি অহানবদা মচিঞ্জাক টোন ১ দা গ্রাম ২২৭ হাপ্লম্বদগী খরা খরা হেনগৎপদুনা পি, পি, এম, ২০০ ফাওবা হাপ্পা য়াই।

## হায়পোগ্লাইশেমিআ

ঈদা চিনিগী চাং য়াৎপবু হায়পোগ্লাইশেমিআ কৌই। লায়না অসি পোকপদগী নুমিৎ ৭ নি ফাওবগী ওক্লাওশিংদা য়াম্না থোকল্লি। মসিগী অশেংবা হৌরকফমদি চাবা থকপা ফংদবদগীনি। মপীগী মখোম থোক্তবা নত্রগা মচাশিংনা মরম খরদগী মপীগী মখোম থকপা ফংদবদগী লায়না অসি থোকহল্লি। মচাশিংনা লৈগদবা কা হায়বদি মচা পোকফম মকোন মনুংগী মৈশাগী চাং য়াম্না হম্বা (য়াম্না ইংবা) লোয়ননা শোম্বরবা ওক্লাওদুদা চংলকপা মহিক মতাংশিংনা লায়না অসি হেন্না শাথিহল্লি।

পোকপদগী নুমিৎ ২১ নি ফাওবগী মনুংদা ওক্লাওশিংগী ফিরাক গ্রাম ১০০ দা গ্লাইকোজেন মিলিগ্রাম ১০-১৪, ঈ মিলিলিটর ১০০ দা গ্লুকোজ মলিগ্রাম ৮০-১০০, ফ্রক্তোজ মিলিগ্রাম ৫০-৬০ য়াওরকই। নুমিৎ ৭ নি শুবা ফাওবদা ওক্লাওশিংদা গ্লুকোজ শুংবা ঙমদবনা মচিঞ্জাক হেক ফংদবদা মশা মথন্তা হিংননবা ফিরাক্তগী গ্লাইকোজেন শিজিন্নরকপদগী মসিগী চাং হম্বরকই। পুং খুদিং মখোম থকদবা জীবদুনা করি অমত্তা ফংদ্রবদি ঈদা য়াওবা গ্লুকোজ অদু মিললিলিটর ১০০ দা মিলিগ্রাম ৫০ ফাওবগী চাংদা হম্বরকই। চাং অসি য়ৌরকপদগী হায়পোগ্লাইশেমিআগী লায়ওং উংপা হৌরকই।

মসিগী লায়ওংদি, অহানবদা তন্দে-মান্দে চংপা হৌরকই। মথংদা মনাতোন্না লৈমায়দা শৌরগা লেপ্পা হৌরকই। শাথিনা শোক্রবশিংনা কুন্নস্বদগী ফৈনা তুরকই অমসুং নিকপা হৌরকই। অদুগা মখোঙ খুমাঙ অনি অদু য়ান্না থুনা চেনবদৌনা কাওবা-খোংপা হৌরকই। মখয়াত্তা কোঙ্গোল থোরকপগা লোয়ননা মচিন্দু অরাম-খৌরাংবগী মওংদা লেংবা হৌরকই। মতমসিদা স্বর অমদি মিহুন তপথরকই। অসুন্না, লায়ওং উংপা হৌরকপদগী নুমিৎ ২৪ দগী ৩৬ নি ফাওবগী মনুংদা ওক্লাও অদু শি।

হায়পোগ্লাইশেমিআদগী কন্ননবগীদমক লায়ওং উংপা হৌরবা ওক্লাওশিংদা ৫% ডেক্সট্রোজ ইঞ্জেক্সন মিলিলিটর ১৫ ইন্ট্রা পেরিটোনিএল, (মবুকী অহাংবা মনুংদা) পুং ৪ দগী ৬ খুদিংগী কাপ্পীবগা লোয়ননা ৩০°C-৩৫°C (৮৫°F-৯৫°F) ফাওবগী মৈশা ফংবা ব্রুদর মনুংদা থম্বীগদবনি। মপীগী মখোম নত্রগা অশেন্বা মচিঞ্জাক (প্রি-স্টার্টর কীদ) পুং ৪/৫ খুদিংগী ইনবীগদবনি।

## প্রোটিন অমসুং এমাইনো এসিড ৱাৎপা

প্রোটিন হায়বসি অহিংবা সেল খুদিংদা য়াওবা অমদি সেল খুদিংমক হিংহল্লিবা মচাক অমনি। জিবা অমগী মশাদা তোঙান তোঙানবা প্রোটিন কয়ামুক য়াওই।প্রোটিনশিংগা ইঞ্জাইম, এসিড নত্রগা আলকালিগা তিন্নরগা এমাইনো এসিদ থোকই। অসুন্না প্রোটিন্দগী এমাইনো এসিদ ২৫ রোম থোরকই। জীবশিংনা এমাইনো এসিড অয়াম্বা মশা মনুংদা শুংবা ঙমই। অদুবু এমাইনো এসিড ২৫ সিগী মনুংদা ১০ দি, হায়বদি অর্জীনাইন, হিষ্টিডাইন, আইসোল্যুশাইন, ল্যুশাইন, লাইসাইন, মেথিওনাইন + শীষ্টাইন, ফিনাইল এলানাইন + টাইরোসাইন, থ্রিওনাইন, ট্রীপ্তোফেন অমসুং ভেলাইনদি ওকশিংগী মশা মনুংদা শুংবা ঙমদবদগী মচিঞ্জাক্তা য়াওবা দরকার ওই। মরুওইনা লাইসিস, মেথিওনাইন + শীষ্টাইন, ট্রীপ্তোফেন অমসুং থ্রীওনাইন হায়রিবা এমাইনো এসিড মখল মরি অসি তঙাইফদনা মচিঞ্জাক্তা য়াওদবা য়াদে। ওক্কী চহি খেন্নবগী মতুংইন্না তোঙান তোঙান দরকার ওইরিবা প্রোটিন পার্সেন্টেজশিংদুগী মনুংদা লাইসিন য়ামদ্রবদা .৭৫%, মেথিওনাইন + শীষ্টাইন ০.৫%, ট্রীপ্তোফেন ০.১৮-০.২০% অদুগা থ্রিওনাইন ০.৫% দরকার ওই। হায়রিবা এমাইনো এসিডশিংসিগী মনুংদা অমা হেক ৱাৎপদা, ওকশিংনা হিংবদা অশোয়বা অমা লাকই।

প্রোটিন অমসুং এমাইনো এসিড ৱাৎপগী লায়ওংদি, অপীকপা ওক্লাওশিংদা পীজ-পীথক তৌনা তৌনা চাউবা ইথোই থোইরক্তে। উনশাগী অথোৎপা শরুক মাঙখিবগা লোয়ননা কনশিল্লকই অমদি মতুশিংদু ইপৌ পৌনা কংশিল্লকই। য়েংবদা মতু য়ান্না পানবা জীবদৌনা উই। মতম অসিদা মচিঞ্জাক্তা প্রোটিন নত্তনা কার্বোহায়ড্রেৎনচিংবসু অমুক ৱাৎলবদি ওক অদুগী হিংবদা চংগদবা ইনর্জি অদু ফংনবা মশাদা য়াওরিবা প্রোটিন হায়বদি এমাইনো এসিডশিংদু ইনর্জি ওইনা শিজিন্নবিদুনা নোংম-নোংমগী মশাগী শাদোং অদু ময়েং তারক্লুনা শোক্তরকই।

অদুগীসু মথক্তা অনা অয়েক চংলকপদা ঙাকথোক্লবগীদমক লৈরিবা মশাগী এন্তিবোদী হায়বদুসু প্রোটিননা অয়াম্বা শাবনিনা এন্তিবোদীগী এমাইনো এসিড মখেদুসু মশাগী ইনর্জি ওইনা শিজিন্নবিদুনা এন্তিবোদীগী মপান্দল ব্রাংলকই অমদি মাঙখি। মসিনা মরম ওইদুনা, অশোনবা ওক্তুদা লায়নাশিংনা য়াম্না লাইনা চংলকপা ঙম্লকই। অসিদা নত্তনা ওক অদু অরাম্ব থৌরাংবা ব্রাংলকই, মচিঞ্জাক্তা মতিক চানা চারক্তে, চিলহাও খিরকই।

ওক অমোমশিংদা মতম শাংনা মচিঞ্জাক্তা প্রোটিন ব্রাংলবদি মতম চানা হীট লাক্তে। হীট লাক্লবসু ওভুলেসনগী মতমদা থোরকপা ওভাগী মশিং ব্রাংকল্লি। অসুম্না চাগোক অদুগী মচাগী মশিং য়ামগন্দে। অপোকপা মচাশিংদু য়াম্না শোল্লি লোয়ননা অশিবা মচাসু য়াওগল্লি। অশোয়বা অসি ঙাকথোক্লবা মচল শুরবা মচিঞ্জাক পীজ-পীজনা সীনথেটিক লাইসিন, মেথিওনিন মচিঞ্জাক হাপ্পবা হোৎনগদবনি।

## পোইজনিং (হু ওইবা) গী লায়নাশিং

### সোল্ট পোইজনিং (চানবা থুম্না হু ওইবা)

থুমগী চাং হেঞ্জিন্না য়াওবা মচিঞ্জাক চারু-থক্লুবা নত্রগা থুমগী চাং চপ-চানা হাপ্না মচিঞ্জাক মতম শাংনা চারকপা ওকশিংদা হান্নদগী চাং নায়না পীথক্লম্বা ঈশিংগী চাং অদু মতম খরা লেপ্পুরগা অথিংবা লৈতনা খংপী-পীথকপদগী ব্রেন মনুংদা তুংশিন্দুনা লৈবা থুম্না ঈশিং চুপশিল্লকপনা মরম ওইদুনা শেরেব্রেল ইডেমো (ব্রেন পোমথোক-চাঁউথোকপা) থোকহনবদগী নার্ভসগী লায়ওং উত্তুনা য়াম্না থুনা পুং ৪৮ গী মনুংদা শিবা নত্রগা খরা শাংথনা নুমিৎ হুমনি-মরিনিগী মনুংদা শিবা অসি থোকহল্লি।

ওক্কী মচিঞ্জাক শেন্দদা থুম হাপ্না ফৈ হায়দুনা পংহাপ্তা-হাপচিনবা, ফিস মিল (ঙাকুপ) নি হায়দুনা থুমগী শরুক কা হেন্না য়াওবা ঙাকুপ (থুময়াকপী) চাং হেন্না য়ানশিনবা নত্রগা থুমহিনা ঈশিং ওইনা পীজ-পীথকপা তৌবদগী ওকশিংদা থুম্না হু ওইরকই। ওক্কী মচিঞ্জাক্তা য়ানফম-হাপফম থোকপা থুমগী চাংদি কিলো ১০০দা থুম কিলো তংখায়দগী কিলো ১ ফাওবদনি। কিলো ১ লুম্বা ওক্তা থুম গ্রাম ২.২ পীজরবদি য়াম্না থুনা হু ওইবগী লায়ওং উৎপা হৌরকই।

ওক্না থুম হেনমন্না চাশিল্লুবদগী খুদমক্তা হু ওইরকপা (একুাট সল্ট পোইজনিং) গী লায়ওংদি, অহানবদা খঙচোক-চোকথরকই, মথংদা শন্দ্রাং তিংথোরকপগা লোয়ননা শাদোংশিং থক-থক চিংলকপা, মশা পুম্বা নিংথম চনবদৌনা নিক্লকপা, মমৈদা গ্যান মাঙদুনা শিবা অসিনি। মতম শাংনা, নোংম-নোংমগী থুম খরা-খরা হেঞ্জিল্লতুনা হু ওইরকপা (ক্রোনিক সল্ট পোইজনিং) গী লায়ওংদি, মখোঙ হান্দ্রা য়ৈখৎপা, মহি-মচুমখক্তা থক্লুবা হোৎনবা, য়াম্না হক্তজবগী মওংদা অফং-অফংবা পোৎশক্তা তকপসি অহানবদা উংলকই। পুং ১২ দগী

২৪ ফাওবগী মনুংদা মিং উরত্তবা অমদি না পংশিল্লকপগা লোয়ননা মকম খণ্ডদনা পংচং-চংপা অমসুং মকোক্লা পোংশক অমদা কন্না ইনবগী মওং উংলকই। করিগুম্বদা, খুমাঙগী মখোঙ নাম্মনা ক্ষিভম লেংদনা থন্নগা মশানা উক্ল-উক্ল লৈরকই। তাঙ্গা অসিদা লায়না অসিদগী ফরকপা য়াওই। অদুবু মসিদগী হেঞ্জিনখ্রবদি, মিনিট ৭/৭ মুক খন্ন-খন্ননা মনাত্তেন অমসুং মঙক খণ্ডচিং-খণ্ডচিং চিংবা হৌরকপদগী মকোক থেগৎতুনা মখোঙ অমদি মশা পুম্বা তুংলোমদা খণ্ডচিং-খণ্ডচিং চিংথদুনা মথুন্না লৈমায়দা ফমথরকই। মথংদা মশা পুম্বা চিংনা-চিংনা মচিন্দগী মতিন তারকই অমসুং স্বর থবেং-থবেং হোন্দুনা ফৈনা হাইথরকই। মতাং অসিদা শিবা য়াওই নত্রগা ওাইহাক পংথরন্নগা হৌগত্তুনা মকম খণ্ডদনা চংপা হৌরকই। অদুগা মিনিট ৭ মুক্তী মতুংদা হান্নদৌনা অমুক হৌরকই। অসুম্না, অহৌবা নাইরম্বদগী পুং খরগী মতুংদা নত্রগা নুমিং ৩/৪ নিগী মনুংদা ওক্তু শি।

লায়না অসিদগী কন্ননবগীদক মচিঞ্জাক্তা হাপ্পা থুমগী শরুক খুদক্তা লেপকদবনি। নারবা ওক্তুনা ঈশিং থকপা য়াম্না পান্নবসু অমুক্তদা য়াম্না পীথকলোইদবনি। অশেংবা ঈশিং খরা-খরদং য়াম্না তোয়না ফংহনগদবনি। ঈশিং থকপা ঙমদ্রবা হেঞ্জিন্না শোক্রবা ওকশিংদা চাকথাও য়ৌনা পাইপ থিংজিন্নগা ঈশিং কাপশিনগদবনি। নার্ভস কী লায়ওং উংলবা ওকশিংদা ডাইয়ুরোটিক্স নত্রগা হায়পর্টোনিক সোলুসনশিং শাদোং নত্রগা ঈদা (ইন্ত্রভেনস) কাপ্পীগদবনি।

## ওর্গানিক আইরন কমপাউণ্ড পোইজনিং

নৌরিবা ওক্লাওশিংদা এনেমিআ থিংননবগীদমক ওর্গানিক আইরন কমপাউণ্ড হেঞ্জিন্না কাপ্পদগী পুং ১-২ গী মনুংদা ওবা-ফায়বা তৌরম্নগা শিবা য়াওই। মসি ভিটামিন ই-খ্বাংপা মপীগী মচাশিংদা খরা হেন্না থোকল্লি। ভিটামিন মতিক চানা য়াওদবদগী আইরনগী আইওনশিংনা ওক্লাওগী শাদোংশিং মাঙহন-ভাকহনবদগী শেলশিংগী মপান্দা য়াওবা পোটাসসিঅমগী চাং খণ্ডহেন-হেনগৎহন্দুনা থম্মোয়না চোংবা লেপহনবদগী ওক্লাওদু শিহল্লি। পোকপদগী নুমিং ৪ নিগী মখাদা লৈবা ওক্লাওশিংদা মসি থোকল্লি।

## নাইত্ত্রেৎ অমসুং নাইত্রাইৎ পোইজনিং

নাইত্ত্রেৎ অমসুং নাইত্রাইৎ কী চাং হেন্না য়াওবা মচিঞ্জাক চাশিন-থকচিল্লুবদগী হু ওইদুনা থিবেং অমদি ঈতোন ফায়বগা লোয়ননা মবুক য়াম্না নাবা ফাওবা, ওবা, স্বর থবেং--থবেং হোনবা, য়াম্না চোকথরকপা অমসুং উনশাদা মুশিল্লকপগা লোয়ননা শিবা থোকহল্লি।

নোংজুথা হৌগৎলকপদা যনথি-যনয়ুং অমদি ওকথিনচিংবা নাইত্রোজেন খ্বাংনা য়াওবা হারগী মথক্তা হৌবা হরায়-চেংবায় অমদি মরু চাগদবা উমস্ত্রানচিংবা পাম্নীশিংগী মনা-মঙ অমসুং ফক্তা য়াওদি অমদি অপুম-অশা মরক্তা হৌবা য়েংবদা য়াম্না ফনা উবা শজিক অমসুং নাপী হাৎলবা নাপীহিদাক চাইরুবদগী হৌগৎলকপা শজিক ওক্লা চারুবদগী নাইত্ত্রেৎ অমসুং

নাইট্রাইৎ পোইজনিং থোকপা য়াওই। মুন্না কুত্তবা হ্য পাম্বীগুম্বগী মরুগী দানা, শঙ্গোম মপান শেম্নবা পোটাসসিঅম নাইট্রেৎ হাপ্পবা শঙ্গোমগী পোৎথোক, নত্রগা শা-য়োনবা দুকানগী থুমহি চেনবা অরেম-অত্তা, নত্রগা নাইট্রেৎকী চাং য়াংনা য়াওবা গুহাগী ঈশিংগা থোংবা দানা চারুবদগী হু ওইবা য়াওই। মতম কুইনা শেংদোক্ত্রবা, ওক্কী মথি-ময়ুং পৈশন্দুনা চোৎ-চোৎ লাওনা লৈবা ওকোন অমসুং নালাগী ফত্তা-হাওদি চারু-থক্লুবদগীসু নাইট্রেৎ পোইজনিং থোকহনবা য়াওই। কিলো ১ লুম্বা ওক্কা সোডিঅম নাইট্রেৎ মিলিগ্রাম ৮৮ নত্রগা পোটাসসিঅম নাইট্রেৎ মিলিগ্রাম ২০ চাবদা হু ওইদুনা শি। অদুগা নাইট্রেৎ নাইট্রোজেন্না ওক্কা হু ওইদুনা শিবা য়াবগী চাং (লিথেল ডোজ) দি মশাগী অরুম্বা কিলো ১ দা মিলিগ্রাম ১৯ দগী ২১ ফাওবনি।

নাইট্রেৎনা ওক্কী থিরিন চাফৎহল্লি অমসুং চাকখাও মনুংদা নাইট্রাইৎ ওল্লকই। নাইট্রাইৎনা ঈদা য়াওবা হিমোগ্লোবিন মখৈ মিনিট ৯০ দগী ১৫০ ফাওবগী মনুংদা মিথামোগ্লোবিন ওলহন্দুনা ওক্কু শিহল্লি।

নাইট্রেৎনা হু ওইরবা ওক্কা উৎলকপা লায়ওংদি মতিন য়াম্না তারকপা, মবুক নাবা, থিবেৎ ফায়বা অমসুং ওবা অসিনি। নাইট্রাইৎনা হু ওইরকপদদি, ময়া কাথোক-কাথোক্তুনা স্বর থবেৎ-থবেৎ হোনবা, শাদোং থক-থক নিকপা, য়াম্না শোম্ব-তুকথরকপা, চৎপদা মখোঙ শেকপগুম্না পরিং চুমদবা, মমিৎ ঈরুং-লংখৎপা, মচিন-মরে, শৌজা অমদি অপাবা উনশা মুশিল্লকপা, মিহুন য়াম্না শোম্ববগা লোয়ননা থুনা হুল্লকপা অমসুং মশাগী মৈশা হম্বরকপা অসিনি। শিরমদাইদা মমিৎ-মনা য়ুংখৎলগা মখোঙ মরিমক তিংথোক্তুনা ফৈনা তুরগা মকোক থেগৎতুনা থক-থক নিরুকই। অসুম্না হু চাশিল্লুবদগী মতুং পুং ১২ দগী ২৪ ফাওবগী মনুংদা শি।

লায়না অসিদগী কন্ননবগীদমক কিলো ১ লুম্বা ওক্কা মিথাইলিন ব্লু মিলিগ্রাম ১ দগী ২ ফাওবা ঈদা (ইন্ট্রাভেনস) ১% সোলুসন ওইনা কাপকদবনি।

## ইনসেক্তিসাইদ (তিলহাৎ হিদাক)কী পাইজনিং

ডি ডি টি, বি এইচ শি, এলড্রিন, ডাইড্রিন, ক্লোরদেন, টোক্সাফিন, মেথোকক্লিক্লোর, ডি ডি ডি, আইসোড্রিন, ইনড্রিন অমসুং হেপ্তাক্লোরনচিংবা ক্লোবিনেটেৎ হায়দ্রোকার্বোনশিং চাবা থকপদা, স্বর হোনবদা য়াওখিবা নত্রগা উনশাদগী চুপশিনখিদুনা ঈচেলদা য়াওখিবদগী হু ওইদুনা ওকশিংনা ইথক- থক্কৎপা, শাদোং মখৈ থক-থক নিকপগা অমদি ফন-ফন চোংবা, মতিন য়ামনা তাবগা লোয়ননা ওবা, য়ামনা চোকথরকপা অমসুং মমৈদা পেরালাইসিস তৌদুনা শিবা অসি থোকহল্লি।

কিলো ১ লুম্বা ওক্কা অমুক্তদা ডি ডি টি (কাওহিদাক) মিলিগ্রাম ২০০ গী চাং চাশিনখিবদা হু ওইদুনা শি। ডি ডি টি অমসুং মেথোক্লিক্লোরনা হু ওইবগী লায়ওংদি অহানবদা মমিৎ-মনা

ইথক থক্কৎলকই, মতিন তাররকই অমসুং ওররকই মথংদা মখোঙ মরিমক ইপং-পংশিল্লকপগা লোয়ননা স্বর হোনবা ঙমদদুনা শি।

কিলো ১ লুম্বা ওক্তা বি ঐচ শি মিলিগ্রাম ১০০০ অমসুং ডাইলড্রিন মিলিগ্রাম ২৫-৫০ গী চাং অমুক্তদা চাশিনগ্রবদি হু ওইদুনা শি। বি ঐচ শি লিনদেন, ক্লোরদেন, টোক্সাফিন, ডাইলড্রিন, এলড্রিন অমসুং হেপ্তাক্লোরনা হু ওইবগী লায়ওংদি ডি ডি টি না হু ওইবগী লায়ওংদগী য়াম্না হেন্না শাথিবা উই। শাদোংদা মতৎ-মতৎ চোংবদি লয়া শেংদনা মশা পুম্বা থক-থক নিকপগা লোয়ননা স্বর থবেৎ-থবেৎ হোনবা, মতিন ওরো-ওরো তাবা মরক মরক্তা ওবা মমিৎ ইরং-লংখৎপগা লোয়ননা মমিৎ য়াম্না তোয়না কুপ্পা অমসুং মযুং য়াম্না তোয়না চিংপা অসি উবা ফংই। মফম খঙদনা চংপগা লোয়ননা মনিঙ হনবা, ফক্লাংগুম্বদা কাখৎপা নত্রগা মফম খঙদনা চোংবসু য়াওরকই। মমৈদা পেরালাইসিস তৌরকপগা লোয়ননা ফদ্রাক তাররগা শি।

মথক্তা পীরিবা ক্লোরিনেটেৎ হায়ড্রোকার্বোনগী তিলহাৎ হিদাকশিংনা হু ওইববা ওকশিংদা সোডিঅম ফিনোবার্বিটল ইঞ্জেক্সন লায়ওংদু হন্দ্রিবা ফাওবা ঈদা (ইন্ত্রাভেনস) পীগদবনি। মসিগী মথক্তা এক্তিভেটেৎ চারকোল (মৈতাল) শুগায়রগা পীজগদবনি। মসিগা লোয়ননা গ্লুকোজ অমসুং কেলশিঅম ইঞ্জেক্সন ঈদা (ইন্ত্রাভেনস) পীগদবনি। মখোঙ হাম্বা য়েখৎপা ওকশিংদা মখোঙ হামদোক্নবা দেনগ্রোল (অলটন,এম এণ্ড বি) নচিংবা হিদাক থাগদবনি।

মথক্তা পনথ্রিবা তিলহাৎ হিদাকশিং অসি নত্তবা হৌজিক হৌজিক মণিপুরগী লৌ-ইংখোলদা, তিল অমসুং মহিক-মতাং হ্যৎননবা চাইনবা-কাপ্নরিবা তিলহাৎ হিদাকশিং মরুওইনা ফোসফামিদন (ডাইমেক্রোন), মোনোক্রোটৈফোস, ত্রাইত্রজোফোস, ইদিফেনফোস, ডাইক্লোরোভোসনচিংবা ওর্গানোফোসফেৎশিং চাবা থকপা অমদি স্বর হোনবদা য়াওখিবা নত্রগা উনশা অমদি মিত্তা চংখিবদগী হু ওইরকই। ওক্তা হিদাকশিং অসিনা হু ওইবগী লায়ওংদি মতিন য়াম্না তাবা, শাদোংশিং থক-থক নিকপা, মমিৎ ইরং-লংখৎলগা কোয়রোক-কোয়রোক ওৎপা অমসুং কুম্থরগা অৱাবা খাঙদুনা লৈবা অসিনা মরুওই। মন-ইরোইন্নচিংবা অতৈ শাশিংদা থোকপগুম স্বর থবেৎ-থবেৎ অমসুং স্বর কুনবগী লায়ওং অমদি থিবেৎ ফায়বা উদে। শাথিনা শোক্লবা ওকশিং হুদুনা হকচাং মনুংদা চংখিবগী মিনিট ২ দগী ৫ ফাওবগী মনুংদা শি। হুগী মগুন খরা হন্থবা হিদাকশিংদদি পুং ১২ দগী ২৪ ফাওবগী মনুংদা শিবসু য়াওই।

ওর্গানোফোসফেৎ কমপাউণ্ডশিংনা হু ওইরবা ওকশিং লায়েংনবগীদমক এট্রোপিন সলফেৎ মিলিগ্রাম ১ ওক কিলো ১ লুম্বগী চাংদা পুং ৪/৫ খুদিংগী ইন্ত্রাভেনসতা কাপকদবনি। অসুম্না, লায়ওংদু হন্দ্রিবা ফাওবা কাপ্পদুনা পুং ২৪ দগী ৪৮ ফাওবা চংথবা য়াই। মসিগী মথক্তা

ওক্সাইথ কম্পাউণ্ডগী হিদাকশিং মরুওইনা টি এম বি, ২-পি এ এম অমসুং ডি এ এম পীরবদি কান্নবা থেল্লি। ২-পি এম এম (২- পাইরিদিন - ২ অলদোক্সাইম - এ- মিথাইল - আইওডিন) মিলিগ্রাম ৫০ দগী ১০০ ফাওবা ওক কিলো ১ লুম্বগী চাংদা নোরমেল সেলাইন্দা ১০% ওইহল্লগা ইন্ত্রাভেনস, সবক্যুটেনস নত্রগা ইন্ত্রাপেরিটোনিএলদা পীগদবনি।

## রোডেন্টিশাইদ (উচিহিদাক) কী পোইজনিং

উ চি শিননবা তোয়না শিজিন্নবা হিদাকশিংদি মরুওইনা সোডিঅম ফ্লুওরোএশেটেং, এ এন টি ইউ (অলফানেফথাইল থাইওয়ুরিআ), বার্ফারিন (৩-(এশেটোনিলবেনজাইল) ৪- হায়দ্রোক্সিকাওমেরিন) অমসুং জিঙ্ক ফোসফাইদনি। হিদাকশিং অসি ওক্সা চাশিল্লুরবদি হু ওইদুনা শি। অদুবু ওক্টীদমক খ্বাইদগী মরুওইনা খণ্ডজিনগদবা উচিহিদাকতি বার্ফারিননি। মরমদি ষন-ঙানু অমদি ষন্নাওদা বার্ফারিনগী চাং য়াম্না বাংদ্রবদি পোইজনিং থোক্কনদে। খুদম ওইনা কিলো ১ লুম্বা ষন্নাওনা নোংমদা বার্ফারিন মিলিগ্রাম ২০০ ফাওবগী চাং য়াওবা মচিঙ্গাক থংন-থংননা নুমিৎ ৫ নি চাখিদ্রবদি শিবা ঙমদে। অদুনা য়েন-ঙানু অমসুং ষন্নাওগী মচিঙ্গাক শেম্বদা উচি চংদনবা বার্ফারিন হাপ্লে। অদুবু, নোংমদা কিলো ১ লুম্বা ওক্সা বার্ফারিন মিলিগ্রাম ০.২-০.৫ গী চাং য়াওবা মচিঙ্গাক নুমিৎ ৬ নিদগী ১২ নি ফাওবা চাশিনখ্রবদি শোয়দনা শি। অসুম্না বার্ফারিন য়াওরবা য়েন-ঙানু অমদি ষন্নাওগী মচিঙ্গাক ওক্তা পীজরবা নত্রগা শোয়বদগী ওক্টী মচিঙ্গাক শেম্বদা হাপচিনখিবদগী পোইজনিং অসি থোকপা য়াওই।

বার্ফারিন পোইজনিংগী লায়ওংদি, ইখঙ-খঙহৌদনা হকচাং মনুং অমদি ব্রেন্দা ঈ হাথরকপদগী শিবা নত্রগা ঈ উতোংশিং মথং-মথং কায়রক্তুনা উনশাগী মখাদা ঈ পৈশনবদগী মখোঙ শেল্লকপগা লোয়নননা মচিন-ময়া, মমিৎ, মনাকোং অমসুং শৌজদগী ঈ হাথরক্তুনা শিবা অসিনি।

হু অসিদগী কন্নবা ভিটামিন কে ইঞ্জেক্সন খুদক্তা পীগদবনি। হিংহৌবা ওকশিংদা অফবা মচিঙ্গাক পীবগা লোয়নননা আইরন, কোপ্পর, কোবল্ট অমসুং ভিটামিন বি ১২ য়াওবা টোনিক নত্রগা ফীদ সপ্লিমেন্ট হাপকদবনি। দুকান্দা য়োনবা ওক্টী মচিঙ্গাক নত্রগা মচিঙ্গাক্টী মচল-ময়ালশিং, মরুওইনা উচীনা চাগনবা ফিশ মিল, চুগাজাক্রচিংবা হৱায়-চেংৱায়দা বার্ফারিন য়ান্দবা খনগদবনি। য়েন-ঙানু অমসুং ষন্নাওগী অশেম্বা মচিঙ্গাক মশক খঙদ্রবদি ওক্তা পীজরোইদবনি।

## ইরগোট পোইজনিং

ইরগোট হায়বসি রই কৌবা মরু-মরাং অদুগী পাম্বীদা তাংদুনা হিংবা ক্লেভিশেপস পপুরী কৌবা ফঙ্গস (কোকফায়-শুজা) মখল অদুনা থোকহনবা অলকালোইড অমসুং এমাইন

ময়াম্মগী হ্-গুম্বা পোৎশক অমনি। হায়রিবা ফঙ্গস অসি অতৈ মরু-মরাং, নাপী-শিংবী খরদসু উতাংবী ওইনা হিংদুনা লৈ। অসিগুম্বা পাম্বীশিংগী মরু-মরাংনচিংবা চারম্বদগী হ্ চেল্লকপা অদুবু ইরগোট পোইজনিং (ইরগোটিজম) হায়না খঙনৈ।

ইরগোট পোইজনিংগী লায়ওংদি, খুদক্তা হ্ ওইবদগী শাথিনা শোক্লবা ওকশিংনা মশা পুম্বা থক-থক নিক্লগা ইঙাও-ঙাওনা তুগে-তুগে তৌনা ক্যৈরেং-তুরেং চৎলকই। মরক মরক্তা মমিং উরক্তবা, মনা তাদবগী মওং উৎলকই। মথংদা মশাগী নাকল অমদা থক-থক নিকপগা লোয়ননা শিথরকই অমসুং লেংবা-খোৎপদা য়াম্না নাবগী মওংদা খোঞ্জেল থোক্লকই। অসুম্না, থক-থক নিক্লগা শিবা য়াওই। অদুগা, মতম শাংনা মচিঞ্জাক্তা ইরগোটকী চাং খরা খরা য়াওরকতুনা হ্ ওইরকপগী লাযওংদি মমৈ-মনাগী মতোন অমসুং মখোঙ খুজেংগী উনশাদা ঙাংশিল্লক্লগা পোমখৎলকই। মথংদা উনশাদু শিদুনা কেনখিবগা লোয়ননা মমৈ অমসুং মনা অসুম অসুম তেনশিল্লকই। অসুম্না, শোক্লবা মমৈ-মনা অমসুং মখোঙ খুদোন্দা অকনবা, অশিবা শাদোংনা কুপ্তুনা লৈ। মতম অসিদা মখোঙ নামনবদগী ওক্তু কুন্দুনা ঙাক লৈ। লায়ওংশিংসিগা লোয়ননা থিবেৎ ফায়বসু য়াওরকই। অদুগা ওক অমোমশিংগী খোম্মি পীকশিল্লকই। অমসুং মচা চেল্লিবা মপীগী খোমথোক মাঙশিল্লকই। গর্ভা পুরিবী ওকশিংদা থোক্লবদি অশিবা নত্রগা অশোনবা মচা পোক্লকই।

মসিদগী কন্ননবা উপায়দি কোকফায়-শুঙ্গা কারবা, হ্ চেল্লবা হব্রায়-চোংব্রায়, মরু-মরাং অমদি নাপী-শিংবী খঙদোক্লগা অফবা, অনৌবা মচিঞ্জাক খন্দুনা পীজবা তাই।

## ফুসারিঅম পোইজনিং (ভলভো ভেজাইনাইটিস)

কোকফায়-শুঙ্গা কারবা বারলি নত্রগা অতৈ মরু-মরাং মতম খরা লেপ্তুনা পীজরবদগী ওক অমোমশিংগী চাবোকথোঙ পোকথোক-চাউথোকপা অমসুং চাবোকথোঙদা মনুংদগী মবিন ইম্থোরকপা (প্রোলাপস তৌরকপা) য়াওই। মসি ওইরকপগী মরমদি, মশা শোক্লবা বারলিনচিংবা হব্রায়-চেংব্রায়দা কাবা কোকফায়-শুঙ্গা (ফঙ্গস) মরুওইনা ফুসারিঅম গ্রামিনীরুমদা ইস্ট্রোজেন হোর্মোনগী শরুক অমদি ফুসারিঅম এক ২ টোক্সিন য়াম্না য়াওই। অসুম্না, ফঙ্গস অসি য়াম্মন্না চাশিল্লুরবা ওক অমোম খুদিংমক ইস্ট্রোজেনগী চাং ব্রাংমন্দুনা অমদি টোক্সিন্দুনা হ্ ওইবদগী লায়না অসিগী লায়ওং উৎলমদনা শিবা ফাওবা য়াওরকই।

ওকশিংনা শুঙ্গা কারবা হব্রায়-চেংব্রায়শিং চাবা হৌরকবা মতুং নুমিৎ হুমনিদগী তরুক্নি ফাওবগী মতুংদা লায়ওং উৎপা হৌরকই। অদুবু অদুগুম্বা মশা শোক্লবা, অপুম্বা হব্রায়-চেংব্রায় অদু চাবা লেপ্লগা লায়ওংশিংদু মাঙখি। মসিগী মরুওইবা লায়ওংদি চাবোকথোঙগী মপান (ভলভা) অদু ঙাংশং-ঙাংশিল্লগা থা-থা লাওনা হায়নদগী শরুক ৩/৪ হেন্না চাউখৎলকপগা লোয়নন্না অনঙবা মচুম ইপা-পানা তারকই। খোম্মি অমসুং খোমজিন য়াম্না [illegible]থোরকই। করিগুম্বদা চাবোকথোঙগী মনুংগী শরুক্তদ নত্তনা শৌজ মপান্দা ইম্থোরকই।

ওক লাবদা ময়ুং হানফমগী কুয়োম (প্রেপ্যুস) অমসুং খোম্মি অমদি খোমজিন ইঙাং-ঙাংনা চাউখোকই। গর্ভগী থা শুরবা ওক অমোমশিংদদি ভলভা চাউখৎপদুগী মথক্তা মখোম ঙন্না খোরক্তুনা মপুং ফাব্রিবা, মখোঙ শোয়নায়বা পানবা অশোনবা নত্রগা অশিবা মচা পোক্লকই।

লায়না অসিদগী কন্ননবা শুজা কারবা বার্লিনচিংবা হৱায়-চেংব্রায় য়াওহন্দনা অফবা মচিঞ্জাক পীজবা তাই।

## স্নেকবাইৎ (লিন্না চিকপা)

ওক্কী উনশাদা থাওগী শরুক য়াম্না থানা শন্দোক্তুনা লৈবনা মরম ওইদুনা হু চেনবা লিনশিংনা চিক্লবসু ওক্তি কয়া শিগন্দে হায়না থাজনৈ। অদুবু খারৌগুম্বা অচৌবা লিনশিংনা ওক্কী মকোন নত্রগা থাওগী শরুক পানা য়াওবা উনশাদা হুন্না হুন্না চিক্তুনা ভেনোম (ও) য়াম্না কাপশিল্লন্নবদি শিবা য়াওই। অসিদ নত্তনা চিকফমদা লৈবা য়াখুনগী অশোকপদা লিনগী হুদুগী মথক্তা তমথিরবা মহিকশিং চংলকপদগী পোমখৎলকপগা লোয়ননা থক-থক নিক্লন্লগা স্বর ফুন্দুনা শিবা য়াওই।

লিন্না চিকপদগী হু কারবা ওকশিংদা এন্টিভেনোম য়ুনিট ৫ ওক কিলো ৯ দগী ১৮ লুম্বগী চাংদা ইন্ট্রাভেনস ইঞ্জেক্সন পীবা ঙম্লবদি শিগদবদগী কনবা ঙমই। চিকফমদা পোমখৎতলবা এন্টিবাইওটিক্স ইঞ্জেক্সন পীবগা লোয়ননা চৈনাখোল অমসুং পোৎথাফম খঙদবসু মাঙখিনবা সেদেটিভ ফংহনগদবনি। মসিগী মথক্তা এ শি টি ঐট, কোর্টিসোন অমসুং এন্টিহিস্তামিন পীবসু দরকার ওই।

## খোইনা চিকপা

তমথিরবা হু চেনবা খোইশিংনা চিকপদগী উনশাদা মতং-মতং পোম্বগা লোয়ননা নামনবদগী পোৎথাফম খঙদবগা লোয়ননা স্বর থবেৎ-থবেৎ হোনবা য়াওই। করিগুম্বদা হেঞ্জিন্না শোকপদগী শিবসু য়াওই। মসিদগী কন্ননবগীদমক চিকফমদা এম্মোনিআ নত্রগা সোডিঅম বাইকার্বোনেৎ সোলুসন তৈগদবনি। শাথিনা শোকপদগী পংথরবা ওকশিংদা ডেক্সামেথাজোন ইঞ্জেক্সন পীগদবনি।

# মচা পোকপী মপীশিংগী লায়না

## ভেজাইনো শের্ভিকেল প্রোলাপ্স

করিগুম্বদা চাবোকথোঙদা, মনুংগী মরিন অদু মবুক মনম ওম্থোক্লগা মপানলোমদা ইম্থোক্তুনা তোংখোরকপা নত্রগা য়াম্থরকপা য়াওই। মসিবু ভেজাইনো শের্ভিকেল প্রোলাপ্স হায়না খঙনৈ।

মসি থোকহনবগী মরম য়াম্মই। মরুওইবা গর্ভা পুন্নবী ওক অদুগী নাওকমদগী ইষ্ট্রোজেন হেনময়া থোরকপদগী, কোংলৌ অমদি কোংলৌগা থননা লৈবা হকচাংগী শরুকশিং অমসুং ফাজন্দুনা লৈবা লিগামেন্টশিং থোংদোরক্তুনা কোমথোকহল্লি লোয়ননা চাবোকথোগী মপান অদু চাউথোকহল্লি অমদি মপান অদুগী ফাজিল্লবা শাদোং, স্ফিংটর মশল অদু কোমথোকহল্লি। অসুন্না ফাজিন্দুনা থনম্বা খুদিংমক কোমথোরকপা মতমসিদা মবুক মনুংগী প্রেসরনা ওল্লকপদগী মবুক মনম ওহ্রোক্তুনা মরিন অদু ইহ্রোরকই। মসি, মচিল্লাক্তা কোকথায়-শুজা কারবা হবায়-চেংবায়, মরুওইনা বার্লি পীজবদগী যুশারিঅম পোইজনিং ওইদুনা প্রোলাপ্স অসি থোকহনবা য়াওই। শীষ্টিক ওভেরী কৌবা ওভেরীদা পোমদুনা নাবা অনাবা অদু লৈবদগীসু মসি থোকহনবা য়াওই।

হৌখিবা মচা পোকপা মতমদা য়াম্না বেন্না তৌখিবা, হায়রবদি পোকপাদ মতম কুইনা চংখিবা নত্রগা ডিষ্টোকিআ থোক্তুনা মচা খুদিংমক খুংনা চিংথোকবিবা, অদুগুম্বী ওকপী অদুদা মথংগী গর্ভা পুরিঙৈ মতমদা ভেজাইনো-শোর্ভিকেল প্রোলাপ্স অসি থোকল্লি। মসি মরুওইনা অথুবা মকোন্দা ফাজিন্দুনা থম্বা ওকশিংদনা খরা হেল্লি। অহাঙবা লমহাঙদা থাদোক্তুনা শক্তিক পীজবগা লোয়ননা শাজেন তৌহনবা ওকপীশিংদদি মসি কয়া তোয়না থোক্তে। পারি-পুরিগী ওইনা মথং মথং লৌনরকপদগীসু মসি ওইরকপা য়াওই।

মসিগী লায়ওংদি অহানবদা হকচাংগী শরুক অদু পোমথংলকই, ঙাংশিল্লকই, য়াম্না নাবা ফাওরক্তুনা শংবা হৌরকই, শংল-শংলগা চাউথোকপা হেল্লকই। মহিক মতাং চংবা হৌরকই অমসুং পুমথরকই। মহিক চংদুনা মচাখাও শোকখিবদগী এবোর্শন তৌবা নত্রগা মচা পোকপদা কুইনা কুইনা চংদুনা অশিবা মচা পোকপা, য়াম্না তোয়না থোকই। খরা শাথিনা শোক্লবা ওকশিংদদি, করিগুম্বদা শৌজদসু থিবোং থিরিন থোরকপা (রেক্তেল অমদি ইশে টষ্টিনেল প্রোলাপ্স) য়াওই। অসুন্না য়াম্না শাথিনা শোকপদগী লায়হৌ তৌবগা লোয়ননা অনাবগী চৈনাখোল য়াওনা তোয়না তোয়না শংলকই। মমৈদা মশাদু ইচোক চোকথরকই।

য়াম্না শাথিনা শোক্লবা, মশা ইচোক চোকথরবা ওকশিংদি লায়েংবদা কাল্লবা য়াথলি। অদুগা অহানবা হৌরকপদা নত্রগা মহিক মতাং চংদ্রিঙৈদা থেংনরবদি, ইহ্রোরক্রিবা শরুক অদু মথম চানা ইনশিনবীরগা, ইহ্রোরকপা ওমদনবা অকনবা লংনা কোথচিল্লগা পুন্দুনা থমগদবনি। মসি তৌবগা লোয়ননা প্রোজেস্টোরোন মিলিগ্রাম ১০ দগী ৫০ ফাওবা শাদোংদা নুমিৎ খুদিংগী অনাবা ফত্রিবা ফাওবা কাপকদবনি। নত্রগা রেসপোজিটোল ইঞ্জেক্সন মিলিগ্রাম ২৫০ নুমিৎ ১০ নি খুদিংগী শাদোংদা অনাবদুনা ফত্রিবা ফাওবা কাপকদবনি। মসিগী মথক্তা এন্টিবাইওটিক্স, এমপিশিল্লিন, ঔরিওমাইশিন, জেন্টামাইশিন, এমিকাশিন, শেপত্রিআজোন নত্রগা টেত্রাশাইক্লিনগা লোয়ননা কেলশিঅম ভিটামিন ডি, বি ১২ ইঞ্জেক্সন নুমিৎ ৪/৫ নি কাপকদবনি।

## য়ুটেরাইন প্রোলান্স

চাবোকখোঙদা মচাখাও অমদি চাবোক মরিল লোয়নমক মবুক মনম ওহ্নোক্লুনা, শাংনা থরাক-থরাক য়াম্বদুনা থোরকপা অদুবু য়ুটেরাইন প্রোলান্স হায়না খঙনৈ।

মসি থোকহনবগী মরমদি গর্ভ পুরিঙৈদা নাওফমদগী ইস্ট্রোজেন হেনমন্না থোকখিবদগী মচাখাও ফাজিন্দুনা থল্লিবা লিগামেন্টশিং থোংতোকখিবনা, মচা পোকপা মতমদা মচাখাওগী মপান্দল ইয়াও য়াওদনা কনমন্না শংখিবদগী ফদ্রাক ফদ্রাক তাবা, নাওফম তাদবা অমসুং মচা পোকপা মতমদা কোংলৌ অমদি অকোয়বগী শরুশিংদু হেনমন্না কোমখোকখিবনা মরুওইবনি। মচা পোকপদা ডিষ্টোকিআ থোকপদগী মচাশিংদু খুৎনা থিংজিল্লগা নমফুন্দা চিংখোকখিবদগী মচা খাওদু চিংথৎখিবনা মরম ওইদুনা থোরকপসু য়াওই। অয়াম্বদি চাউজন থিল্লকপা, শো দম নাদম্লবা নত্রগা শাজেন তৌহনদনা অখুবা মকোন্দা ফাজিন্দুনা থম্না ওক্তা মসি থোকই। অদুগা মসি মচা পোক্লিঙৈ, গর্ভা পুদুনা লৈরিঙৈদা ভেজাইনো-শর্ভিকেল প্রোলান্স থোকখিবা ওকপীনা মচা পোক্লবা মতুংদা থোকপা য়াওই। অদুবু অনি অসি মরী লৈনবদি নত্তে।

অসিগী লায়ওংদি শাখিনা শোক্লবা ওকপী অদু মতম অয়াম্বদা কুম্নগা ঙেক ঙেক শংদুনা লৈ। ৯০% দদি মচাখাও অনিমক থোরকপা থেংনৈ। য়াম্বরিবা মচাখাওদা মথি-মযুং, চরু-চনায় অমদি ঈ মতুম-মতুম পকতুনা লৈগল্লি। পুং ৪/৫ গী মতুংদগীদি মচাখাও পোমখৎলকই লোয়ননা কন্না কন্না শংবদগী ঈ উতোংশিং কায়দুনা ঈ থোরকই। ফিভমসি য়ৌরবা ওক্তু পোখাফম খঙলক্তে, নাবনা খাঙবা ঙমদবগী মতৌ উংলকই। স্বর থবেং থবেং হোল্লকই, মিহুন হেনগৎলকই।মচাখাওনা মপানলোমদা চিংখোকখিবনা মরম ওইদুনা থিরিনগী ঈ উতোংশিংগী ঈচেল থিংলক্লুনা কায়রকই লোয়ননা মচাখাওগী ঈ উতোংশিংদুসু ফিভম চাদবদগী কায়রকই। অসুম্না ঈ উতোংশিং কায়রকপদগী মচাখাওনা লৈরমফম মবুক মনুং অদুদা ঈ মতুম মতুম পৈশিন্দুনা লৈরকই।

ফিভমসি য়ৌরবা ওক অদুদি লায়েংবদা কান্নবা ঙাৎলি। অদুবু অনাবসি ঙম্না থেংনরবদি, ইস্থোরকলিবা মচাখাওদু অফবা ঈশিং অইংবদা এন্টিবাইওটিক্স হাপলগা শেংনা চামখোকপীরগা মবুক মনুংদা ফিভম চানা ইনশিনবীদুনা থম্লগা, অকনবা লং অমনা ইস্থোরকপা ঙমদনবা ফোংচিন্দুনা থমগদবনি। লোয়ননা ব্রোড স্পেক্ট্রম এন্টিবাইওটিক্স অমসুং এক্সিটোশিনগা লোয়ননা কেলশিঅম, ভিটামিন ডি, বি ১২, বি ১, ডিভ অমসুং এ ইঞ্জেক্সন কাপকদবনি। মসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ওক অদু য়াম্না লাংদনবা ত্রাংকুইলাইজর থাগদবনি। মসিগী মথক্তা ডাইক্লোফিনেক নত্রগা মিলোক্সিকাম (মিলোনেক্স -ইন্টাস) ইঞ্জেক্সন কাপকদবনি।

## এবোর্সন

থা শুদনা হায়বদি পোকপগী চপ চাবা পুংফম য়ৌদ্রিঙেদা মচাখাও (য়ুটেরসতগী অহিংবা নত্রগা অশিবা মচা পোকলকপা নত্রগা থোরকপবু লাইয়ে চৎপা (এবোর্সন) হায়না খঙনৈ। ওকশিংদা, পীক্লিবা ঈ মতুমগী অশিবা মচা থোরকপা নত্রগা চুপশিনখিবা, ফিভম মুর্তি শুরবা অপীকপা, অশিবা মচা খরা নত্রগা ময়াম থোরকপা খুদিংমক এবোর্সনগী মনুং চল্লি। মসি থোকহনবগী মরমশিংদি :-

১) বেক্তেরিআনা থোকহনবা :-

মরুওইনা লেপ্টোস্পাইরোসিস থোকহনবা বেক্তেরিআশিং হায়বদি লেপ্টোস্পোইরা পোমোনা, ট্রিপ্লোটাইফোসা, গার্দজো অমসুং কেনিকোলা, অমদি ব্রুশেল্লোসিস থোকহনবা ব্রুশেল্লা সূইস হায়না কৌবা বেক্তরিআশিং অসিনা ওক্তা এবোর্সন তৌহল্লি। হায়রিবা লায়না অনিসিগী বেক্তেরিআশিং অসিগী মথক্তা স্ট্রেপ্তোকোক্কাই, ষ্টেফাইল্লোকোক্কাই, ইস্কারিচিআ কোলাই, সালমোনেল্লা ইন্টেরিডিটাইটিস, এভিআন ট্যুবরকুলোসিস, বেশিল্লস এম্ব্রাসিস, কোরীনেবেক্তেরিঅম পাইওজিন্স, ইরীসাইপেলোথ্রিক্স রুসিওপেথী অমসুং লিষ্টেরিআ মোনোশাইটোজিন্স কৌবা বেক্তেরিআশিংনসু ওক্তা এবোর্সন থোকহল্লি।

২) ভাইরসনা থোকহনবা

স্বাইন ফিভর, ঔজেস্কিজ ডিজিজ (সূইদোরেসিস), এস, এম, ই, ডি, আই (পির্কোনা)গী ভাইরসশিংনসু ওক্তা এবোর্সন থোকহল্লি। অসিদা নত্তনা, করিগুম্বদা, এফ, এম, ডি, হিমোএগ্লুটিনেসেন ভাইরস, জপানিস বি ইনশেফালাইটিস, ইন্ফ্লুএঞ্জা, আফ্রিকান স্বাইন ফিভরগী ভাইরসশিংনসু ওক্তা এবোর্সন থোকহল্লি।

৩) মাইকোটিক নত্রগা ফঙ্গসনা থোকহনবা

এসপর্জিল্লস ফ্যুমিগেটস, নাকোর্ডিআ অষ্টেরোইডস, শুজা কারবা হব্রায়-চেংব্রায়, মনা-মশিংদা পকপা এফ্লাটোক্সিন বি, পেনিশিল্লিন, এসপর্জিল্লস অমসু, রাইজোপস হায়বা ফঙ্গসশিং মচিঞ্জাক্তা য়াওবদগীসু এবোর্সন অসি থোকহল্লি।

৪) হিদাক মদি মনা-মশিংনা থোকহনবা

ডিকৌমরোল, এফ্লাটোক্সিন বি, পেন্টোক্লোরোফিনোল, ক্রেসোট লিয়ুশীনা লিয়ুকোশেফালা (মরী চৎপা হব্রায়গুম্বা লমলক্তা হৌবা মীনা চানদবা পাম্বী) চাশিল্লুবদগী ওক্তা এবোর্সন থোকহল্লি। করিগুম্বদা ডাইক্লোফিনেক,পেরাশেটামোল, ওক্সিটেট্রাশাইক্লিন, ষ্ট্রেপ্তোপেনিশিল্লিন, গ্লুকোকোর্টিকোইদ ষ্টেরোইড ইঞ্জেক্সনশিং অমদি স্বাইন ফিভর টিকানা এবোর্সন থোকহনবা য়াওই। শোইবুম, বাইখু, উৎসব-মেলাগী শগোল হব্রায়, উটি থোংবা, ওাইরোং, কাহেন্না শিনবা অমসুং খাবা পাম্বীনচিংবা য়াম্না পীজরবসু মসি থোকহনবা য়াওই।

**৫) হোরমোন্না থোকহনবা**

মচিঞ্জাক্তা য়াওবা মচলশিংনা ইস্ট্রোজেন য়াম্না থোকহনবদগী এবোর্সন তৌহনবা য়াওই। কোকফায়-শুজা কারবা বার্লিনচিংবা হবায়-চেংবায় পীজবদগী জিববেরেল্লাজী অমসুং ফুসারিঅম কৌবা ফঙ্গসশিংনা ইস্ট্রোজেন য়াম্না থোকহন্দুনা, মরুওইনা হাতমশিংদা এবোর্সন থোকহল্লি।

লম লাপ্পা নুংশাদা পুথোক পুশিন তৌরুবদগী ওইরকপা অনাবা, স্ট্রেস সীন্দোম, লায়েংবদা, গ্লুকোকোর্টিকোইড শিজিন্নবদগীসু ওক্তা এবোর্সন থোকহনবা য়াওই।

**৬) মচিঞ্জাক্নী মচল ঋাৎপদগী থোকপা**

মচিঞ্জাক্তা আইওদিন ভিটামিন এ, আইরন অমসুং কেলশিঅম ঋাৎপদগী পোকপদা শিনা তারকপা নত্রগা জুগোৎ চাদ্রবা অশোনবা মচা পোকপা য়াওই।

আইওদিন ঋাৎপদগী গর্ভা পুবগী মতম শাংদোকই। পোক্লকপা মচা অদুগী (অশিবা নত্রগা অচঙবা অনিমক্তা) মতু পানগদে, মখৌ চাউথোকপগা লোয়ননা উনশা মনুংদা ঈশিং হানবদৌনা ইপোম পোমখৎলি।

ভিটামিন এ ঋাৎপদগী শিনা পোকপা মচাশিংদুগী মবুক অদু মহিনা থন্না য়াওবদগী কঙখৎপা, মনাতোনগী মখাদগীনা ভৌপাক ফাওবা অনি থোক্লা খায়দোকপা, মমিৎ মনুংগী বোল য়াওরক্তবা, অমদি হার্টকী অশোয়বা থোকল্লি। মসি চহি ২ গী মথক্তা লিদুনা থম্মুরবা হবায়-চেংবায় পীজবদগী থোকল্লি।

মপীদা আইরন ঋাৎপদগী পোকপদা শিনা পোকপা নত্রগা য়াম্না শোন্না ঈ ঋাৎনা পোকপা থোকল্লি।

**৭) স্ট্রেসনা থোকহনবা**

গর্ভা পুরবী ওকশিং (মরুওইনা থা ২ মুক শুরকপদগী) লম লাপ্পা নত্রগা নুংশা য়াম্না শাবা মতমদা পুথোক-পুশিন তৌবদগী য়াম্না ঋাহনখিবা ১ দি চৈনাখোল পীবদগীসু লাইয়ে চৎপা থোকল্লি। অখুবা মকোন্দা অতে ওক ময়ামগা চিন্না লৈমিন্নবা নত্রগা মপাশাগা লৈমিন্নবদগীসু মসি থোকপা য়াওই।

৮) মপা-মপুগী ওইবা, জিন নত্রগা ক্রোমোজোমগী অশোয়বদগীসু এবোর্সন থোকপা য়াওই।

৯) য়োকপগী থৌরাংদা মরুওইনা গর্ভা পুরিঙৈ ১ দি পোকপা মতমদা শোয়বদগী মচা শিনা পোকপা থোকই। চাগোক মরিরক্তগী হেল্লবী অহল ওইরবী ওকপীশিংদসু এবোর্সন অসি তোয়না থোকই।

এবোর্সন থোকহন্দনবা গর্ভ পুরবী ওক শিংদা য়োকপদা মসি থোকহল্লিবা মরমশিং মুন্না খঙদোক্লগা চেকশিন থৌরাং কয়া পায়খৎপা তাই। করিগুম্বদা, মচা পোকপগী মতম মৌথ্রিবা ওকপীশিংগী ভলভা (চাবোকথোঙ) থা-থা লাওনা চউখৎলক্লবা অমদি

চাবোকথোঙদগী মচুম চৎপা উরবদি, মবুক মনুংগী মচাশিং হিংলিত্রা হান্নবদু য়েংগনি। করিগুম্বা হিংবগী খুদম ফংলবদি এবোর্সন থোক্তনবা হায়ড্রোক্সিপ্রোজেষ্টেরোল (হায়প্রোজেন-ভেটসফার্মা)ইঞ্জেক্সন কাপকদবনি।

## ডীষ্টোকিআ

মপী নত্রগা মমা অমগী মচা পোকপগী চপ চাবা পুংফম য়ৌবা ফাওবদা, খুৎশেমগী মতেং য়াওদনা, প্রকৃতিগী ওইবা মশা মথন্তগী শক্তিনা মচা পোকহনবা ঙমদবা অদুবু ডীষ্টোকিতা হায়না খঙনৈ।

ওক্তা ডিষ্টোকিআ ওইরকপগী মরুওইবা মরমসি অয়াম্বদা, মচাখাওনা মচা ইম্বোকরকপগী মপাঙ্গল ব্রাৎলকপা, ঈশিং খাও চাউথোকপা, নৌমননা মচা পোকপা, মচাগী চাউবগী চাং হেনমনবা, জিনগী অশোয়বদগী– মচাগী মকোক চাউথোকপা, অনি লোংবনচিংবনা ডিষ্টোকিআ ওইরকই। মসিদা নত্তনা মচিঙ্গাক্কী অশোয়বা, য়োকপগী থৌরাংদা শোয়বা, লায়না-তিন্না, অশোক-অপন, পারী-পুরীগী অশোয়বনচিংবা লৈবদগীসু মসি থোকই। ময়ামসিগী মনুংদা মচিঙ্গাক ১দি য়োকপগী থৌরাংদা অশোয়বা লৈবসিনা খ্বাইদগী মরুওইবনি। মসি ওক হাতমদা অয়াম্বনা থেংনৈ। অশোয়-অঙাম য়াওদনা চুম্না মতম চানা, মচা পোক্কদবা হাতমদি পোকপদগী হীট লাকপা ফাওবা, হীট লাকপদগী মচা ওইবা (গর্ভা পুবা) ফাওবা, মচা ওইখিবদগী পোকপা ফাওবদা তোঙান তোঙান্না মচিঙ্গাক পীজদুনা মশা-মঁউ ফনা চাউখৎহনগদবনি। অদুবু মচিঙ্গাক্কী মচল নত্রগা মরাং কায়বা ব্রাৎপদগী চাউজন থিল্লবা ওক হাতম ১ দা য়াম্না নৌনা, হীট লাক্রে হায়দুনা মশাগী অরুম্বা ইয়েং য়েংদনা মপাশা থাজিন্দুনা মচা লৌবা অমসুং গর্ভা পুরিঙে মতমদা পীজফম থোকপা মচিঙ্গাক্কী মচল অমসুং চাং ব্রাৎমনবদগী শোন্দম নাদম্নরবা মপী অমদা, অশোনবা নত্রগা অশিবা মচা লৈবদগী লোয়ননা মচাখাও (য়ুটেরস) না মচাশিং মপান্দা ইম্বোকপগী শক্তি ব্রাৎমনবদগী ডিষ্টাকিআ অসি থোকপা য়াওই।

অমরোমদা, হেক্তিন্না পীজবদগী (মরু ওইনা গর্ভা পুরিঙে মতমদা) নোয়খৎমনখিদুনা মচাখাওদা, চাবোকথোঙগী কোংলৌগী অকোয়বদা ফেট (থাওগী শরুক) পৈশল্লক্তুনা মচা পোকফম মরিল অদু খুজিলহনবত নত্তনা মচাখাওগী মপাঙ্গল ব্রাৎলক্তুনা, মচা পোকথোক্লবা শংবদা চোকথখিদুনা ডিষ্টোকিআ থোকপদা মতেং পাংই। মসিগী মথক্তা অথুবা, উরুম লাংবা মকোন্দা ফাজিন্দুনা মপান থোকহন্দনা চহি চুম্না থম্বা ওকশিংদনা খুদোংথিবসি খরা হেল্লি। অহাঙবা লমহাংদা থাদোক্তুনা শজিক্লচিংবা চাহনবা ওইনা চথোক চৎশিন তৌহন্দুনা শাজেন তৌহনবা অসিনা চাবোকফম মরিল ফিভম চাহনবত নত্তনা মশাগী মপাঙ্গল, লায়না তিন্নাদগী ঙাকথোকপা ঙম্বগী শক্তি হেক্কৎহন্দুনা মচা পোক্কমদাইদা কম্না শংবা ঙমই অমসুং মচাখাওগী মপাঙ্গল হেনগৎহন্দুনা মচা পোকপদা মতম কুইনা চংহন্দে। গর্ভা পুরিঙে মতমদা স্বাইন ফিভমগী টিকা (মরুওইনা গর্ভা পুবা থা ৩ ফাওবদা) থাবদগী অশিবা, অশোয়বা মচা পোকহনবত

নত্তনা ডিষ্টোকিআ তোয়না থোকহল্লি। গর্ভা পুরিঙৈদা মচাখাওদা শোকহনবা অমদি পুকনুংদা মচা শিহনবা লায়নাশিংনা নহানবদগীসু ডিষ্টোকিআ থোকহল্লি। লায়নানা শাথিনা শোক্লবা মচাখাওদি মচা পোকলমদাইদা চপথোক চপশিন তৌবগী শক্তি য়াওথি। লোয়ননা চাবোকথোঙ ময়াগী শের্ভিক্স চাউথোকহনবা ঙমলক্তে। মসিগী মথক্তা লায়নানা শিরবা পুকনুংগী মচাশিংদুদা মচাখাও মনুংদা অহোংবা অমা লাকহল্লক্লুনা মচা পোকহনবগী শক্তি য়াংহনবগা লোয়ননা ডিষ্টোকিআ থোকহল্লি। ওক অমোমশিংনা গর্ভা পুরিঙৈ নত্রগা পুত্রিঙৈদা করিগুম্বা মরম খরদগী মরুওইনা নাম্বুরুবা, অৱাংবা ফক্লাংনচিংবা লান্দুনা চোংবা অমদি তারকপা নত্রগা চৈনচিংবনা ফুবদগী মখাংগী শরু তেকখিবা, কোংলৌগী শরু কায়খিবনচিংবা থোকখিবদগী মচা থোরকফম থোঙ অদু খুজিনখিবা য়াওই। মসিগা লোয়ননা গর্ভা পুরবা ওকশিংগী মবুক মনুংগী মচা শিবা, মচাখাও তংপা নত্রগা লৈথংপনচিংবা থোকপদগী ডিষ্টোকিআ ওইরক্পসু য়াওই।

ডিষ্টোকিআদগী ওকশিং কন্ননবা মচা পোক্কদবগী স্বর থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা তিংথোক্লুনা লৈরবা, লোয়ননা খোমজিন্দগী মখোম ভৌরোক ভৌনা ফিৎ ফিৎ কাপ্লবা ওক অদুগী চাবোকথোঙদগী নাওথি য়াওরবা মচুম অদু তাথিবগী মতুং পুং ২ ফাওবা মচা পোক্লক্লবদি, অশেংবা, অরুবা খুৎনা ড্রেসিং থাও তৈরগা চাবোকথোঙদা থিংজিন্দুনা কোংলৌ মনুংদা লৈরিবা মচাগী ফিভম য়েংগদবনি। কোংলৌদুনা খুবদগী মচা থোরকপা ঙমদদুনা লৈরল্লবদি, খুৎশানা চপলগা মচাদু চিংথোক্লবা হোৎনগদবনি। খুৎশানা চিংথোকপা ঙমদ্রবদি খুৎলাইগী মতেংনা চপ্লগা চিংথোক্কদবনি। মথংগী মচা থোরকপদা মতেং পাংনবা ওক্সিটোসিস আই, য়ু, ০.১২৫ মিনিট খুদিংগী শদোংদা কাপকদবনি লোয়ননা খোমজিনগী পরেংদা শাংনা শাংনা অমোনবা ফি অমগী মতেংনা নানবীগদবনি। মথংগী মচা অদুসু কোংলৌদা য়ৈশন্দুনা থোরকপা ঙমদদুনা লৈরবদি হান্নদৌনা নমদুনা চিংথোকপা তাই। মসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ওক মপী অদু হেঞ্জিন্না চোকথখিগদবা ওইরবদি ডেক্সট্রোজ ২৫% ইঞ্জেক্সন মিলিমিটর ১০০ দগী ২০০ ফাওবা মনাগী উনশা মখাদা লৈরিবা ঈ উতোংদা কাপ্লীগদবনি। ঈ উতোংদা কাপ্লদু নাতে চাদ্রবদি মবুক্কী উনশা অপাবদুদা সব ক্যাটেনস ওইনা নত্রগা মবুক মনুংদা ইন্ত্রা পেরিটোনিএল ওইনা কাপ্লবসু কান্নবা ফংই। ডেক্সট্রোজ অদু কাপলমদাইদা ঈশিং অশাবদা থাদদুনা লুম্বু লুম্বু শাহনগদবনি। মচা শত্তোক্লবা হোৎনবদা য়ামনা শাথিনা চোং-ফনবা তৌদুনা অশোয়বা লাক্কদবা লৈরগদি নিঙদুগী মথক্তা লৈবা লম্বো-সেক্রেল শরুগী তাংদা য়োৎতুম থিনজিল্লগা জাইলোকেইন নত্রগা নোভাকেইন ২% মিলিলিটর ৫-১০ ফাওবা কাপশিন্দুনা ইপীদ্যুরেল এনেসথেসিআ থাগদবনি।

কোংলৌ অমদি চাবোকথোঙ অদু হেঞ্জিন্না খুবদগী মচাশিংদু শত্তোকপা ঙম্বগী উপায় লৈত্রবদি নত্রগা ওক্সিটোসিন ইঞ্জেক্সন আই, য়ু ০.১২৫ মিনিট খুদিংগী কাপ্পদুনা আই, য়ু, ২৫

ফাওবা পীবদা মচা পোকথোকপা ঙমদ্রবদি, শীজেরিআন ওপরেসন (মবুক্তা খায়রগা মচা লৌথোকপা) পাঙথোককদবনি। ওপরেসন অসি য়ারিবমখৈ ঙম্না পাঙথোককদবনি। ওক অদুনা মচা পোককদবগী অহানবা শংবা হৌরকপদগী পুং ৫ / ৬ ফাওবগী মনুংদা পাঙথোকহৌগদবনি। পুং ১২-১৮ ফাওবগী মতুংদদি অহিংবা মচাশিং শিরকপগা লোয়ননা মচাখাও, য়ুটেরস অদু শোকচিল্লকপনা মরম ওইদুনা ওপরেসন লোয়রবা মতুংদা মপী অদু শিগল্লি।

ডিষ্টোকিআ থোকপদগী মচাশিংদু উপায় অমনা লৌথোকপ্রবা মতুংদা, মপীগী য়ুটেরস মনুংদা সলফোনমাইদ, জেন্টামাইশিননচিংবগী বোলস হাপকদবনি। অদুগা এম্পিশিল্লিন ক্লোক্সাশিল্লিন নত্রগা জেন্টামাইশিন্নচিংবা এন্টিবাইওটিক্স অমসুং প্রোক্সিভেন্ট ডি এস, মেলোনেক্স (ইন্টাস) নচিংবা এনালজেসিক শাদোংদা নুমিৎ ৪ / ৫ নি কাপকদবনি।

ডিষ্টোকিআ ঙাকথোক্লবা মরুওইবা উপায়দি :

১) য়াম্না ঙম্না হীট লাক্লবসু, হাতমদা মশাগী অরুস্বনা কিলো ৬০-৭০ ফাওবা য়ৌদ্রবদি সার্ভিস পীরোইদবনি হায়বদি গর্ভা পুহল্লোয়দবনি।

২) মখাঙ অমসুং কোংলৌ তেকথিবা ওক অমোমশিংনা গর্ভা পুহল্লোয়দবনি।

৩) গর্ভা পুরবী ওকশিংদা কৈদৌঙৈদসু হেঞ্জিন্না পীজদুনা মশাদু হেঞ্জিন্না নোয়খৎহল্লোইদবনি। ঙল্লবদি গর্ভ পুবী ওক খুদিংমক নুমিৎ খুদিংগী অহাংবা লমহাংদা থাদোক্তুনা শাজেল তৌহনগদবনি।

৪) মশা নাদ-য়েক্তনবা গর্ভা পুবী ওক অদুগী মচিল্লাক্তা উরিওমাইশিননচিংবা ফীদ সপ্লিমেন্ট, মচল শুরবা ফীদকা লোয়ননা পীজগদবনি।

৫) গর্ভা পুরবী ওক অমদা (মরুওইনা থা ৩ ফাওবদা) স্বাইন ফিভর ভেকশিন পীরোইদবনি।

৬) গর্ভা মপুং ফারকপা, য়াম্না লুমথরবা মতমদা কল্লা চেলহনবা, চোং-ফনবা নত্রগা নানথুবনচিংবা তৌহল্লোয়দবনি।

## রিটেণ্ড প্লাসেন্টা (নাওফম তাদবা)

ওক্তদি নাওফম তাদবসি কয়া তোয়না থোক্তে। মহৌশানা মচা পোকপা লোয়প্রবা মতুং পুং ১-২ ফাওবগী মনুংদা পুল্লপ ওইনা নত্রগা ২রক থোক্লা তারকই। অদুবু মচা ময়াম পোকপদা মতম কুইনা চংবা নত্রগা ডিষ্টোকিআ থোকপদগী মতম কুইনা নৈনখিবনা মরম ওইদুনা নাওফম মতৎ মতৎ তারকপা য়াওই। করিগুম্বদা, মচা পোকপ্রবা মতুং নুমিৎ ২-৩নি শুবদা মতৎ খরা লৈহৌবদগী পুমথরক্তুনা মচাখাওদা শোকপদগী নায় তারকতুনা অপুম্বা নাওফম মতৎশিংগা কোয়না নায় ওইনা চাবোকথোঙদা থোরকপা য়াওই। মসি হেক ওইরকপদা মপী অয়াম্বদা মখোম থোক্তবগী খুদোংথিবদু হেক্তা লাকই। নাওফম মতৎ মতা লৈহৌই

লৈহৌদে হায়বদু খঙগে হায়রবদি, তারক্লিবা নাওফমদা য়াওরকপা খোয়রীশিংগী মশিংগা পোকখ্রবা মচাশিংগী মশিংগা চানে চানদে হায়বদু য়েংগদবনি।

নাওফম তাদবগী লায়নাদগী কন্নবা ওক মপী অদুনা মচা হেক পোকপা লোয়বগা, নাইট্রোফুরাজোল য়ুরিআ (ফ্যুরিআ নত্রগা ফ্যুরেক্স) নত্রগা সলফোনমাইদ, জেন্টামাইশিন নত্রগা শেফালেক্সিননচিংবা ইন্ত্রা য়ুটেরাইন বোলস চাবোকথোঙদা থিংজিল্লগা য়ুটেরস মনুংদা হাপকদবনি। মচা পোকপা লোয়প্রবা মতুং পুং ১২ ফাওবদা নাওফম তারক্রুবদি, খুৎনা চাবোকথোঙদা থিংজিল্লগা লৌথোক্লবা হোৎনগদবনি। খুৎনা লৌথোকপা য়াবা লৌথোক্লগা পোভিদোন আইওদিন মিলিলি ১০ মুক য়ুটেরস মনুংদা কাপশিনগদবনি নত্রগা ইন্ত্রা য়ুটেরাইন বোলস য়ুটেরস মনুংদা হাপকদবনি।

নাওফম মতৎ মতৎ ওইনা তাবা নত্রগা খুৎনা লৌথোকপনচিংবা পাঙথোকখিবদগী মচাখাও (য়ুটেরস) শোক্তুনা সেপ্তিক মেত্রাইটিস থোক্লক্কদবদু থিংনবা ইন্ত্রা য়ুটেরাইন বোলস হাপ্লগী মথক্তা স্ট্রেপ্তোপেনিশিল্লিন গ্রাম ১-২, ওক্সিটোশিন আই, য়ু ৫ নোংমদা অমুক কাপ্তুনা নুমিৎ ৪/৫ নি চথগদবনি। এমপিশিল্লিন, জেন্টামাইশিন, ঔরিওমাইশিন, ত্রাইমেথোপ্রিম : সলফোনমাইদ ইঞ্জেক্সনসু স্ট্রেপ্তোপেনিশিল্লিনগী মহুৎ শিন্দুনা শিজিন্নবা য়াই।

## মষ্টাইটিস

ওক মপীগী মখোমদা পোমদুনা লায়হৌ তৌবগা লোয়ননা মচাশিংবু মখোম পীথক্তবা, করিগুম্বদা হেঞ্জিল্লবদি শিবা ফাওবা য়াওবা অদুবু মষ্টাইটিস হায়না খঙনৈ।

লায়না অসি স্ট্রেপ্তোকোক্কাই অমসুং ষ্টেফাইলোকোক্কাই, স্ফেরোফোরস নেক্রেফোরস, এক্তিনোবেশিল্লস লিগ্নিরেসি, কোরীনেবেক্তেরিঅম পাইওজিন্স, মাইকোবেক্তেরিঅম ট্যুবর্কুলোসিস অমসুং কোলিফোর্ম বেক্তেরিআ - ই, কোলাই, এরোবেক্তর এরোজিন্স কৌবা বেক্তেরিআশিংনা থোকহনবনি।মখোয়শিংসিগী মথক্তা মখোমগী কেনসরনসু লায়না অসি থোকহল্লি।

লায়না অসি ওইরকপগী মরমদি - ওক মচাশিংনা মখোম থকপা মতমদা খোমজিন মুন্নবদা অথৌবা ময়াশিংনা মপীগী মখোম চিকথৎপা, নত্রগা য়োৎপী, তিংখং, উচেৎ-ঋচেৎ অমদি ওকোনগী লৈমায় ফত্তবদগী অতুম্বা পোৎশক অমনা মখোমদা ঈ থোক্লা শোকহনবা নত্রগা মশা মনুংগী অনাবদগী মহিকশিংদুনা মখোমদা চংলকপদগী মখোমগী অনাবা মষ্টাইটিস অসি থোকহল্লি।

লায়না অসিগী লায়ওংদি অহানবা হৌরকপদা ওকপী অদু ইতে তেরকই। চানীঙ-থক্লীঙবা য়াংলকই। লায়হৌ ১০৫°F-১০৭°F (৪০.৫-৪২°C) য়ৌনা তৌরকই। মখোমগী খোমজিন ময়াদা পোমথোরকই। অপোম্বশিংদু শোকপদা ফং-ফং শাই, ওক্তুনা য়াম্ন

। নাবগী খুদম উৎলি। করিগুম্বদা অপোম্বা মচিন্দগী নায় থোরকপা য়াওই। মতমসিদা ওকপী অদুনা মচাশিংদা মখোম পীথক্তনবা কন্না হোৎনৈ। মসি মচা পোকপগী নুমিৎ নিনিগী মতুংদা য়াম্না থোক্কল্লি। অসুম্না মচাশিংদুনা চন্না হেনবদগী হায়পোগ্লাইশেমিআ থোক্তুনা শিবা য়াম্না তোয়না থোকই।

কোলির্ফোম বেক্তেরিআশিংনা থোকহনবা মষ্টাইটিসতি, ফত্তবা-জুগোৎ চাদবা মকোন্দা লৈবা, মশা-মউ য়াম্না ফবী ওকপীদা থোক্কল্লি। মসিদদি অপোম্বদু মচিন কয়া নাইদে, য়াম্না কল্লি, শোকপদা য়াম্না নাবা ফাওই, পোমথোক্লিবা মপাদুগী উনশাগী মচু হোংলকই, লায়হৌ কন্না লাকই, লোয়ননা মথি শুংগৎলকই। মচাশিংদা মখোম পীথক্তনবা উপশিল্লগা কুনদুনা লৈ। করিগুম্বা মচাশিংনা মখোম থকপ্রবদি মচাশিংদু থিবেৎ নত্রগা ঈতোন ফায়রকই। অনাবসি মচাখাওগী লায়না, মেত্রাইটিসগসু লোয়নগল্লি। অসুম্না নারবা ওক অদু অমুক হন্না মচা পোকহনবদা হেন্না খুদোং থিনিঙাই ওই।

কেরীনেবেক্তেরিঅম পায়োজিন্সনা থোকহনবা মষ্টাইটিসতি য়াম্না তোয়না থোক্কল্লি। মসিদি মতম অয়াম্বদা, ওক্তুগী মশাগী জগা অমদা নারম্বদগী মখোমলোমদা শন্দোরকপনি। মসিদদি, অপোম্বদু মচিন ফজনা নাইবা উই। মচিন্দুদগী শংবান্নবা নায় থোরকই। অসুম্না নারবসু ওকপী অদু মথংগী মচা পোকহন্দবা ফৈ।

মসি লায়েংনবা অমসুং ঙাকথোক্লবা উপায়দি, অপোম্বদু ঈশিং অইংবা-অশাবা শিল্লোন-শিঞ্জিন তৌদুনা হিগা য়েগদবনি। নিওমাইশিন, টেত্রাশাইক্লিন, এমপিশিল্লিন, এমোক্সিশিল্লিন, ষ্ট্রেপ্তোপেনিশিল্লিন, ত্রাইমেথোপ্রিম : সলফোনমাইদ নত্রগা ইনরোফ্লেক্সাশিন ইঞ্জেক্সন নুমিৎ ২ দগী ৪ নি ফাওবা কাপকদবনি। ওক্সিটোশিনসু কাপকদবনি। শাথিনা শোক্লবা মপীগী মচাশিংদু, মপীগী মখোম পীথক্তনা অশেন্বা মচিঞাক পীথক্কদবনি।

লায়না অসি লাক্তনবা য়াম্না লু-নানবা, ওক্কোনগী লৈমায়দা মচা পোকহনগদবনি। লৈমায়দা হোরায় মকুপ থারোইদবনি। অফবা অকংবা অমোনবা মখলগী চরুনচিংবা থাগদবনি। পোকপগা মচাশিংগী অতুম্বা ময়া ককথৎকদবনি। মচা পোক্কদবা নুমিৎ নিনি ব্রাৎলিঙৈদগী পোকপা মতুং নোংমা ফাওবা ত্রাইমোথোপ্রিম : সলফোনমাইদ মিলিগ্রাম ১৫, মশাগী অরুম্বা কিলো অমগী চাংদা মচিঞাক্তা হাপ্লবদি মষ্টাইটিসতগী কনবা ঙমই।

## মষ্টাইটিস, মেত্রাইটিস, অগেলেক্সিআ
## (এম, এম, এ) কমপ্লেক্স

ওক মপীনা মচা হেক পোকপগী মতুং পুং ১২ দগী নুমিৎ ৩ নি ফাওবসিদগী হৌনা মখোম থোকখিদদুনা মচাশিংবু মখোম পীথক্তবসি য়াম্না তোয়না থোক্কনবা লায়নানি। লায়না

অসিনা মরম ওইদুনা ওক মপীদা ১-২% ফাওবদি শিবা য়াওই। অদুবু মচাশিংদদি মপীগী মখোম ফংদদুনা হায়পোগ্লাইশেমিআ থোক্তুনা শিবসি য়াম্না তোয়না থোক্কল্লি।

লায়না অসি ওইরকপগী মরম য়াম্না লৈ। মখোয় অদুদি :-

১) য়োকপদা চংগদবা থৌরাং ব্রাৎপা

২) লুবা-নানবা ব্রাৎপা

৩) ই কোলাই, স্ট্রেপ্টোকোক্কাই, স্টেফাইলোকোক্কাই, ক্লেবসিএল্লা, মাইকোপ্লাজমানচিংবা বেক্টেরিআশিংনা নাবা

৪) হোরমোনগী অশোয়বা

৫) মচিঞ্জাক্কী অশোয়বা

৬) শাজেন ব্রাৎপা

৭) পারি-পুরিগী অশোয়বা

য়োকলিবা ওক অদুগী দরকার লৈবা চংদবা য়াদবা সেবাগী থৌরাং কয়া মফম মতম অমদি মতিক চানা পায়খত্তবনা লায়না অসি ওইরকপগী মরুওইবা মরমনি। গর্ভা পুরিগুঁ মতমদা হেঞ্জিন্না পীজদুনা নোয়মনখিবা লোয়ননা অখুবা মকোন্দা মতম চুপ্পা ফাজিন্দুনা শাজেন তৌবগী খুদোংচাবা পীদবা অসিনসু মখোম থোকহন্দবগী লায়না অসি থোকহল্লি। কোকফায়-শুজা কারবা, মাইকোটোক্সিন য়াওরবা মচিঞ্জাক পীজবদগী হোরমোন্দা অশোয়বা লাক্তুনা ইস্ট্রোজেন হেন্না থোকহনবদগীসু মখোম থোক্তবা য়াওই। মখোম থোকহনবদা দরকার ওইরিবা হোরমোনশিং-ইনসুলিন, কোর্টিসোন, প্রোলাক্টিন, ওক্সিটোশিন, ইস্ট্রোজেন অমসুং প্রোজেস্টোরোনগী চাং চপ চানা লৈগদবনি। অদুবু মচিঞ্জাক্তা য়াওবা অশোয়বা খরদগী হোরমোন অমগী চাং ব্রাৎপা নত্রগা হেনবা হেক লাকপদা মখোম থোক্তবগী খুদোংথিবসি লাকই। ইরগোট পোইজনিং থোকপদগীসু মসি থোকই। মসিদা য়াম্না খুদোংথিরিবসি ইস্ট্রোজেনগী চাং হেনগৎখিবদগী প্রোজেস্টেরোন অমসুং ওক্সিটোশিনগী চাং হন্থখিবা অসিনি। মচা পোকফম কা অদু নুংশা মঙাল ফংদনা চহি চুপ্পা উরুম লাংবা, লোয়ননা মোৎমন্না থম্বনসু লায়না অসি থোকহনবগী মরম অমা ওই। গর্ভা মপুং ফারকপদা অমদি মচা পোক্লিগুঁ মতমদা অকনবা নুংশাগী মৈশা ব্রানা খাঙহনবা নত্রগা নিংথমথাদা হেঞ্জিন্না ইংহনবনসু লায়না অসি থোকহনবা য়াওই।

লায়না অসিগী লায়ওংদি, মচা পোকখ্রবা মতুংদা নুমিৎ হুমনি ফাওবগী মনুংদা মচাশিংনা মখোম থক্লবা হোৎনবদা অনাবা মপী অদু হৌগৎ-হৌগৎতুনা চেল্লি। নত্রগা মখোম অদু লোৎতুনা থম্মবা মবুক্লা উপ্তুনা কুল্লি। অসুম্না মখোম থক্তবদগী ওক মচাশিংদুগী ফিভম ফৎচিল্লক্তে, ইশোন শোঞ্জিল্লকই, লোয়ননা হায়পোগ্লাইশেমিআ তৌদুনা মথং মথং শিরকই। মপী অদু লায়হৌ ১০৩-১০৭°Fগী মৈনা তৌরকই, মচিঞ্জাক চানিঙলক্তে, মথি শুংগৎলকই।

মখোমশিংদু পোমখৎলকই, খোমজিনশিংদু ইখুই খুইজিল্লি অমসুং পীকশিল্লি, লোয়ননা খুৎনা চিংলগা য়েংবদা মখোম থোরক্তে নত্রগা লিক্লা থোরকই। মদু তৌবদা য়াম্না নাবা নত্রগা হৈনদবা উৎলি। মতমসিদা চাবোকথোঙদগী নায় য়াওবা অনঙবা মচুম লেপ্তুনা চৎলি। করিগুম্বদা মচুমদুগা লোয়ননা নাওফম মতৎ অমদি অশিবা অপুম্বা মচা য়াওরকপসু লৈ। য়াম্না হেঞ্জিন্না শোকপদগী মপী অদু শিবা য়াওই। অদুবু অয়াম্বদি লায়না অসিনা হৌবদগী য়ামদ্রবদা নুমিৎ হুমনি ফাওবগী মতুংদা তপ্না তপ্না লায়না অসিদগী ফরকই। অদুবু মখোম অদু পুরা চিংখৎখি লোয়ননা মচা পুম্নমক চরা হেন্দুনা শিখি।

মসিদগী কন্ননবা, অহানবা হৌগৎলকপদা ষ্ট্রেপ্তোপেনিশিল্লিন, এমপিশিল্লিন, এমোক্সিশিল্লিন নত্রগা ত্রাইমেথোপ্রিম : সলফোনমাইড নুমিৎ ২ - ৪ নি কাপথোক্কদবনি। মসিগা লোয়ননা ওক্সিটোশিন আই য়ু ১০-১৫, পুং ৪ খুদিংগী কাপ্তুনা মখোম মপুং ফানা থোক্ত্রিবা ফাওবা পীগদবনি। মথি ফায়দোক্রবা সেলাইনপগেটিভ পীগদবনি, মসিগীদমক লেনটিন ইন্ট্রাভেনস নত্রগা সবক্যুটেনসতা কাপ্লদা কান্নবা ফংই।

এন্টিবাইওটিক্সকা লোয়ননা প্রেড্নিসোলোন ইঞ্জেক্সন নোংমদা মিলিগ্রাম ১০০ নত্রগা হোষ্টাকোর্টিনগুম্বা গ্লুকোকোর্টিকোইড কাপ্লবসু কান্নবা ফংই। বিটামেথাজোন ইঞ্জেক্সন শিজিন্নরবসু য়াই।

মপীগী মখোম থোক্ত্রিঙৈদদি, ওক মচাশিংদা ২৫% ডেক্সট্রোজ ইঞ্জেক্সন, ওক মচাশিংগী মবুক মনুংদা কাপশিনগদবনি, লোয়ননা খুৎশেমগী মচিঞ্জাক ইনগদবনি। মপীদা ওক্সিটোশিন ইঞ্জেক্সন, কাপত্রবা মতুং মিনিট ১০ দগী ১৫ফাওবগী মতুংদা মচাশিংদু মপীগী মখোম পীথক্রবা মপীগী মনাক্তা থাংজিনগদবনি। মচাশিংনা খোমজিন অমদি খোম্মিদা নৈবনসু খোম থাদবদা মতেং পাংই। অসুম্না ফি অমোনবা অমগী মতেংনা খোম্মিদা হনগৎ-হন্দা নানবনসু কান্নবা ফংহল্লি।

লায়না অসি লাক্তনবা য়াম্না লু নানবা তাই। গর্ভা পুরিঙৈদা পীগদবা মচিঞ্জাক্কী নিয়ম ঙাক্লা চৎতুনা মশা অদু হেঞ্জিন্না নোয়খৎখিদনবা হোৎনগদবনি। অফবা মখলগী শজিক য়াম্না পীজবগা লোয়ননা অহাঙবা লমহাঙদা থাদোক্তুনা শাজেন তৌহনবা দরকার ওই। মপী অদুনা মচা পোক্কদবা নুমিৎ নিনি ৱাৎলিঙৈদগী পোকপগী মথং নুমিৎ অদু ফাওবা হায়বদি নুমিৎ ৪ নি মচিঞ্জাক হম্বুনা পীজবগা লোয়ননা ত্রাইমেথোপ্রিম: সলফোনমাইড মিলিগ্রাম ১৫ মশাগী অরুম্বনা কিলো ১ গী চাংদা হাপলবদি লায়না অসি লাক্কদবদগী থিংবা ঙমই।

## শীষ্টাইটিস এণ্ড পায়েলোনেফ্রাইটিস ইন সোস

ঈশিং মরিদা নুংলৈবা অমসুং কিদনীগী লায়না অসি ওক মপীদা মহীক কয়ামরুম্না থোকহল্লি। অদুবু কোরিনোবেক্তেরিঅম সুইস কৌবা বেক্তেরিআ অদুনা খ্বাইদগী মরু ওইবনি। বেক্তেরিআ অসি ওকশিংগী ময়ুং হানফবগী থুপচিনবা উনশা মনুংদা করিগুম্বদা য়াওই।

লায়না অসিগী লায়ওংদি, মপাশানা সার্ভিস পীবগী মতুং হাপ্তা ৩দগী ৪ ফাওবগী মতুংদা নত্রগা মচা পোল্লবা মতুংদা ওকপীশিংনা ইখঙ খঙহৌদনা শিবা য়াওই। অনাবা হৌরকপা মতমদা, ওকপী অদু মনম পোনখৎলি লোয়ননা ঈ-নায় য়াওরবা ময়ুং হাল্লকই। অনাবসিনা হৌরকলবদি য়াম্না শিগল্লি।

অহানবা হৌরকপগা পেনিশিল্লিন ইঞ্জেক্সন কাপ্লবদি লায়না অসিদগী কনবা ঙমই। অনাবা ওকপী অদুবু সার্ভিস পীরম্বা মপাশা অদুসু পেনিশিল্লিন কাপথোক্কদবনি। অসুম্না নারুবা ওক অদু কুইনা থল্লোইদবনি।

## ওষ্টিওমালাশিআ ইন সোস

মশা-মউ ফরবা মচা ময়াম চেনবী, মখোম ফজনা থোকপী মপীনা মচা খাইনদ্রিঙৈদা শোনমনবদগী খুদুঙগী মখোঙ শেক্লক্তুনা, হৌগৎপা ঙম্লক্তবা, মনিঙনা ফমদুনা লৈবা মমৈদা মশাগী মনিঙথংবা শরুক মখৈ পুরা চিংদুনা নাবা অদুবু ওষ্টিওমালাশিআ ইন সোস হায়না কৌই।

লায়না অসি ওইরকপগী মরমদি কেলশিঅম ৱাৎপদগীনি। মচিঞ্জাক্তা ফোসফরসগী শরুক্তা কেলশিঅমগী শরুক্তগী হেনবদগী, মচিঞ্জাক্তা য়াওবা কেলশিঅমগী শরুক অদু মপুং ফানা চুপশিনবা ঙমদে। মসি নুংশা ফংদবা, উরুম ঙাক্তা ওইবা মকোন্দা লৈবা ওক্তনা খরা হেল্লি। মরমদি নুংশাদগী ভিটামিন ডিগী মচাক ফংলগা ওক্তুনা কেলশিঅম চুপশিনবা অমদি হকচাং মনুংদা শরুনচিংবা শেমগৎ-শাগৎপদা মতেং পাংলিবনি। অসুম্না মচিঞ্জাক্তগী কেলশিঅম ৱাংনা ফংলবী ওকপী অদুদগী মচাশিংনা খোমজিংবদা হকচাং মনুংগী কেলশিঅম চুপথোকখিবদগী অশোয়বা অমা লাকই। অসুম্না শরু শয়াংদা য়াওরিবা কেলশিঅম অদু মখোমদা লাক্তুনা নুমিৎ খুদিংগী মচানা চুপথোকখিবনা মরম ওইদুনা শরু শয়াং অদু নোংম নোংমগী শোকপা হেঞ্জিল্লকই। মসিদগী মখোঙ শোকপা, হৌগৎপা ঙম দবা অমদি শিথদুনা চিংবনচিংবা কয়া থোরকই।

শাথিনা শোকলবা ওক মপীদু মচাশিংদগী খুদক্তা খাইদোকলগা কেলশিঅম ইঞ্জেক্সন নুমিৎ ৪ / ৫ নি কাপকদবনি। মসিগী মথক্তা ভিটামিন বি কমপ্লেক্স , লিভর ইক্সট্রেক্ত ইঞ্জেক্সন পীবগা লোয়ননা মচল শুরবা মচিঞ্জাক মরাং কায়না পীজনবা হোৎনগদবনি।মসি পীরবা ফাওবদা হৌগৎতুনা চৎপা ঙমদ্রবদি ওক অদু য়োম্ভোকখিবনা ফৈ।

## থিন সো সীন্দ্রোম

ওক মপীনা মচা চেল্লিঙৈদা খিমন্না শোম্বখিবা অমদি মচা খাইনরবা মতুংদসু

নোয়খৎহনবা ঙমদদুনা নোংম-নোংমগী শোনবা হেঞ্জিল্লকপা, অদুগা করিগুম্বদা শোনমনবদগী হৌগৎপা ঙমদদুনা মতম খরা লৈরল্লগা শিবা অসিবু থিন সো সৌন্দ্রোম হায়না খঙনৈ।

মসি ওইরকপগী মরমদি - মচা চেল্লিঙৌদা লৈকম-চাফম নিংথিনা থম্লিদবা, মকোন মনুংদু ইচোৎ চোংহনবা অমসুং য়াম্না ইংহনবা, মচিঞ্জাকী মচল-ময়াল মতিক চানা পীদবা নত্রগা মবুক থন্না পীজদবা, ঈশিং মরাং কায়না পীথক্তবা অমসুং মবুক মনুংদা লৈবা তিলশিং, মরুওইনা ইসোফেগোস্টোমম স্পেসিস অমসুং হায়ওস্ট্রোঙ্গাইলস রুবিদস তিলশিং হিদাক থাদুনা লৌথোকপীদবা ময়াম অসিনা ফিভম অসি ওইরকপনি।

শাথিনা শোক্লবী ওক অদু মশাগী শাদোং অমসুং থাওগী শরুক মাঙখিদুনা শরুদা উনশানা কুপ্লবা জীবা অমগুম উরকই। উনশা অদু নপ-নপ লাওনা ইমোৎ-মোৎলকই। মশাগী মৈশা য়াম্না হত্থরকই। মতমসিদা ঈশিং নত্তনা মচিঞ্জাক মপুং ফানা চানিংলক্তে। করিগুম্বদা মচিঞ্জাক নত্তবা, অফং-অফংবা পোৎ চিক্তুনা-শান্নদুনা লৈ। অসুম্না হেঞ্জিল্লকপদগী পোৎথাফম খঙদবগী ফিভম উৎলকই। মমৈদা কুহ্থিবদগী হৌগৎপা ঙমদনা তাদুনা লৈ। ওক্নোনগী লৈমায়গা তায়নবা উনশা, মরুওইনা কোংলৌ, শরু হুমদাং অমসুং খুমাঙগী শাগন মপাগী অতোংবা জগাশিংদা কুপ্লিবা উনশা অদু মচেৎ-মচেৎ নিনখায়রকই। অসুম্না মতম খরা চাদথক্তনা লৈরম্লগা শি।

ফিভম অসিদগী কন্নবগীদমক মচা চেল্লিঙৌদা ময়েং য়াম্না তারবা ওকপী খুদিংমক অফবা মখলগী মচিঞ্জাক মতিক চানা পীজ-পীথক তৌবগা লোয়ননা কেলশিঅম ভিটামিন বি১, বি ৬, বি ১২, এ, ডি, ই অমদি লিভর ইক্সট্রেক্ত য়াওবা হিদাক শাদোংদা নুমিৎ ৪ / ৫ নি কাপকদবনি। মচাগা খাইনবগা তিলহিদাক থাদুনা মবুক মনুংগী তিলশিং লৌথোক্কদবনি। অসুম্না, অফবা মখলগী মচিঞ্জাক্তা এন্টিবাইওটিক অমসুং মিনরেল ভিটামিনগী ফীদ সপপ্লিমেন্ট মতিক চানা হাপ্লগা পীজবগা লোয়ননা অফবা ঈশিং মরাং কায়না পীথক্তুনা নিংথিনা শেম-শারবা মকোন্দা য়োক্লবদি ফিভম অসিদগী কনবা ঙমগনি।

## অতৈ অতোপ্পা লায়নাশিং

### হীট স্ট্রোক

মশাগী মৈশানা ২২°C গী মথক্তা লৈবা মতমদা অরাম্না মফমদা পুথোক-পুশিন তৌরবা নত্রগা ৪০°C গী মথক্তা শারকপদা মতম শাংনা নুংশাদা লৈরুবদগী ইংথহন্নবা উপায় ফংদ্রবা ওকশিংনা শামনবদগী শিবা অদুবু হীট স্ট্রোক হায়না খঙনৈ।

মসিগী লায়ওংদি, জগা অদুগী মৈশাগী চাং ২২°C দগী ৪১°C য়ৌরকপদা ওকশিংনা অইংবা মফম থিরকই। অদুবু ইংথহন্নবগী উপায় লৈত্রবা মতমদা স্বর থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা বানা খাঙই। মথংদা মনপ-মতিন তাদুনা পোৎথাফম খঙদবদৌনা উই। মতমদুদা মশাগী মৈশা ৪১°C - ৪৩°C (১০৬°F - ১১০°F) য়ৌনা শাগৎলকই। মমৈদা মমিৎ ঙাংশিল্লকই অমসুং উনশাগী মচু ঈ থাংনা মুশিল্লকপগা লোয়ননা শি। অশিবা ওক্তুগী মনাতোন অমসুং

নুংশিং উতোংদা ঈ য়াওরবা কোঙ্গোলনা ফুনজিল্লি। মশা মনুংগী জগা অয়াম্বদা অমদি উনশাদা মতং মতং খামহংপা থেংনৈ।

শাথিনা শোক্লবা ওকশিং কন্নবগীদমক খুদক্তা ঈশিং অইংবনা মশাগী মফম খুদিং শিনবা থুংনা লুপ্পবা হৈথগদবনি। অইংবা ঈশিংদা লুপহনবগা লোয়ননা য়ারিবমখৈ উরুম ফংবা মফমদা থম্নবা হোংনগদবনি। সেলিশাইলেং য়াওবা হিদাকশিং উনশাদা তৈবা নত্রগা ইঞ্জেক্সন ওইনা পীরবদি উনশাদগী মৈশা য়াম্না থুনা মাঙহল্লি। মসিগী মথক্তা ক্লোরপ্রোমাজিন, এজাপেরোননচিংবা ত্রাংকুইলাইজর ইঞ্জেক্সন পীবগা লোয়ননা গ্লুকোজ ২৫% সবক্যুটেনসতা কাপ্পীগদবনি। খরা ফগৎলকপা মতমদা অইংবা ঈশিং মরং কায়না পীথক্কদবনি।

## প্রোকাইন ষ্ট্রেস সীন্দ্রোম (ইর্জটোদ)

য়াম্না নোয়বা ওকশিং লাপ্পা পুথোক-পুশিন তৌবা অমসুং য়াম্না শাগৎপা মফমদা মপাশানা অমোমশিং সার্ভিস পীবা নত্রগা মপীনা মচা পোকপা মতমদা ৱামনবদগী ষ্ট্রেস সীন্দ্রোম থোক্তুনা খঙহৌদনা শিবা য়াওই। মসি লেন্দ্রেস অমসুং পিত্রেইন ব্রীদশিংদা হেন্না থোকল্লি। হিংলিবা ওকশিনা উংপা লায়ওংদি, অহানবদা মমৈদু ফরা-ফরা হাইরকই, মথংদা ময়া কাথোক্লগা মচিন্দা স্বর থবেং-থবেং হোল্লকই। মশাগী মৈশা য়াম্না ৱাংখৎলকপগা লোয়ননা উনশাদা মতং-মতং ওইনা ৱাওথাংনবা নত্রগা ঙাংশিল্লকপা হৌরকই। মমৈদা লেংবা-চংপা ঙমদবগা লোয়ননা ৱাম্বদুনা শি। অশিবা ওক্তী মখোঙগী তাং-তাং য়াম্না থুনা কনশিল্লক্তুনা থেক্তোক-থেক্চিন তৌবা ঙমদে।

ষ্ট্রেস সীন্দ্রোমদগী ঙাকথোক্লবগীদমক ওকশিং মপানগী মৈশানা ২২°C কী মথক্তা লৈবা মতমদা লাপ্পা পুবা তারবদি ওক কিলো ১ লুম্বদা এজাপেরোন মিলিগ্রাম ২ গী চাংদা ইঞ্জেক্সন পীবগা লোয়ননা কিলো ২৫ লুম্বা ওক্তা ভিটামিন ই, ৬৮ আই য়ু গী চাংদা শাদোংদা কাপকদবনি। মফম অমদগী অমদা পুথ্রিঙৈদা পুং ১২ চরা হেলহনগদবনি। চিনি অমসুং পেন্টাবারবিটোন পীরগসু ষ্ট্রেসতগী খরা মখৈ কনবা ঙমই। মসিনা শোক্লুরবা ওকশিং, মচা পুথোক্ল বা মপাশা নত্রগা মপী ওইনবা থমলোয়দবনি।

## কেন্নিবালিজম

করিগুম্বদা য়াম্না থকপী, লাঙগনবী, মীপাই চাওবী ওকপীশিংনা, মরুওইনা অহানবা চাগোক্তা, মচা পোক্লিঙৈ মনুংদা মনাক্তা মী, হুই, হৌদোঙনচিংবনা লাঙবা-খোংপা তৌরুবদগী, মথং মথং পোক্লকপা মশাগী মচাবু চিক্তুনা লংথোকপা নত্রগা হাত্তোকপা য়াওই। অদুগা মচা পোক্লিবী ওক্তুগা অতৈ অচৌবা ওকশিংগা থম্মিন্নবদগী, অতৈ ওকশিংদুনা পোক্লকপা মচাশিং

হাত্তোকপা চাথোকপা য়াওই। মসি ওইরকপগী মরমদি মচা পোক্লিঙৈদা, কিহ্‌ন-থুরুংহনবদগী মচাগী হাকশ্দা নার্ভস চৎখিদুনা মনাক্তা থোরক্লিবা ওক মচা অদুদা তায়নদুনা কেন্নিবালিজম অসি থোকহল্লি। নুমিদাংদা, মথন্তা অচিকপদা পোকপা মচা অমত্তা মপীনা হাত্তোক্তে।

অদুগা অমনা, পোকপগা মচাগী অতুম্বা-অথৌবা ময়াশিংদু ককথৎহৌদবদগী, মখোম থকপা মতমদা খোমজিন মুন্নবদগী, মখোয় মশেল থংন থংনবদা চিক্লবদগী চুবাদা শাথি শাথিনা শোক্লবা য়াওই। অশোকপা মফমশিংদা মহিক চংবদগী অনাবা ওইদুনা শিবসু য়াওই। মসি থোক্তনবা মচা পোক্কদবা ওক খুদিংমক নাইতোম কা অমদা থম্লগা য়োক্কদবনি। খরা হেন্না থক্কনবা, কিগনবা ওক খুদিংমক য়াম্না চিক্না মথন্তা পোকহনগদবনি। পোক্লিঙৈ মনুংদা মচাশিংদু কন্না খোং-লাওবা তৌহল্লোইদবনি। মচা পোক্লমদাইদা, চাবোক-থোঙদগী থোরকপা মহি-মচুম অদু মপী অদুগী মনাতোন্দা তৈশিনবীদুনা মনম হান্না খঙহনগদবনি।

## মপীনা ননখায়বা

নৌনা পোক্লবা ওক্লওশিং পোকপদগী নুমিৎ ৭ নি ফাওবদা মপীনা ননখায়দুনা হাত্তোকপা য়াম্না তোয়না থোকই। মসি থোকহনবগী মরুওইবা মরমশিংদি-মচা পোকফম কাদা মচাশিংগী লৈফম (ব্রুদর) তোঙান্না শেমদবা অমসুং ফক্লাংগী অকোয়বদা অমদি কাদুগী লৈমায়দা চরু-চনায় (বেদ্দিং) থামন্না থম্বা, মচাশিংগী মপাঙ্গল শোনবা অমসুং মপীনা মচা পোক্লবা মতুংদা লায়হৌগা লোয়নবা লায়নাশিংনা নাবদগী মচাশিংবু থওইরক্তবদগী ননখায়বসু য়াওই।

মপীনা মচা ননখায়দনবা মখাগী থৌরাংশিং অসি পাঙথোক্কদবনি।

১। পোকপদ ঙাইহিরিবা ওক মচাশিংগী অরুম্বা হেনগৎহন্নবা, ডাইজেষ্টিবল ইনর্জি মেগাজাউল ৩০ (মচিঞ্জাক কিলো ১দা ডাইজেষ্টিবল ইনর্জি মেগাজাউল ১২.৪) ফাওবা ফংবা ওন্নবদি মচাগী অরুম্বা হেনগৎহনবা ওর্মই।অদুবু মেগাজাউল ৩৫ দগী হেন্না ফংহল্লবদি মপীনা নোয়থোক -চাউথোকপা হেনগৎলগা মচাশিংগীনা অরুম্বনা হম্বরকই।

পোক্কদবা নুমিৎ ৩০ নি ব্রাৎলিঙৈদা মচিঞ্জাক্তা ২,২- ডাইক্লোরোভিনাইল ফোসফেৎ (ডাইক্লোরোভোস) নত্রগা জিঙ্ক বেশিত্রাশিননচিংবা হাপ্লগসু মচাগী অরুম্বা হেনগৎহনল্লি।

মপী ২/৩ না মতম মান্ননা মচা পোকলবদি ক্রোসফোষ্টরিং হায়বদি অশোনবা চাং মান্নবা মচাশিংনা মপী অমদা, অদুগা অকনবা চাউবা মান্নবা মচাশিংনা অতোপ্পা মপী অমদা থাজিল্লগা মখোম পীথকপা অসিনসু মচাশিংদা চাং মান্ননা লুম্বা হেলহনবগী খুদোং চাবা লৈ।

২। মচাগী তুংশিল্লগা লৈবা ইনর্জি হেনগৎহনবা অমসুং মপাঙ্গল কনখৎহনবা।

গর্ভা মনুংদা লৈরিবা মচাশিংনা পোক্লকপদা মপাঙ্গল লৈনবা, খরা হেন্না খিঙনবা মপীগী ঈদা য়াওবা গ্লাইকোজেনগী চাং মতিক চানা হেনগৎনবা হোৎনগদবনি। মসিগীদমক পোক্কদবা নুমিৎ ৭ নি ব্রাৎলিঙৈদগী হৌনা মপীগী মচিঞ্জাক্তা মোইদা, অটা, বাদাম থাও নত্রগা

চুহিনচিংবা হাপ্পীগদবনি। মসিনা পোকলকপা ওক মচাগী মশাগী থাও অমসুং ঈদা য়াওবা গ্লুকোজগী চাং হেনগৎহন্দুনা হিংবগী মশিং য়াম্না হেনগৎহল্লি।

মসিগী মথক্তা মরুওইনা নীঙশিংগদবা অমনা, লাবা-অমোম তিন্নহনবগী মতাংদা ক্রোসব্রীদিংদগী পুথোরকপা মচাশিংনা মপাঙ্গল কনবা হেল্লি।

পোকপদ ঙাইহিরিবা ওক মচাদা মৈশাগী চাং পুবা ঙমনবা শক্তি (থর্মো রেগুলেটিং মেকানিজম) য়াম্না শোনবনা মরম ওইবনা মপানগী অহিংবা মৈশানা মশাগী অশাবা মৈশা চুপথোকখিদুনা হান্না লৈজরম্বা ইনর্জি অদু মাঙহল্লি। অসুম্না ইংমনবদগী শোঙ্খরবা ওক মচাশিংনা মপীগী খোমজিন মুন্নবদা মাইথিবদুনা মখোম থকপা ফংদে। মরম অসিনা মচাগী লৈফম অদু তঙায় ফদনা ২৫$^{o}$C তগী ৩০ $^{o}$C ফাওবগী মৈশাগী চাংদা থমদুনা মশাগী ইনর্জি মাঙহন্দনবা হোৎনগদবনি।

করিগুম্বদা, মপীগী খোমজিন পরেং অনি অদু লাপ্নমনবদগী মখোম পীথকপা মতমদা মখাথংবা খোমজিনগী পরেং অদু মবুক্না ননশিনখিবদগী মচাশিংনা মখোম থকপা ঙমদদুনা, মচাগী মশিংগা মথকথংবা পরেংগী খোমজিন মশিংগা কোন্নদদুনা চরা হেনবা ওক মচা য়াওই। অদুগা মপীগী খোমজিন মশিংদগী পোকলকপা মচাগী মশিংনা হেনবদগী, খোমজিন মুন্নবদা মশাগী ইনর্জি মাঙবত নত্তনা মখোম থকপা ফংদদুনা চরা হেনবা তোয়না থোকই। অসিগীসু মথক্তা নার্ভস চৎপা ওক মপী খরনা পোল্লকপা মচাশিংবু মখোম পীথক্তবত নত্তনা হাত্তোকপা ফাওবা য়াওই। অসিগুম্বা বেরা লৈবা ওকশিংগীদমক্তদি ক্রোসফোষ্টরিং তৌবা দরকার ওই। ক্রোসফোষ্টরিংগী খুদোং চাবা ফংদ্রবদি তঙায় ফদনা মপীগী নুমিৎ হুমনিগী কোলোষ্ট্রম ফংহল্লগা প্রি-ষ্টার্তর ফীদ পীথক্তুনা য়োকপা তাই।

মচা পোল্লবা মতুং নুমিৎ নিনি শুরবা ফাওবদা মপীগী মৈশা ব্রাংনা লায়হৌ তৌদুনা লৈরবদি এন্টিবাইওটিক্স অমসুং ওক্সিটোশিন কাপতুনা লায়েংগদবনি। মরকঅসিদা মচাশিংনা চরা হেনদনবা প্রি-ষ্টার্তর পীথক্কদবনি। অমরোমদা নুমিৎ ১১০ গুম্বদা পোকপা অশোনবা, মপীগী মখোম থকপা ঙমদবা মচাশিংদা মপীগী নত্রগা ষণবীগী কোলোষ্ট্রম লৌরগা নুমিৎ হুমনি চাকখাও য়ৌনা অথোৎপা উতোং অমা থিংজিল্লগা পীথক্কদবনি।

মপীনা মচা ননখায়দনবা, মরুওইনা মচা পোকফম কা শাবগী নিয়ম লোয়নননা ব্রুদরদা থমগদবা মৈশাগী চাং, মপীনা কুম্ভরকপদা মচাগী মথক্তা ডাইরেক তাদনবা গার্ড রেল (ফক্লাং ময়াদা তিংগদবা য়োৎ নত্রগা উগী বার) কয়া চেকশিন্না থম্নবা হোৎগদবনি। লোয়ননা পোকপগী নুমিৎ হুমনি ফাওবদি শেন্নদুনা ব্রুদর মনুংদা থম্নবা চেকশিনবা দরকার ওই।

## পোকপদগী মতু হৌরক্তবা

ইনব্রীদিং অমদি ঈ য়াম্না নক্লবা লাবা-অমোম অনি তিন্নবদগী পোকপা মচাশিংদা মসি থোকক্লি। মপী-মপাগী মচিঙ্গাক্তা মতম শাংনা আইওদিন ব্রাংপদগীসু মসি থোকই।

মসি থোক্তনবা তোঙান তোঙানবা থ্রীদকী মপাশা অমদি অমোম খন্দুনা মচা পুথোক্লবা হোৎনগদবনি। মচিঙাক্তা আহিওদিনগী চাং ম্বাত্তনবা হোৎনগদবনি।

## প্রোলাপস রেক্তম (শৌজ ইথোকপা)

মচিঙাক্কী মচল থাৎপা, অথুবা মকোন্দা ফাজিন্দুনা থন্না শোন্দম-নাদম্নবা ওকশিংগী শৌজগী অকোয়বা অমসুং থিরিন ফাজিল্লিবা শাদোং অমদি লিগামেন্টশিংগী মপাঙ্গল থাৎলকপদগী শৌজ ইথোরকপা য়াওই। ডাইরিয়া অমসুং গ্যাষ্ট্রাইটিস তৌবা নত্রগা তুম্না ঙমদবা থাইকুপনচিংবা মশীংগী চাং থাংবা মচিঙাক পীজবদগী অমাংবা য়েখৎপনা মরম ওইদুনা কন্না অমসুং তোয়না শংবদগী মসি থোকপনা অয়াম্বা ওই। লায়না অসি নহা ওইরিবা নত্রগা হেঞ্জিল্লা অহল ওইরবা অশোনবা ওকশিংদা খরা হেন্না থোকল্লি। কোকফায়-শুজা কারবা অপুন্বা বার্লিনচিংবা হথায়-চেংথায় পীজবদগীসু মসি থোকপা য়াওই।

মসি লায়েংনবগীদমক অহানবদা মসিগী হৌরকফমগী অশোয়বদু চুমথোক্লবা হোৎনগদবনি। মথংদা চৈনাখোল অমসুং তোয়না শংবা লেপখিনবা ত্রাংকুইলায়জর ইঞ্জেক্সন পীবগা লোয়ননা ইথোরক্লিবা শৌজা অদুদা এন্টিবাইওটিক্স মলম তৈবীগদবনি।

## গ্যাষ্ট্রিক অলশরেসন

ওক্কী চাকখাওগী মচিনগা ইসোফেগাসকা তায়নফমদা চাফৎতুনা নাবা নত্রগা চাফৎপদগী হোবা অমদি ঈ হাথবনচিংবা তৌদুনা শিবা অসিবু গ্যাষ্ট্রিক অলশরেসন হায়না খঙনে। মসিগী অশেংবা ওইরকফম মুন্না খঙবা ঙমদে। অদুবু, স্বাইন ফিভর, ত্রান্সমিসিবল গ্যাষ্ট্রোইন্টেরাইটিস, সালমোনেল্লা কোলেরা সুইস নত্রগা হাইয়োস্ট্রোঙ্গাইলস রুবিদসকী লায়নাশিংগা গ্যাষ্ট্রিক অলশরেসনগা য়াম্না লোয়নগল্লি। মচিঙাক্তা ফাইবর (মশীংগী শরুক) থাৎপা অমদি য়াম্না কুপ্না পাউদর ওইনা য়াল্লগা মতম শাংনা পীজরগসু লায়না অসি থোকহল্লি। লম শাংনা পুথোক-পুশিন তৌবা, চরা হেলহনবা, অথুবা জগা অমদা ওক মাশিং য়াম্না থমজিনবনচিংবদগী থোকহনবা ষ্ট্রেসনসু হায়ড্রোক্লোরিক এশিড অমসুং ইঞ্জাইম য়াম্না পোকহন্দুনা লায়না অসিগী মতেং পাংই। কোপর (কোরি)গী শরুক য়াম্মন্না চাশিল্লবসু লায়না অসি থোকপা য়াওই।

ওক খুদিংদা লায়না অসি থোকপা য়াই। অদুবু ওকপীনা মচা পোকলমদায়দা নত্রগা পোকলবা মতুংদা অমসুং য়াম্না থুনা চাউখৎলক্লিবা কিলো ২০দগী ৪০ মুক লুল্লকপা ওকশিংদা খরা হেন্না থোকল্লি।

লায়না অসিদগী মশা য়াম্না ফনা উবা ওকশিংনা ইখঙ খঙহৌদনা শিরম্বা য়াওই। হিংহৌবা ওকশিংনা ইপৎ পথদুনা কুল্লগা লৈ, স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লি, নামনবদগী ময়া ক্রক-ক্রক চিকই। চাও-থকউ য়াদে, মশাগী মৈশা হম্বুনা লৈ, মিৎপান, মচিন, অমদি শৌজগী অপাবা উনশাগী মচু থাওথাংনে লোয়ননা শোকপদা ইংই। করিগুম্বদা ঈ য়াওবা অমুবা, অকনবা মথি ফায়রকপা য়াওই। অসিগুম্বা ওক্তি ইপৎ পথদুনা ইঙাও ঙাওবগুম তৌই।

লোয়ননা চাউজন থিল্লকই অমসুং নোংমা নোংমগী চপশিল্লকই। অসুম্না চাকখাও মনুংদা ঈ হাথবদগী ৫% দি শি। শিরবা ওকশিংগী কুচু ব্রাওথাংনৈ, চাকখাও অদু ঈ মতুম মতুম য়াওদুনা চাউথোকই লোয়ননা থিবোং থিবিন অদুসু ঈনা ফুনগৎতুনা লৈ। শিরমদাইদা শৌজ অমসুং মচিন্দগী ঈ হাথরকপসু য়াওই।

গ্যাষ্ট্রিক অলশরেসন্না কন্না ন্যরবা ওক অমা হিদাক লাংথক্না লায়েংবদা ব্রানা থোকই। লায়নাঅসি ঙাকথোক্নবা উপায়দি মকোনদগী কা অমদা ওক ময়াম চিন্না থন্নীদবা, মচিঞ্জাক্তা সেলেনিঅম এলফাটোকোফেরোল (ভিটামিন ই), শীষ্টাইন নত্রগা মেথিওনাইন মরাং কায়না হাপ্পগা পীজরবদি লায়না অসি ভোয়না থোকনদে। য়াম্না থুনা নোয়খৎ-চাউখৎনবা হায়দুনা মচিঞ্জাক্তা ইঞ্জাইমনচিংবা হিদাক লাংথক হেন্না হাপ্পোইদবনি।

## থিরিন লৈথৎপা

করিগুম্বদা ওকশিংনা চোং-ফনবা অমনি নাম্থুরুবনচিংবদগী মবুক মনুংদগী থিরিন লৈথৎপনচিংবা থোক্নুনা খঙহৌদনা শিবা য়াওই। মসি অয়াম্বনা নোংমদা মচিঞ্জাক অমুক্তং থাকপা হায়বদি অমুক্তদা য়াম্না চাশিনবা ওকশিংদা খরা হেন্না থোকল্লি। অসুম্না শোক্লবা, অনাবা ওকশিংদি থিরিন্দা মচিঞ্জাক পুমথবনা মরম ওইদুনা চাকখাওদু য়াম্না চাউথোকই। থিরিন লৈথক্তুনা নারবা ওক্তি লায়েংবা ব্রানা থোকই। মসি থোক্তনবা নোংমদা মচিঞ্জাক ২/৩ লক থোক্না পীজগদবনি, লোয়ননা শাজেন তৌহনবা ওইনা লমহাংদা থাদোকপা দরকার ওই।

## বোন ক্রোকচর (শরু তেকপা) অমসুং

## অরথ্রাইটিস (শরু তাংগী অনাবা)

ফাদোক-ফাজিন তৌবদা শোয়বা, চেন-চোংবদা তুশিনবা নত্রগা চৈগুম্বনা ফুবদগী শরুদা শোক্তুনা অতেক-অকায় থোক্পা য়াওই। মসি ইনখৎলক্লিবা গ্রোবর অমদি মচিঞ্জাক্সী মচল ব্রাৎপা ওকশিংদা খরা হেন্না থোকল্লি। য়াংলেন শরু, মরুইনা লম্বর বোন (খ্বাঙগী শরু) তেকপদগী নার্ভ শোক্তুনা খুদুঙ অনিমক চিংবা অমদি মখোঙগী শরু তেকপদগী হৌগৎপা ঙমদবা, হৌগৎলবসু চৈনাখোন খাঙদুনা অতেকপা মখোঙ অদু লৈমায়দা শৌদনা য়ান্দুনা লৈবা থেংনৈ। খুদুঙগী শরুশিংগী মনুংদা মফৈগী শরু (ফেমুর বোন) তেকপসি ওক্তা য়াম্না তোয়না থোকই। অতেকপা শরু মচিন্না অনকপদা লৈবা শাদোংশিং থিনতৎপদগী অশোকপদু য়াম্না শাথিহল্লি। করিগুম্বদা, মুকখায়-থিনগায়বদগী শরুগী তাংফমদা শোকহন্দুনা অরথ্রাইটিস থোকহল্লি। অসুম্না, শরু তেক্লবা নত্রগা তাংগী অনাবা লৈরবা ওকশিংনা লায়হৌ অমদি চৈনাখোন্না মরম ওইদুনা চাদ-থক্তনা মতম অয়াম্বদা কুন্দুনা লৈনবা হোৎনৈ।

কিলো ৩০/৪০গী মথক্তা লুপ্পবা ওকশিংগী খৈরুগী শরু তেক্লবদি লায়েংবদা কান্নবা ৱাংলি। অদুবু পীক্লিবা ওকশিংদা থোক্লবদি প্লেন মান্নবা লৈমায়দা চরুনচিংবা চাইশিনবীদুনা মথন্তা তোঙাল্লা থম্বীরগা হিদাক থাদুনা লায়েংবদা কান্নবা ফংই। মখোঙগী খুকউ মখাগী শরু তেক্লবদি, অতেকপা শরু মচিন অনি অদু মফম চানা শমজিল্লগা প্লাস্টর ওপ পেরিস য়েংশিনগদবনি; অদুগা, ৱাচেংনচিংবনা ইসপ্লিন শেমদুনা অতেকপা মফমদা প্রেসর পীদনবা হোংনগদবনি। অসুম্না শোক্লবা ওকশিংদা পেনিশিল্লিন, ওক্সিটেত্রাশাইক্লিন নত্রগা এমপিশিল্লিন ক্লোক্সাশিল্লিন নচিংবা এন্টিবাইওটিক্সকা লোয়ননা পেরাশেটামোল, ডাইক্লোফিনেক নত্রগা এনালজিন অমদি এন্টিহিস্টামিন ইঞ্জেক্সন নুমিৎ ৫-৭ নি কাপ্পীগদবনি। মসিগী মথক্তা কেলশিঅম, ভিটামিন ডি ৩, বি ১২ য়াওবা টোনিক য়ামদ্রবদা নুমিৎ ৭ নি কাপ্পীগদবনি। অরথ্রাইটিস খক্তগীদি মথক্তা পীরিবা এন্টিবাইওটিক্স অমসুং এনালজেসিকশিংসিগী মথক্তা প্রেদিনোসোলোন ইঞ্জেক্সন পীরবদি হেন্না কান্নবা ফাই। মসিগী মথক্তা শরু তেকফম অমসুং তাংফমগী পোমখৎপা মফমশিংদা ঈশিং অশাবনা নোংমদা ২/৩ ক্নিগা য়ৈরবদি ফগৎপদা মতেং পাংই।

## খুজিনগী অনাবশিং

### ১) ফুট রোট

ওক্পী খোঙশা অমদি খুজিনগী অনাববু ফুট-রোট হায়না খঙনৈ। অনাবা অসিগী হৌরকফমদি- খুয়াদা তকফৎপা, খুনিঙ অমসুং খুদোল্দা অশোক অপন থোকপা, খুজিন কায়বা, খুয়াগী শেগায়বনচিংবা অশোকপা মফমশিংদা বেক্তেরিঅশিংনা, মরুওইনা এফ নেক্রোফোরম, শি পায়ওজিন্স অমসুং স্পাইরোচিটসনচিংবনা চংলকপদগী খুজিন মনুংগী লুনৌ (লামিনি), খুজিনগা উনশাগা তায়নফম (কোরোনরী বেণ্ড), অমসুং খোঙশা মনুংগী টেন্দন (ডিজিটেল ফ্লেক্সর টেন্দন) লোয়ননা খোঙশাগী শরুশিং অমসুং তাংফম ফাওবদা নায় চাদুনা নাহনবা য়াওই।

লায়না অসিগী লায়ওংদি ওকশিংনা মখোঙ শেক্লকই। অশোকপা মখোঙ অদু খুদোল্লা লেপলকই, চৎপদা থাঙ্গৎ-থঙ্গৎলগা নত্রগা চোংল-চোংলগা চৎলি। মতম অয়াম্বদা চৎলু য়াদদুনা, কুন্দুনা ঙাক লৈ। মরুওইনা খুদুঙ্গী মতায়থংবা খোঙশাদা অনাবা অসি থোক্কল্লি। অশোকপা খোঙশা অদু শোকপদা অনাবা অসি থোক্কল্লি। অশোকপা খোঙশা অদু শোকপদা অশাবা ফাওই। অমদি ওক্তুনা য়াম্না নাবগী খুদম উৎলি। কোরোনরী বেণ্ড, খুয়া অমসুং খুনিঙদা মুশিল্লপ তৌনা পোম্বা য়াওই। অসুম্না পোম্বদগী শাথিনা শোকপনা মরম ওইদুনা, বোক্তেরিআশিংনা ঈচেন্দা য়াওথিদুনা হকচাং মনুংগী ব্রেন, য়াংলেন শরু নত্রগা লিভর নচিংবদা পোম্বসু য়াওই।

মখোঙদা অশোকপা হেক থেংনবগা খুদক্তা এন্টিসেপ্টিক নচিংবনা চামথোক্লগা

এন্টিবাইওটিক্স মলম হাপ্তুনা ড্রেশিং তৌগদবনি। লোয়ননা টেট্রাশাইক্লিন, এমপিসিল্লিননচিংবগী ইঞ্জেক্সন পীগদবনি।

ওক্কোনগী লৈমায় লু-নাম্না থম্নবা হোৎনগদবনি। হাপ্তা অমদা ৫-১০% ফোর্মলিন সোলুসন্দা ২-৩ লক মখোঙগী খুদোন মখৈ লুপথোক্তুনা মহিক মতাং চৎদনবা হোৎনগদবনি।

২) লামিনাইটিস

মখোঙ খুজিন মনুংগী লুনৌ শোকপগী লায়না অদুবু লামিনাইটিস হায়না খঙনৈ। মসি মপাশা অচৌবা, য়াম্না লুম্নবা গর্ভা পুবা নত্রগা ইকুই কুইদনা মচা পোকপ্রবা ওকশিংদা থোকল্লি।

লায়না অসিগী লায়ওংদি খুজিন মনুংদা নামনবদগী মখোঙ অদু ইকন কনশিন্দুনা তিংথোকলগা লৈবা, মতম অয়াম্বদা কুন্দুনা ঙাক লৈবা, চৎপদা খুজেং কোনশিনবা অমদি খুদোম্না লৈমায়দা শোক্তনবা হোৎনবা অদু উবা ফংই। অশোকপা খোঙশা অদু ফং ফং শায়। খোঙশারোমদা চৎলিবা ঈ উতোং অদু নম্লগা য়েংবদা মিহুন কম্না ফংই।

হোষ্টাকোর্টিন, বাইকোর্ট, ভেটালোগ নচিংবা কোর্টিকোষ্টেরোইডশিং, এভিল নচিংবা এন্টিহিষ্টামিনশিংগা লোয়ননা ব্রোদ স্পেক্ট্রুম ওন্টিবাইওটিক্স পীগদবনি।

৩) খুজিন শাংদোকপা

চহি অমগী মথক্তা অহল ওইরবা ওকশিংগী খুজিন হেনমন্না শাংদোক্তুনা ফিভম চুমদনা পানবদগী চৎপদা অৱাবা ওইদুনা অনাবা অমা ওইনা থোকপা য়াওই। মসি মরুওইনা লৈবাক মথক্তা, অথুবা মকোন্দা, চৎথোক চৎশিন তৌহন্দনা থম্বা, ওকশিংদা থোকল্লি। খোঙশা অনিগী মনুংদা অমখক্তদা থোক্লবদি মশাগী অরুম্বা খোঙশা অনিনা চাং মান্নমা পুবা ঙমদবদগী মখোঙ শেক্তুনা অনাবা অমা ওইরকপসু য়াওই।

মসি থোক্তনবা মতম শাংনা লৈবাক মথক্তা থম্লোয়দবনি। থম্বা তারবসু অহাংবা লমহাংদা চথোক চৎশিন তৌহন্নবা থাদোক্কদবনি। হেঞ্জিন্না শাংদোরক্পা খুজিন অদু ককথৎকদবনি।

## মখোঙ শেকপা

মখোঙ শেকপনা ওকশিংদা থুনা শিবা য়াবা ওইহন্দ্রবসু মসিনা ওক য়োকপগী শিনফম্দা য়াম্না মাঙ-তাক্লিঙাই ওইহল্লি। মখোঙগী শরু তেকপদগী নত্রগা তাং-তাং গী অনাবা (অর্থ্রাইটিস)না মরম ওইদুনা ফজরবা, ইনখৎলকইবা গ্রোথর, মপাশা অমসুং গর্ভা লৈরবা ওকশিং মতম চাদনা য়োঙ্থোকখিবা হায়বদি হাৎখিবা তারকই।

**ওল্লা মখোঙ শেল্লবদি করি তৌৰা তাই**

মসিগীদমক মখাগী থৌরাংশিং অসি মথং-মনাও নাইনা পাঙথোকদবনি।

১) মপাম্বোংগী মিৎয়েং অমসুং খুৎনা নমদুনা, মেত্তুনা করম্বা মফমদা শোকপনো খঙদোকপা।

২) মখোঙ শেল্লকপগী মরম থিজিনবা।

৩) শেকপগী শাথিবগী চাং খঙদোকপা।

৪) মথংদা করি তৌরগা ফগদগে লেপথোকপা।

৫) লায়েংবা।

৬) মখা তানা মখোঙ শেকপগী সমশ্যা থোরক্তনবা চেকশিনবা।

**অহানবা থৌরাং:-** মপাম্বোংগী মিৎয়েং অমসুং খুৎনা নমদুনা মেত্তুনা করম্বা মফমদা শেকপনো খঙদোকপা

ওক্তুনা কুপ্দুনা লৈরিঙে অমসুং চৎপা মতমদা মখাগী লায়ওংশিং অসি য়াম্না চেকশিন্না য়েংগদবনি।

ক) চৎপা শুকঙম-ঙমদ্রবা, খুদম ওইনা পেরালাইসিস পুরা তৌরব্রা য়েংবা।

খ) লেপখৎপদা খুদোন্না লৈমায়দা অরুম্বা পীবগী চাং য়েংবা।

গ) চৎপদা শেকপদগী ফিভম চুমদবা খুৎচৎ লৈব্রা য়েংবা।

ঘ) লেংজুম মফৈনচিংবা মরুওইনা মখোঙগী তাং-তাং দা পোমখৎ-চাউখৎপা লৈব্রা য়েংবা।

ঙ) ফীভম চুমদনা মখোঙ য়ান্দুনা লৈব্রা য়েংবা।

লায়ওংশিং অসি য়েংলবা মতুংদা চিংনবা মফম নত্রগা মখোঙ অদু খুৎনা পায়বগা, নল্লগা নত্রগা চিংলগা অনাবা ফাওব্রা হায়দুনা য়েংগনি।

**অনিশুবা থৌরাং :-** মখোঙ শেকপগী মরম থিজিনবা

অহানবা থৌরাংদা ফংবা লায়ওংদগী মসি ওইরকপগী মরম অয়াম্বা খঙবা ঙমই। অদুবু অতৈ অতোপ্পা য়েংশিনগদবা মচাকশিংদি:-

ক) অশোকপা মফম, খুদম ওইনা উনশাদা অতৎপা, খেগায়বা, পোমখৎপা অমদি শরু তেকপদগী মফমদুদা খুৎনা শোকপদা চৈনাখোন য়াম্না লৈবগী খুদম উৎলি।

খ) উনশাগী অতৎপা খেগায়বা মফমশিংদা নত্রগা অকায়বা, অতেকপা খুজিন মরক্তা মহিক মতাং চংখিবদগী নায় চাদুনা পোম্বদগীসু মখোঙ শেকই।

গ) করিগুম্বদা উনশা মথক্তা শোকপগী খুদম লৈতনা মনুংদা শরু তেকপা য়াওই। মসিদদি খুৎ অনিনা শরুশিংগী মচিন অনিদা পায়রগা নোল্লগা য়েংবদা তেকপগী খুদম ফংবা ঙমই। শরু তেকপগী খুদম ফংদ্রবদি চিংনবা মফমদুগী অকোয়বদা ঈশিং অইংবা হৈথরবা মতুংদা খুবাক্লা নমদুনা য়েংবদা শোক্লিবা মফম অদুদা মৈশা খরা হেন্না ফংলিবা

জগা অদুগী শাদোং অমদি তিঙনচিংবা শোকপনা মরম ওইদুনা মখোঙ শেকপনি।

ঘ) মচিঙ্গাক্কী মচলদা অঙ্গাংপা নত্রগা অশোয়বা লৈবদগীসু মসি থোকই।

**অহুমশুবা থৌরাং :-শেকপগী শাথিবগী চাং খঙদোকপা**

ওক অদু চংহল্লগা য়েংবদা শাথিবগী চাং অদু খঙবা ঙমই। ওক্তুনা ইয়াং য়াংনা চংলবা অমদি শেক্লিবা মখোঙ অদুনা লৈমায়দা শৌদুনা চংলবদি য়াম্না শাথিবা নত্তে হায়বদু তাকই। অদুম ওইনমক শাথিনা শোক্লবসু ইথিং খিংনা চংপা য়াওই। অদুবু চানীঙ-থক্নীঙবা ঙ্গাংলবা অমদি অতে ওকশিংদগী তোঙান্না কুন্দুনা লৈনবা হোংনরবদি, মখোঙ য়াম্না শেক্লবসু শাথিবা অমদি লৈরে হায়বদু তাকই।

**মরিশুবা থৌরাং :- মথংদা করি তৌরগা ফগদগে লেপথোকপা**

ক) উনশাদা অশোক-অপন লৈবা নত্রগা মহিক-মতাংনা মরম ওইদুনা য়াম্না শাথিদনা মখোঙ শেকপা ওইরগদি খুদক্তা লায়েংগদবনি। য়াম্না শাথিনা শোক্লবা মফমদা মহিক মতাং চংলকপদগী হেন্না শাথিহন্দুনা ফিভম চুমদ্রবা অনাবা ওক্তি লায়েংদবনা ফৈ। অদুবু অনাবগী হৌরকফম খঙদ্রবদি ভেটেরিনরি ডাক্তর তানগদবনি।

খ) অনাবগী হৌরকফম খঙবগা লায়েংবা হৌগদবনি। লায়েংবদা ফবা ঙনবরোইদবা ওইরগদি শাংথনা অৱাবা খাঙদনবা অমদি মপুগী পৈশা হেনজিন্না মাঙদনবা খুদক্তা হাত্তোকপীগদবনি। লায়েংবা হৌবগা লোয়নননা ওক্তুগী লৈফম অদু চংথোক চংশিন তৌবদা নুংঙাইনবা শেম-শাগদবনি।

**মঙাশুবা থৌরাং :- লায়েংবা**

লায়েংবা তারবদি খুদক্তা হৌগদবনি। মরুওইনা তাংফমগী অনাবা, অর্থ্রাইটিস তা মহিক- মতাং চংলক্তুনা থিমন্না শোকখ্রবদি লায়েংবদা ঙ্গানা থোকই।

১) অর্থ্রাইটিস (তাংফমদা পোম্বা, শাগংপা, য়াম্না নাবা)

ক) খুদক্তা শেফত্রিআজোন (ইস্টাশেফ নত্রগা মাশেফ ) নচিংবা এন্টিবাইওটিক্স নুমিৎ ৩-৫ নি কাপকদবনি। তঙায় ফদনা মখোঙ শেকপা ফবগী মথং নুমিৎ ফাওবা চংথগদবনি। মসিগা লোয়নননা পেরাশেটামোল ডাইক্লোফিনেক (প্রেক্সিভেৎ ডি এস, ব্রাইক্লোফেন, প্রি ডি ভেট প্লস) নত্রগা মেলোক্সিকাম (মেলোনেক্স) ইঞ্জেক্সন পীগদবনি।

খ) অনাবা ওক অদু মথন্তা কা অমদা থমগদবনি। কাগী লৈমায়দা চরুনাচিংবা চাইথোক্তুনা নাত্তুদনবা শেম্মীগনি। মসিগা লোয়নননা য়ারিবা মখৈ মচিঙাক চাহনন্নবা হোৎনগদবনি।

২) ইঞ্জুরী (অশোক-অপন )

ইঞ্জুরীদনা য়াম্না শাথিবা মওংদা শরুশিং তেকপা অমদি লায়েংবদা ঙ্গাগদবা ওইরবদি ওক্তু মফম চানা খুদক্তা লোইশিনখিবনা ফৈ। উনশাদা শোক্তুনা তৎপনচিংবা লৈরন্নগদি টিনচর

আইওদিননচিংবনা শেংদোকপীরগা হিমেক্সনচিংবা মলম তৈশিনবীগনি। করিগুম্বা য়াম্না লুমন্না শোকপা ওইরগনা বেটাডিন, পোভিডাইন আইওডিননচিংবা এন্টিসেপতিক লোসন্না শেংনা চামথোকপীরগা এইরোসোল এন্টিবেক্তেরিএল স্প্রে কাপশিল্লগা, যেংপগী দরকার লৈরগদি ফোংচিল্লগা হিমেক্সনচিংবা মলম তৈশিন্দুনা থমগনি। মসিগী মথক্তা স্ট্রেপ্তোপেনিশিল্লিন, শেফত্রিআজোননচিংবা এন্টিবাইওটিক অমদি প্রোক্সিভেৎ ডি এস নচিংবা এনালজেসিক ইঞ্জেক্সন নুমিৎ ৩-৫ নি কাপ্পীগদবনি। অনাবা ওক খুদিং মথন্তা মকম চানা থমগদবনি।

৩) খুজিন্দা অশোকপা

খুজিনগী অশোকপা অমদি অকায়বা মরক্তা লৈবা অমোংপা শেংনা লৌথোক্লগা এন্টিসেপ্তিক লোসন্না ফজনা চামথোকপীরবা মতুংদা এন্টিবাইওটিক্স মলম তৈশিনগদবনি। দরকার ওইরবদি বেন্দেজ য়েনশিন্দুনা থমগনি। য়াবিবমখৈ মখোঙ চোক্তবা অকংবা, অমোনবা লৈমায়দা তোঙান্না থম্বীনবা হোৎনগদবনি। অকায়বা খুজিন অদু ৫% কোপ্পর সলফেৎ নত্রগা ৫% ফোর্মলিনদা মিনিট ৫/৫ নোংমদা অনিরক লুপশিনবীরগা অকায়বা খুজিন কারক্তা এন্টিবেক্তেরিএল মলম কাপশিন্দুনা থল্লবদি কান্নবা ফংই। মসিগী মথক্তা এন্টিবাইওটিক্স অমসুং এনালজেসিক ইঞ্জেক্সন নুমিৎ ৩-৫ নি পীগদবনি।

**ভরুকশুবা থৌরাং :-**মখা তানা মখোঙ শেকপগী সমশ্যা থোরক্তনবা চেকশিনবা।

ওক্লা মখোঙ শেক্লপসিনা তাকপদি মাগী লৈফম-চফম, মচিঞ্জাক অমদি হিংলিবদুগী ফিভমশিংদা অশোয়বা অমা লৈরে হায়বনি। অদুনা অশোয়বশিং অদু মায়োক্লদনবা মখাগী থৌরাংশিং অসি পাঙথোকপা তাই।

ক) ওক্কোনগী লৈমায় অদুদা অহোবা অমদি অকুৎ-অতোং লৈহল্লোয়দবনি। অমরোমদা চেন-চোংবা অমদি চৎপদা নাম্বুদনবা মওংদা প্লেন মান্নরপ শেমগদবনি।

খ) হীট লাকপদা মপাশানা সার্ভিস পীহনবা মতমদা চেকশিন্না শেন্নবীগদবনি।

গ) পুথোক-পুশিন তৌবদা ফা-পুনবগী নিয়ম ঙাক্লা চৎনবা হোৎনগদবনি।

ঘ) মচিঞ্জাক্তা মিনরেল অমসুং ভিটামিন মরাং কায়না হাপকদবনি।

## ইলেক্ট্রিক্লা চিংবা

ইলেক্ট্রিক্লা চিংবদগী শিবা ওক খুদিংমক্তা শোকফম মপাদা চাকথেকই। মশাগী মফম অয়াম্বা মতৎ মতৎ খামহৎলি। নুংশিৎ উতোংদু কোক্কোন্না ফুল্লি, লংসসু চাউথোকই। থবোম্বী অমদি শাদোং মনুংগী ঈ উতোং কায়দুনা ঈ পাথোকই। অমসুং শিরবা ওক্তি য়াম্না থুনা পুমখৈ।

ইলেক্ট্রিক্লা চিংবদগী শিহৌদবা ওকশিংদা সেন্ত্রেল নার্ভস সীষ্টেম ষ্টিমুলেন্ট অমসুং আর্টিফিশিএল রেসপিরেসন পীগদবনি। লোয়নন্না ডেক্সামেথাজোন অমসুং গ্লুকোজ ইঞ্জেক্সন পীদুনা চাং য়েংগদবনি।

# ওক্কী লায়না শাকথোক্কুবা মরুওইবা উপায়

ওক্কী লায়না শন্দোরকপগী মরুওইবা মরমশিংগী মনুংদা য়েন-ঙানু, ওকশা শেম-শাবগী মফমগা নক্কবা, শেম-শাবগী মচুম, অরেম-অতা অমসুং অপুম-অশা চাশিল্লবদগী অনাবা ওইরকপনা অয়াম্বা ওই। অসুম্না নারবা ওকশিংসি ওকমী অদুনা পৈশা মাঙদনবা হায়দুনা ওকশাগী করবার তৌবা মীওইশিংদা য়োম্মোকই। হায়রিবা অনাবা নত্রগা অশিবা ওক অদু শেম-শারগা দুকান্দা য়োল্লি। অদুগুম্বা অনাবগী মহিক য়াওরবা ওকশা অদু হোটেলশিংদা অমদি খুল্লক-য়ুম্লক্তা পুশিল্লক্কুনা শেম-শারগা চানৈ। অসুম্না শেম-শাবগী মহি-মচুম, অরেম-অতা অদু চগুম-চনায় মরক্তা য়াওখি। হায়রিবা চগুম-চনায় অদু ওক্তা পীজরুবদগী ওক্কু নারকই। মতৌ অসুম্না লায়না অদু লায়চৎ ওইনা মথং মথং শন্দারকই। অসিদ নত্তনা খুঙ্গংগী লম খরদা ওকশিংসি লমহাংদা, য়ুম্লক-খুল্লক্তা থাদোক্কুনা লোইনবা য়াওই। কোয়চৎ চত্তুনা ফত্ত-হাওদি চাবগী হৈনবী লৈবনিনা জঙ্গল নত্রগা পাৎয়া-চিংয়াদগী লায়নাগী মহিকশিং অদু ওকশিংদুনা পুদুনা য়ুম্লক্তা চংলকই। অসিদ নত্তনা ওক চাবা মীওইশিংনা ওকশা শেম-শাবগী মহি মচুম, অরেম-অতাশিংদু য়ুম্লক্তা নত্রগা লমহাংদা হুন্দোকই।মদুদা করিগুম্বা মহিকশিংদু য়াওরম্লবদি কোয়চৎ চৎলিবা ওকশিংদুনা চাশিল্লবদগী লায়না অসি মথং মথং শন্দোরক্কুনা খুঙ্গং অমগী ওকশিং লায়চৎ অদুনা মরম ওইনা তুম্না শিখিবা য়াওই।

ফত্ত-হাওদি চাবগী হৈনবী লৈবনা মরম ওইদুনা ওক অয়াম্বা তিলশিংনা চাকখাও, থিবোং-থিরিন নত্রগা শাদোংদা লৈদুনা শোকহল্লি। অসিদ নত্তনা মোৎনা থম্বদগী উনশাগী লায়না মেঞ্জ অমদি হিক্রুসু শোকহনবা য়াওই। হায়রিবা তিলগী লায়নাশিং অসিনা হেঞ্জিল্লবদি শিবা য়াওই। অয়াম্বদা শিবমক থোকহন্দ্রবসু তিলশিংদুনা ওক্কুগী মচী ওইগদবা ন্যুত্রিএন্টশিং চুপথোক্কুনা চাউজন থিলহল্লি, ১সুং মশা শোম্বহন্দুনা অতোপ্পা অনাবা চংলকপদা মতেং পাংই।

অসিগুম্বা খুদোংথীনিঙাই ওইরবা লায়না কয়া অসিগী মথক্তা মচিঞ্জাক অমসুং মচিঞ্জাক্কী মচল হায়বদি প্রোটিন, ভিটামিন, মিনরেলনচিংবা য়াৎপদগী ওইরকপা অনাবশিং লোয়ননা নুংশা মঙাল ফংদবা, অখুবা মকোন্দা চহি চুপ্পা হিংদুনা, গর্ভা পুদুনা লেল্লকপা ওকশিংদা চিঞ্জাক্কী অয়াৎপগী মথক্তা লায়না কয়ানা এতেক তৌরকপদগী ওইরকপা মচা শিনা পোকপা, ডিষ্টোকিআ, য়ুটেরাইন প্রোলাপ্স (মচাখাও নাম্থরকপা), এগেলেক্সিআ (মখোম থোক্তবা) গী লায়নাশিংনা ওকমীশিংদা মাথা শাহনবসু থোক্তবা নত্তে।

মথক্তা নৈনখিবা মাঙ-তাক্লিঙাই ওইরবা লায়নাশিং অসি ঙাকথোক্লবা মখাগী থৌরাংশিং অসি পায়খৎপা তাই।

১) লমহাং অমদি য়ুল্লক-খুল্লক্তা ওক থাদোক্লুনা লোইরোইদবনি। করিগুম্বা লোইবা তারবদি লমলক্কী শা অমসুং অতোপ্পা ওক চংদবা শম্বলগী মনুংদা থম্লবা হোৎনগদবনি নত্রগা পাৎয়া-তময়াদা মফম চাবা য়েং-য়েংদুনা শেনবীগদবনি।

২) মকোন শাবা মতমদা চাফম-থকফম অমদি কুনফম তুম্ফমগা মথি-ময়ুং ফায়ফম-হানফমগা তিন্নহল্লোয়দবনি। মথি-ময়ুং ফায়ফম-হানফম কা অদু নুংশাগী মৈশানা য়েহনগদবনি। মচিঞ্জাক চাফম-থকফম বাগোশশিংদু লৈমায়দগী বাংহন্দুনা মথি-ময়ুংগা তোৎন-তিন্নহল্লোয়দবনি।

৩) অতোপ্পা মফমদগী নৌনা পুশিল্লকপা মশক খঙদবা ওক খুদিংমক তোঙান্না থা অমরোম থমদুনা লায়না-তিন্নাগী ফিভম খঙদোক্কদবনি। ব্রুশেল্লোসিসকীদমক টেষ্ট তৌগদবনি। স্বাইন ফিভরনচিংবগী টিকা থাদোক্কদবনি। ফার্মগী ওকশিংগী মরক্তা পুশিনগদবা নুমিৎ নিনি ৱাৎলিঙেদা তিল হিদাক থাদোক্কদবনি। পুশিনগদবা নুমিত্তা সুধানচিংবা হাপ্লগা ঈশিংনা শেংনা ঈরুজথোক্কদবনি।

৪) অনাবা ওক খুদিংমক তোঙান্না খাইদোক্লগা থম্বগা লোয়ননা মথি-ময়ুং তোঙান্না পৈশন্দুনা থমগদবনি। ইঙখোলদা ওক্কী মথি-ময়ুংনা হার ওইনা শিজিন্নবা তারবদি নাদবা ওক্কী মথি-ময়ুং খক্তা খন্দুনা শিজিন্নগদবনি। হেন্না বৈগ্যানিক ওইবা মওংদা বাইও গ্যাস প্লান্দগী থোরকপা মথি-ময়ুংগী বাইপ্রদক অদু হার ওইনা শিজিন্নরবদি লায়না তিন্না শংে দারক্কদবদগী কনবা ঙমই।

৫) নুমিৎ খুদিংগী মতম চানা ওক্কোন মনুং, মপান অমসুং নালাগী মথি-ময়ুং শিত্তোক চামথোকপগা লোয়ননা ওকশিংদু তরু-তনান থমগদবনি। মসিগীদমক মখাগী নিয়মশিং অসি পাঙথোক্কদবনি।

## ওক্কোন শেংদোকপগী নিয়ম

### লায়না চেন্দবা ওকশিংগী মকোন শেংদোকপা

ক) নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক অমসুং নুমিদাংবাইরমদা, মচিঞ্জাক থাক্লিঙৈগী মমাঙদা, মকোন মনুংগী লৈমায়দা তাবা মথি ময়ুং শেংনা লৌথোক্কদবনি। পকশিন্দুনা লৈবা মথিগী মপং অদু অকনবা ব্রস নত্রগা শুমজিৎ অমনা তকথোক খোৎতোক্লগা লৌথোক্কদবনি। মপংগী শরুক লৌথোক্লবা মতুংদা, সুধা ৩%, লাইসোল ৫%, ডিত্তোল ২%, সেভলোন ২% নত্রগা ফোর্মলিন ১% হাপ্লবা ঈশিংনা লৈমায়দ নত্তনা ওকশিংনা ফংবা য়াবা মফম খুদিংমক শেংনা চামথোক্কদবনি। চাফম-থকফম বাগোশশিংদি ঈশিং অশেংবনা অমুক হন্না চামথোক্কদবনি। চামথোকপদা খুলোয়নবা পোলিথিন পাইপ মচা অমগী মতেংনা প্রেসর য়াওনা ঈশিং কাপহনগদবনি।

খ) নুংথিলগী নুংশা শাগৎলকপা মতমদা ওকশিংদু ঈরুজবা ওইনা অশেংবা ঈশিং অইংবনা অমুক ওক্কোনগী লৈমায় ফক্লাংনচিংবা চামথোক্কদবনি অমসুং গ্লুফোর্ট (সরাভাই) নত্রগা কোহর্সোলিন (গ্লেক্সো) ডিসিনফেক্তেন্ট ঈশিং লিটর ১০দা মিলিলি ১ হাপলগা চাইথোক্কদবনি।

গ) ওক্কোনগী মপান্দা লৈবা, ওকশিংনা চংফম-শান্নফম ১দি শাজেন তৌফম ওইরিবা মফম খুদিংমক্তা মথি-ময়ুং তুংশন্দুনা লৈহল্লোইদবনি। মথি-ময়ুং শেংনা লৌথোক্লগা ফোর্মলিন লিটর ০.৫ ঈশিং লিটর ৫০ দা য়াল্লগা চাইথোক্কদবনি।

## লায়না লৈবা ওকশিংগী মকোন শেংদোকপা

ক) ওক্কোনগী মরুওইবা থোঙ লোনশিন্দুনা অতোপ্পা মী অমত্তা চংহল্লোয়দবনি।

ক) মকোন মনুংদা লৈবা মথি-ময়ুংদ নত্তনা কুনফম তুমফম ওইনরম্বা চরু-চনায় খুদিংমক শেংনা লৌথোক্লগা মৈ থাদোক্কদবনি নত্রগা ওকশিংনা ফংলোয়দবা জগাদা লুনা তৌদুনা ফুমজিনগদবনি।

গ) ওক্কোনগী লৈমায় অমসুং ফক্লাংনচিংবদু শেংনা শেংদোক্লবা মতুংদা ফিনাইল ২% নত্রগা সুধা ৫% ঈশিংদা হাপ্পগা চামথোক্কদবনি।

ঘ) ওকশিংনা চংফম শান্নফম, লৈমায় অদু লৈবাক ওইরবদি ইঞ্চি ২/৩ গী লৈরোল মথক থংবা লৈমায়দগী লৌথোক্লগা মফম চানা ফুমজিনগদবনি। লৈরোল অদু লৌথোকপ্রবা মতুংদা ফিনাইল ৫% ঈশিংদা হাপ্পগা চাইথোক্কদবনি।

ঙ) ওক্কোনলোমদা চংফম ওইরিবা লম্বী অদুসু ফিনাইল ৫% নত্রগা ফোর্মলিন ৫-১০% ঈশিংদা হাপ্পগা চাইথোক্কদবনি।

চ) ওক্কোনগী মরুওইবা চংফম গেট মমাঙদা খোঙউপ-ফিনাৎ লুপশিন্নবা ফিনাইল ১০% সোলুসন থমগদবনি।

ছ) ওক্কোনগী মনুং মপান অনিমক্তা গ্লুফোর্ট (সরাভাই), কোহর্সোলিন্ট (গ্লেক্সো)নচিংবা হিদাক ঈশিং লিটর ১ দা মিলিলি ৩০-৪০ য়াল্লগা কাপথোক-চাইথোক্কদবনি।

## মথি-ময়ুং মফম চানা পুথোকপা

ওক্কী ফার্ম অমা থম্লবা হোৎনবদা, অহানবা ওইনা দরকার ওইবশিংগী মনুংদা মথি-ময়ুং লৈফম জগা মফম চানা খনবা য়াম্না মরু ওই। নোংমদা ওক অচৌবা ১০ না মথি কিলো ৩৫ অমসুং ময়ুং কিলো ৭৫ রোম ফায়দোক-হান্দোকই। ওক য়াম্না থমদবা ওইরগদি ইঙখোলনচিংবা পাম্বীশিংগী হার ওইনবা পুথোকথিবা য়াই। অদুবু লায়না

লাকপা মতমদদি মসিনা লায়না শন্দোকহনবা য়াবগী ম্রাফম লাকই। থ্বাইদম্বী ক্ববদি, বাইওগ্যাসকী প্লান ওইনা টেঙ্ক অমা চল্লগা নুংশিৎ চংহন্দনা পৈশন্দুনা থম্লবদি লায়না তিন্না শন্দোরকপা থিংবদ নত্তনা মিথেন গ্যাস থোকহন্দুনা মীওইবগী কাম্লরবা মৈ ওইনা শিজিন্নবা ঙমই। গ্যাস প্লান অদুদগী লেমহৌবা মচাকশিংদুনা অমুক ইঙখোল লৌবুক্তা ফরবা হার ওইনা শিজিন্নবা য়াই। ওক ১০ গী মথি ময়ুংনা নোংমদা মিথেন গ্যাস লিটর ৩৫০০ বোম পুথোকপা ঙমই। অসুম্না নুংশিৎ চংহন্দনা লৈরোন মনুংদা পৈশন্দুনা থম্লবদি লায়না অয়াম্বগী হৌরকফম ওইরিবা মহিক মতাং লোয়না হোৎতোক্তুনা লায়না শন্দোকহন্দবগী উপায় অমা ওই।

৬) ফার্মগী অকোয়বা অমসুং মনুংদা অতোপ্পা মপানগী মীওই, হুই, হৌদোং, ষণ, ইবোই ১দি লমশানচিংবা চংহল্লোইদবনি। মীতোপশিং ফার্ম মনুংদা চংবা তারবদি খোঙউপ, ফিনাৎ অমসুং মফি-মরোল হোংদোকহনগদবনি। লোয়ননা ফার্মগী মেনগেত্তা থম্বা ডিসিনফেক্তেন্ট সোলুসন্দা খোঙউপ ফিনাৎ লুপশিল্লগা মনুংদা চংহনগদবনি। অদুবু ওক্কী লায়না য়াম্না কন্না শন্দোরকপা মতমদদি ফার্ম মনুংদা মী চংহল্লোয়দবনি।

৭) চগুম-চনায় অমদি শা-ঙা শেম-শাবগী মহি-মচুম, অরেম-আতনা মচিঙ্গাক ওইনা শিজিন্নবা তারবদি মশক খঙবা মফমদগী লৌগদবনি। চগুম মরক্তা চুরুট-বিড়ি, খাইনি, জর্দা, সরব-সাবোন অমদি তিলহাৎ-হিদাক্লচিংবা হু ওইগদবা পোৎশক য়াওহল্লোয়দবনি। গর্ভা পুরিবা ওকশিংগীদমক্তি শোইবুম, শগোলহবায়, ঙাইরোং অমদি হৈ থোংবগী মহি-মচুম য়াওহল্লোয়দবনি। চগুম-চনায় খুদিংমক পীজদ্রিঙৈগী মমাংদা ব্রোং ব্রোং শৌহন্দুনা পুং ১/২ ফুম্তোকদবনি। মরুওইনা ওকশাগী হোটেলদগী চগুম-চনায় লৌবা তারবদি খরা হেন্না চেকশিনবা তাই।

৮) অমোৎপা পুস্ত্রি-খোংবানগী ঈশিং কৈদৌঙৈদসু ওক্কী পীজ-পীথক্কী ওইনা শিজিন্নরোইদবনি।

৯) ষঞ্জাবুংগা শম্নবা পুস্ত্রি-খোংবানগী ঈশিংদা হৌবা নাপী-শীংবী ওক্তা পীজরোইদবনি। থাদোক্তুনা লোইবা ওকশিংগী শজিক চাফম ১ দি শান্নবুং থা ৩ খুদিংগী হোংগদবনি।

মথক্তা পীরিবা থৌরাংশিং অসি পাঙথোকপগা লোয়ননা ওকমী অমনা লায়না-তিন্নাগী মথা শাবা য়াওদনা, মায় পাক্লা শেন্দোং লৈনা ওক লোয়ননবগীদমক ওক য়োক-থাকপগী মরুওইবা নিয়মশিং ঙাক্লা চৎপা তাই।

# লায়নাগী মশক অমসুং য়াওফম তাকপা

## পোকপদগী নুমিৎ ৭নি ফাওবগী লায়না

১। পোকপদা শিনা তারকপা লমায়
অ) গর্ভা পুরিঙৈদা শিবা (প্রি-পার্টম ডেথ)
ক) জিনগী অশোয়বা ৮৭
খ) ঔজেস্কিজ ডিজিজ (স্যুইদো রেবিস) ................ ৮৯
গ) মম্মিফিকেসন ইমব্রাইওনিক ডেথ
এণ্ড ইনফর্টিলিটি ................................ ৯০
ঘ) পার্ভোভাইরস ইনফেক্সন ........................ ৯৯
ঙ) আইরন ঋাৎপা ................................ ১২৬
আ) মচা পোক্লিঙৈদা শিবা (ইন্ত্রাপার্টম ডেথ)
ক) জিনগী অশোয়বা ................................ ৮৭
খ) ভিটামিন এ ঋাৎপা ................................ ১২২
গ) ফুসারিঅম পোইজনিং (ভলভো ভেজাইনাইটিস) .... ১৩৬
ঘ) ডিষ্টোকিআ ................................ ১৪২
২) পোক্লবা মতুং নুমিৎ ৭ নিগী মনুংদা শিবা
ক) জিনগী অশোয়বা ................................ ৮৭
খ) হায়পোগ্লাইশেমিআ ................................ ১২৯
গ) কেন্নিবালিজম ................................ ১৫১
ঘ) মপীনা ননখায়বা ................................ ১৫২
৩) অশোনবা ওক্লাও
অ) মচিঙাক্কী অৱাৎপা লৈবা
ক) ভিটামিন এ ঋাৎপা ................................ ১২২
খ) আইরন ঋাৎপা ................................ ১২৬
গ) হায়পোগ্লাইশেমিআ ................................ ১২৯
ঘ) প্রোটিন অমসুং এমাইনো এশিড ঋাৎপা ............ ১৩০
আ) নার্ভ শোকহনবা লায়না
ক) জিনগী অশোয়বা ................................ ৮৭
খ) ঔজেস্কিজ ডিজিজ................................ ৮৯
গ) ভাইরেল ইনশেফালোমাইলাইটিস ওফ পিগস ....... ৯০
ঘ) ষ্ট্রেপ্তোকোক্কেল ইনফেক্সন ........................ ১০০
ঙ) হিমোফিলস ইনফেক্সন ........................ ১০১

ই) খিবোং-খিন্নিনগী লায়না
ক) এত্রেসিআ এনাই ........................................ ৮৭
খ) ট্রান্সমিসিবল গ্যাষ্ট্রোইন্টেরাইটিস .................... ৯২
গ) ইপিডেমিক ডাইরিয়া ..................................... ৯২
ঘ) রোটাভাইরস ইনফেক্সন ................................. ৯৩
ঙ) স্বাইন ডাইসেন্ট্রি ......................................... ৯৮
চ) কোল্লিবেশিল্লোসিস ..................................... ৯৮
ছ) ক্লোষ্ট্রীজিঅম পর্ফিঞ্জেন্স ইনফেক্সন .................. ১০০
জ) কোকশিডিওসিস ........................................ ১২১
৪) মখোঙ শেকপগী লায়না
ক) জিনগী অশোয়বা ........................................ ৮৭
খ) স্বাইন ভেসিকুলর ডিজিজ .............................. ৯৪
গ) ষ্ট্রেপ্তোকোক্কেল ইনফেক্সন ............................. ১০০
ঘ) ফুড এণ্ড মাউথ ডিজিজ ................................ ৯৩
ঙ) হিমোফিলস ইনফেক্সন .................................. ১০১
চ) আইরন ইঞ্জেক্সন ........................................ ১২৬
৫) লায়হৌগা লোয়নবা লায়না
ক) ঔজেস্কিজ ডিজিজ ........................................ ৮৯
খ) কোল্লিবেশিল্লোসিস ..................................... ৯৮
গ) ষ্ট্রেপ্তোকোক্কেল ইনফেক্সন ............................. ১০০
ঘ) হিমোফিলস ইনফেক্সন .................................. ১০১
ঙ) এক্তিনোবেশিল্লোসিস ................................... ১০১
চ) লেপ্তোস্পাইরোসিস ..................................... ১০৩
৬) উনশাগী লায়না
ক) ইক্সুডেটিভ ইপিডর্মটাইটিস ............................ ৯৬
খ) পোকপদা মতু হৌরক্তবা ................................ ১৫৩

পোকপগী নুমিৎ ৭নি শুবদগী মপীগা খাইনবা ফাওবগী লায়না

১) নার্ভ শোকহনবা লায়না
ক) জিনগী অশোয়বা ........................................ ৮৭
খ) ঔজেস্কিজ ডিজিজ ...................................... ৮৯
গ) ভাইরেল ইনশেফালোমাইলাইটিস ওফ পিগস ....... ৯০
ঘ) ষ্ট্রেপ্তোকোক্কেল ইনফেক্সন ............................. ১০০
ঙ) এক্তিনোবেশিল্লেসিস .................................... ১০১

